মণিপুরী শোর্ট স্তোরি সোসাইটি, ইন্দিয়াগী

# চেন্থরকপা ঈচেলশিংগী ঈতিন্নফম

(খোমজিনবা মণিপুরী ৱারীমচা)



[illegible]

# চেন্থরকপা ঈচেলশিংগী ঈতিন্নফম

*এদিটর*

নবকুমার নোংমৈকাপম

# এদিটরগী ৱারোল

হৌজিক্কী মতমদা ৱারীমচাগী মওং অসি অহানবদা ওইরম্বা মওংদুদগী খরা খরা থৈথরক্নুনা *ৱারীমচা হায়বসি অসুম্বা ওইগদবনি* হায়বগী অকক্নবা শক্তাকৱাদু ইরায় লায়না হেক্তা হায়দোকপা য়ারক্লে। অদুবু ৱারীমচাগী ফজবসি মরূওইনা মতাং মতাংদা সস্পেন্স পীদুনা লীবা হৈবগী তেক্নিক্তা লৈ। অয়ুক্কী মায়থোঙনা নুমিত্তুগী ফিভম খঙবগুম ৱারীমচাগী অহৌবদুনা ৱারীমচাদুগী চাউরাকপা মশক খঙহল্লি। ওমদুনা লোৎতুনা পুরকপা ঈচেল অমনা পম্বুংফম অমদা খুৎয়ে ফজনা য়ৈহন্দুনা সিঙ্গল ইফেক্ট পীর্বাসিসু ৱারীমচাগী ফজববা মওং অমনি হায়না লৌনৈ। সিঙ্গল সিতিং অমদা পানবনিনা য়ারিবমখৈ ৱাহৈগী ইকনমি ওইহন্দুনা শাংলবা প্লোটতু খোঙজেল য়াঙনা চেলহন্দুনা তেলহনবিগদবনি, নৈশিন্দুনা ৱাকোই শূবিরোইদৌবনি । ৱারী মশাদুনা দিমান্দ তৌরকপা ৱাহৈ ৱাতা অমদি দাইলোগতুদং শীজিন্নবনা অফবা ৱারীমচা ওই। য়ারিবমখৈ সব প্লোট য়াম্না য়াওহন্দবা, য়াওরগসু সস্পেন্স নীংথিনা পীরবদি করিসু কায়দে খল্লি। মসিদনি, প্লোটতা মান্নরবসু ৱারীমচাগা নোভেলগা খেন্নরিবা ।

লাইরিকসিগী পান্দমদি মালেমসিদা লৈরিবা মণিপুরী ৱারীমচা ইবশিংগী অপূনবা পোখোক অমা মীয়ামদা ফংহনদুনা কন্নানা করম্বা খুৎইদা ইরিবগে হায়বদু খঙহন্নবনি। অদুবু অইবা লোইনমক কোনশিনবা ঙমদবগীদমক নুংঙাইতবা ফোঙদোকচরি।

লাইরিকসিদা য়াওরিবা ৱারী মচাশিংসি শিলচরদা পাথোক্লখিবা মণিপুরী শোর্ট স্তারি সোসাইটি, ইন্দিয়াগী ১৫ রক শুবা লৈবাক্কী ওইবা ৱারী মচা পাবগী থৌরমদা পাথোক্লখ্রবশিংদুনি । মদুগী মথক্তা লাইরিক অমা ওইনা পুথোকপা য়াননবা মণিপুরী ৱারীমচাগী জেনরসিদা মশক নাইরবা অথন্নবা অইবা খরদগীসু লৌদুনা হাপচরি । অইবশিংসি মণিপুর, অসাম, মেঘলায়া, ত্রিপুরা, মিজোরাম অমদি বাংলাদেশকী মণিপুরী অইবশিংনি ।

লৈবাক্কী ওইবা ৱারীমচা পাবগী থৌরমদা পাথোক্লখ্রবা ৱারীমচাশিংদু পুল্লপ

খোমজিল্লগা জুবীশিংদা মথং মথং থাদুনা অফ ফত্তা খন্দোকহল্লি। খনগৎলক্লবা ব্রাবীমচাশিংদু এদিটোবিএল বোর্দনা খন্নবগা এদিটবদা অমুক পীদুনা এদিট তৌনবগী শিন্নবিবকপনি। এদিট তৌবা মতমদা লাইবিকসিগী ওইনা ইউনিফোর্মিটি অমা থম্নবা লোকেল লেংগুএজগী ব্রাহে ব্রাতা, বনান, পংচুযেসন মার্কিনচিংবদা খবা খজিক শেমদোক শেমজিন তৌজখি। মসিগীদমক অইবা অইবীশিংনা ঙাকপিগনি। ব্রাবীমচাশিংসি অইবা অইবীদুগী চহীগী মতুংইন্না মথং মনাও নাইনা শীন্দোকচবি। বাইওদতা পীবিবক্তবা অমদি থেঙনা পীবিবকপশিংগীদি অবোইবদা ওইনা হাপচবি।

পৃন্দিগী তেঙান তোঙনবা মফমদা লৈবিবা মণিপুবী অইবা অইবীশিংগী নোঙান তোঙানবা মখলগী খুৎই, কনানা কবম্বা মওংদা, টেক্নিক্তা খুৎ থাবিবগে হায়বদু লাইবিকসিদগী চাউবাকপা অমা খঙবা ঙম্লবদি লাইবির্কাস পুখোক্পগী মহৈ যাম্লে।

লাইবির্কাসবু ফোঙ দোকপিবিবা লিম্ছোইঙম্বী পাব্লিকেসন ইম্ফালগী ক্ষেত্রিময়ুম সুবদনী, মখমগী ফোটো পীবিবকপা পোক্লফম পাউচেগী পাউমী প্রেমচান্দ, তেল্লবা মতমগা মনুংদা কোলন্টাদা থাদুনা মখুমগী কল্লব সেপবেসনগী ফিল্ম শাহন্দুনা মখুম নম্বাখিবা দি সি পি দবলিউগী প্রোপাইটব তোম্বা লাইশ্রম অমদি লইবিক অসিবু নাম্ববিবা পদ্মা প্রিন্টবসকী মেনেজব ইবাবতপুসু ঙমখে লৈতনা তৌবিমল খঙবা উৎচবি।

ময়াং ইম্ফাল, মণিপুব
তাং ২২/৮/২০০৯

নবকুমাব নোংমৈকাপম
এদিটব
ফোন ৯৮৬২৬০৪২৫১

# জেনরেল সেক্রেটরীগী ৱারোল

মণিপুরী শোৎতি স্তোরি সোসাইতি, ইন্দিয়া খৃষ্ট কুম ১৯৯৪ গী ডিসেম্বরগী তাং ২৫ দা, মণিপুর অমদি মপান মণিপুরগী মণিপুরী সাহিত্যগী ৱারী মচা হেন্না চাওখৎহন্নবগী পান্দমদা লাক্ষিপুরদা লিংখৎখি। থোইদোক্লা শক্লাইরবা অইবা মণিপুর ইউনিভরসিটি, ইম্ফালগী মণিপুরী দিপার্টমমেন্টকী প্রোফেসার ডা এলাংবম দীনমনি সিংহনা প্রসিদেন্ট অদুগা নেহরু কোলেজ, পয়লাপুলগী প্রোফেসার ডা নোংথোম্বম নোনীগোপাল সিংহনা সেক্রেটরী ওইদুনা লিংখৎখিবনি।

লিংখৎখিবা চহীদগী হৌনা সোসাইটি অসিনা শীল-লাঙদুনা চহী খূদিংগী লৈবাক্কী ওইবা ৱারী মচা পাবা অমসুং খন্ন নৈনবগী থৌরম হেক হেক পাঙথোক্কুনা লাক্লি। হৌজিক ফাওবদা অসামগী তোঙান তোঙানবা মফমশিং লক্ষীপুর, তারাপুর —খেলমা, জারিবোন —লাইশ্রমখুন, পালরবন্দ, কামরাঙ্গা, শিলচর, রাণীপুর, হোজাই অদুগা মণিপুরগী জিরিবাম অমদি ককচিংদা মথং মথং পাঙথোকখ্রে।

সোসাইটি অসিগী মরু ওইবা পান্দমদি ইরবা ৱারীমচাশিং চহী খূদিংগী মফম হোং হোংদুন শাথোকমিন্নবা অদুগা পাথোকখ্রবা ৱারী মচাশিংদু অমুক লাইরিক ওইনা ফোঙদোকপনি। অসুম্না চথ্বরকপদা '*মতমগী ঈচেল*' (২০০৬), '*মতমগী খোম্লাং*' (২০০৭), '*খূনগৎলবা লীক্লু পরেং*' পুথোকচখ্রে। হৌজিক অদোমগী খূত্তা শিন্নজরিবা '*চেম্বুরকপা ঈচেলশিংগী ঈতিন্নফম*' কৌবা সোসাইটিসিগী মরিশুবা লাইবিক অসি মমাঙ চহীগী ওইনা শিলচরদা পাঙথোকখিবা লৈবাক্কী ওইবা ৱারী মচা পাবগী থৌরমদুদা পাথোকখ্রবশিংদুনি।

লাইরিক অসি সোসাইটি অসিগী মণিপুর চেপ্তুরনা মরু ওইবা থৌদাং লৌবিদুনা পুথোকপনি। লাইরিক অসি মণিপুরী সাহিত্যদা তিলহঞ্জবা ঙম্বগীদমক সোসাইটিগী মায়কৈদগী অপেনবা ফোঙদোকচরি।

অমবোমদা, মণিপুরী শোৎতি স্তোরি সোসাইটি, ইন্দিয়া মীয়ামগীনি, মীয়াম্না শৌগৎপিয়ু।

বাসকান্দি, অসাম
তাং ২০-৮-২০০৯

কৈশাম বিদ্যাপতি সিংহ
জেনরেল সেক্রেটরী,
মণিপুরী শোৎতি স্তোরি সোসাইটি, ইন্দিয়া

# ভাইস প্রসিদেন্টকী ৱারোল

ইং ১৮৮৫ দা ৱেষ্টর্ন এদুকেসন অসি মণিপুরগী লৈমায়দা চঙশিল্লকপা হৌবকখিবগা লোয়ননা ১৮৯১ দগী বৃটিশকী লোইলম সাসন মখাদা মণিপুরী মীয়াম্না হিংলকখি। মমৈথঙদা ৱেষ্টর্ন এদুকেসনগী মঙাল ফংলবা মণিপুরী মচা থোরকপদগী মীবমগী ধর্ম্ম, সংস্কৃতি অমদি সাহিত্য-নচিংবা থাদোক্তুনা মশাগী হৌরকফম খিবকপগী খোঙজঙ অমা চঙশিল্লকপা হৌরকখি । বাংলা অমদি সংস্কৃত সাহিত্যনা মণিপুবী সাহিত্যগী মহূৎ শিন্দুনা স্কুলশিংদা মহৈ তম্লুবগী ইকায়বা ফংলকপা, মরোল অমদি ময়েক লৈনা লৈনা মীরমগী মিপাল তাংলুবা মশাগী সাহিত্য, ধর্ম্ম অমদি সংস্কৃতি লৈনা লৈনা মীবমগী সাহিত্য, ধর্ম্ম অমদি সংস্কৃতিনচিংবদা লূপ্লুরবা মতুংদা মমৈথঙদা মশাগী মাঙজবদু খঙলক্তুনা জ্ঞান তারকপা মতমদদি মণিপুরী সাহিত্যদি বাংলা সাহিত্যনা মহূৎ শিল্লম্লে। মযেক ফাওবা বাংলা ময়েক্তা তাংদুনা লৈরম্লে। মৈতৈ ময়েক্কী মফম লৈবমদ্রে। লোন, ময়েক, সাহিত্য লোয়ননা সংস্কৃতিসু য়াওনা মজাতিগী মশক তাক্কদবদু অশিবগা পাংখক ওইবম্লে। মতমসিদা মণিপুরদা চেফোঙগী অচৌবা থৌদাং লাকখি । লাইরিক লাইশু হৈববা মণিপুরী মচাশিংবু নমদুনা কলম পায়হল্লগা মণিপুবী সাহিত্যগী অনৌবা জগারন অমগীদমক য়াকায়রোল শকপা তাখি। মতমসিদা হিজম ইরাবতনা সম্পাদন তৌবা মৈতৈ চনু (১৯২২), ডাক্তর নিংথৌজম লৈবেন সিংহনা সম্পাদন তৌবা য়কাইরোল (১৯৩০) নচিংবা চেফোঙশিং মথং মথং ফোঙলক্তুনা মণিপুবী ৱাবীমচাগী ঈহৌ অমা শাগৎপা হৌখি । মণিপুরী সাহিত্যদা মশক উবা ফংদ্রিব', লাইবিক ওইনা ফোঙদ্রিঙৈ মমাঙদা, খূমাঙ য়ানবা অইবা খরগী ৱাবীমচা ফোঙবা হৌবকখি।

মণিপুরী ৱারি,মচাগী ঈহৌ শাগৎতুনা মণিপুরী চেফোঙ খরদা ইথিরম্বা অহানবা অইবা খবগী মমিং অমদি মখোযনা ইবম্বা ৱারীমচা খরগী মমিং পনবা তারবদি :

১। খুথিং তাংখুলগী **'ইমা ৱা তানবা'**, য়াকাইরোল
(২ বা চহী, অহানবা মশীং, ওক্তোবর ১৯৩১)

২। শ্রীসববজিৎ সিংহগী **'য়ুমপানবা'**, য়াকাইরোল
(৮শুবা মশীং, মে ১৯৩২

৩। ডাক্তর কমল সিংহগী **'ব্রজেন্দ্রোগী লুহোংবা'**, ললিত মঞ্জুরী পত্রিকা
( নবেম্বর, ১৯৩৩)

৪। রা কু শীতলজিৎনা কত্তন কোলেজ দা তম্লিঙৌদা ইখিবা **'প্রভা'**, ললিত

মঞ্জুরী পত্রিকা (দিসেম্বর ১৯৩৩)

অসিনচিংবা কয়া মথং মথং . . . ।

মথক্তা পনখিবা মণিপুরী চেফোঙশিংদা য়াওখিবা মণিপুরী ৱারী মচাশিংসি মতমদুগী মণিপুরী সমাজগী চৎনবীদা লৈরিবা অহল লমন্না হায়ন শীংনদুনা লুহোংবা, মৈতৈগা বামনগা লৌন লৈনবা য়াদবা, চীংমী তম্মীগী কনশিন্নবা মরী উৎপা, জাতি খুদিংমক্কী মশা মশাগী সংস্কৃতি য়োকখৎপা পাম্বা, মণিপুরদা জোইন্ট ফেমিলিগী চৎনবী লৈরম্বা, য়ুম্বানমিন্নবদা নুপা নুপী চপ মান্নবা অধিকার লৈ হায়বা উৎপা, মৈতৈশিংনা ইজৎ লৈনা হিংনরম্বা, নুপী ওইবীশিংনা মশাগী ইজৎ কন্নবা হোৎনবদা অত্যাঘাট তৌবগী চৎনবী লৈরম্বা ৯-শি মথক থোংবশিংদা লৈবা থকশি-খাশিগী ফজবা মশক্তু উবা ফংই । মসিদা নত্তনা মশা মশাগী পোক্লফম লমদম নৎত্রগা হৌরকফম খুল অদুগী চৎন লোনচৎ অমদি য়ুম্বান পুন্সিগী মশকসু তাক্লবা হোৎনৈ। "Nativism, by its theoretacal position is bound to locate itself and its forces in the place of its birth" হায়বা Wagish Sukla গী মীৎয়েংদু নীংশিংবা য়াই ।

খুথিং তাংখুল (১৯১২-১৯৯০) গী 'ইমা ৱা তানবা' হায়বা ৱারীমচা অসি মণিপুরী সাহিত্যগী অহানবা ৱারীমচানি। মসিগী শমজিনবা ৱারী পরীংদি — উখুলগী অবাং নোংপোক্লোমদা পাঙথোকপা তাংখুলগী লোংরুং হায়বা কুম্মৈ নুমিৎ অমদা থংমৈ কপিংপানা ময়ামনা তৌরিবদুসু য়াওদা, কুম্মৈদুসু য়েংদা মথন্তা তোঙান্না ফমদুনা লৈবিঙৈদা মাগী মরুপ মংম লুইখামপানা, নঙনা লংফৈ খরা চৎলুরগা অসুক ৱানা নতোমদা ফমদুনা ময়াম্না তৌবা উরগা ৱাখল তৌরিবা করিগীনো হায়না হংলকপদা থংমৈনা মীরৈবাক্কী মতৌ উরুরগা ইমা মণিপুরগী শক্তম অসি অৱাবনা নুংবংনরে— হরাও কুম্মৈনা হাকমন্দুনা লৈবাকসে চাওখৎপা ঙমদ্রে। মদুনা মণিপুরগী সেবা ঙম্নবা লম্বেল য়েংলসি হায়না খুন্নকপা পাউখুমদা লুইখামপানা ভাব তাখিদে। মমৈথঙদা থংমৈনা লুইখামপাদা ভাব তানবা অপোকপা মমাগা পোক্লফম লমদমগা অনীগী অমত্তা ওইবা মরীদু শন্দোক্লা তাক্তুনা খঙহনখি । হায়রিবা মরীদুগী মরমদা ৱা তানবা অমদি মণিপুর ইমাগী সেবা ঙম্নবা লম্বেল য়েংসি হায়বা মরুপ অনীনা ৱারেপ লৌখিবা মতাং অমনা ৱারীগী পোলোই ওইরি। ৱারীমচাসিদা উখুলগী ওইবা লোকেল কলব অমা য়েক্লি। চীংমীশিংগী মমাঙৈ গী শক্তম অমদি চৎনবী খববু মতাং চানা উৎপগা লোয়ননা হরাও কুম্মৈদা চাগনি থক্কনি হায়বা ফাওবা কাউথোকপা ঙম্বা চীংমীগী পুন্সিগী মশক্তু উবা ফংই । দাইলোগকী মতেংনা ৱারীগী প্লোট শাগৎলকপা অমদি চীংগা তমগা অনীগী নুংশিনবা, নকশীন্নবা মরী অমা উৎপগা লোয়ননা মরৈবাক নীংবগী ৱাখল্লোন্নচিংবা উৎলি । অসিদা নত্তনা তাংখুলগী চৎনবী সংস্কৃতি ' লোংরুং

কুম্মো' গী মতাং অইবগী পোক্লফম লমদম ওইরিবা উখুলগী প্রকৃতিনা শৈদাংলবা মশকপু শৈথাবা অমদি চম্না হিংজবা চীংগী পুন্সি মরেল অদুসু উৎনবা লাক্লে।

ইং ১৯৪৫ গী মতুংদদি মণিপুরী সাহিত্যদা ৱারীমচাগী লাইরিক উবা ফংলক্লে। মপাল লমগী সাহিত্যদা — বাংলাদা সঞ্জিবচন্দ্রগী 'দামিনি' (১৮৭৪), হিন্দিদা জয় শঙ্কর প্রসাদকী 'চায়া' (১৯১২), পঞ্জাবীদা সান্ত সিংহ সেখোনগী 'সমাচার'(১৯৩৬), টামিলদা ভি ভি এস ইযেকী 'মনকায়ার করাসিয়িন কথল' (১৯২৭) উবা ফংখিবগুম, মণিপুরী সাহিত্যদনা রাজকুমার শীতলজিৎকী 'লৈকোন্নুংদা' অমদি 'লৈনুংশি' (১৯৪৬) ফোঙলকখি। লাইরিকশিংসিদা, মতমদুগী সমাজদা লৈরম্বা মীওইবগী আদর্শ ওইবা মশক অমদি বৈষ্ণব ধর্ম্মগী অচেৎপা ৱাখলনা যোমশিন্দুনা লৈরিবা মীওইশিংগী পূক্লিং ৱাখল অদু উৎপনা মপূং ওইরি। মানা শাগৎলিবা চরিত্র খূদিংমক্তা পূকচেল চাউবা, মশাগী ওইজবা থাদোকপা, সতিত্ব ধর্ম্ম ঙাক্লা চৎপা অমদি লাইগুন্নবা মীওইবগী শক্তমশিং উবা ফংই। পনবা য়াবা ৱারীমচা খরদি — **নকুবদগী** (ইবা ৮/৮/১৯৪১, *মসিদা কোম্বীরৈ কৌবী নুপী মচা অমনা মনেম মকুনা য়াবী য়ূমগী মৌ অমা ওইনা শাগৎখি।*), **ইম্মোকপা** (ইবা ১৩/৬/১৯৪৬, *ময়াম্বনা মনাওনুপাবু বামোন নুপী লৌরুবদগী ইম্মোকখি অদুগা লুখ্রাবী মনাওনুপীদুনা নুপী ওইবীগী সতিত্ব ঙাক্লা মপুরোইবগী য়ূমদা লুখ্রাবী ওইনা লৈখি।*) অমদি **কমলা কমলা** (ইবা ১৬/৮/১৯৪০, *পীক্লিবী নুপীমচা কমলানা খঙহৌদনা লৈখিদবগী অৱাবা ফোঙদোকপা মতাং য়াওরি*) নি।

মতুংদা ইং ১৯৫১ দা চিত্রে বীরেন তোম্বীচান্দ খোজৈজ্ঞ রুপ কৌবা সংস্থান অমনা "নুপী" হায়না মিংথোনবা ৱারীমচা মরিগী পূনশিনবা লাইরিক অমা ফোঙখি। লাইরিকুদা চিত্রেশ্বর শর্ম্মগী 'শোয়রবী নুপী', বীরেন্দ্রকুমারগী 'ও নুপী', ইবোতোম্বীগী 'লাইনা তম্বা নুপী' অমদি ব্রজচান্দগী 'মৈতৈ নুপী' কৌবা ৱারীমচাশিং য়াওই। ৱারীমচাশিং অদুদা মপূং ওইনা উৎলিবসি মৈতৈ নুপীগী তোঙান তোঙানবা এঙ্গলদা উবা মতম দুগী নুপীগী মশক অদুনি।

মথংদা আর কে এলাংবম (১৯২৯ - ২০০০) না মণিপুরী সাহিত্যগী অনীশুবা ৱারীমচাগী লাইরিক পুথোকপা ইবা মীশক্লি। মাগী অতোপ্পা ৱারীমচাশিংদি 'চীংয়া তময়া' (১৯৫৫), 'য়ূমগী মৌ' (১৯৫৮), 'কালেম্বাগী লৈবাক্লৈ' (১৯৭৯) নি।

খাইদেম প্রমোদিনী (১৯২৪ - ২০০৬) না অহানবা মণিপুরী ৱারীমচা ইবী নুপী ওইনা ৱারীমচা মঙাগী পূনশিনবা লাইরিক 'পুন্সি মৈরা' (১৯৫৮) ফোঙলকখি। য়াওরিবা ৱারী খূদিংমক্তা নুপীগী থোৎ নৌবা রোমান্টিক কেরেক্তর য়েকপনা মপূংনি। মসিগা লোয়ননা নুপী ওইবীশিংগী রোমান্টিক য়ুনিভর্স অমা শাগৎপা, নুপীগী মফম অমা থিরকপা অমদি নুপী ওইবীশিংগী নুংগী মপাউখোল অমবু উৎনবা লাক্লবগী

মমি তারি। কল্পনাগী মচুনা শঙজিল্লবা নুশিবগী, অব্রা নুংঙাইগী. নুপী ওইবীগী পুন্সি মহীং অমদি মরেলগী সংসার অমসু উবা ফংই ।

মণিপুরী সাহিত্য পরিষদনা ১৯৬০ দগী চহী অহুম অহুম কান্নরগা পীবা হৌখিবা যামিনী সুন্দর গুহ গোল্ড মেদল, এম কে বিনোদিনীনা মাগী ব্রারীমচাগী লাইরিক 'নুঙ্গায়রক্তা চন্দ্রমুখি' ১৯৬৫ দা ফংখি । বিনোদিনীগী ব্রারীমচাশিংদা উবা ফংলিবশিংদি অইবীগী পুন্সিদা থেংনরকপা এক্সপরিয়েন্স কয়া মরূওইনা নুংঙাই য়াইফবা মীওইশিংগী পুন্সি অমদি কাউঙমদবা থৌদোক কয়া উংপনি ।

মতুংদা থোরকপা মরূওইবা ব্রারীমচা ইবা খরদি নোংথোম্বম কুঞ্জমোহোন, নীলবীর শাস্ত্রী, খুমন্থেম প্রকাশ, শ্রীবীবেন, লমাবম বীরমনি, হিজম গুণ, এলাংবম দীনমনি অমসুং এলাংবম সোনামনি নচিংবনি ।

ইং ১৯৫৪ দা লিংখৎখিবা সাহিত্য একাদেমী, নিউ দিল্লিনা মণিপুরী সাহিত্যবু ১৯৭১ দা শকখঙখি। মসিগী মণিপুরীদা পীবা অনীশুবা মনাদু নোংথোম্বম কুঞ্জমোহোন সিংহ(১৯৩৫-)গী ব্রাবীমচাগী লাইরিক 'ইলিশা অমগী মহাও' দা ১৯৭৪ দা পীরকখি। অইবসিগী ব্রারীমচাগী অতৈ লাইরিকশিংদি 'চেনখিদ্রবা ঈচেল' (১৯৬৫), 'থরানমিচাক অমনা কেনখিবা' (১৯৭৯), 'বসন্ত মমৈগী কোকিল' (১৯৯৫) অমদি 'পাইরকখিদ্রে চেক্লাচাদো' (২০০৩) নি । মাগী অঙনবা মতমগী ব্রারীমচা 'চেনখিদ্রবা ঈচেল' দা উৎলিবদি পুন্সিগী মনুং হনজিন্না লৈরিবা ব্রারী কয়া, পুন্সি খোঙচত্তা ঙাথু থেংথুরম্বা অচম্বা থৌদোক কয়া, অমদি নাকোংদা মীৎমাঙদা য়ৌরক্লবা মতম মতমগী পুন্সি শক্লোন কয়ানি । 'ইলিশা অমগী মহাও' দদি অব্রাঙবা থাক্কী ব্রারীমচা কয়া য়াওরি। মিংথোল ওইরিবা ব্রারীসিমক, বরাক তুরেন্দা ঙা ফাদুনা জিবিকা ওইজবা মপা মচা অনীখক্কী ব্রারীনি। অহীং মিৎশেল খাঙদুনা য়াম্না ব্রানা হোৎনজরবা তুংদা ইলিশা অমা ফারে। অদুবু লায়রবগী পুন্সিদা য়োঞ্জররোই, চাজরগে খঞ্জবা ঙা অদু মহাও তংবা ঙমদনা চেঙ খবগীদমক শৃপ্পদংগী লুপা ৩.৫০ খক্তং শীত্তুনা য়োম্থোকখি। ব্রারীমচাসিদা, হিংবদা য়্রারবা মীওই কয়াগী মশকসু য়েক্লি। 'ওমচাক্লবা', 'লীচিং', 'নুংশিবা', 'ইবোক চাউবী' —অসিনচিংবা ব্রারীমচাশিংদা মীওইবগী পুন্সি শক্তম খরা য়াম্না থোৎ নৌনা পাউদন্লি। 'লুপাগী মীনোক', 'ইজ্জৎ তানবা' হায়বা ব্রারী অনীসিদি করেম্নবা মওংগী ব্রারীমচাশিংনি অদুগা 'নুপীগী থম্মোয়' হায়বসিদদি নুপীশিংগী চরিত্রগী মশক অমা উবা ফংই। অরোইবা ব্রারীমচা, 'ইবোহলগী ইমুং' হায়বসিদনা চয়াম পোকপা ইমুং অমগী শোকচিল্লবা ফিভম অদু উৎলি। অদুনা লাইরিকসিদা পুন্না উরিবা শক্তমদি — সমাজদা লৈরিবা অতোনবা লায়রবা মীচমগী হিংবগী সমস্যা, অব্রাং নুংঙাইগী মশক অসিনি।

খুমন্থেম প্রকাশ (১৯৩২-)গী ব্রারীমচাগী লাইরিকশিং 'ইচেগী শম' (১৯৬৫) অমসুং 'মঙগী ঈশৈ' (১৯৮৪) হায়বা অসিদি মণিপুরী সাহিত্যদা মওং

অমা ওইনা উৎপা খৃৎই অমনি । মঙগী ঈশৈ হায়বা ৱারীমচাগী লাইরিক অসিদদি থবক ফংদবগী সমস্যা, শেঞ্জা থুমজা, হিংনবগী লানফমদা নুপীগী লমচৎ মাঙলকপা, মীচঙ লৈজদ্রবা লায়রবশিংগী অৱাবা কয়ানা হৌজিক্কী মণিপুরী সমাজগী অথীবা মশক অমা উৎলি।

মণিপুৰী সাহিত্যদা শ্রীবীরেন (১৯৪২-) গী ৱারীমচাগী খোঙচৎ লাকপদা, মণিপুরী সাহিত্যদা অনৌবা মওংগী মশক অমা উবা ফংলকখি। মাগী ৱারীমচাগী লাইরিকশিংদি 'লৈচিল্লক্কী থাজ' (১৯৬৭) অমদি 'মী শুম্নবা কোলু' (১৯৯৫) নি । লৈচিল্লক্কী থাজ হায়বা ৱারীমচাগী লাইরিক অসিদা মপূং ওইনা উৎলিবদি হৌজিক্কী সমাজগী অমোৎপা, তৌশিন্নবা অমদি মাগী পুন্সিদা ফাওরকপা চৈনাখোল ময়াম অদু উৎপনি ।

নীলবীর শাস্ত্রী (১৯২৭-২০০৫) গী ৱারীমচাগী খোঙচৎ লাকপা মতমদদি, মণিপুরী সাহিত্যগী ত্রেদিসনেল পেরিওদকী রোমান্টিক পরম্পরাগী মশক অমা উবা ফংই। মাগী লোন্দাদা কা হেনবা ৱাহৈ শীজিন্নদে। মাগী ৱারীমচাগী লাইরিকশিংদি 'বসন্তি চবোং' (১৯৬৭) অমসুং 'তৎথ্রবা পুন্সি লৈপুল' (১৯৮৬) নি। বসন্তি চরোং হায়বা ৱারীমচাগী লাইরিক অসিগী অয়াম্বা শরুক্তা ফজবা লমচৎকী পরা অমা পীনীংবগী ৱাখল অমা তোয়না থেংনৈ। সমাজনা মীরায়বিরবা মীওইবশিংগী চরিত্র, হিংবদা লাম্থেংনরিবী লুখ্রাবী কয়াগী মশকসু উৎলি। অইবসিগী 'কায়খ্রবা আশাগী মঙলান' কৌবা ৱারীমচাগী লাইরিক অমসু লৈরি।

মণিপুৰী সাহিত্যদা ৱারীমচাগী অচৌবা মফম অমা কল্লিবা অইবদি ডাক্তর এলাংবম দীনমনি (১৯৪০-) নি। মাগী ফোঙখ্রবা ৱারীমচাগী লাইরিকশিংদি 'থক্লবী' (১৯৭০), ' মোরাম্বী অঙাওবী' (১৯৭৪), 'তিঙ্খংলৈ' (১৯৭৭), 'পিস্তোল অমা কুন্দালৈ অমা' (১৯৮১), 'ইমৈসুনী তৌরাসুনি হঙ হঙ' ((১৯৮৬), 'তন্ত্র জন্ত্র মন্ত্র' (১৯৮৬), 'লাইরেন মরিম্বোং' (১৯৯১), 'লাইকিশি' (১৯৯৭), ' কেগে মখোঙদা সার্তিফিকেট', (১৯৯৫) অমসুং 'ঈপাক' (২০০০) নি । লাইবিকশিংসিগী মনুংদা থোইদোক হেন্দোকপা লাইরিক অমদি 'পিস্তোল অমা কুন্দালৈ অমা' হাযবসিনি। লাইরিকসিগী মপূং ওইবা মীৎয়েংদি মীওইবগী নুংগী ওইবা মরী উৎপা, পুন্সিবু নোক্লীংবা অমদি ফাগী ওইনা য়েংবা অমদি মীওইবগী মমল ফজনা উৎপা অসিনি । লাইরিকসিদা মপূং ওইনা থেংনরিবদি— নুপীগী প্রাইভেট রিলেসনশিপ অমসুং মসিদগী থোক্লকপা মী ওইবগী অরোনবা শাজৎ লীচৎশিং অসিনি ।

অদুদগী ১৯৭৪ দদি ৱারীমচাগী ঈহৌ অমা লাকখি। নোংথোম্বম কুঞ্জমোহোন্না মকঽওইবা থৌদাং লৌবগা শোর্ট স্তোরি ৱার্ক শোপ, মণিপুর কৌবা সংস্থান অমা শেমখি। মসিগী পান্দমদি মণিপুরী ৱারীমচা ইবশিং পূনশিল্লগা

ৱারীমচাশিংগীতা ওইবা থা অনী অনীগী ওইনা চেফোঙ, 'মৈরিক' পুথোক্লবা ৱারেপ লৌবনি। মসিগী অহানবা এদিটরনা কুঞ্জমোহন্নি।

হায়রিবা চেফোঙসিনা ১৯৮০ গী মতুংদা মণিপুরী সাহিত্যদা শক্লাইরবা ৱারীমচা ইবা কয়া পুথোরক্লবগী লম্বী য়াংখি। ৱারীমচাগী বিধাদা নেসনেল সাহিত্য একাদেমি এৱার্দ ফংলবা নহা ওইরিবা অইবা কয়াসু পুথোরকখি। পনবা য়াবা খরদি— য়ুম্লেম্বম ইবোমচা (১৯৪৯-), লমাবম বীরমনি (১৯৪৯-), কৈশাম প্রিয়োকুমার (১৯৪৯-), লাইতোঞ্জম প্রেমচান্দ (১৯৫৭-) নচিংবনি।

ইং ১৯৯২, আগষ্টকী তাং ২০ দা মণিপুরী লোন অসি ভারত সংবিধানগী নিপালশুবা সেদ্যুলদা চনখিবগা লোয়ননা মণিপুরী সাহিত্যদা ৱারীমচা ইবা/ইবী কয়াসু থোরকখি। পনবা য়াবা খরদি :

মাইবম নবকিশোর (১৯৪০-) গী ৱারীমচাগী লাইরিকশিং ১। মন্ত্রিগী নুপী সনাজাউবী (১৯৮২), ২। থোঙ লোনথ্রবা পান দুকান (১৯৯৫), ৩। পাঙ্গল শোনবী ঐসে অদোমগীনি (২০০১) অমসুং ৪। মালেমঙানবীগী মমোম (২০০৮)।

নিংঙোম্বম সুনিতা (১৯৬৫-) গী ১। খোঙজি মখোল (১৯৯৭), ২। অকায়বা মিংশেল (২০০৪)।

সুধির নাউরোইবম (১৯৬৯-) গী ১। য়োকচবী বাংলাদেশ (১৯৯০), ২। মৈ চঙলবা চেক (১৯৯২), ৩। লৈই খরা পুন্সি খরা (১৯৯৮)।

য়ুম্লেম্বম ইবোমচা (১৯৪৯-) গী নুমিত্তি অসুম থেংজিল্লক্লি (১৯৯০)।

থোইবী দেবী (১৯২০-১৯৯৬) গী পোষ্ট মোর্টেম।

লাইতোঞ্জম প্রেমচান্দ (১৯৫৭-)গী ১। শাহিং চাবা অমগী ৱারী (১৯৮২), ২। নাতোন চাবীগী বসন্ত (১৯৮৮), ৩। ইমাগী ফনেক মচেৎ (১৯৯৬)।

লমাবম বীরমনি (১৯৪৯-) গী ১। পিকনিক পিকনিক (১৯৮০), ২। চেক্লা পাইথ্রবদা (১৯৮১), ৩। কাক্কী মচা কাক, উরোক্কী মচা উরোক (১৯৮৮)।

কৈশাম প্রিয়োকুমার (১৯৪৯-) গী ১। ঐখোয় য়ুমলোন্নবা (১৯৯০), ২। নোংদি তারকখিদ্রে (১৯৯৫), ৩। লাল অমসুং মঙ (২০০০)।

রা কু মনি (১৯৩৭-২০০৪) গী ১। ময়াই কারবা শামু (১৯৮৯), ২। মালিকা মমা (১৯৯৩) অসিনর্চিংবনি।

মথক্তা পনখ্রিবা অইবা অইবীশিং অসিগী মপুং ওইবা মশক্তি— মণিপুরদা লেরিবা মীওইবশিংনা ইংনা শান্তি লৈনা হিংবা ঙম্লক্তবা, অচৌবগী শক্তিনা অতোনবশিংগী পুন্সিবু চপখায়রক্তুনা মরোমদোম লেপচবা ঙম্লক্তবা, হিংবদা মায়থীরকপা, নীংবা থুংদ্রবা ঙসিগী নহারোলশিংনা নীংখা তম্নীংবগী ৱাখল্লোন

ফাওরকপা, ধর্ম্মগী চৎনবী লৈবক্তবা, মিনুংশিগী ৱাংমদা শা ঙাগী লীচৎ চৎপা যাওরকপা, মতৌ মনাওগী মরীদা অহোংবা লাকপা, নুপীগী অধিকার তানবা হৌবকপা, ঈশ্বর লৈ হায়বগী থাজবা ঙম্লক্তবা অমদি মণিপুরী সংস্কৃতিগী ফজবা মশক মাঙশিল্লকপা অসিনচিংনি। মণিপুরদা করপসনগী মকোন শারকপা, নোংমা নোংমগী মীশি মীনা তোয়শিল্লকপা, লালহৌবগী ইরাং লৈরকপা অমদি অশেংবা নুংশিবগী মবী থম্বা ঙম্লক্তবা অসিনচিংবনা ঙসিগী ওইরিবা মণিপুরগী শক্তম শাগৎনবা লাক্ল বি। মীৎয়েংশিদা ঙসিগী অইবা অইবীশিং অসিগী ৱারীমচাশিংদা ময়েক শেংনা মমি তারি।

ইং ১৯৯৪ গী দিসেম্বরগী তাং ২৫ দা প্রো এলাংবম দীনমনিনা সভাপতি ওইরগা ডা এন ননিগোপাল সিংহনা সেক্রেটরী ওইদুনা সিলচরদা মণিপুরী শোর্ট স্তোরি সোসাইটি, ইন্দিয়া লিংখৎতুনা মণিপুরী ৱারীমচা অসি হেন্না চাওখৎনবা হোৎনরকখি। তোঙান তোঙানবা মফম কয়াদা লৈরিবা মণিপুরী ৱারীমচা ইবশিংগী সোসাইটি অমা শেমদুনা চহী খুদিংগী দিসেম্বরগী তাং ২৫ দা মণিপুর, অসাম, ত্রিপুরা, মিজোরাম, মেঘলয়া নচিংবদগী ৱারীমচা ইবা অইবা অইবীশিং পুন্দুনা লৈবাক্কী ওইবা ৱারীমচা পাবা অমদি হৌশিনা চহীদা পাথোকখ্রবা ৱারীমচাশিংদু লাইরিক ওইনা অমুক ফোঙবগী মপূং ওইবা থৌদাং লৌরকখি। ইং ২০০৬ তা সোসাইতি অসিগী ১৩ শুবা লৈবাক্কী ওইবা ৱারীমচা পাবগী থৌরম অমা অসামগী হোজাইদা ২০০৬ তা পাঙথোক্লুনা সোসাইতিসিগী অহানবা ৱারীমচাগী লাইরিক, 'মতমগী ঈচেল' ফোঙখি। আই বিনোদনা এদিটবনি। সোসাইটি অসিগী মণিপুর চেপ্তর শেমখি। মসিগী মখা চত্থৎকপা থৌরমদু ২০০৮ (মার্চ) মণিপুবগী ককচীংদা পাঙথোকপদা আই বিনোদনা এদিট তৌবা, 'মতমগী খোম্থাং' কৌবা সোসাইটিগী মেম্বরশিংনা ইবা ৱারীমচাগী অনীশুবা লাইরিক্তু ফোঙখি। অদুগা ২০০৮ কী দিসেম্বরদনা, সিলচরদা অসাম, মণিপুর, মেঘলয়া, মিজোরাম, ত্রিপুরাগী অইবা অইবীশিংনা ৱারীমচা পামিন্নবগী থৌরমদা নবকুমার নোংমৈকাপম্মা এদিট তৌবা 'খূনগৎলবা লীক্লু পবেং' কৌবা ৱারীমচাদু ফোঙখি। হন্দক ফোঙগদৌরিবা ' চেন্থ্রকপা ঈচেলশিংগী ঈতিন্নফম' কৌবা নবকুমার নোংমৈকাপম্মা এদিট তৌবা ৱারীমচাগী লাইরিকসিনা সোসাইটি অসিগী মরিশুবা লাইরিক্নি। সোসাইটি অসিনা লৌখৎলিবা পান্দমদি ভারত্তা লৈবা মণিপুরী ৱারীমচা ইবা অমদি ক্রিতিকশিংদা নত্তনা ফোরেন কন্ত্রিদা খুন্দাদুনা লৈরিবা মরূওইনা বাংলাদেশ অমদি কনাদাদা লৈরিবা মণিপুরী অইবশিংগীসু মফম থম্লি। সোসাইটি অসিনা মণিপুরী অইবশিংগী থোঙ লাওনা হাংদোক্লুনা চঙননবা লম্বী শীল্লি।

ইং ২০০০ গী মতুং, ২১ শুবা চহীচাগী অহানবা দিকেট অসিগী মনুংদা মণিপুরী ৱারীমচাগী ঈহৌ অসি ইঙা ইঙেনগী ঈচেলগা পাংখক ওইরক্লে। নৌনা জেনর অসিদা খোঙ থাংজিল্লকপা অদুগা ৱারীমচাগী লাইরিক ফোঙদুনা শক তাক্লবা হোৎনরক্লিবা অইবা অইবী কয়া চোংথোরক্লে। মখোয়গী খোর্জেদগী মণিপুরী ৱারীমচাগী অনৌবা সংসার অমা শাগৎনবা লাক্লরি। ঙসিগী সধারন মীয়াম্না খ্বাইদগী পাম্না লৌনবা পোখোকসু ৱারীমচানি। মণিপুরগী লৈহাওদা খ্বাইদগী চান্নবা পোখোকসু

শিংজমৈ, ইম্ফাল
তাং ৭/৮/২০০৯

ডা শরতচন্দ্র লোঙজোম্বা
ভাইস প্রসিদেন্ট
মণিপুরী শোর্ট স্তোরি সোসাইতি, ইন্দিয়া

# য়াওফম

# দিমান্দ লেটর

খুমন্থেম প্রকাশ



*খুমন্থেম প্রকাশ খৃষ্টকী কুম ১৯৩০ গী মার্চকী তাং ২৭ তা ইম্ফালগী শগোলবন্দ মৈনো লৈরক্তা খুমন্থেম কাওমচা অমদি নিলমণিগী ইতোন তোনবা মচানুপা ওইনা তাইবংদা খোঙদারকখি। আকাশবাণি ইম্ফালদা স্তাফ আর্টিশ, জবাহরলাল নেহরু মণিপুর দান্স একাদেমীদা সেক্রেটরী অমদি দিরেক্তর ওইবিঙৈদা মণিপুরী জগোইগী ট্রুপ কয়া পুদুনা ইটালি, ফ্রান্স, য়ু কে, জরমনি, থাইলেন্দ, য়ু এস এস আর, সাউথ কোরিয়া, বাংলাদেশনচিংবা মালেমগী মফম কয়াদা ইনাক খুল্লবা মণিপুরগী কলচর কয়া শন্দোক্লুই। কলচরেল ফোরম মণিপুর, মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ অমদি রাইটর্স ফোরম ইম্ফালগী প্রসিদেন্ট মথং মথং ওইরম্মী। খাতু চেফোঙগী এদিটরসু ওইবম্মী। নেসনেল সাহিত্য একাদেমী মণিপুরী লেঙ্গুয়েজ এদভাইজরি বোর্দগী কনভেনরসু ওইরম্মী।*

*হৌজিক ফাওবদা ফোঙত্রবা লাইরিকশিংদি ১। ইচেগী শম (ৱারীমচা, ১৯৬৫), ২। মঙগী ঈশৈ (ৱাবীমচা, ১৯৮৪) অমদি ৩। ঈশৈ পরেং (ঈশৈ, ১৯৯৭) নি।*

*কোলেজ তম্লিঙৈদা ৱারী মচাগী চাংদানবা অমদা মাগী 'চা গ্লাস অমা' হায়বা ৱাৰী মচাদুদা অহানবা মনা ফংখি। অদুগা 'মঙগী ঈশৈ' হায়বা লাইরিক্তুদনা সাহিত্য একাদেমী এৱার্দ (১৯৮৬) ফংখি।*

সলাম অমুসনা লৌরুংশঙদা থবক তৌবনি । লমজাউতোংবদগীনি। মচীন ফত্তে হায়দুনা অমিন ক্বাকপা হায়রগা খঙনৈ। কুচু মুবদুদা ময়াম্না ক্বাক্লে চরোং হায়রগা ফাগী তৌনৈ মশাদি তাহন্দনা। মীনদি য়ামিন হায়বসি শেল য়াম্না থোকপা ফমনি হায়নরিবনি অদুবু মাদি ইফং ফংদে, ফংফম থোকপা মতাংদসু খৎনদুনা, শাউগৎনদুনা হেক্তা মতোকই। অদুনা লম ওনবা চৎপা ফঙবুনা মাবু ইরোয় লোয়ননীংদে। মাসু খঙঙি মখোয়না তৌরিবদু। মা লেম্না লৈথোকই, থৌশাকদে।

মাগী নুপী ইবেচাউবীদি দ্রো দ্রো লাউবদুনা লৈকাইনা নুংশি। মচা নুপী অহুমদি অমুসনানা থবক তৌবিঙৈদা লুহোংখিদুনা মচা নিঙোলগী কর্ম্ম তোন্দ্রে। লৈকাইনা ক্বাক্লে চবোংদি খুযা তুশিংনা পানখ্রে হায়নৈ। অদুবু অমুসনাদি মচানুপা, ইকোন কোন্না খেঙনা পোকচবা, মহৈ তম্বা লোইদ্রিবা অদুগীদমক য়াম্না ব্রাজবি। নুপা মতোমদা য়াওই হায়দুনা মপানা তোমথিন ঙানবা মিংথোনজে। মানা থবক্তগী পোখ্বাবকপা মতমদা ফংবা শেল, জি পি ফন্দ য়াওনা অতৈ ফংফম থোকপা পেনসনগী বিনিফিটশিং অদু পুল্লপ পূন্না লৌথোক্লগা, ইবেচাউবীগী সনা খবা লেপশিল্লগা লুপা লাখ মঙাদি মচানুপা তোমথিন ঙানবগী থবক লৈনবা, বেঙ্কদা মাগী নুপীফাওবা খঙহন্দনা থমজিল্লি। মযুম পুবদা য়াম্না লীক্লা, চেকশিন্না পানজে। মচানা মহৈ তম্বা লোইবগা থবক মচা অনদি শোযদনা ফংলনি হাযবগী আশাদা নুংঙাইজবি। অদুননি মমান্নবা অর্মদি লৈক ইনা ক্বাক্লে চবোং জূম জূম লাউবা হায়দুনা ঙাঙনবিবা।

নোংমদি পাখং মচা অমনা অযুক ঙন্তাদা যাম্না চেকশিন্না চিঠি অমা অমুসনানা শৃমাঙ ব্রাই শীংলিঙৈদা পীবম্মী। ব্রাই শীংপা লোইবগা, মখূৎ মশা হামদোক্লগা মাঙ্গোলদা য ক তিংথোক্তুনা ফমথে। মহৈ তমখ্রিবা মচাদুনা 'শেল থাবক্লবা ইবকপা ওইবিনি। কদাইদা লৈবা মমান্নবনো হাযবদুসু হংহৌদ্রেদো' খল্লদুনা চিঠি অদু তপ্না হাংদোক্তুনা পাকবদা, 'ঙসিদগী নুমিৎ তবানিগী মনুংদা লুপা লাখ মঙা পীগদবনি। শোয়বা য়াদে, শোয়ববদি অহকপা চৈবাক . . . ।'

ইবেচাউবীনা চা পুথোক্লকই। পাবা লোইদ্রিবা চিঠিদু অমুসনানা ফক মখাদা শৎ লোংশিল্লগা খল্লি, "ঐগী লুপা লাখ মঙা লৈ হাযবসি খঙদুনা ঐবু লক্লবিববা নৎএগা নহাবোলগী অশেংবা দিমান্দ ওইবিদবা? লক্লবা ওইবগদি ফবে, নত্তদুনা নহাবোলগী অশেংবা দিমান্দ ওইবন্নবদি ব্রা চমথোক্লবা তাই, ঙাঙনবা তাই। অমবু ওইবে অমবু ওইবে লুবিবদি ঐগী পৈশা বেঙ্কতা লৈ হাযবসি মখোয়না কবম্না খঙলিবা? ."

অসুম্না মানা ব্রাখলদা উংদুনা লৈবিঙৈদা ইবেচাউবীনা চাগী গ্লাসতু চামথোক্লবা লৌগে থোবকপদা, চাগকা থক্তবমখ উংদুনা লৈবম্বদুদা খংলাউ লাউবকই, "কৈদৌবগে চাদু ঈংলম্লনি তুমিন লৈবিদুবো?"

"ঐ চাগকা থক্লীংদ্রে, ওম্মোক্লা খোয়দৌ শাউগৎলে।"

"নোং ঙানবগা কৈদৌবগী শাউগৎকদৌবিবনো? চাদা তাইনবগা ফদৌবিব্রো? অমুক শাহল্লুখিগে," হাযদুনা অইংবা চাদু পুশিল্লগা ইমুংলোমদা চঙখ্রে।

বেঙ্কতা পৈশা থন্নিবসি বেঙ্ককী মীশিংদনি খঙলিবা। অদুনদি মখোয়না নহাবোল শাদুনা তৌবক্লিব্রা? ঐদি ঠিকাদাবসু নত্তে, দুকান্দবসু নত্তে, মন্ত্রী, এম এল এ সু নত্তে। থবক তৌবিঙৈদা শেল চাবসু তৌবক্তে। কান্নদে, তুমিন্না তোকখ্রবদি ফৈ, নৎত্রবদি ঐ তৌগে। হেবা ঐ তৌগে।"

অমুকসু শাউনা মখোল থোক্লা, "ঐ তৌগে" হায়রকপদুদা চা অমুক পুরক্লিবী ইবেচাউবীনা তারদুনা, "করিনো তৌগে হায়রিদুবো?"

অমুসনানা শাউনা, "নঙ' খঙপোৎ নত্তে।"

"করিগীনো ঐখোয়নীতা লৈমিন্নরিবা অসিদা ঐবু খঙহন্দ্রবদি কনাদা কৈদৌরুগে হায়রিনো?"

"নঙ য়াম্না খঙনীংব্রা?"

"খঙনীংই।"

"অদুদি খঙঙো। দিমান্দ লেটর। নুমিৎ তরানিগী মনুংদা লুপা লাখ মঙা পীয়ু হায়দুনা চিঠিসে পীরম্লিবা," হায়রগা ফক মখাদগী চিঠিদু ফৎ চিংথোক্লুনা উৎলি। ইবেচাউবী মথবাক য়ৈরদুনা, "অদুক য়াম্বা পৈশাদুদি ঐখোয়দি কদাইদগী? ইয়ুম ইংখোলসি পুল্লপ য়োল্লসু ফংলরোই। শিগৈজন কনাগী কাঙবুনো? অরৈবা মীদগী লৌবদু তমদুনা ঐখোয়দা হায়বক্লিবা ? অসুক কুইবসি ইংখোলদা হৌবা শৌগ্রীগা মুকাঙাগদা চারিবা ইমুংসিদবো?"

অমুসনাদো মাগী নুপীনা লৈতবা উৎতুনা মাবু য়াম্না হন্থনা খল্লমাল্লে খল্লদুনা খংশাউ শাউরকই, "ঐগী পৈশা লৈ খঙদুনা তৌরকইবনে।"

"নঙদি কদাইদগী পৈশা?"

"দ্রো লাউবী নঙনা খঙলবদি নহান্না লৈকাই শরা শল্লরোইদ্রো?"

ইবেচাউবী থথা নত্তে । মব্রাদুদা ওনশিন্দুনা, " লৈমিন্নরিবা ঐ ফাওবা খঙহন্দনা লোৎপগী লাই ব্রারকনে।"

অমুসনা অমুক্তা হেন্না শাউরকই, "কনাগী লাই? করি লাই? কাওখায়গেনে।"

ইবেচাউবীনা হন্থরদুনা, "এ! এ! হায়বিনু হায়বিনু। লাইগা শীংনবা হৌনদে। ঐ করিমত্তা হায়জররোই। তৌবদবু অদুক য়াম্বা শেনফমদু কদাইদগীনো খঙনীংদুনা হায়জবনি।"

"ইমান্নবশিংনা থক্লিবা, চাবিবদু অমতা যাওদনা ইচাগী থবক অমতং লৈনবা তুংশিনজবা শেনফম্লে। বেঙ্কতা থম্বনি। বেঙ্কগী মীগা মান্নরগা তৌবা নত্তনা কনাসু খঙলোই। মসি ঐ লেম্না থারোই। ঐ কনান্দসু মীনম শোরি তৌখিদ্রি।"

মখোয় অনীমক তুমিন লৈনৈ। হায় শাবা হায়দুনি, চেক চেকশিল্লক্লবা কান্দা মতৈ মনাও তানদনা কনাগা তানরুনি?

হপ্তামুক লৈরগা নোংমা অমুসনানা তৃমবা হৌগৎলকপদা থোঙজিন্দা চিঠি অমা অমুক থেৎলম্লে। মরোলদি, 'হায়নখিবা মতম য়ৌরক্লে। করম'কান্দা পীদোইনো হায়বদু মফম অমসুং নুমিৎ ফোন নম্বর অসিদা খঙহল্লকউ। শোয়ববদি নয়ূম পৃমতোয তোইজনি। পুলিসতা তাক্লে হেক খল্লবা, নঙ লোইরে খঙলো।' মখাদা ফোন নম্বব অমা ইরি।

নুমিৎ মঙা তরুক্কি অসি অহীং তূম্বা য়াবক্তবনি অমুসনাদো। অদুবু হৌজিক্তি কিবম্বদগী অশাওবরোমদা ওনশিল্লক্কে, "লাক্ত লাকসনু, ঐনা শিবরা মখোয়না শিববা ? অমদি হেক্তা কোন্নরগে," হায়দুনা চপ য়ুংখ্রে।

মচীন শেংদোক্লগা চা-নুং থক্লগা ইবেচাউবীদা লুপা চাম্মা পুথোক্তুনা পীরগা হায়, "ঙা অতেকপা খরা লৈক অদুগা য়োৎখোক ফজবা অমগা লৈরকউ।"

"ঙাবুদি ঐসু চানীংবা কুইরবনি। অদে. য়োৎখোক্তুনা কৈদৌনবা?"

" হৈমা, তুকা অমুক থিদুনা লৈরে। "

"মহোয় বাজি, মীনা হায়নরিবা, নহারোলনা লুপা লাখ অমা পীমু হায়রকপদা হায়জবগা লুপা লীশীং মঙাদং পীরবসু য়াই হায়নে। হায়বসু হায়বনি, ঐখোয়গীসু লুপা লীশীং কুন কুম্থ্রাদং পীথোকখিনবা ঙাঙনবা য়ারোইদরো? ঐ হায়নরুগেমে।"

"ইচাগী থবক্কী থল্লিবা শেনফমদো পৈশা অমা ফাও কায়দোকপা য়াদে। চৎলো নঙ্যা লৈগদবদো লৈকুরো।"

"মীনা ঙাঙনবা ঙম্বা পোৎ নত্তে। হায়খ্রবদি শিখাঙ হেক্তো খাঙবনি। অহীং তূমদবা মখৈ মুক্ম মুক্ম শোন্দুনা লৈবদু য়েংবা ঙমদ্রদুনা হায়বনি," হায়রল্লগা চৎখ্রে ইবেচাউবী।

অশেংবনি অমুসনাদো মুক্ম মুক্ম শোল্লগা ফুক হৌগৎলি, হুনগৎ হুন্দা চৎলগা অমুক ফমথৈ। অঙাওবদগী হেন্না শাথিরবনি।

নুমিৎ তরানি হায়বদু শুখ্রে। অমুসনা পোখাফম খঙদ্রে। ঙসিদি নোংসু শূকহাং হাংদ্রে। নুংথিলদগী খাকপও লাউবও। তিন্না কূপ্পা য়ূমদা নোং কন্না চুবসিদি ইমুংদা ফম্মিন্নবগা ব্বারী শানবা ফাওবা কন্না লাউনদ্রবদি তানদে। সন্ধা য়াচঙবা কুইদ্রি। ইবেচাউবী চাক থোংবা হৌখ্রে। মপান্দদি মম্বনসু শুক শুরে। নোংদি লেপ্পা লৈতনা হৈথবি। নোং অমুক'মুক খাক্লকপদা খংপ্রেক খংপ্রেক খংই। তাঞ্জাসিদা থোঙদা দঙ দঙ থীল্লকপগী মখোল তাবকই। অমুসনা খোঙফম চেৎনা হৌগৎলি। লুখুমদগী য়োৎখোক অদু চেৎনা পায়। ঙসিদি শিবা হিংবগী লানফম্মি . . . । "থোঙ হাংঙু" হায়বগী মখোলসু তাবগুম তৌই । নোং কন্না কন্না খাকপদুদা ময়েক শেংনা তাবা ঙমদে। মখা তানা থোঙ কন্না থীল্লকপদুদা অমুসনাদু মশা পুম্নমক থক থক নীকখ্রে। থোঙদু খংহাং হাংদোক্লগা মপান্দা লেপ্লল্লিবা মীশক্তুগী লৱাইদুদা মাগী য়োৎখোক্তুনা অরোইবীদা কন্থখ্রে। মীদু 'ইমা' হাযনা খংলাউ লাউরল্লগা অদুম পদ্রাক তাখ্রে। অমুসনা, অতৈ লোয়নরকপা য়াওববা হায়দুনা কোয়য়েং য়েংই। কনাসু উদ্রে।

"তস কমদৌই?" হায়দুনা কল্লকপেন্না লাউরগা ইমুংদা হোৎচিনখিদুনা চাকখুমদগী লালটেন্দু তাপ পায়রগা, "ইবেচাউবী," হায়রল্লগা মপান্দা অমুক চেম্থোরকই। মাগী নুংতিগা মান্নদবা মতৌদুদা ইবেচাউবীদু পাখৎপোই করিবোই মতুং প্রপ প্রপ ইন্নরকই ।

লালটেন মঙান্দুদা তুরিবদু উরুরগা অমুসনাদি মমিৎ নোংথক্তা য়েংলগা মরোল থোক্তনা চপ লেপ্লগা অদুম লৈখ্রে।

“হৈমা! ইমাগী ইবুংঙো । লোইরেদনা ইমাদি,” হায়দুনা কোন্দুনা ও খোংবমখৈ লাউ খোংদুনা কপ্লম্বদগী লৈমায়দা থরো থরো ওনখ্রে। য়ুমথংনবশিংনা হোৎচিন্নরক্তুনা লায়কন্নরি। খরনা ডাক্তরদা পুনবা শেম শাখ্রে। অমুসনা মরোল থোক্তনা উচুপ য়ুংবদৌনা লেপ্লি।

# নোংমল্লবা লৈঙাঙ তুরেলগী ঈরোম্মুংদা

লাইতোনজম নীলমণি



*লাইতোনজম নীলমণি সিংহ খৃ: কুম ১৯৪০ গী জনুয়ারীগী তাং ১৪দা তম্ফাজাউ অমদি তিঙ্গোংলৈমা দেবী অনীগী মপাবি ওইনা অসামগী কছার জিলাগী ৱাপোকপী খুন্দা পোকখি। মতুংদা নগাউ জিলাগী গৌরনগরদা যুম হোংলকই। বেলৱেদা সুপবিন্তেন্দেন্ট ওইবম্বদগী পোথাদুনা হৌজিক হৌজিক্লা সাউথ হীল কোলোনি লমদিংদা লৈরি। ব্রহ্মপুত্রা তম্পাক্কী মণিপুবী সাহিত্যগী মপানি। মণিপুবী সাহিত্য পবিষদ, অসামগী ভাইস প্রসিদেন্ট ওইবি। অতৈ শম্লবিবা সংস্থানশিংদি নিখিল ভাবত বঙ্গ সাহিত্য সনমেলনিগী লাইফ মেম্বব, সংস্থান অসিমক্কী লমদিং মশাগী হান্না প্রসিদেন্ট ওইবম্মী; পান মবিপুবী লিটবেবি ফোবম, হোজাইগী কনভেনব ওইবি।*

*মণিপুবী, অসামী অমদি বেঙ্গলি লোল অহুমদা ইবিবা অইবা অসি হৌজিক ফাওবদা শৈবেং, ৱাবীমচা, নোভেলনচিংবগী লাইরিক কুন হেন্না ফোঙব্রে।*

*ফংখ্রবা মনা মথুমশিংদি ১। মণিপুরী সাহিত্য পবিষদ, লক্কানা ইকাই খুম্নবিবা (১৯৮৫), ২। এল চুবা মেমোবিএ গোল্ড মেদল (১৯৮৯), ৩। পুর্বসা সাহিতা গুষ্টি, গুৱাহাতিগী শৈবেং কুনগী চাংদম্নবদা অহানবা মনা (১৯৯৫), ৪। মণিপুবী সাহিত্য পরিষদ অসামগী সাহিত্য ভূষণ (১৯৯৫), ৫। খাইদেম নিংথৌ মেমোরিএল কেস এৱার্দ (১৯৯৫), ৬। বিষ্ণু জুঅতি সোৱারাণী সমিতি লমদিং, ওল নগাউ দিষ্ট্রিক ছাত্র সংস্থানঅমদি অচালিক ছাত্র সংস্থান লমদিংনা ইকাই খুম্নবিবা (২০০০), ৭। অসাম সরকাবগী লিটরেবি এৱার্দ (২০০৭) অমসুং লিটবেরি পেন্সন, ৮। মণিপুবী সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফালগী সাহিত্য ভূষণ।*

পুন্সিগী ঈচেলনা ঘাটতা থাংবা কনাগুম্বগী হি, কনাগুম্বীনা ঈরৈদা পুশিন্দুনা শিনীং নানিংদ্রিবা থৱায়বু লমখাঙদা লূপশিন্দুনা থম্মী। পুন্সি সমুদ্র গী মপান নাইদে, শেক্তা তাদে।

বীরেন অমসুং বিমলা মীনোক চাউরবা সমাজশী কাচিন অমদা অখাঙ কনবা থম্মোয় পুদুনা মাঙ থানা হোনগৎলম্মী।

বিমলানা খল্লি, "নুংশিগনি খঙলিবা মীওইদুনা মীওইববু মতীক চানা থম্নগীদমক মাঙদা লেপ্পরিবা খুদোংথীববু মথন্তনা লাম্থেংনগদবদগী থম্মোয় শোক্লা ব্বারেপ্পা ঙম্লিবা মহাক অদুনা করিগুম্বদা ফংলমদ্রবদি অরেম্বনি।"

অদুনা বীরেনবু লায়রবনি খঙনা খঙনা অব্বা নুংঙাই খুদিংদা শরুক য়ারি, পুন্সিগী খোঙলোই ওইরি। পীক্লা মমা কায়নরবী বিমলা মপাগী মীৎয়েং খাদা, মচীনবান্দগী খোল্লাং মনম কোকখিদুনা যৌবনগী কল্লবা খোঙচৎ তমজখিবনি। মমা অতোম্বীগী ব্বারক ব্বাতেম কিবদগী নুংশিজরবা মপাবুসু লাপথোক্লবা হোৎনখিবনি। নুপীনা ময়ূম পানখ্রগা মপাম হায়বসি লৈফম নত্তে হায়বা কাউনদে।

বিমলা ইনাকখুনবা ইমুংদা পোল্লকপনি। অদুবু লনথুমশিংদু মশাগী নৎলমদবনা লায়রবগী নাক্তা শাইদাংলরে। নোংঙানবদগী ব্বানা নোম্লুবগা মপুরোইননা পুশিল্লক্লিবা খবদুনা লেন্ননবা হোৎনবম্মী। লৈকাই কনাগী থোঙজীন্দা থুম চরা অমগী থম্মোয় ময়েং তাহল্লমদে। মীওইবনা মশাগী লঙজরুবা পাপ কূপশিন্দুনা থম্নবগীদমক মালেমসিদা ওইদবা ঙাঙই। অদুবু বিমলাদি মদুদশীসু য়াম্না লাপথোকনা লৈখি।

বিমলাগী পুন্সি মতম্বাক্তা বীরেন্না নুংশিবা কব্রিনো খঙলি, নুপী ওইবীগী কল্লবা মিহুল মশক খঙলি অমদি খাঙবা ঙম্নী।

বীরেন অমসুং বিমলাগী প্রেম বসন্তগী নারক্তা শাৎপী লৈরাংগুম্না করিগুম্বদসু লৈনা কেনখিদ্রি। মখোয় অনীগী মমোন মশা খপ্তুনা পাইরিবা লঙজাগুম্না অতিয়াদা তাউদুনা লৈ য়াম্না ব্বাংনা। চৎনবীগী অফা অপূন পূম্বগী থম্মোয় অনীনা মনীং তম্না শান্নরি। তথোৎলবা চিম্বান্দা পক্লি মিনুংশি খঙলবা পূকচেল, থম্মোয়দা লোৎলি অখাঙ কনবগী মরীংজেন।

চাকরিগী কৈথেলদা মশাগী ওইবা তোপ তোপ্পা মগুণ লৈদুনসু মমল লৈরক্তুবনা থবক মচা অমা পায়গদবসু বীরেনগী মপুন্সিদা য়াম্না খুদোং চারমদে। বি এ গী সার্টিফিকেট অদু য়েংলগা মশা মথন্তবু তৃক্কচ পোল্লকই।

মমা অমা ওইহনবসি নুপী ওইবীগী চাউরবা লায়থুং অমা কোকহনবনি। বিমলাগী অশোনবা ব্বাখল অদু মনীং থুংখ্রে। চরা কয়া হেল্লবসু নুপী ওইবীনা মতম্বাক্তা মচা অমা পমজবা ঙম্নবদি নুংঙাইবগী ঙমখৈ লৈত্রে।

পুন্সিগী মঙলান ওইরম্বদগী হকথেঙননা ফংখ্রবা, অহীং কয়াদগী নিজরগা ফংলক্লবা মঙতাক্লি, লন্নি। ব্বানা থবক শূরুবসু মচাগী মায়থোঙ নুংশিবদো য়েংজরগা অব্বা অনা কাউথোকপা ঙম্লি।

অসুম্না হৌখিদুনা অমতা ঙায়জরিবা মচানুপা সনাথোই অহুমশুবা থাক্নী লাইরিক তম্লক্লে। তাঞ্জা অদুমক্তদা বীরেন ইখঙ খঙহৌদনা নারক্লে। নুংশিরবা মতূ

মচা কাওথোক্লম্লগা পুখিগদবগী হোৎনরক্লে নোংদম্বনা নোংথৌ লৈবাক্তা ।

বিমলানা হীদাক পীজগদবগী লৌথোকপা চঙখ্রিঙৈদা পাঙলক্লরোইদৌবা মমিং অনীদু উইশিনখ্রে। থম্মোয় শোক্লবা খোঞ্জেলনা পৃথ্বি ফূকে থৌরাংবগুম চিং চিংদুনা তেংথারকই। নহানমখৈ চাদা থক্তবসু মপুরোইবনা মনাক্তা লৈবনিনা শিরোই নারোইদৌবোই খল্লম্বী বিমলা, ঙসিদি কায়খ্রবা মথম্মোয় পুদুনা ফদি ফরা মরক্তা য়াওল্লক্লে। চাগনি থক্কনি খঙলক্তরে।

মশা নামা তেকখ্রবী উচেক্কুল্লবী বিমলা মপানা ময়মদা পুগদবগী থেল্লকপদা ঙমখিদবে। থোক্লা থোক্লবনি হায়দুনা অদুম হনখ্রে। নুংশিসবা মশৃগী 'পুবোক' হায়না কৌবা খোঞ্জেল অদুতংদি থব্বায়গী শিদ হীদাক ওইনবা লোৎলগা পুখি। পাঙ্গল অমসুং লন্না তাইবংগী অশেংবা থম্মোয় লৈবা ফংদে হায়বদু মচানুপী বিমলাদগী তমদুনা খঙখ্রে।

মরাইবক থীরবী বিমলা, নুংশিবগী শাক্তি ওইনা থল্লম্লিবা মচানুপা সনাথোইবু অরেম্বদা মাঙহন্নীংদবনা লাইরিক তম্বা তোকহন্দ্রি।

নোংমা নোংমা হৌখিদুনা সনাথোই মঙাশুবা ক্লাস তল্লে। বিমলাগী ফীভমসু অদুক্কী মতীক খুদোং লেরক্তরে। মীগী লৌ খূলঙ কৃমদুনা, মীগী য়ূম য়ূমদা চত্তুনা থবক শৃব্বগা ফংলকপা খরদুনা হিংননবগী পাম্বৈ ওইরক্লে। অসি য়ৌনা ব্বারবসু মপানা হাযবদুদি হৌজিক ফাওবা ইনগে খন্দ্রি।

বিধিগী নোংদমখোন কনানসু খঙদে। চরা কয়া হেন্দুনসু মচাগীদমক ব্রাজরবী বিমলা, মশা ঙম্লক্তুদুনা শেন তাল্লুবা ঙমশিল্লক্ত্রে । মচাদুবুসু পীজন্নীংঙাই লৈশিল্লক্তরে। চবা নাম্মা চাবা ফংলিঙৈদদি হরাও হরাও মমাগী য়াথং ইন্দুনা লাইরিক তম্বা চৎচবম্বনি সনাথোই। অদুবু চরা অনীমক তূনা চাবা ফংলক্ত্রবদুদাদি মশাদু শোম্থিদুনা লাইবিক তম্বা চৎলু হায়বা য়াদ্রে ।

বিমলানা থেমদুনা নৌদুনা মচাদু স্কুল চৎহন্নবা হোৎনবদা য়ারক্তুদুনা ফৃগদবগী ধপ তৌবক্লবদা কিনা মশিত্তগী শিন্থরকপা মপি খবদু ফূরীৎকী মচি অমনা তৈথোক্লগা লাইরিক নাকন্দা য়েঙ্গুনা চৎখ্রে।

মচাগী মতুং ইন্নরকপা বিমলা, থোঙ্গাল ফাওবা মতুং ইন্নরগা চৎখ্রিবা মচাদুবু মতুংদগী মপি তরং তরং তানা য়েংজরি। নুংতিগীদি সনাথোই, মতুংদা লৈহৌরিবী মমাবু তুং হন্না য়েংদুনা হেক হেক চৎপনি। অদুবু ঙসিদি অমুকফাও মমায় লয়শিল্লগা য়েংলমদনা তুরোই ঙাল্লোই অদুম চৎখ্রে। লম্বীগী থেকচিনবদা চঙখিদুনা উরক্তবদা বিমলা ময়ূমদা চঙলক্লে। পুঙমদ্রবা থম্মোয়দু পুদুনা হৌরেল মচানা হল্লকপদা চাক চখোম অমতা ওইরবসু পীজবা ঙম্লবা, অকন অরিং শীংদুনা লৈকাইদা থবক শৃবা চৎখ্রে।

সনাথোই হাইরং হাইবং লাক্তুনা লাইরিক তম্ফম শঙ য়ৌরকপদা লাইরিক

তম্বা হৌনরম্লে। থেঙনা স্কুল কারকপগী চৈরাক কনবা ওজাদুগী চৈনা ফূবদা চৈদোন্না খেৎখিদুনা মল্লবা ফূরীত্তুসু শেগায়রে।

হুমাং অনম্বী কারবা সনাথোই য়াম্না ব্রানা তপ্পি তপ্পি চঙলক্তুনা অহাংবা ফান মচি অমদা চঙলগা ফম্লে। ডেক্সতা মরাইবক ঙারগা নোম্থদুনা লৈম্লে। মমান্নবা ছাত্রশিংদুনা কপলিবোই খন্দুনা করিসু হায়রুদে ।

সনাথোইনা তৌরিবা মওংদু ওজাদুনা খঙলক্লে । সনাথোই হৌজিক ফাওবা লাইরিক ফাক্তোক্লমদ্রি। ছাত্র অমদা পারা পাহল্লম্বদগী সনাথোইদা পানবা হায়রকই। অদুবু সনাথোই করিসু থৌশাদনা মরু লূকথদুনা অদুম লৈরি। মাগী মওংদুদা সনাথোইনা ওজাদুবু উশিত্তদুনা তৌরিবনি হায়দুনা চাং য়েংলকপনি। অয়ুক্তগী লাউ খোংদুনা ছাত্রশিং লাইরিক তাক্লক্লবসু তাবিনীংদ্রবা ছাত্রনা মতাবিখিদ্রবদা ওজাদো ফত্তবা শীংদা চল্লক্তুনা শাউরক্লমাল্লে । সনাথোইগী লুমাংগী মশমদু পায়রগা খংচিং চিংখৎলুবদা লেকথরগা ফানখাদা তাখ্রে । ওজাদু খংকি কিরক্তুনা ওজা হেদ মস্তব অমদি অতৈ ওজাশিংদা তাক্লরগা সনাথোইবু হোসপিতালদা পুখৎলে । অদুবু ডাক্তরনা য়েংবদা সনাথোইগী মথ্বায়দুদি হান্ননা মশাদগী নাম্বোক্তুনা চৎখিবম্লে।

অসুক কুইনা ব্রায়েল পীদুনতা লাক্লবা ওজাদু ঙসিদি চপ চানা মায়থীরে। মীহাৎপনিসু হায়নবা য়াওরক্লে। মমাগী অকনবা য়াথং লৈখা তাহন্নীংদদুনা ফীগাও য়াদুনা পুরক্লিবা সনাথোইনা মরাল লৈজদ্রবা ওজাদুবুসু খুদি থীহল্লম্লে ।

বিমলা মশম মনা ইপা ফা, হাইরং হাইবং অঙাওবীগুম চেল্লক্লে। উতৃপকুম তারিবা ঈ থাংদ্রবা অদুবু মশাদি ফোঙ ফোঙ শারিবা অশিবা মচাদু ব্রাখিনি মতাগুম তপ্পা মতম্বাক্তো কোনখৎপিরকই । চিংনা চিংনা য়েংলগা হন্না হন্না মকোক্তগী নাম্থবিরকই।

চেল্লকপগী শ্বর থবেৎ থবেৎপা খোঞ্জেলগা লোয়ননা মচাবু নুংশিনা হৌদোক্লকই, “ইমাগী ইবুংঙো। হৌগৎলো, য়ূমদা চৎলসি ইমাগা ' নঙগীদমক্তা ইমানা চাক থোংদুনা থম্লম্লবনি। চারুরসি। হৌগৎলো। স্কুল চৎখিবা নঙনা মফমসিদা করিগী তূমদুনা লৈরম্লিবা? ইচাদি চরা তরুক্লক শুরবনি চাখিদবা। ইচা ব্রারম্লনি । অদুম্না তূমদুনা লৈরগা চাক লাম্বা ফগদবা নত্তে । ওজাশিংসু ননাক্তা লেপ্তুনা য়েংলিসে ইকাইদরা? হৌগৎলো, থেঙলে । হয়েংমখৈ নঙনা চাক লামদুনা স্কুল চৎপা ঙমদবদা চত্তবা য়ারোই হায়না ইমানা ফূবরোইয়ে। চৈসু চৈবরোইয়ে। ঙসাই নঙনা স্কুল কাবা ঙম্লোই হায়খিবদু নঙদি তূম্মীংদুনা তৌরম্লিবোইরে? ইমানদি খঙদবনিনা লাইবিক তম্বা চৎহৌদ্রগা শোখহৌরনি খন্দুনা ফূরগা নঙবু স্কুল চৎহনখিবনি। অদুক য়াম্না তূম্মীংলদি নঙদি ওজাদা হায়রগা লাকপা য়াদবা? ওজা হায়বদুদি মপাগী পাংখাক্লি। থেঙখ্রনি, ওইনরনুসে। নমীৎ শিংলো, হৌগৎলো। নঙ লাক্লগা পূন্না চামিন্ননবনি হায়দুনা ইমানা চাক লোইরম্লবনে।”

বিমলানা মচাবু হন্না হন্না চৃপ্তুনা মথাদা কোনশিল্লকই। অদুক য়াম্না কৌবা ঙাঙবদুদা মতাবক্তবদুদদি বিমলা মিপাইরক্লে। ওনখৎলিবা মচাগী মমিৎ অনীদু নাম্থবিদুনা খুমজিনবিরে। মশাদা মথ্বায় য়াওদ্রে খঙলক্লবদা তেংথারক্লে, "ইমাগী ইবুংঙো, নঙ মতুং ইমানা স্কুল নমদুনা চৎহল্লবোইয়ে। ইচানা চাক লাম্লে, চা চাগে হাযদুনা কপখিবদো, ইমানা চাক লোইবম্লে। চারু লাক্লো।"

কপ্লম্বদগী বিমলা ঋাম্থদুনা লৈমায়দা শাংদ্রোংননা তুথরক্লে।

# ঈশৈ অমনা মৃৎখিবা

এন ধনঞ্জয় সিংহ



*নাউরোইবম ধনঞ্জয় সিংহ খৃষ্টকী কুম ১৯৪০ গী ওক্তোবর থাদা নাউরোইবম মাঙ্গোলজাউ সিংহ অমদি নাউরোইবম ওংবী ইমাপীশক দেবী অনীগী মপারি ওইনা আসামগী হাইলাকান্দি দিষ্ট্রিক্টী জারিবনগী লৈহৌপোকপীদা তাইবংদা খোঙদারকখি। হৌজিক হৌজিক মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, আসামগী ভাইস প্রসিদেন্ট ওইরি।*

*অইবসিগী ফোঙথ্রবা লাইরিকশিংদি, ৱারীমচাদা ১। অসুম য়েংখিবদা, ২। ঈংনা চীক্লা চেল্লি কাটাখাল ; শৈরেংদা ৩। মল্ল মল্ল লৈনুংশি অমসুং ৪। লমশোইবীগী লময়াইদা ; লমকোই ৱারীদা ৫। ইন্দ্রপ্রস্থদা খরনিদং ; হন্দোকপদা ৬। বনফুলগী বাংলা ৱারী নাচোম, ৭। আশাপূর্না দেবীগী বাংলা ৱারী নাচোম অমদি ৮। মৌপাসাগী হন্দোকপবা ৱারীমচা খরনি। অদুগা আসাম সরকারগী মখাদা তম্না লাইরিক ওইনা কম্পাইল তৌখিবনা ৱাখলগী নাচোম* (VII) অমদি সাহিত্য নাচোম IX & X নি।

অইবসি আসাম সাহিত্য পরিষদনা 'সাহিত্য ভূষণ' উপাধি পীদুনা ইকাইখুম্নখ্রে। অদুগা দলিট সাহিত্য একাদেমিনা পীবা অম্বেদকর ফেলোসিপসু ফংখ্রে।

"ধনঞ্জয় বাবু চৈনাখোল অসি খাঙবদা ওম্থোক্লা ৱারেদা। ঙসি ফাওবা ঐ তৃপ্তম চাফম খঙদ্রে, নুংঙাইফম খঙদ্রে। চৎলে নীংশিংই, চারে নীংশিংই, ইদোম তুমিন লৈবা মতমদনা হেন্না নীংশিংই। চৈনা অসি পান্দ্রিবা মীনা য়ৌনা খঙবা ঙমগনি হায়বা ঐ থাজদে। মহাক্লা হায়রম্বা ৱাহৈ খরদু ঙসি ফাওবা কাউবা ঙমদে। ওম্থোক্লা নীংঙমখিদ্রেদা ইচাদো।"

মী উখিনি মতাগুম্ শিম্মুর্ৱাক্লিবা মমীৎকী পি অদু লোন্না তৈথোকচৈ, মচা কায়নথ্রবা মপা অদুনা। চহী হুম্ফুতরা শুরকপগী কোপশিল্লবা চায়রাং অদু খরগা

হেন্না কোপশিনখ্রে।

চহী ৩৪ হাইযাব সেকেন্দবী স্কুল অমদা পূন্না ওজা ওইমিন্নবক্কবা কালিমোহোন বাবুনা ঐবু যেংলগা মমিংতগী তাবক্লিবা অশাবা পিবাংদু তৈথোক তৈথোক্লা, মাগী অমতা ঙায়জববা, বি এস সি ফাইনেল ইয়াব কাজববা, মচানিপাদুনা মনুং মতম চাদনা লৌখদবগী ব্রাবী অদু লীবকই, "ঐগী কাযবব থম্মোয়গী পাউদমসে লীথোক্লগা হ[illegible]ভুং য়াংগদ্রা যন্দুনা উনবসিদা লীজবনি। অদোম্না ঐগী অ[illegible] খবা খঙবিবা ঙমগনি নীংদুনা।"

ঐন মচা কায়নববা মপাদুদা ওনশিল্লগা, "কালিবাবু, হেঞ্জিন্নসু পঙখন হনবিকনদা। পূম্নমকসি তাইবংপানবগী হৌনবীনি, পোকপু পোক্লবদি অমুক শিবা হাযবাসদি [illegible]যদ্রবনি," হাযদুনা থেমজিন্নবা হোৎনৈ পোত্থাফম খঙদ্রবা মপাদুসু।

অহাংবদা মহাক্লা হংলকখি "বাবা, পং কযা তাববগে?"

ঐনা [illegible] যেংদুনা খুমা , "নোংযাই [illegible]তুং পূং অনী তাবে।"

"নোংঙাং গদবাসবু কযাম গ্রাংবালগে?" হাযবগা নুংশা শ্বব মপী অমা শাংনা হোন্দোকখি।

"[illegible] অনী মখাযবোমতনক ঙাযবে। মবি মখাযদদি নোং ঙাল্লনি। কবিগীনো [illegible]না হংলিবাসবো? নশা ঙমদ্রববনে?" চিংনবপ তৌনা ঐনা হংখিবনি।

"কবিম তৌদেদা। অদুম [illegible]পুনা লেবসে নুংঙাইবক্তে। হায়দুনা সুম হংবনি।" মাগী মশা নুংঙাইবাক্রবদু ঐপোন্দা লোৎশিল্লগা খুম্লকপনি।

ঐনা মমা হৌদোক্লে, "মমা, বজতসে মশা নুংঙাইত্রমাল্লে। অমুক্তা হৌগৎলু।"

মমাদ অফিং অফাই ওইনা হৌগৎলগা মচাগী মনাক্তা চঙখি।

"বজত, বজতকুমার, নচবু নশা নুংঙাইত্রববনে ইবুংঙো?"

"ইমা, ঐ কবিসু তৌদেদা । ফমুংদা নুমিৎচূপ্পা লৈবসে নুংঙাইবক্রদুনা নোংঙানগদবা কযাম বাংলিবগে হাযনা হংবনি। কৈসু নুংশা থীকনুদা ইমা," মমাগী মফমদসু মাগী মশা নুংঙাইবক্রিবা অশেংবদু খঙহন্দনা খুম্লকপনি বজতনা।

মচাগী অনাবগী লাইশক লাইওং খঙলবী মমানা হায, "নুংঙাইত্রগা ইমাদা হাযযো।"

"ইমা ঐ কবিসু তৌদে। বাবা তাখিনি। বাবা তাবগদি অমুক টেনসন হেনগৎলনি। অহল ওইবে হাযদুনা থবক্তগী পোত্থাববা বাবাসে ঙাইহাক্তা তূমজখিসনু, নোং ঙনবা ফাওবদদি ঐ হোৎনবদা বাবাসে ব্রাজববনি ।"

ওস্থোক্লা জ্ঞান লৈনা পাউমেল্লকই মচাদুনা মিপাইববী মমাদুগী মফমদা । অদুবু

মমাদুনা মখা তানা তকশিনখি, "অদুবু ইমাদদি হায়য়ু হায়বা, ইমাগী ইবুংঙো। নঙবু নশা য়াম্না নুংঙাইত্রবরো?"

"হায়গনি ইমা, ঐ নফমদা শোয়দনা হায়গনি," হায়রগা ঙাইহাক তুমিন্না লৈরুরগা অমুক মখা তারকই, "ইমা, নহানমখৈ হকচাং নুংঙাইরক্তদি ইমাগা বাবাগদা হেক্তা তাক্লনে? অদুগা ইমানা করিগীনো অদুক য়াম্না নুংশা থীরিবা?"

"নঙবু পরিক্ষা থাগদবা পেপর অমতা ঙায়রে হায়বদাইনে?"

"উম! ইমা, পেপরসিমত্তদি লোইশিন্নীংই। নুমিৎ হুম্নিখক্তং ঙায়রবসিদা," হায়দুনা মরৌ লৈনা খুল্লকই।

হন্দক্কী মচাগী 'নুমিৎ হুম্নিখক্তং ঙায়রবসিদা' হায়বা ৱাহৈদুদা মমাদু থোইনা হেন্না চিংনরকই। থেমজিন্দুনা হায়রুই, "অদুম্না পক্লিং পীকথবা ৱখল পঙখন খল্লনুদা । ইচাসিদি মরাইনা ফজখিনি।"

"অদুবু ইমা, " হায়রগা করিগুম্বা অমা হায়গে তৌবম্লগা করি খল্লক্লবনো খঙদে অদুম তোকখ্রে । মাগী মতৌদুদা মমানা হেন্না চিংননা য়েংলকপদুদা নাথৈরগা হান্নগী ৱাহংদুমক অমক হংলকই, "নোং ঙানগদবসিবু কয়াম ৱাৎলিবগে?"

নোং ঙাল্লগা করি তৌগে খল্লিবা নৎত্রগা করি মরম লৈদুনা ৱাসংসি হঞ্জিন হঞ্জিন হংলিবা? মদুগী মরমদি খক হায়দোক্তে মমাদা ।

"নশা য়াম্না নুংঙাইত্রবরনে নঙবো?" হায়না হংবা নত্তনা মখা তানা খল্লুদে। মমা মচা অনীমক ঈরাং ইচুদা খঙনবগুম তৌই।

অসুম্না ৱারী শান্ন-শান্না মমা মচা অনী নোংঙানবা ঙাইরি।

ৱারীগী মরক থৎলদুনা মমানা হায়, "নঙগী পরিক্ষা হেক লোইবগা ভেলুরদা চেক অপকী চৎননবা নঙগী বাবাগা ঐগনা থৌরাং তৌবা লোইরবনি । নঙগী পরিক্ষাসিতবু লোইবা ঙাইরিবনি।"

"ইমা, বাবাসি ঐগীদমক হোৎনবদা ওন্থোক্লা ৱাবে। ঐগী লাইরিক লাইশু তম্বগী খরচক্কী মথক্তা অমুক ঐবু লায়েংনবা শেন থুম লাঙবদা পোখ্নাফম খঙদ্রে। থবক্তগী পোখ্নারে হায়দুনা মতম খরদং খূয়া তুশিৎনা হিংজগদবদা ঐনা ওন্থোক্ল ৱাহল্লে।"

"ইমাগী ইবুংঙো, অদুম্না খলহৈদে। মমা মপা ওইবশিংনা হিংলিবসে মচাশিংগীদমক্তনে। মচা নারগবু মমা মপানা লায়েংদে হায়ব্রনে?"

"ইমা, বাবাসে ৱাখলগী পোৎলুম্না মখোঙ থাংবা থোক্লে।"

"নঙদি করম্না খঙলিবা?"

"ঐ লায়েংনবা ভেলুরদা অহানবা চৎপগী খোঙচত্তুদা বাবাগী পেনসনগী

মথক্তা লোন লৌদুনা চৎখিদনা। লোন অদু থা থা খূদিংগী ইন্সটোলমেন্টতা ককথহৌরবনিনা হৌজিক ইমাখোয়না ইমুং মনুং পুবদা ৱারিদু ঐসু খঙই ।”

“নঙনা অদূ য়ৌনা করিসু খঞ্জিনবিরুনু । ঐখোয়না থোকপা ঙম্নবা অদুম শীল্লিদনা। সে ইমাগা ৱারী শানা শানা ঙাইহাক তূম্নবা তৌসি । অদুদগীদি নোং অদুম ঙানজরনি। ”

“ইমা, হুম্নিতমক ঙায়রেকো ঐগী পরিক্ষা লোইগদবা।”

অথাবা পর্দা অমতনা খায়দোকপা কানিনা মমা মচাগী ৱারীদু ময়েক শেংনা লোইনা তায়। অদুনা ফমুংদুদা হীপচরবসু তূমথবা য়াদদুনা শোরি পারি পঙখন খল্লুবদা টেনসন হেনগৎলকই । ভেলুরগী ডাক্তরদুনা হায়রকপা ৱাশিংদু নীংশিংলকই। ৱাফমদু কনাদসু হায়দোকখিদবনি। মমাদা ফাওবা খঙহনখিদবনি। ঐনা খঙহনখিবা হায়ববু ‘থা অহুম শুরকপগীদুদা ভেলুরদা অমুক পুগদবনি’ অসিখক্তনি।

‘ডাক্তরনা থোইদোক্লা লুনা হায়রক্তে । হীদাকশিং চাং নাইনা চারগা অদুম ফজখিনি’ হায়বদুদা ইচানা ঐগী ৱাফমদুদা য়াম্না থাজনা হল্লকখিবনি। অদুনা মাগী বি এস সি গী ফাইনেল পরিক্ষা পাস তৌদবা য়াদে খন্দুনা তূম্না চাবা খঙদনা লাইরিক পাখিবনি।

ভেলুবগী খৃষ্টিয়াম মেদিকেল কোলেজকী ৱার্দনি। ঐ ইচাগী সেবা তৌবিঙে এতেন্দেন্ট অমা লাক্লগা হায়রে, “মিস্তব কালিমোহোন দাস হায়বসি কনা ওইরবনো?”

“ঐনি । করি তাকপিগদবা?”

“ডাক্তর রাখবেন্দ্রনা মাগী কাদা অদোমবু উনবা পাম্মী হায়না তাকপিরকই।”

পাউদু পীরম্লগা এতেন্দেন্টদু চৎখ্রে। রিলিজকী ৱা তানগদবা ওইরমগনি, বিল নুংগী মতাংদা শেংদোক্তবোই খন্দুনা কৌবকপা ওইরম্বসু য়াই খন্দুনা মাগী কাদা চৎলে।

“গুদ মোর্নিং মিস্তব দাস।” হায়রগা মরূ লূকথখি।

ডাক্তরগী মুদ অদু উবদা ঐ খৎচিং চিংনরকই অদুবু হংদবদি য়াদবনিনা হংলুই, “ডাক্তর, করি তাকপিগদবা?”

মাগী মায়থোঙদা তারিবা নুংঙাইতবগী মমিদু লোৎশিল্লগা হায়রকই, “মিস্তর দাস, অসিনিদা। রজতকুমার দাস অদোমগীনা ইচা, ঐখোয়গীনা পেসেন্ট। অনাবসি খরা লুরে। ঐখোয়গী লোন্দা সিবিঅস হায়বদুনি।”

“ডাক্তর!” হায়রগা ঐ নুংশা শ্বর ফুনগৎলগা মানা মখা তারকপদু ঙাইদুনা

য়াম্না চিংননা লৈ।

"কিডনি অনীমক শোক্লে। লায়েংবদা খরা ঝানা থোক্লনি।"

"ডাক্তর, অদুদি ?" হায়রগা ঐ শ্বর হোনবা ঙমদনা ফুনগৎলকই।

"কিডনি অমনা চাদা মরিফুতরা অদুগা অতোপ্পদুনা চাদা কুনমঙা শোকপা হৌরে। ট্রান্সপ্লান্ট তৌবা তারবদি অনীমক তৌবা তাবনি।"

নোং মংদনা তারকপা ব্রজদুনা ঐগী কোক্তগী খায়রক্তুনা থম্মোয়সু তূনা খায়খ্রে।

"ষ্টেজ অসিদা দরকার ওইরিবসি শেন থুম অমদি থৌনানি। অদোমগী শেন থুমগী ঝাফমদি ঐ হান্না খঙজরে। অদুনা অদোম খাঙবগী শক্তি অদুদি লৈবা তাই।"

"ডাক্তর, শেংনা হায়দোকপিবো, করি তাকপিনীংলিবা?"

ঐগী নাকোংদা হঞ্জিন হঞ্জিন লাউশিল্লকপগুম তৌরকই 'খাঙবগী শক্তি অদুদি লৈবা তাই' হায়বা ডাক্তরগী খোঞ্জেলদুনা।

"অহানবদা থীনা শোক্লবা কিডনি অসি লৌথোক্তুনা ট্রান্সপ্লান্ট তৌবা তাই। মদুগী মতুং মতম খরা লৈরগা অতোপ্পদু লৌবু লৌথোক্লবসু নৎত্রগা ট্রান্সপ্লান্টবু তৌরবসু মখা ট্রিটমেন্ট চত্থগদবনি ।"

"ডাক্তর, হায়রিবা কিডনিদু মপা ঐনা ওইনা পীজরগে। য়ারোইদ্রো?"

"অদোমগী ঈ গ্রুপ করিনো?"

"ঈ গ্রুপতি ইচাগীগা মান্নে ।"

"সোরি ঙাকপিগনি। অদোমদি পেন্সন ফংলে হায়বনিনা চহী হুম্ফু হেল্লম্লনি । অদুনা অদোমগীদু নুংঙাইররোই।"

"অদুনদি, মমাগীসু?"

"অহোয়। ডোনর থিরগা শেল পীদুনা . . . ।"

"মদুগী মমলদি?"

"লুপা লাখ মঙা তরুক্তগীদি তারক্লনি থাজদে। অমনা, ট্রান্সপ্লান্ট তৌববগী মতুংদা শোয়দনমক অনাবা ফরবনি, মতম খরদি হিংলগনি হায়বগী গ্যারেন্টি ডাক্তরনা পীবা ঙমদে।"

"অদুদি ডাক্তর, ঐ হৌজিক করি তৌগনি?"

"অদোম্না হৌজিক তৌবিগদবদি, ঙসিমক রিলিজ তৌবিরো । শেন্দু ফংনবা হোৎনবিরগা থা অহুমগী মনুংদা অমুক লাকপিয়ু । ঐনা ইজরিবা হীদাক লাংথকশিংসি চারবদি হায়রিবা থা অহুমসিগী মনুংদা করিসু থোইদোকপা তৌরক্লোই।"

মানা পীরকপা প্রেসক্রিপসন নোট, এক্সরে অমদি অতৈ তেষ্টকী চে চাংশিংদু

পায়রগা থোরক্লে।

লুপা লাখ মঙা তরুক! কদাইদগী লৌরুনি? হান্না তুংশিনজবা শেনফমশিংদুসু লাইশক খঙদনা লায়েংবদা তুম্বা লোইখ্রবা তুংদা ঙসিদা লাইশক খঙলবা।

"বাবা, ঐগী অনাবসি ডাক্তরনা করিনি হায়রে?"

ঐ খংপ্রেক খংই। ঐনা জ্ঞান তারকপদা ইচাগী ফমুং মনাক্তা নূংগী মুত্তিগুম চপ লেপ্তুনা লৈরম্মী।

ইচানুপানা হংলকই, "বাবা, ঐগী অনাবসি ডাক্তরনা করিনি হায়রে?"

"ডাক্তরনা কবিসু লুবা অনাবা নত্তে হায়। শোয়দনা ফনি হায়রকই,"ঐনা ওম্থোক্লা ব্রানা হোংনজদুনা খঙনবা খৌরাংনা ঙাইজরকপা ব্রাহংগী পাউখুমদু য়াম্না শম্না ওম্থোক্লগা খুমদোকখি।

"দাইগ্নোস তৌরবনিনা করি লাযনানি হায়বগে?" ইচাদুনা হংলকপনি ।

করি খুমসিগে হায়বগী পাউখুম, ঐ লাম্বা ফংলক্তে। ঐ, অমা হেক্তা খুমজিল্লসিবা খল্লি অদুবু কুইনা হিংবগী আশা লৈত্রবা ইচাদুগী মায়থোঙ য়েংলগা খুমখি, "কিডনিগী প্রোব্রেম ওইরমাল্লে," হায়না খঙহৌদনা থোকখি ঐগী ইচিন্দগী, মীনমগে খল্লম্বা ব্রাখল অদু অমুক মীনম্বা ঙমদনা।

"কিডনি শোক্লবা," হায়রম্লগা মহাক মখা তারকখিদ্রে। অদুদি করি তৌগনি হায়বা ব্রাহং অমা ঐঙোন্দা লোন্না হংখিবা মাল্লি। মদু খঙলদুনা মপুক্রিং হন্থখিদনবা ঐনা হায়, "অদুক লুনা খল্লনুদা। কিডনি শোকপা, মতমসিদদি করিসু নৎত্রে। লায়েংবা ঙমলে । শেন খবা চঙই হায়বগী ব্রাতনি।"

"অদুদি বাবা ঐখোয় য়ূমদা অমুক হনবা তারববা?"

ব্রাদকী বেদত্তু থাদোক্লম্লগা য়ূমদা হল্লক্লে।

মাগী মওং মতৌ কনা খঙহন্দনা ঐনা কূপশেন শেন্নখি । মহাকসু মাগী ফাইনেল ইকজামগী কন্না লাইবিক পাখি।

মনক্তুদা যোগ সাধন্না কোকপা ঙমদবা অনাবা অমতা লৈতে হায়নবা মীয়ামগী খোল্লাউদু মমানা মচানিপাদা নুমিদাং খদিংগী হেক হেক লীবি।

"ইবুংঙো, বামদেবগী যোগাসি নঙসু খরা খরা অভ্যাস তৌদুনা য়েংউ।"

মমাগী পাউতাক মতুং ইন্না নুমিৎ খূদিংগী যোগগী অভ্যাস তৌরি।

"মখোয়' বাবা, ইচা কৈনোমা তৌগ্রে।"

ঐ খংপ্রেক খংই। মমানা ইচাদু কোল্লগা কপ্পল্লি। ঐ ফুক হৌগৎলগা চেনশিন্দুনা লায়কনমিন্নবে।

লৈকাইদগী গাড়ী য়ায়রগা অনকপা হোসপিতাল অমদা পুখৎলে । অদুবু ডাক্তরনা মাগী হান্নগী ট্রিটমেন্টকী মেদিকেল প্রেসক্রিপসনশিংদু পারগা মফমদুদদি দাইএলাইসিসকী খুদোংচাবা লৈতবনা খরা হেন্না চাউবা হোসপিতাল অমদা খরা থুনা পুনবা হায়রকখি।

ঐখোয় মদুমক তৌনবা অমুক চৎলে । অদুবু হোসপিতাল য়ৌবদদি ইচাগী মশাদা মথ্বায় য়াওরমদ্রে।

ঐনা হায়খি, "কালিবাবু, মসি লাইবক্তা তম্লম্বা হায়বদুনি । অৱাবদা অসুম খন্দুনা লৈরবদি নঙসু নশা শোক্লক্লনি । অদুনা কাউথোকপা খরসু তম্বীয়ু।"

কালিমোহোন দাসনা হায়রকই, "ধনঞ্জয় বাবু, পরিক্ষাগী অরোইবা পেপরদু ইচা য়াওবা ঙমখিদ্রে। ডাক্তর রাখবেন্দ্রনা চল্লকখিবা, মিস্তর দাস, খাঙবা ঙম্বগী থৌনাদি লৈবা তাবনি হায়বা পাউথোংদু অসুক কুইনা ফোঙবা ঙমদনা লাকখিবদু ঙসিদি ফোঙলে। অমুক আশা তৌবিরুরনু হায়বা ওইরম্লে," হায়রগা হীক হীক কপথোরক্লে অহন্দো ।

# নুংশি পন্থুং

মাইবম নবকিশোর



*মাইবম নবকিশোর সিংহ থৌবাল দিষ্ট্রিক্কী হিয়াংলমময়ায় লৈকাইদা মাইবম অমু সিংহ অমদি মাইবম ওংবী থানিল দেবী অনীগী মপাবি ওইনা খৃষ্টকী কুম ১৯৪০ গী দিসেম্বর থাদা পোকই। হ্রায়ব সেকেন্দরী স্কুল কয়াদা হেদ মাষ্টর ওইনা পুরক্লগা ১৯৯৮ দা থবক্তগী পোথাখি। ১৯৭৯ দগী অকাসবাণি ইম্ফালগী ৱাৰী মচা পাবা অমা ওইবকপগা লোয়ননা চুমথাঙ চেফোঙগী এদিটর ওইখি। মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, সাহিত্য সেবা সমিতি, ককচিং, বাইটবস এসোসিএসন, ককচিংগী মেম্বর অমদি ইরমদম খোঙ্জেল অপূনবা লুপগী প্রসিদেন্ট ওইখি।*

*ফোঙখ্রবা ৱারী মচাগী লাইরিকশিংদি ১। অযুক্কী শিঙ্গাবৈ (১৯৭৯), ২। মন্ত্রীগী মুপী সনাজাউবী (১৯৮২), ৩। খোঙ লোনখ্রবা পান দুকান (১৯৯৫), ৪। পাঙ্গল শোনবী ঐসে অদোমগীনি (২০০১) অমদি ৫। মালেমঙানবীগী মমোম (২০০৮) নি। ফংখ্রবা মনা মথুমশিংদি মণিপুর ষ্টেট কলা একাদেমী মনা (২০০৩); যাম্বেম মণি সাহিত্য মনা, (২০০৫); নেসনেল সাহিত্য একাদেমী মনা (২০০৫) (পাঙ্গল শোনবী ঐসে অদোমগীনি দা) অদুগা চন্দ্রসখি চুমথাঙ সাহিত্য মনা (২০০৮) নি।*

যূমজাওদুগী মখা থংবা য়েনখাদা শঙতপ অমা তারগা ঐখোয়গী যূম ওই। ঐগী বাবাদি মমান্নবগা খৎন-চৈনবদা লৈকাইদতা নত্তনা খুঙ্গং লান্না মমিং চংলি, খৎনগনখ্রবা। মশা মউ ফৈ, মরিল লৈ, খুৎফৃ থী, মীনা লাকচবা য়াদে। মঙোন্দা খৎনবা হৌরুরবদি লোইরে, খামদোক লাকথোকপা য়াবজাৎ নত্তে, শিমিন্নরসি মতানি, মওং চাদে। খৎনববু য়াওরুরবদি থাখায় অমা চাক ঈশিং চঙদে, মথন্ত মুরুম মুরুম শোন্দুনতা লৈ। মসিদনি ইমানা মথ্থায় চাক্লিবা। ঐগী ইমাসিসু নুপী পীদা অমনি, বাবাগী অশোক অপন য়েংবিবগী মহূত্তা

য়াম্না থীনা চৈবী, "নপাঙ পাঙদদুনা তৌরিবনি। কনানা নঙগী লিন্দাদুনদি নচা নশূ মীনা উশিংকনি ? মমলসু য়াওররোই, নচাশিংসি মীনসু পাম্বীররোই । ময়ূম পানবসু অমতা খঙলরোই । ইচা শোয়রবদা নঙ ঐ য়ূম্বানমিন্নবগী করি অর্থ লৈরি? নুংশিনরকপগী য়ূম্বানমিন্নরে। হৌজিক্তি নচা ইচাগী ফনবা শীনবা তাবনি" মসিনি ইমাগী ব্রাঙাঙ শঙাং । অদুবু বাবাদি শাউদে । ঐদি তাবদা ওহ্মোক্লা নুংঙাইখিদ্রে। নুপীমক ওইরবসু ইমাদৌনা ঐগীদুদা অসুম্না হায়জবা ঙমজরোই।

য়ূমজাওদুগী অহন্দুনা ঐখোয়বু য়েংশিনবিবা ঙাক্লি। বাবানা মমান্নবগা হেক খৎনরুরগা অহন্দুনা ইমাগী নাক্তা বাবাকা পুশিনবা য়াদে, খৎনা লাউনরক্কনি হায়দুনা লোন্না ইমা খঙহন্দনা তোঙানবা কা অমদা হেক হেক থম্বী, উন-লাক্লহনবা নত্তে। বাবানা শূদ্রবসু অহন্দুনা ঐখোয়বু থাকই। করিসু হায়দে। মাদি খৎন চৈনবা, ববাগী লীচৎ শাজৎসি ওহ্মোক্লা পামজখ্রে। করি অমুক হায়গনি নোংমতা তোক্লবা ব্রা হায়দে। মাগী হায়ববু বাবাগী সেবা তৌগনি, লায়েংবিগনি, অফবা চীঞ্জাক পীজগনি। মশা হেক ফ্বগা অমুক খৎনহনগনি। খৎনরগা খামদোক্লোই, ব্রাকায় ঙাঙগনি, হরাওগনি, নোকখেগনি মীঙোন্দা কেঙশিনগনি। অহন্দুগী মচাশিংসু অদু মঙায়, লৈকাইদুগী মী ফাওবা থৌওইনা মখোয়দা খৎননবা মী পুরগা লাকহনগনি, বাবাগা খৎনবা হৌনহনগনি। ফূনহল্লগা মখোয়না কুম্মে য়েংগনি। মসিদনি ইমানা অহন্দুবু তাথিরিবসু । অহন্দুগী মরুম থূপ্তুনা ঐখোয়না হিংবনিনা নোংমতা ব্রাহে অমতা হায়জবা ঙমদনা ইমা ইচা ঐখোয় লেনবা তাখি অহন্দুগী শঙতপ্তুদা।

ঐনা পুংকক চাউবক্লবা মতম, লৈকাই লান্না শান্ন-খোৎনবা চৎপা ঙম্লক্লবা কান্দা, নোংমা ইমাগী মতুং ইন্দুনা অব্রাংথংবগী য়ূমদা কোয়রুই। মখোয়দা পাখং মচা অমা লৈরম্মী। ইমানা হায়ববু শাগৈ জাৎ মপা মপু কৈরাক থারকপা মচানি হায়। ফীভম মুর্ত্তি ফৈ । মপাঙ্গল মরৌশিং লৈগদবা মাল্লি। লৈশাবী কাঙবুনা কল্লক্কদবা মীৎয়েং নায়েংনি। ঈয়ায়দা চাবা ঙা লূপহন্নী-দবগুম য়েংদুনতা লৈনীংই। খঙদে মাগী মীয়েংদুনা ঐগী কয়াৎশিং মরোল লোনহল্লি: মশক্তি থী, মুশিল মুই, য়েংবদা নেগ্রো মাল্লি। ইমানা হায়ববু মুই, ক্কাক মাল্লি হায়দুনা মমিং 'ক্কাকলৈ' কৌই হায়। মমিংদুদা ঐ হাইফেত্তি নোকখি। অদুবু নুংশিবদি ঙৌবা মুবা খায়রমদ্রে, পঙনুংদা নুংশিখ্রে। ইমাগী মমাঙদা হায়জবদি ঙমদা নাকন্দা মানা চেপ্না চেপ্না য়েংহৌবা মুর্ত্তিদো য়ূম য়ৌর ফাওবা তুং ইল্লকপা মাল্লি, কাউবা ঙমখিদে।

মথংগী নুমিত্তা ঐ মখোয়দা ইথস্তা হেক হেক লোন্না লোন্না চৎপা হৌই। য়ূম্লোয়নবনিনা অয়াম্বা মতমদা তিন্নরে। অহানবদা ঐনা তাচৌ কাক্লে কৌরম্মী। হৌজিক্তি তাচৌদা মকৌরে। ব্রাখল হোংলকপদগী ক্কাক্লে মৃৎখিবা মাল্লি। মানসু ঐদু হৌজিক হৌজিকমক্তি মচন্দা মচন্দৌনা খল্লি । মদুনি ঐনা য়াম্না শাউনীংলিবা।

মচনদৌনা খনবসি করম্বা কান্দা মৃৎখিদৌরিবনো খঙদে। মা ঐ চামিন্নে, থকমিন্নে, শান্নমিন্নে। মমান্নবা অমতা ঐগী নাক্তা লৈবা য়াদে, খম্বনজে, মিকাজে। ঐবু অশোয় অঙাম কয়াদগীসু ঙাকপী শেনবী। ঐতনা মখোয়দা হেক হেক চৎপনি। মাদি ঐখোয়দা লাক্কদৌবদু বাবা কি হায়। ঐনদুম নোক্লে, "নিপানবু।" মখোয়গী য়েনখাদা, শঙ্গোয় মচিদা, করিগুম্বা কান্দনা চরু ইকু নংত্রগা ৱাপল মখোঙদা নীংঙায়দনা শান্নদুনা চামিন থকমিন্নদুনা লৈথোকমিন্নে।

ঐগী ইতৌসি উবদা ঐগী ইমানা, "লৈশাবী ফারক্লগা লৈকাইদা চৎপদু তৌগনু" হায়দুনা কয়ারক চৈবী অদুবু হে নুংশিবা, ঐ চত্তবা ঙমখিদেকো। চৎলি তোয়না তোয়না। মীৎকুপ অমা ফাওবা মাবু থাদোক্লীংদে। মসিরা খঙদে মখোয়গী নুংশিবা হায়বদু। অসুক ইকাইবা খঙদবা, ঐনা চাউরক্লবা মতমদতা খঙলকই।

ঐ নোংমা নোংমগী মথোৎ কারকই। ঐগী লৈকাই কোয়বগী হৈনবী শাজৎ অসিনা যুমজাওসিগী অহল অর্মাদি মচাশিংনা তমথিবা মীৎয়েংনা য়েংবা হৌরক্লে। ঐনা হায়জখিবদুনি, ঐখোয় ইমা ইচাসি মখোয়গী থৌজানগী মখাদা হিংজরিবনি। মখোয়না য়াদবা নুমিত্তা লোইবে ঐখোয়গী পুন্সি। নোংমদি অহনসিনা লৈকাই কোয় হায়দুনা ঐবু তান তান্দুনা ফুই - ঐ চেল্লি। নহানা চেনবা অহন্না করম্নদি ফংগনি? অহন্দু মকম্থী জাৎ অমনি, ফুবা ফংদ্রবদা অপায়বা চৈদুনা লংলকই। পান্দ্রে; অমুক সেতুম ফক্লুনা হুল্লকই। ইমুংদা চেনশিন্দ্রিবা ফাওবা তানবা জাৎনি। চুম্না লৈকাই মমাঙদা তানবতা নত্তে, লাউবা অমসু য়াওরিয়ে। ঐনা য়াম্না ইকাইজরিবা, "লৈশাবী ফারগা লৈকাই কোয়বর্বাদ ফরনি, নঙনা থিরিবদু খঙলে . . . 'ৱানি। নশা মাঙলনি হায়বিবনি। য়াদ্রগা হাত্তোক্লগা লোইরে।" মচিং অমনি।

মসিনা ঐখোয় ইমুংগী ৱানি। ক্লাক্লেখোয়গী ইমুংদনা মরোল অমা মানা ঐবু তোয়না কৌই, নুংশিবগী হৌনশা ঐ উদ্রবদি লৈবা ঙমদ্রমাল্লে। অমবোমদনা ঐনা মখোয়দা তোয়না চৎপসিদা মমা মপানা অশাওবা অমা পোক্লে। মমানা প্রমাণ পান্থে তৌদুনা ঙাঙই - "লৈশাবী মীঙম্বীসিনা ইচা মাঙহন্দৌরি। লৈশাবীনবু পাখং ময়ুমদা চঙ চঙদুনা কাইহৌরিবসিবু ইহাকথক্তা থেংনজরক্তি হায়বনি। মমা মপানা ৱারক্লবা জাৎলা নৎত্রগা ইচাসি কয়ামুক পামগ্রবা জাৎনো খঙদ্রে। শম্বল নুংবল কাসি পূমতেক তেক্লে মখোয়না কাম্থোক কানশিন তৌবদা। ইস! মরোয় মপাংকাসি লোইনা নেৎখায়রেদনা, হরে হবে। য়েনখা লুকখা, লুখাক চগুম ফাওবা তাবা য়াবা নত্তে চাগদৌগী কোইথি থিরিবা, হূইগী মথক্লি। খরা লৈরবদি ইচা ইশূকাসি চাথোকখিদ্রা হায়বগী মিপাইবা অমবু ফাওরে।" অসুম্না ঐসে ইকাই শঙ্গোয় হাঙলে, মমানা চৈবদা।

ঐ চৎপা তোক্লে কয়ারক খনগ্রবনি। অদুবু ঙমদে হৈনগ্রবা শাজৎ, ফাগ্রবা ঈশৈ থাদোকপা ঙমদে হায়নবদুনি। মসিদবু মী কনানা ঐবু নুংশিবীগনি? ঐগী হাক্তক্তগী ইমুং অনীগী মীওইশিং চোংথোক্লরক্লুনা খৎনরে, চিন্দা পাউদানরে। ঐ

নিংঙোল য়ুমগায়বী হায়বদু ওইরে। শম্বল খানরে-কৃক কৃক। ঐসু লীৎশিনবা চন্দ্রে, মাসু লীৎথোক্লকপা ঙমদ্রে। নুংশিববু শম্বন্না থিংবা ঙম্ব্রা? শম্বল ব্রাংমা ব্রাংমদগী মা ঐ কৌনৈ, ব্রারী শানৈ। মীৎকী পি শিন্থনৈ, মৈচাক ব্রানা খাঙনৈ। অচাপোৎ অমা লৈবদা কৌনৈ অমনা অমবু, অদুবু চঙনবা য়াদনবা খাঞ্জবা শম্বলনিনা করি উপাইদি লৈরি কপমিন্নবা নত্তনা? কপ্লা কপ্লা ব্রাশক্লে, "নঙ ঐ শম্বল ব্রাংমদা অমুক্তং উনবা কান্দা নুংশি পুম্থুং ওইমিন্নসি।"

মতম খরা লৈরগদি মাগী মশক উখিদরে। মখোল মব্রাসু তাখিদ্রে। করম তৌগ্নবগে হায়দুসু খঙখিদ্রে। ঐ তৌফম খঙদে, কায়না মৈশা লাংহৌরে। হে নুংশিবা, থুংনদ্রবসু করি করম তৌরিবগে হায়বা ফাওবতদি খঙনীংবনি। অদুবু করমদি তৌনি, মীমাঙ থোক্লা কপ্পসু য়াদা, হংবসু কদায়, ঐগী থম্মোয় কয়াদা ব্রাহল্লম্লবা।

কৈনা তোকপা পোকপরা? য়ুমজাওসিগী অহলগী মচাশিংসি কয়া ওক্তে। মহৈ মশিং অমতা তমদে। নোংমা ঐগী নুংশিবা বাবাদু অহনসিগী মচাশিংনা অথাপ্পদা পুরগা খৎনবা য়াওহল্লুমাল্লে, ইহিং নাইহি তারদুনা ময়াম চঙদুনা পুরকই। বাবাদু মাঙ্গোল য়ৌশিল্লকপা নংখিদে, শূমাং মতোন্দা ময়াম য়োমশিন্দুনা কপ্পরকই। ইপা পাখৎনা ইমাগা ঐগা চঙশিন্দুনা য়েংঙুবদা বাবাদু ব্রা ঙাঙবা ঙম্লমদ্রে। মকোক্তু থীনা কাথরে। মমিত্তা ঈখেঙ হাথরে। পাঙলিবা মমিত্তু কূপশিন্নবগী পাঙ্গল বাবাদা য়াওদ্রে। মমিত্তুনা মচা ঐবু মশক খঙদ্রে। ঐনা কৌবা খোঞ্জেলদু বৈতরাণী থোংয়াইদা নাশোল পীক্লা তামাল্লে মচীন্দু খুমগদবগী খজিক খজিক লেঙলকই। ঐঙোন্দগী শরুক চাম্মা হেন্না ব্রাজরবী ইমানা তেংথা নাওইরকই। ঙাইহাককী তুংদা বাবাদু অরোইবা শ্বর হোনগ্লে। অহন খরনা নুপী অঙাং নখোয় থোকখ্রো হায়দুনা তাম্থোরক্লে।

বাবা লৈখিদ্রবা তুংদা ঐখোয়গী ইমুংদা অচীবা অহোবা অমা লাক্লে। লুখ্রানা য়ুম্বানববু কনানা উশিৎপিগনি? নোক্লেগেদনি। য়ুমজাওসিগী অহন্দুসু হৌজিক্তি ঐখোয়বু য়েংশিনবিবা ব্রাৎলক্লে। বাবাগী মথৌনা মরিংজেল অদুতবু পামজবনা য়েংশিনবিবা ওইরম্লে। মরক মরক্তা বাবাবুদি শোল্লি, "ইবেম'পা, নঙ লৈতবসিদি ঐ ঙাওদৌরি। নঙগী নাপলদগী ঐ ক্রোরপতি অমুক্তং ওইগে খল্লম্বনি। পূম্নমক অরেম্বদা তারেদো। কাউঙমদেদা, অমম অঙাল শিন্নরকপদগী নঙনা ঐবু হৌদোক্লম্বনি। ঐতা নত্তে লৈকাই পূম্বা থবক শূরসি লাউজরম্বনি। অফবা মীসি লাইনা পামই হায়বদু চুমখ্রেদা। লৈহৌরিবা মমা মচাসিদি ঐঙোন্দা করি কান্নগনি? মখোয়দি চারগেতনি।"

বাবা লৈখিদবগী নুংঙাইতবনে, চাবা পল্লগা ঙাঙবগী শাউনীংবনে ইমা ইচা তত্তনা কপমিন্নবা হৌরক্লে। অহন্না ওল্লকইবা মবুক অসিদা ঐ অমসুং ইমা কয়া কুইনা ইমুংসিদা লৈখিগনি? ইমাসু নহানি চাম্মরক য়ূম্বানবা য়ারি। ঐসু য়ূম্বানবা মতম ওইশিল্লক্লে। ঐখোয় শাগৈ জাৎকী ইপা ইপু হাক্তক্তগী মীনা খঙদবা চৎনবী অমা লৈরি মদুদি নিপা নুপী য়ূম্বানবা হায়বসি অহলশিংনা অপাম্বা মতুংইন্না শীনগনি।

ঐখোয়গী হক থমদে অদুনা ঐখোয় ইমা ইচাগী লাইবক য়ুমজাওগী অহলসিদা লৈবে।

লিল্লোংদা ইনাক খুল্লিবসি তোম্বনি। য়ুমজাওসিগী অহলসিগদি, অহল লমন হাক্তক্তগী মকপ মপাং ওইনা তিন্নবকই। তোম্বা লল্লোনবদা মপা লৈতনা হৈ। মযুম মকৈ নান্না পাল্লি। নাপী মকা অমা ফাওবা শূমাঙ মাঙ্গোন্দা তাহন্দে। মপোৎ লীকই, ইমুং মনুং য়েনখা লুকখাদা বিডী মতেক অমা ফাওবা তাহন্দে, অবোইবা ফাওবা চিংবা ঙম্মী। অদুনা মখূত্তা বিড়ী চপ্লগী ঙাংশং ঙাঙনা থাগৎলি। খূৎপায় চেৎলি, মানা পাযশ্লবা শা ঙা অয়োগী মতম ফংদে।

হন্দক মবক তোম্বা ঐখোয়দা য়াম্না তোয়না লাকপা উই। তোয়শিল্লক্লবদি কবিনো অমদি লৈবল্লগনি । মওন মওন খল্লি -ইমা লুখ্রাসি য়ুম পালহনগদবগীবা? নত্তে, নোংমা ঐখোয়গী অহলসিনা হাযখিবা অমা তায়, "তোম্বা, নাঙনা মমা লুখ্রাসি পামদে মচাসিতা হঞ্জিল হঞ্জিল পামই পামইতা হায়ববনিনা নোংমা হেক পুজখ্রো, অহল হাক্তক্তগী তিন্নবকপনি ইবো।"

নুপী ঐখোয়সি কয়াদা লাযনা খনখ্রবা! ব্রাহৈশিংসি তোম্বগী মফমদা অমৃত ওইববসু ঐগী ইফমদদি হৃগী পাংখক্লি। লৈতোন লেকখিদ্রিঙৈদা হূইদি চান্নহৌদবা ফৈ, তোম্বা তিন্নকবদি নোংমদি শোযদনা তিন শীৎকনি হায়বা ঐ খঙই। তোম্বদগী লাপথোক্লবা হোৎনবা অমদি মা উদনবা লোৎপনা ঐগী থবক ওইবে। মানা মবোল অমা ঐবু থেম্বা ঐগী অচেংবা য়েংলগা ফাবা অসিনা মাগী লাইনিং ওইখ্রে। ঐসে হৌজ কয়ানি মাগী মখূত্তগী নাম্থোকপা।

নোংদম্বনা তম্ববু কনানা নাম্থোকপা ঙমগনি? নোংমদি ঐগী লাইবক থীবা নুমিত্তু লাক্লে। ঐসে মাগী মখূত্তা তাদ্রে। ওম্থোকপা দশানি। মানা ফাগদবগী ঐগা ইন্নবদা ইফি ইবোল মফম মবাং খঙখিদে, লৈবাক কুম্মৈ ওইনা যেংনখি। নহাল মখৈ ঐনা য়াদদুনা চেন্নবদুনা মঙোন্দা অশাওবগী মৈবিদা ইকুম লংশিনবগুম থোকখ্রমাল্লে। মখা চীকই , ইশা শাক্তযা চিংলগা পুষ্ট। অদুগা মাগী গাডী মনুংদা ঐসে গ্রোং লাউনা লংশিল্লগা গাডী ষ্টার্ট পংতৌ তৌখি। মানা পুবকপা নিপা কযা অমসু গাডী মনুংদুদা যাওবম্মী। ঐনা গাড়ী মনুংদা তাশিনবদুদা গাড়ীদুদা যাওবল্লিবা ময়ামদু শ্বায় লাউনা জাৎনি, ইপা পাখৎনৈ, পৃপ্লাং লাঙনৈ। ঐঙোন্দা মুন্না য়েংনবকই। কবিনে ঙসিগীসিবু মঙলা তাইবংলা খল্লি। ঙাইহাক্তু জ্ঞান মান তাদে। মাগী শাবংগা মান্নববা গাডীদুদা কোয়চেল চেল্লি, কাযবাঙ লাঙই। মীৎ না তন্দন পাই। ঐনা ফনা লাউজে, কনানা ঐবু কনবীগনি ধর্ম্ম লৈত্রবা যুগসিদা ? তাচৌদু উববদি ঐগীদমক পাম্বোম তিংলক্কদবা, অদুবু কদায়দগী কৌর্কনি? মাঁমথাঙদা মফম অমদা জ্ঞান তাদনা ঐসে তুদুনা লৈ। গাড়ী খোঙজেল যাঙখৎলকই। মযূম য়ৌবগা ঐঙোন্দা তৌবক্কদবা শাজৎ শল্লুবদা ইপা পাখৎলি, তু মান চুংই।

ঐনা জ্ঞান খবা খবা তাবকপদা মঙওই হাওই নীংঙমদ্রবা খোঞ্জেল অমা

ময়াম মরক্তুগী তারকখি। খোঞ্জেলদু মতম কুইনদগী তাবা ফংলকখিদ্রবা ঐগী থম্মোয়গী তাচৌ ক্বাকলৈগী খোঞ্জেলনি। খোঞ্জেল অসিনা ঐগী মীৎ পাঙহল্লে, অনৌবা থৌনা অমা হাপ্লগুম তৌরকই। লৈদুনা য়েংই - কাচিন অমদা মহাক ইহিং নাইহি শানা তুরগা চৈনাখোল খাঙদুনা লৈবা উরক্নে। মনাক্তা চঙশিল্লি। কোকচাওবী ফুং কায়। কদায়দা খৎনরুরিবা ? খঙহৌদনা কৌখি, "তাচৌ।"

বাবাগী অরোইবদা তৌখিবদু নীংশিংলকই। নুপীদি থম্মোয় শোনগল্লি। ঈ নাই তাবা উবা য়াদে। মিপাই থীগল্লি, মখা তানা ব্রা ঙাঙবা ঙম্লক্নে। ঐগী খোঞ্জেল তাবদা মহাক উইশিল্লম্বা মমিৎ অনীদু তপ্লা তপ্লা পাঙথোক্লকই। কায়রবা মীৎনি, ঈখেঙ তপ্লা তপ্লা তারকপা উই। মশাগী কয়াৎ পূম্নমক মিনুংশি খঙবগুম লেঙ ওৎলকই। ঈ তৈরবা মচীন্দুনা লৈবাক্তা অমুক অমুকসু শুদুনা লৈ। লাকচৈদকো খনবা মাল্লি। মকোক হাইগৎচবা ঙমদ্রবা, চুবানা লৈমায়দা য়াতাজরিবা তাচৌদু ঐনা তপ্লা তপ্লা ইতম্বাক্তা মকোক্তু য়াতাহল্লগা খুৎনা মমায়দু নাম্থু নাম্থু কপ্লা কপ্লা হংখি, "করি করম্বা নোংদমখোনো তৌরিবসিবু তাচৌ?"

তাচৌদু হায়নীংবা ব্রানদি য়াম, হায়দোক্লবা পাঙন্দি য়াওদা, য়াম্না ব্রানা ঐগীদমক হোনগৎচরুবা শ্বরদু লোইদ্রিঙৈদা নীংঙমদনা হায়রকই, "ই-বে-ম্মা! পুন্সি হায়বদু অসিনিদনা। ঐসু নঙগী বাবাগী ব্রা পূম্বা তারে। দশাদুমক্তি ঐনা তারিবা অসিসু। ঐখোয়গীদি খৎনবা, ফুনবা মমৈদা থব্রায় থাবা অসিনিদনা। ফরে, চৎলিবা খোঙচৎসি কদায়দনো, করিনো হায়বদুদি নঙ খঙলব্রা?"

"খঙদে, তাচৌ।"

"উম, খঙলোই। নুপীদি মপান থোক্তবনিনা। ঐ হায়গে তাও, ঐখোয়না চৎলিবসি নঙগী ঐগী পম্বুং — শিফমদনি খঙভু।"

"য়ারোই, য়ারোই। শিবনা পম্বুং ওইবা, ঐ য়াবা ঙম্লোই। নঙ ঐগী শম্বলগী ব্রাংমদা নুশি পম্বুং ওইমিন্নসি হায়না ব্রাশক্রখিবদু ঙসি ফাওবা নচনগী থম্মোয়দা কাউবা ঙমদ্রি" হায়রগা ঐনা মাবু কোনশিল্লি।

ঐগী ব্রাহৈসিনা মাগী পুন্সি তেনশিনখিবগুম থোক্লে। হান্নদগী হেন্না শোঞ্জিনপ্লে। নীক্লা নীক্লা মমিত্তু উবোই উদবোই মখুৎ অনীনা ঐবু কোনশিল্লকই। মখোঙনা মালংদা চৎপগুম তৌরগা হায়রকই, "ঐনা ঙসি কোল্লিবা অসিনা হন্দক মপোক্কী অরোইবা নুংশি পম্বুং হায়বদু ওইনরসি। শক্রখিবা ব্রাশক পরৈ হন্নরসি। মসিদগী হেনবা ঐনা ইচনগীদমক পীজনবা শক্তি লৈত্রে।"

ব্রাহৈশিং অসি হায়রম্লগা হান্নদগী হেন্না ঐবু অমুক চেৎনা কোনশিনবিরগা মখা তাথরকই, "মসিনা পেল্লোকো। নঙসু শিরমদাইসিদা ঙাইহাক্তং অত্মাদু পোখাবা য়াব্রা য়েংউ। ঐখোয়গী শিফম নকশিল্লক্নে। কায়ন-বসিকো।"

মীৎকুপ অমতং থম্মোয়গী অপেনবগা লোয়ননা মা ঐ তুমিন তুমিন লৈনখি।

মথংগী মীৎকুপ্তা তোম্বগী গাড়ীগী খোঙজেল হৣবকখি। য়াম্না ৱানা তাচৌনা অবোইবা ওইনা মখা অমুক তাবকখি,

"অসি য়ৌবক্লবদি নঙ ঐগী লম্বী অমুক তিন্নবরোই। নঙনা খঙদ্রে গাড়ী থৌঁবিবা তোম্বসি 'তোম্বা মিয়া' হায়বদুনি। হৌজিক মুগি বজাব য়ৌবে। ঐখোয় কনাগী মখুত্তা তাগদৌবিবনো খঙদ্রে। ঐখোয়না থৱায় থাদ্রিঙৈদা মফমসি য়ৌনবা থৌবম্লিবা গাড়ীনি। বজাবসিদা ঐখোয়না ইকোন কোনবা পোৎশীৎ ওইগনি। মবমদি ঐখোয়গী ইজ্রাৎ কাওন য়েন হায়বসে ফূনবদা ঐখোয়.া ঙল্লিমখৈ হিংগনি। নঙগী বাবাসু অদু মঙায়। মায়থীবা নুমিত্তা লোহখ্রিদুনি। মপুনা হোঙনা হোঙনা যোনবা নৎত্রগা লং থোর্কাপবা অসিনি। ঐখোযগী ফূনা চৈনবগী ঈবিলসিনা মীনা চাবদা পাউথোকপা অমসু লৈবিবনি। ঐহাক ঙসি মাযথীবা ফংই, অদুনা ঐসে হোঙনা য়োম্থোক্লকপনি। ঐখোয়গী মপোকসি থীখ্রেদা। পুন্সি চূপ্পগী ব্রহ্মচাবী চৎহনবনি। মবাইবক ফবা খবতনি যৃম্বালহনবা। নঙগী বাবাসু অহন্দুনা নমাগী নাক্তা থমদনবা হোৎনবম্মীবদুনি।

য়াবী শানবা লোইফাৎত্রিঙৈদা সৌজগৎকী মী মান্দবা শমখাক থীবা, কমপোটি কোঙ্গা পুনবা, নাতোন্দা আনোক উপ্পা, মমীৎ যুংনা পাঙবা, থবাক কুদাম পান্দবা, থৈনবদা নাতোন মেনবা পাখঙ অনী অহুম লাক্লগ তাচৌদু মশা লৈত্থেকখ্রে। মখোঙ অনী কিশি থাবগা গাড়ীগী হেন্দন্দা যানখি। মমিত্তু ঈখেঙ চেন, মঙক হাইগৎচবদি ঙমদা, মচন ঐবু চীংনা চীংনা য়েংলগা চৎখিবদু উকবগা ঐগী থম্মোয় মচেৎ মচেৎ কযখি। ঐনা লাউখি, "তাচৌবু পুবিখিনু। ঐখোযবু য়েক্লবা ওইনা লৌবিগনু। ঐখোয়না মীওইবা নখোযদা কবিসু হাযজবা ঙমদ্রবনি। শিবা ফাওবা ফূনহনবা যেংলগা নখোযগী পেঞ্জবনি হৌজিকসু নখোয়গী অপাম্বা থুংহনগদৌবিবনি, নপাঙ্গল হাপকদৌবিবনি। শিংমদাইসিদদি ঐখোয়বু তাথীনা তৌবিনু।"

লাউজে হাযবদু মঙায, জগৎসিদা ঐখোযগী ইৱা লৌবিগদবা, মিনুংশি খঙবিবা ইপা ইপ্ কনাবু লৌন? তাচৌ চৎখ্রে। ঐনা থম্মোয়নুংদা তাচৌবু চেৎনা কোল্লগা ঙাইবি কৈথেলসিদা [illegible] শাল্লদু।

# ঙাইহাক্কী থৌনা

*ইঙুদম বিনোদ*



*ইঙুদম বিনোদ খৃষ্টকী কুম ১৯৪৬ তা কছারগী সিঙ্গেববন্দদা পোক্লগা হৌজিক্না লখিপুর খুমনদা লৈবে। গ্রেজুয়েটনি। ওঝা ওইবস্বদগী পোখারে। হৌজিক হৌজিক মণিপুরী শোর্ট স্তোরি সোসাইতি, ইন্দিয়াগী ত্রেজরর ওইরিবা অইবসি সাহিত্যগী সংস্থান কয়াগা খুংশম্নবকই। মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, আসামগী জেনরেল সেক্রেটরী ওইবম্মী। ৱারীমচা কয়া মেগাজিনশিংদা ফোঙরে।*

*অইবসিনা ১। মতমগী ঈচেল (ৱারীমচা, ২০০৬) অমদি ২। মতমগী খোঙ্থাং (ৱারীমচা, ২০০৭) কৌবা ৱারীমচাগী লাইবিক অনী এদিত তৌরে।*

চহী খরা ইতোমদা চীক্লা, নুপী অঙাং য়াওদনা, চংনীংবা মফমদা চং, কোয়নীংবা মফমদা কোয়দুনা পূক্লীং লৈতাদনা লৈরম্বদগী হন্দক্তি তুমিন্না নুপী অঙাংশিংগা পূন্না লৈমিন্নরগে হায়বা ৱাখলগা লোয়ননা য়ুম মচা অমা ভারা লৌরগা লৈরে। ঐখোয় পাবুংগা ঐগা মোং খেন্নরকপদগী, পাবুংনা ইনাউশিংবুতা লুনা খনবগুম তৌরকপদুদা ঐনা শাউনীংবদগী য়ুমদগী খরা লাপ্না খুল অমদা লৈরকপনি। ঐনগা মতাং মতম চাদনা খরা শাউগনবনে, মী তিন্নবসু ঙমদবনে, তুমিন্না অপীকপা খুলসিদা লৈবনা নীংবা খুংবসু ঙমদ্রে। লুরিবদি খুলসিদা মখা তানা লৈবসু অমুক পান্লক্তে। অদুবু ইচাশিংনা য়াদবদগী অদুম লৈথরে। অমরোমদা মফমসিদা কল্লিবা আনি, চঙনবা য়াইগা য়াদেগা। ওন্থোক্লা হৈনখিদ্রে।

হৌখিবা চহী তরানিপালমুকসে ঐ য়ুমগা মরী অমতা থম্লরক্তবনি। পাবুংদু করম তৌরি হায়বসু থিরুদ্রে। ইনাউশিং করম্না হিংলি হায়বসু হংঙুদ্রে । শেলসু থাদ্রে। মসিদা ঐগী নুপীদি হরাওজরিবনি।

নোংমা ঐ ওফিসতগী হল্লক্লুনা ঐগী কাদা ফমদুনা লাইরি ꞉ অমা পারিঙৈদা

টেলিফোন মখোল অমা তাখি। টেলিফোন্দু অহানবদা ইচানুপীনা পায়, মতুংদা মমাদা পী।

ঙাইহাক ব্বারী শান্নরবা তুংদা শোল্লপ্না হায়রকই, "ইকুবোক লৈত্রে হায়য়ে।"

ঐ চঙক্রে। শূকখন খল্লুদবা পাউ অসি তাবদা স্বাই লাউই। জ্ঞান খংলাক লাকই। ঐ কপ্পী, থম্মোয় শোক্না কপ্পী। ঐগী নুপীসু কপ্পী।

নুমিদাং য়ৌরে। ইচাশিং ময়াম কৌশিন্দুনা ব্বা তানৈ।

কপ্পি কপ্পি তৌনা ঐনা হায়, "নখোয় ময়ামগা নপুবোক্কা লাপথোক্লরকপা মতম শাংলে। হৌজিক নপুবোক লৈখিদ্রে। শক্তম ফাওবা কাউশিল্লক্রে। ঐখোয়না তৌফম থোকপা খরা তৌসি । নখোয় করি করি হায়নীংই?"

ময়ামদু ব্বা ইঙাঙ ঙাঙথোক্লরক্তে।

ঐনা অমুক মখা তাই, "অসুক কুইবসে নমাগী চক্রিদগী নপুবোকতা শেলসু থাখিদ্রে। করিগুম্বা অমতা হন্না য়েংলুদ্রবনি।"

মরক থৎনা ঐগী নুপীনা শাউরংননা হায়বকই, "নপা নচা আনিদগী যানরক্তদুনা লাক্লগা ঐ অমুক পকশিনবিরক্লনু।"

" হৌজিক্তি পূম্নমক্তু কাউথোক্লসি, " ঐনা হায়, " হৌজিক ঐখোয়না ঙম্বা তৌফম থোকপা খরা পাঙথোকল্সি। করি খল্লি, ইচাশা?"

ইচানুপা অহন্দুনা খুম্লকই, "বাজিনা পাংবিনীংবদু পাংবিয়ু। শেল্ল ওইনা খরা হেক তৌথ্রগা লোইরে।"

মমানা অমুক হায়রকই, "নত্তে, ঐগী নীংঙমদবা অমা লৈরে। নোংমা ইকুবোক্না, 'যাম্না ঈংলে, কম্পোর অমতা লৈরকউ' হায়বদা নখোয়'বাজিনা শাউরিনি হায়দুনা লৈবিখিদে। মদুগী লমন কোকথোকপা ওইনা কম্পোর চামঙামুক্তং লৈরগা পালা অমদি ভাবোকশিংদুদা দক্ষিনা তৌখিসি।"

মখা তানা ঐনা হায়, "পালাশিংগী তোঙান্না খরসু তৌনীংই। পালা খুদিংদা বেনারসি সাল অমমমতংগা, শেল ওইনালুপা চামঙা চামঙা দক্ষিনা তৌনীংই। পূম্ন মকসি শীন্নবা লুপা লীশীং কুনমুক্তং বেঙ্ক তগী কায়থোক্লচো। পাবুংদু শেল মরাং কায়দবনা চাবা থকপা মনীং থুংখিদ্রবনি। অদুনা পাবুংগী শ্রাদ্ধদা চাবা থকপা খরা মরাং কায়হনসি । কয়াবু চঙলুনি ।"

ঐগী ইমুংদা খন্নখিবদুমক শ্রাদ্ধ নুমিত্তুদা লোইনা পাঙথোক্লে। ইচিন ইনাও অতৈদুদি মীয়ামদুনা লৈ হায়ববু খঙনবিখিদ্রে। ঐগী ইতৌদু মীয়াম্না কুম্মৈ ওইনা য়েংনখি। অঙকপা ফংনা থাগৎনরকখি। মদুনি ঐনা পেঞ্জরিবসু ।

# ঈগী লেবেল

সুরাম



*সুরাম হাযনসু খঙনবা মোইরেংজম দেব সিংহ অসামগী হাইলাকান্দি ডিষ্ট্রিক্কী লাইশ্রম খুন মমাঙ লৈকাইদা খ্: কুম ১৯৪৯ গী জনুযারীগী তাং ১ দা মোইরেংজম পুন্সি অমদি মোইরেংজম ওংবী জিনি অনীগী মচানিপা ওইনা তাইবংদা খোঙদাবকখি। প্রি ইউনিভরসিটি ফাওবা তম্লগা ওজাগী শিনফমদা চঙদুনা হৌজিক হৌজিক ওজা ওইরি। থৌগন মকপ, জাবিরোন, মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, অসামগী অচঙবা মেম্বরনি। হৌজিক ফাওজদা রারী মচা, শৈরেং, নোভেলনচিংবা লাইরিক ১৫ ফোঙত্রে।*

*ফংখিবা মনা মথুমশিংদি ১। লাইশ্রম সুবল এৱার্দ (২০০১) ২। অম্বেদকর ফেল্লোশিপ এৱার্দ (২০০১) ৩। কামিনি কুমার এৱার্দ (২০০৪) ৪। লাইশ্রম থম্বাল বেস্ত টিচর এৱার্দ (২০০৪) ৫। অসাম সরকারগী রাজ্যক পুরস্কার (২০০৬) ৬। লৈমা গোল্ড মেদল (২০০৬) নি।*

ডাক্তর হোকিসে সেমা, মীয়াম্না ডাক্তর সেমা হায়না খঙনবা ডাক্তরসি ত্রাইবেল ওইজরবসু সেদুল ত্রাইবকী কোটাদা চান্স ফংদুনা তম্লকখিবা ডাক্তর নত্তে। মহাক মতীক চানা ব্রিলিয়্যান্ট ওইরনিনা নাগালেন্দগী চনৈনবা মেডিকেলগী সমস্য কয়াদা মহাকপু হেক্তা কৌবকই। মহাক্লরবু লায়েংলবদি অনাবশিংগী থরায় লূম্মী। অদুনা পেসেন্টশিংনা মহাকপুদা তান্নে। মহাক মীৎকুপ অমতা রাইশংনা তংতানা পোত্থাবা কয়া ফংদে।

নোংমা ডাক্তর হোকিসে সেমানা খুল্লক্কী হোসপিতাল অমদা চৎলুবদগী হল্লকপা লম্বীদা মীযাম পূনবা মফম অমদা নহা অমনা ঙাঙলিবা রাদু মাইক্তগী মযেক শেংনা তাবি। নুংঙাইরবা মতাংদা তিল্লিবা মীয়ামদুনা খূবাক খূদুনা, হুইশেল খোংদুনা থাগৎপা ফোঙদোক্লি। মবক মবক্তসু নহা অদুগী মমিং পল্লদুনা জয়ধবনি লাউবক্লি।

ডাক্তরসু মাগী গাড়ীদু খাল্লদুনা মহাক্কী ৱাফমদু ঙাইহাক তাখি। নহাদুনা হায়রি, “ . . . ঐখোয়গী শেংলবা ইমালৈবাক নাগালেন্দ অসিদা ইন্দিয়াগী মফম অতৈদগী চঙলকপা মীতোপশিংগী মশীং নোংমা নোংমগী হেনগৎলক্লি। ঐখোয়না চমথোক্লিঙৈদা মীতোপশিংনা লল্লোন ইতিক্কী অমদি মরুওইবা থবক কয়া মখোয়না নোংমা নোংমগী পায়শিল্লক্লি। ইন্দিয়া সরকারদা, নাগা ঐখোয়না তারিবা লমশিং অসি নাগালেন্দগী মনুংদা চলহনবিরে হায়জবদসু থংনরিবা ষ্টেটশিং অসিনা শিরগে মখে য়াদ্রি। মখোয়গী মরল লৌগেসু নত্তবা, শূপ্পগী মখোয়না য়েংশিনবিদ্রবা নাগানা তাবিবা জগাশিংদু পুল্লপ পূন্সিনজরগে হায়র্বনি। অসোমদা থংনবা ষ্টেটশিংদগী মীতোপ চঙলকপদি মখোয়গী মীনা অচৌবা ফম পূম্নমক পায়রিবনিনা অথিংবা থম্বীদে । মরুওইনা ঐখোয়গী ধর্ম্মগা মান্নবপ তৌবা মুসলিম শাগৈসিনা লেপ্তুনা চঙশিল্লকপসি ঐখোয়দদি পোৎলুম হেনগৎপনি। মসি থিংননবা হোৎনহৌগদবনি হায়দুনা পাল্লিবা সরকার অসিনা কয়াবব লেপ্পখ্রবসু থবক্তা পাঙথোকপদি শূকঙম ঙমদে। মখোয়সি য়াম্না চঙশিল্লক্লবাদ ঐখোয়গী ঈ নামুংলক্কনি। (ডাক্তর সেমাগী গাডী উবদগী) ঐখোযগী হোসপিতালশিংদসু ডাক্তরশিংনা ঈ স্তোক থম্বদা ঐখোয় নাগাশিংতগী অশেংবা ঈ লৌদুনা থম্বীযু হায়বগী তঙাইফদবা মতম লাক্লবনি। করিনা হায়ববু মীতোপকী ঈদুনা ঐখোয় নাগাগী হকচাংদা চেলহন্নীংদবা . . .।”

মতাংসিদা ডাক্তর সেমানা লম্বী চৎপা মীওই অমদা হংলুই, “বক্তা অসিবু কনানো?”

মীওইদুনা খুম্নকই, “মহাকসি লমদমসিগী মচীন চৎখৎলক্লিবা ছাত্রনেতা, মতম অমগী নাগা লুচিংবা ফিজোগী মনাওনুপাগী মচা জুনিয়র ফিজো হায়বদুনি।”

মতমদুদা ডাক্তর সেমানা মাগী দ্রাইভরদুদা গাড়ী থৌরো হায়রবদগী গাড়ীদু থৌরক্লে। অদুবু ঙাঙলিবদু মাইক্তগী অদুম তারি, “ ঐনা অচুম্বা ৱা ঙাঙবসিদা ডাক্তরসি তানীংদ্রমাল্লে, চৎখ্রে। অদু ওইববসু ঐখোয়গী ডাক্তরশিংনা খঙজিনবিগদবদি হোসপিতালশিংদা ঈগী বোটলশিং স্তোক থম্বদা মখোয়গী থাফম থোকপা লেবেলশিংদুগী মথক্তা 'নাগাগী ঈ', 'মুসলিমগী ঈ' অসুম্না লেবেল শেংনা থাবিরগা তোপ্পা তোপ্পা থম্বীযু। . . .” হায়না মহাক্না মাইকতা ঙাঙহৌবদু লাপথোরক্লবসু ডাক্তরনা তাখি।

নুমিৎ খরনিগী মতুংদনি। কোহিমা হোসপিতালদা অশোকপা মী মথং মথং পুখৎলকপা পূন্না তরেৎ শুবে। ডাক্তর, নর্স অমদি এতেন্দেন্ট পূম্নমক অশোকপশিংদুগী মথ্বায় কন্ননবা চিরিক হোদনবা কোয়চেন চেন্নখি। অশোকপশিংদুগী মরক্তা মশা শোনবী নুপী অমগা পীক্লিবা অঙাং অমগসু য়াওরকখি। থম্মোয় শোক্লা হেক নুংঙাইখিদবদি পুখৎলক্লিবা অশোকপা ময়ামদু শাগৈ অমতগীনি।

মশা শোনবী নুপীদুগী মবুক্তা তানা লেংবিখিবনি। ডাক্তর সেমাগুম্বা থম্মোয় চাউবা, মিনুংশি খঙবা ডাক্তর থেংনরমদ্রবদি নুপীদুগী মথ্বায় কনবা ঙম্বগী ব্রাফম লৈত্রবনি। থোকখিবা থৌদোক্তুগীদমক নাগা জাতিগী মথক্তা ডাক্তরনা য়াম্না ব্রারৌখি। মশা শোনবী নুপীদুতা নত্তনা মাগী পীবুক্কুংগী মচাদুবুসু কলহৌবা ঙম্বসি যীশুনা থৌজানবিবনি হায়দুনা মকোক, মথবাক অমদি শয়েঙদা অনী অহুম্লক মখূৎনা ক্রোস য়েক্তুনা তৌবিমল উৎখি।

নুমিদাং পূং মাপল্লোম তারক্তুনা পূমইং ঈংথখ্রবদা ময়ূমদা হল্লক্লগা ইরু মায়থজরগা য়ূমগী য়ুম্নুরেম্বীগা লোয়নননা নুমিদাংগী চাক্লেন চামিন চামিন্ননা টি ভি থাদুনা য়েংলি।

টি ভি গী পাউদা, নুমিৎ নীনিগী মমাঙদা থোকখিবা নুংঙাইতবা থৌদোক অমদা, নাগালেন্দ পূম্বা মৈ হৌরে হায়বদু উৎলি । মফম মফমদা য়ূম মৈ থানবা, বাঙ্গালী মুসলিমশিং য়ূম ইংখোল থাদোক্লগা চেন্নবগী অমদি বিলিফ কেম্পদা ঙাক শেন্দুনা থম্বগী ব্রারীগা কোন্ননা মথং মথং থৌদোক্কী পিকচরশিং উৎথোরক্লি। চাক তোক্লবা তুংদা য়ুম্নুরেম্বীনা নুমিৎ নীনিগী মমাঙদা থোকখিবা থৌদোক্তুগী মরমদা য়াম্না খঙনীংনা হংলকই।

কোহিমাদগী কিলোমিটর তরারোম চৎলগা লৈবা মুসলিম কূংনা তাবা মফমদুদা পোৎফম ফম্বী ললোনবী নাগা নুপী অমগা মুসলিম পাখং অমগা হেক হেক তোৎনা তিন্নবজাৎনি। লাপ্পা লাক্তুনা লৈরবনিনা মহাক্না মাগী পোখাফম খুদোংচাবা অসি লেপ্তুনা লৌখি। মহাক্তসু নত্তনা অতৈ মী খরনসু খুদোংচাবদু লৌই হায়বা মহাক্নসু খঙই। অসুম্না লেপ্পা লৈতনা চখরকপসিদা নোংমদি খুদোংচাবশিংগী মরক্তা খুদোংচাদবা অমা থোরক্লে। মহাক্কী মশাগী ফিভম পাখংদুদা ফোঙদোবক্লে। পাখংদু য়াম্না কিখি। অদুবু করিসু কিদবা শাদুনা নুপীদুবুসু লৌগনি হায়দুনা ব্রাশক্লে। নুপীদুনা মাগী লৈজবী মরন মথুম পূম্নমক য়োমশিল্লগা খুন্দু থাদোক্তুনা চেনমিন্নরক্লে। ময়ামগা তিন্নবদা হালেংদ্রবী, অফা অপুন লৈত্রবা নাগা সমাজকী পুন্সি মরেলদা চূশিল্লবী নুপী অমবু মুসলিমগী অফা অপুন কল্লবা, নুপীবু ফিরুক খুমহন্দুনা থম্নরিবা সমাজদা পুশিল্লুরগা মহাক্না তারক্কদৌরিবা অব্রাবদু খল্লুবদা, পোৎলুমদু মকোক্তুগী থাংথনবগীদমক শোঙলবা নারক্কী খুদোংচাবা লৌরগা ইন্দ্রিয়গী পেন্নবগী মীৎকুপ অমা শেম্মীন্নদুনা পঙথরিঙৈ তাঞ্জাদুদা চরম মেত্তুনা হাৎলগা লোকখাদা ইস্থরল্লগা নুপীদুগী মরম মথুম পূম্বা নুপাদুনা পুদুনা চৎখি।

ঙসি নুপীদুগী দেদ বোদিদু লোকখাদগী ফংবগী পাউ তাবদা, মুসলিম্না হাৎলম্বনি হায়দুনা লমচৎ নাইদবী মাবু সতি জয়মতি অমদি রাণী গাইদিলিউগুম্বী

নুপীগী থাক্তা পুখৎখিদুনা হাৎলন্নিবা মুসলিম শাগেদু তুম্না হাৎকদবনি হায়দুনা নাগাশিং মৈ হৌখিবনি।

ডাক্তর সেমানা মাগী ওইবা মোৎ পীরদুনা হায়রকই, "মসি য়াম্না চুমদবনি। অশেংবা ৱারী লীখুনদি লৌদদুনা লান্না লমজিংলিবা জুনিয়র ফিজোখোয়খুম্বা মীওই খরদি মখোয়গী মিংচৎ হেন্না শন্দোকহৌনবা মথ্বায় তানা হরাওজরমগনি। ঙসিদি ঐ য়াম্না ৱারক্লে, খরা ঙন্না পোত্থানবা তৌসি।"

মখোয়নী তূম্মনবা থৌরাং তৌরিঙৈদা তেলিফোনগী রিং অমা লাক্লে। চঙশিন্দুনা পায়খৎলগা, "হেল্লো।"

হায়রক্লিবদু ঙাইহাক তারগা অমুক থমখি।

তূমজরগনি খঞ্জরম্বা ডাক্তর সেমা মাগী ওফিস কাবগী ফিজেৎ অমুক তন্না শেৎকৎলকই।

মাগী য়ুম্বুরেম্বীনা, মতৌদুদা ঙক্লদুনা করিগী পাউনো হায়দুনা হংলুবদা ডাক্তরনা ফি শেৎনা শেৎনা, "অনৌবা, শাথীনা শোক্লবা খরা অমুক হোসপিতালদা পুখৎলক্লে। লিডরশিংগী মচা মনাওনি, থুনা লাক্তবা য়াদে হায়রক্লি। নহাক নথন্তা লৈহৌবা তারে, সোরি," হায়রম্লগা গাড়ীগী চাবী পায়রগা থোকখি।

ডাক্তরনা মাগী গাডীদগী হেক কুমথবগা, মীয়াম য়োমশিন্দুনা লৈরম্দগী নুপী অমা চেনশিল্লক্লগা কপ্না কপ্না হায়রকই, "ডাক্তর, শোক্লিবসি ঐগী ইচানি। ঐ জুনিয়র ফিজোগী মমানি। অঙাং অসি খরা শাথীনা শোক্লে। অমুক্তা মথ্বায কনবিয়ু।"

ডাক্তবদু জুনিয়র ফিজোগী মমিং তাবদুদা লায়েংগদবদু ইতন তম্থখি। অদুবু চঙশিন্দুনা অনাবদুগী শোক্লিবা মফমদু ফি হাইদোক্তুনা য়েংঙি। মবুক্তা শাথীনা শোক্লে। হংলুবদা, য়াচঙবা মতুংদা মুসলিম খুন্দা ময়াম হৌদুনা য়ুম মৈ থাবা চেন্নবদুদা মচীন তুম্লবা ৱাদা নমশিল্লুবদগী শোকপনি হায়বদু খঙখি। ঙসাইগী মশা শোনবী নুপীদুবু নীংশিংলক্তুনা ডাক্তগী পূক্লিংদা, শোক্লিবসি হাকপু হাকমন্দে খল্লি। মচীন্দা হায়, "অসিদি খরা শাথীনা শোক্লে, করম তৌগনি?"

তাঞ্জাসিদা নহা খরা জর জর থুংলখি। মখোয়গী মরক্তগী ডাক্তরনা উগ্রবগুম তৌবা নহা অমা চোংথোরক্লগা হায়রকই, "ডাক্তর, ঐ জুনিয়র ফিজোনি। শোক্লিবসিনা ঐগী ইনাউনি। ডাক্তরনা অমুক্তা খুৎলৈ থুনা য়েংবিয়ু। চঙালগী মচা মুসলিমশিংসে তুম্না হাৎকদবনি।"

"মিষ্টর ফিজো, ঐবু অমুক্কা হেন্না অৱাবা পীবিরগনু। নত্তে, নখোয় লিডরশিংনা পাম্বীরিবসিবু করিনো?"

"ডাক্তর, ঐখোয়না পাল্লিবসি নীংতম্বা। অশেংবা নাগা ঐখোয়তনা লৈজবা গ্রেটর নাগালেন্দ অমা।"

"মিষ্টর, য়েংউ, চীংমান্দা লৈরিবা উচেক ব্রায়া, শা-ঙাশিংসি ফাওবা মফম অমতদা চাক্তামিন্নদুনা হিংমিন্নরি। নত্তে, নীংতম্বা হায়বসিবু নুংশিননা, অমনা অমগী অপনবা শীনদনা লৈমিন্নবদুবু নৎত্রনে? অমনা অমবু তাথীনবা, হাৎন শুনদুনা খোপচিনখিবা লৈবাক অমবু করম্না নীংতম্বা লৈবাক কৌগনি?"

"ডাক্তর, হৌজিক লেকচর তৌদুনা অরেম্বদা মতম য়াম্না মাঙহনখ্রে। শোক্লিবসি ঐগী ইনাওনি, অশেংবা নাগা।"

" সোরি, মিষ্টর ফিজো। ঐদি কাউবু কাউরুরে। অনাবসিদি খরা শাথীরে। ঈ কাপত্রবদি য়ারোইদৌরি। অদোমদগী অশেংবা নাগাগী ঈ লৌদ্রবদি অশোকপসি কনবা ঙল্লোইদৌরি।

"হ্বাট? করি ব্রানো ডাক্তর? অসুক চাউখ্রবা হোসপিতালসিদবু ঈ লৈতে হায়বা? ঐ থাজদে।"

"ঈ লৈতবগী ব্রা নৎচদে মিষ্টর ফিজো। ঈ অশেংবা হায়বদি অশেংবা নাগাগী ঈ হায়দুনা লেবেল থাবা অমতা স্তোক্তা লৈতে হায়জবনি। লৈরিবা ঈ-শিং অসিদি নাগাগীরা, মুস্লিমগীরা মফম মরাং অমতা খণ্ডবা, শূপ্পতগী এ/বি/ও/এ বি লেবেল থাবা ঈ ঙাক্তনি। মসিবু অশেংবা নাগাগী মশাদা করম্না কাপকনি?"

# থাবল্লেগী ব্লাকৎ

*লমাবম বীরমণি*



*লমাবম বীরমণি খৃষ্টকী কুম ১৯৪৯ গী অগষ্টকী তাং ১৮ দা লমাবম ইবোহল সিংহ অমদি লমাবম ওংবী ববকন্য দেবী অনীগী মপারি ওইনা নাউরেমথোং খুমন্থেম লৈকাইদা পোকই। হৌজিক হৌজিক মণিপুর সরকারগী এদুকেসন (স) দিপার্টমেন্টদা সাইন্স প্রমোসন ওফিসার ওইনা থৌপুরি। অইবসি মণিপুরদা লৈরিবা মরুওইবা সাহিত্যগী সংস্থান কয়াগা খুৎশন্নরি।*

*হৌজিক ফাওবদা ফোঙথ্রবা লাইরিকশিংদুদি ১। পিকনিক পিকনিক (ব্রাবীমচা, ১৯৮০) ২। চেক্লা পাইথ্রবদা (ব্রারীমচা, ১৯৮১), ৩। কাক্কী মচা কাক, উবোক্কী মচা উবোক (ব্রাবীমচা, ১৯৮৮), ৪। মচীন মৌপ্পা (অঙাংগী সাহিত্য) অমদি ৫। ঈশিং নুংশিৎ অমসুং ইঙোচা (অঙাংগী সাহিত্য) নি।*

*ফংথ্রবা মনা মথুমশিংদি ১। মণিপুর স্তেট কলা একাদেমি এৱার্দ (১৯৮৪), ২। নেসনেল সাহিত্য একাদেমি এৱার্দ (১৯৮৪), ৩। যামিনি সুন্দর গুহা গোলদ মেদল (১৯৯৮), ৪। স্তেট চিলদ্রেন লিটরেচর এৱার্দ (১৯৮১), ৫। কথা এৱার্দ (২০০০) ৬। অকাসবাণি এৱার্দ (১৯৯১) নি।*

"মৈদু মৃখৎলোনে নঙবো, মোন্দ্রংদু মৈ মন্নবসু শান্নবা য়াই। মীনা হায়নবা হায়বসি লুবনি।"

নুমিৎ তাখ্রে ইমাগী ঈশৌ হৌরক্লে। ঙসি নোংমগী ব্রা নত্তে। নুমিৎ হেক তাবগা থোঙ থোঙনাও লোনবা, মৈ মৃখৎপা মহাক্কী হৈনবীনি। ঙাঙবসু লেপ্লোই।

"অয়ুক অঙনবদগীনি লৈরক কোনশাং পূম্বা সিফায়না পূম্মু মুরন্নিবা, চৎখিবতা ঙায়রি।"

"সিফায়না কৈদৌবগে ইমা? সিফায় হায়বসে ঐখোয় ঙাক্লবা লৈবনি।"

"অদুনরা নোংমতা কাংদ মখৈ সিফায়না অদু তৌরে, আদা তৌরে হায়রিসে? থৌনা ফবা শারদনা, শিফম নাফম খঙদনা শিনি হায়রিবনি।"

মৈ মৃখ্ ংতুনা হেক তূমদ্রিমখৈ ইমা ঈংগদবা লৈত্রে। ঙাঙনা ঙাঙনা লোন্দুনা লৈরবা থোঙ- ে ঙনাওশিং অদু কোয়চং চংতুনা চেক তৌরি।

"হায়বিদে ায়নি, লম হেল্লিনি, উশিংত্রিনি হায়দুনা অমম অথেঙদা মীনা কৌরকপদা থোকপা য়াদে। ঐ হেক্তা হৌদোক্লকদবনি।"

য়াররোইদৌব. িনা ঐ ফমুংদা চঙলে। ইমাসু ইমুং থুংনা চংলল্লগা ফমুংদা চঙখ্রে। মদুদতা নে তাই। হিংবগী নুংঙাইবা হায়ববু অস্বাই মঙায়রে। থবক ফংদে, শৃফম নোম্ফম লৈতে। অদু া শেন থোক্তে, শেংপা চাবা নীংথুংদে। পুম্নমক থোইনা খল্লুদে —ইরাইবক্কীনি। থেম জিনজৈ পূক্লীংবু —মতম লাকখিনি। খল্লিবদি —নে-না তানা হিংবা ফংজদবা, নোক্লি িলে নীংতম্না নোকপা, কপ্পীংলে কপ্পা, হায়নীংলে হায়বা য়াদবা, হৌরেল করি থো.ক্নি, হয়েং করি ওইনি তম্বা ঙমদবা পুন্সি মহিং অসিগীনি।

তৃম্বসু য়ারোই, ঙল্লি। কৈদৌর িনি! মোন্দ্রং শান্নবা নত্তনা উপাই লৈতে। ইনীং তল্লিবা হায়ববু সি মঙায়রে। হৌজিক থাবলৈবু কৌবা তায়। নীংদ নীংশিংলুবদা থুংলরে থাবল্লে। নোকফেৎ নোকফেৎ চঙশিল্লক্তুনা ফল্লৈ ইনাক্তা।

●

"করি হায়গে তা'ইবী, হকচাং নল্লকউরা?"

হৌজিকসিদা নুংশিবিবিবা, ঐগীদমক ব্বাবিরিবা হায়ববু থাবল্লে মঙায়রে। হায়বা ইনবীনি, চীনগা খৃৎকা মান্নবী। ঐনা খুম্বা ঙাইে তনৌরবী মখৃৎ অনীদুনা নল্লকই নঙ্গলদা, খ্বাঙদা অমসুং খোঙদা। 'সিদগী হেন্না নুংঙইবা কবি লৈ! পূক্লীংনা তাজবী অমগী পৃকচেল শেংনা তৌবা সেবানি। অরেঙ খৃদিং ৃজেংগী খুজীনা শারি জগোই। খৃজিশিংনা অমগা অমগা থেঙ্গাইনবগী মখোলনা শারি ান। মরক মরক্তা ঙাঙখোক্লকপা খোয়থুম্নরবা থাবল্লেগী ব্বাতৈনা ওইরি ঈশৈ।

"ঐখোয়দকা অসুম্না নম্বীরবদি কযাদা নুংঙাইদৌবা?"

থাবল্লেগী ব্বাহৈদু তাবদা ঐ শ্বাই লাউই। অসুম্নকা হায়বা হৈব্রনে থাবল্লেনা!

"করি হায়বা থাবল্লে?"

"তা'ইবী হোয়গী থবক্কী ব্বাদু কমদৌখ্রবগে? মী হনুবনা হানখি রে হায়বনিদা!"

"ব্বা থৈগনু থাবল্লে, ব্বাদু অমুক্তংগা হল্লু।"

"অদুবুরো, নুপীগী পূক্লীংগী অপাম্বসে নুপানা খঙশিন্নদে হায়বা।"

"নঙনা হায়রিসি ঐ পাঙদে, সিনিনে ?"

ঐ হীপ্পম্বদগী হৌগৎকে হোৎনৈ। থাবল্লে মীৎ-না য়াম্না শিংবী নূপীনি। ঐনা হৌগৎকে হোৎনরিঙৈদা মহাক্তি আ য়ৌখ্রে। মহাক্লা চেনখিবদু উবদা ঐ কৌই।

"থাবল্লে, থাবল্লে! ঙাইখো হায়রগা থাবল্লে।"

●

"হা! কনা কৈদৌরে হায়বা?"

ইমাদু ইফিং ফিনা হৌগৎলকই। ওম্থোকপা হায়দুনি। মোন্দ্রং মপান থোকখ্রে। অসুম্না ইকাইবা নংবসি মশীং লাকঙমদ্রবনি।

" কৈসু নত্তেদা, ইমা।"

ইমাদু শ্বর মপী শাংনা হোনখি।

"ওম্থোকপা হায়বদুনি মঙ-হা ফাওবা ইচোই হেক চোইদা।"

অমুক তূমথখ্রে ইমা।

ফনা য়াম্না থেঙলমাল্লে। নুমিদাংগী পূং তরামাথোই হেনখ্রে। করিমত্তা খল্লরোই, তূম্লগে খল্লি। শ্বর শান্নদুনা তূম্নবা হোৎনৈ।

তাঞ্জাদুদা কোম্থোংদা গাড়ী খাম্বগী মখোল অমা তারকই। কনা ওইরিগবা ? নাকোং থাঙ্গত্তুনা তায়। কনাগুম্বা খরা চৎপগী খোঙকাপ মখোল তারকই। ইমানা হায়খিবশিং অদু নীংশিংলকই :

"অমম অথেঙদা মীনা কৌরকপদা থোকপা য়াদে।"

খোঙউপ মখোল অদু অসুম অসুম নকশিল্লকই। নক্লম্বদগী অমুক লাপথোকখ্রে। থাবল্লেগ্োয়বোমদা চৎখ্রে। ঙৈহাক্কী মতুংদা মখোয়বোমদা কনা কনানো খরা ব্রাবী শাবগী মখোল তায়। কুইদে, মখোল অদুসু লেপখ্রে। চেক মোক লাউখিদ্রে। মীশিং অদু থোকখিবগী মখোলসু তাদে। লৈবাক ব্রাথোক ওইখিবা তাকয়েল খোঙবানগী থৌদোক নীংশিংলকই।

●

থাবল্লেদু শোয়দনা ব্রাবৌবমগনি। হায়রমগনি নঙ অমা য়ূম্লোন্নবগী করি কান্নে?

য়ূম্লোনবগী ব্রা ঙাক নত্তে, মহাক ঐগীদি পূক্নীংগী চান্নবীনি, পাম্মুনা থমজবীনি। ইমুং অদুদা লৈবিবদু মমা মচাতনি।

"কয়াদা মতু শোন্না লৈরমগবা!"

চহী অনীমুক্তা ঙায়বি মখোয়না হোংলক্তুনা ঐখোয়গা য়ূম্লোন্নদুনা লৈবকপা। ঐখোয়দগী ফিভম খবা ফবা, মপূক মপাউ ফবা ইমুং অমগা য়ূম্লোনবা ফংজরে খন্দুনা নুংঙাইজরম্বনি। লাইবক থীবদি চহী অমা খরদং হেল্লকপা অদ্বাইদা থাবল্লেগী মপাদু লৈখিদ্রে। মপাদু লৈখিদ্রবসু মৌপ্বা অমা লৈরি খন্দুনা মথম্মোয়দা চাউথোকচরম্বনি। কদায়দনো মহাক্না চৎখ্রিবদু। ঐসু হংবা য়াবা, থিবা য়াবা থিরুরে, লীখুন অমতা

ফংবা ঙমদে। হৌজিক্তি ইমুং অনীসিদা নুপা হায়ববু ঐতনি লৈরিবা।

অদুনা থাবল্লেনা তত্তনা হায়জে:

"তা'ইবী, ঐখোয় পূন্না লৈনবা তৌরসিবা?"

হোয় হায়নবগী থৌনা হৌজিক ফাওবা ঐগী লৈত্রি। নোংমতা কাংদনা হাংলি। "তা'ইবী! কৈদৌঙেনো নখোয়গী থবক হায়দু লৈখাই তাদৌবা? শেল ব্বাংলগনা করিনো অমা খন্নরসি।"

থবক্কী ব্বা হেক পল্লকপদা খোয়দৌ হেক্তা শাউগংলি। তাইনফমদি খঙদে। গ্রেজুয়েৎ হেক পাস তৌবদগী কয়ারক্কি থবক্কী চাংয়েং য়াওরকখিবা। অইবা চাংয়েং অয়াম্বা মায় পাকখি। ইন্টরভিউদা হেক্তা লৈহৌই। মদুগী মরম খঙই। অদুবু ব্বানোমদুনা অমসুং শেল পীজদুনা থবক চঙবা পূক্লীংনা য়াদে। পীনীংঙাইসু লৈজদে।

কাইনথঙদা শীজ য়াইমগী লাংদা থুখি। থবক্কীঅইবা চাংয়েং অদুদা ঐ য়াওখি হায়বা করম্না খঙলিবনো খঙদে। অইবা চাংয়েং অদু হায়দোকপা নুমিৎ অদুমক্তদা মহাক থুংলখি।

"হন্দক্কী তাংফম'সিদদি নাম্বোকহল্লনু। ইন্টরভিউ হায়দু হয়েংদগী হৌরদৌনি। মহাক্কী ব্বাদুদা ইমাসু ঐসু থোইনা পূক্লিঙ চঙলুদে। ইমানা খুমই —করিবু কান্নগবনোদা, ইবেম্মা, পালা ওইরুদুনা?"

নুপীদু হন্দে, মখা তারকখি, "পালা যাওদ্রবদি খূদৈ ফংদে। খোঞ্জেল ফনা ফববসু, ঈশৈ ফনা হৈরেবসু ওজা খন্দ্রবদি ঈশৈ বর্তিন ফংদ্রবা মতমনি। পালা য়াওবা ফংলিবদু লাইবক ফরবনি ইচে। খূদৈ লোক্কে হায়ববদি মীনা তৌনবদু খরা তৌ'তাবা।"

"লুপা চামনি, চনীনি, হায়সু নত্তনা কদায়দৈনো ইবেম্মা, লুখ্রাবী ঐনা অদুক য়াম্বা শেনফমদু লৌরুদৌবা?"

" লৈতে হায়দুনা চাদবা য়াব্রা ইচে? তঙাইফদবা হায়বা অমা লৈ। শেল লৈ হায়দুনা অইবা চাংয়েং মায় পাক্তবা অমনা শেল পীরুবদা লৌ য়ারোই। শেল পীফম লৈতদুনা তোকপসু কোঙ্গায়নি। হয়েং থবক চঙবগী চহী মতাংদু হেক হেনখিবদা শেল লৈ হায়দুনসু য়ারোইদৌরিবনি। নীংঙমহৌরোই হায়বগী ব্বানি।"

অচুম্বা, ককপা ঙমদ্রবা ব্বা ঙাক্তনি। ইমাদু শীজ য়াইমগী লাংদা থুখি। ঐ ইমানা তৌবা থবক্তা অমুক য়েংলুদ্রে। ইপানা থম্বীরম্বা ইংখোলগী শরুক খরা থাবল্লেহোয়দা বন্ধান চংখ্রে।

শেনফম অদু হেক পীবগা হায়দোকদবা মাল্লম্বা ইন্টরভিউগী ফল অদুদি খক

হায়দোকখিদ্রে। হয়েংদগী হংচিৎ, হংচিৎতগী হপ্তা, হপ্তাদগী থা, মথং মথং হৌখি। খবা লৈবগা শীজ য়াইমা অমুক থুংলখি।

"ব্রাববসু ব্রানা হপ্তাসিমগা ঙাইবো। হন্দক্তি শোয়ববোই, চেদু মন্ত্রীদা লৈহৌববনি। নহাক্না থাজদ্রবসু কনানো মন্ত্রীগা খঙনবা মী লৈববদি য়েংহল্লু। নহাক্কী পোষ্টিংগী মফম ফাওবা ইম্ফালদা তাহন্নবা হায়বল্লবনি।

[illegible]ঙবা মখৈ ঙাঙলুবগা অবোযবর্দদি, শেলদা তাবকই, "অদে [illegible]ইবুংঙো, শেলদি খবা হাপ্তুবা যাবোইদৌবি।"

মহাক্কী অতোনবা শেল থৌবদু ঙায। কন্না থৌই। অকোনবগী শেনফম অদু হাপ্লদনি ইংখোল মচেৎ অমা থাবল্লেহোয়গী ওইখিবা। তৌবগীদি ইংখোল অসি য়োল্লমদ্রবা থাবল্লে এগা খঙনবা ফংলমদবসু য়াই।

[illegible]থাবল্লেনা শাউবসি. এন খুমদবা: বা ঙাঙদবনি। কবিনো ঐনা খুমদৌবা [illegible]য়র্ক্তিনবা তৌশিন্নবা [illegible] পা [illegible]দে মহাক্[illegible] পাম্লোই। ফাগী তাথোকপা নত্তনা উপাই লৈতে।

"ঙাইবা বাবগনা ইমানা হায়বা ইনখ্রোদনা।"

ব্রাহৈ অদিন অমুক্না হেন্না মহাক্কী থব্রায চাকপীনি। মহাক পৈথ্রনি। মহাকপু থেম্বদা হপ্তা অমদি [illegible]ঙনা [illegible]।

●

[illegible]না কুইখ্রে, অদু [illegible]ঙবা খোঙউপ মখোলশিং অদু থোকখিবা তাদে। কোন্থোংদা খামখিবা গাড়ীদুসু চৎখিবা তাদে। অসুক কুইনা ইমুং অদুদা কৈদৌবিবা! পূক্লীং অসি লৈতাদে। থাবল্লে নঙবু কবম তৌবিদগে! ইমা হনুবীদুনা কমদৌবমগদবা!

◗

থোঙদা কনানো অমনা কোক কোক থীল্লকই। ইমাদু মীৎকপ থোক্লক্লে। ইমানা ইনাঙ্গা চঙশিল্লক্লুনা হায়বন্মী —থোক্লক লাক্লকপা যাদেকো'

লালটেন অমা পুবদুনা থোকখি ইমা। থোঙ হাংদোকখি। ইমানা হায়বা তায়, "থাবল্লে, কবিনো তৌবিদুদি?"

খুমখিবা তাদে। ইমানা মখা তাবকই :

"নঙবু ইকাইবা হাযদু কবিমতা খঙদ্রববা হাযমী?"

মদুসু খুন্নক্তে। মখোয় ঐগী কাদা চঙলকই। লালটেনগী মৈঙালদা অকিবা শক্তম অমা ঐ তম্না চঙলকপদু উই। থাবল্লেনি। মশাদা ফি অমতা থোংদ্রে। মথবাক্তু ঈনা পূমঙাঙ ঙাঙলে। খূজিন মফম্না থবাক্কী মফম অমতা হাঙখিদ্রে।

ঐ তম্মা অসুম অসুম চঙশিল্লকই। ইমানা ফি অমা পুরক্তুনা থাবল্লেদা পী। থাবল্লেনা লাক্তুনা লংথোকখি। নোকসু নোক্তে, কপসু কপ্তে, মমিৎ অদুদি ইঙাঙ ঙাঙলে। ঐঙোন্দা চাথোক্কদবগুম য়েংই। মখোঙ থাংবা লেপ্তে। মহাক্কী মতৌদুদা ঐ কিরে। ইনাক্তগী খুবৈ অমা ফাওবা হেন্দোকহন্নীংদবা থাবল্লেবু ঐনা কিরে। ঐ ব্রা ঙাঙবা থোকখিদ্রে।

মতম পূম্বদা খোমজিন তাশিন্দুনা চেকশিন্না থমজবা মহাক্কী ফিনুংগী হকচাং অদু উংথোকপগী ইকাইবা লৈতনা ভৈরবীগী মতৌগুম্না ইমাঙদা লেপ্লদুনা হায়রকই, "য়েংউ তা'ইবী, নঙগীদমক চেকশিন্না পাম্মুজনা থমজবা ফিনুংগী হকচাংশিং অসি, ফজদ্রা?"

ঐ য়েংবা ঙমদে, হৈনদে। খুম্নসু ঙমদে।

"করিগীনো মায় লৈথোক্লিবা? নহাক্না পাম্মুনা থমজবা থাবল্লেগী হকচাংনি। খুৎফমশিং অসি উবদা লূখাক্লি হায়দুনা তূক্কচবে নৎত্রা?"

ইচীন অসি ফাজিনবগুম তৌশ্লে। ইশা অসিসু ইনম নম্লে, লেঙ হাইবা ফাওবা ঙমদ্রে। মায় লয়থোক্তুনা খাঙবা নত্তনা উপাই লৈতে।

"মদু যারোই তা'ইবী, মায় ওনশিল্লকউ। লূখাক তাববী নুপীগী কয়াৎশিংগী ফজবা য়েংউ।"

ইমানা থাবল্লেবু ফানবা ফনা কন্না হোৎনৈ। হেন্না হেন্না নকশিল্লকই। মহাক ঐগী ইথক্তা কাখৎলক্লে।

"পাঙদবা নথৌনা লৈতবা নহাক্তি লূখাক চাও।"

মখূৎ অদুনা ইহিং না'ইহিং শারবা অথোৎপা থবাক্তু পায়রদুনা ইয়াদা ই নশিল্লকই। খৌবোম অসি পিক থল্লে। শ্বব ফুল্লে। লাউগে হোৎনৈ ফনা কন্না

"কনা কনা লৈগে, ঐ শিবা তারে।"

"ইবোবী, তারিববা ইবোবী।"

ইমানা লেংজুম পায়দুনা হৌদোক্লকই।

"নশাদু অমুক্তা লেঙউসে।"

ইশা পূম্বা হুমাংনা পূমচোৎ চোৎলে। থাবল্লে মমা মচাসু ইমানা লাউবদু ত বদা থুংলরে। নুংশা থীনা থাবল্লেনা হংলকই :

" কৈদৌরে তা'ইবী ?"

অশাংবা শ্বর চনীং তানা হোম্বরগা ঐনা খুমখি, " কৈসু তৌদে।"

# হাংপা

য়ুম্লেম্বম ইবোমচা সিংহ



*য়ুম্লেম্বম ইবোমচা সিংহ খৃষ্টকী কুম ১৯৪৯গী অগষ্টকী তাং ২১ দা কৈশামথোং লৈমজম লৈকাই, ইম্ফালদা য়ুম্লেম্বম কুলচন্দ্রা অমদি য়ুম্লেম্বম ওংবী গম্ভীনি দেবী অনীগী মচানুপা ওইনা তাইবংদা থোকখিবনি। হৌজিক হৌজিক এদুকেসন দিপার্টমেন্টতা থবক তৌবি। মতম কুইনা নহাবোল সাহিত্য প্রেম্মী সমিতি, ইম্ফালগী ভাইস প্রসিদেন্ট ওইবম্মী।*

*মণিপুর ষ্টেট অমদি মসিগী রাংমদা পাওথোকখিবা কবি সম্মেলন কয়াদা শরুক য়াখিবদা নত্তনা সভাপতি কয়াবক ওইখ্রে। ২০০২ দা চিনাদা চংখিবা ভারতকী অইবশিংগী খোঙচত্তা দেলিগেৎ অমা ওইনা শরুক য়াকখে। নেসনেল সাহিত্য একাদেমীগী মণিপুরী লেঙ্গুয়েজ এদভাইজরি বোর্দকী মেম্বর ওইখ্রে।*

*হৌজিক ফাওবদা ফোঙখ্রবা লাইরিকশিংদি ১। সন্দ্রেম্বী থোবক্রো নত্তম পোঙ্গেল শানিগে (শৈরেং, ১৯৭৩), ২। নুমিত্তি অসুম থেঙজিল্লক্রি (রাবীমচা, ১৯৮৯), ৩। রাজকুমারী অমসুং উচেক মচাশিং (শৈরেং, ১৯৯২), ৪। শীংনবা (শৈরেং, ১৯৭২, থাংজম ইবোপিশক অমদি বঞ্জিৎ দবলিউগা পুন্না ইমিন্নবা) নি।*

*অইবসি ১। মণিপুর ষ্টেট কালা একাদেমি এৱার্দ (১৯৭৪) অমদি ২। নেসনেল সাহিত্য একাদেমি এৱার্দ (১৯৯১) অমদি ৩। নেসনেল সাহিত্য একাদেমি এৱার্দ ফোর ট্রান্সলেসনসু (২০০৮) ফংখ্রে।*

লমজাউ খোংনাংলোম্বা মখোঙদা সি আর পি পার্সোনেল অনী তাদুনা লৈবে, নুপী অমনা থাঙনা থিল্লগা হাৎলম্বনি।

থোইবদি ফমুংদা লোংনা হীপ্লগা লৈবি। মমীৎ অমুক পাঙথোকই অমুক উইশিল্লি। অয়ুক্কী পূং তবামাথোই তাববনি। হৌজিক ফাওবা থোইবা মচীন ময়া শেংখ্রি। লমজাউ খোংনাংলোম্বা থোইবগী লৈকাইদগী লৈকাই মঙা তরুক লাক্লগা লৈবা মফমনি। নুংশিগী মপামদগীনা লৈকাই অচৌবা অনী অহুম

চঙশীল্লক্লগা লৈবনি। মফম অসি থাইনদগী লাইফম্নি হায়নরক্লগসু থোইদোক্লা কিনা তৌনরকখিদে। নোংপোক্লোমদসু নোংচুপ্লোমদসু লৌবুক ময়াম্না পাক্লা শাংনা শন্দোকখি। লৌবুক্কী ঙমখৈদা নেমতক নেমতকপা চীংদুম পরেং পরেংনা লানবনগুম ইকোয় কোয়শিল্লি, নোংচুপ মায়কৈগীনা চীংদুম থোইনা য়ামদে, চীংশাং ওইনা শন্দোকখি। অরাংলোমদা সোড়োক অচৌবা ইম্ফাল তম্না খুল্লক য়ুন্নক মথং মথং ফাও ফাওদুনা থেক্লা খোয়না চংখি। মখারোমদনা পাৎলম লমখাই য়ৌননবা চুমদ্রিং হাইথখি। সোড়োক অচৌবসিগী ময়ায় ওইরপ্লা সনা খোংনাং অনী খম্বাংনা হৌরি। মফমসিবুনি লমজাউ খোংনাংলোম্বা হায়না খঙনরিবসি।

থা অনী অহুমগী মমাঙদা খোংনাংখোং অসিদগী য়ুম্লোন তরামুক অরাংলোমদা চংখৎলগা ভারতগী লাম্মীগা নহারোল কাঙবু অমগা নোংমৈ কাপ্লখি। অশোক অপন শিবা খোৎপদি য়াওখিদে। নোংমৈ কাপ্লখিবা নুমিত্তুদগী চয়োল অমগুম্বা লৈরগা খোংনাংলোম্বদা লাই থোকএ হায়দুনা রা-রা লাউনরকই। নুপী ময়াম লৈ শু, হৈরুক হৈরা পুরদুনা খোংনাংখোংদা কৎনরখি। নুপাশিংসু য়াওরকই। য়েৎথংবদা খোংনাং মউদা ইবুধৌ পাখঙবা শাফোঙলে হায়দুনা মায়কৈ কয়াদগী খুরুম্বা লাক্লখি। নুমিৎ তাশিল্লকপা সন্ধ্যাগী মতমদগী ইবুধৌ শাফোঙই হায়নরকপদগীদি নুংথিল নুমিদাংরাইরমদগী মী ইন্নবা হৌরক্লে। নোংমা নীনীগী মতুংদনি, শাফোঙলিবা ইবুধৌসি পাখঙবা নত্তে, ইবুধৌ লমজাউ নিংথৌনি। ইকুই কুইদনা ওয়থংবা খোংনাংদা ইবেনধৌ লমজাউ শাফবী লাইরেম্মসু শাফোঙলক্লগনি হায়নরক্লে। রাফমসি মখা লৈকাইরোমদগী থোরকপনি। অরাং লৈকাইগী মীনদি পাখঙবনি হায়। অদুদগী ইখঙ খঙহৌদনা ইবুধৌ শাফোঙলকখিদ্রে। লাইরিক হৈবা সাইন্স তম্লকপা অহল্লোন, নহারোল খরনদি কদাইদগী লাইনো, মঙাল থোকপা মাইক্রোওরগেনিজম খরনা থোকহনবনি হায়। মখোয়গী রাদু খরনদি য়ানীংদে, লাইনি হায়না অদুম খল্লি। খনবদা নত্তে, করিগুম্বা অমা শোয়দনা থোক্লগদৌরি হায়না য়াম্না কিনৈ। নুমিদাং ঙন্না ঙন্না ময়ূমদা মচা মশূ খোমজিন্নে।

কিরম্বা নুংশা থীনবম্বদু কোক্লরক্লবা, কাউনরক্লবা মতমদনি খোংনাংখোঙ অসিদা সি আর পি অনী হাৎলম্লিবসি। সি আর পি অনী শিরগা লৈরম্লে হায়বসি মথং মথং তানরকপদগী অকোয়বদা তারিবা লৈকাইশিংগী ইমুং পূম্নমক লানগায়দুনা চেন্নখরে। খোংনাংখোঙ অদুমক্তদা নুপী অদুনা থাঙনা থিল্লগা হাৎলম্বনি। অমনা বিড়ী থক্তুনা অমনা খৈনি নোইদুনা লৈরিঙৈদা নুপীদু চঙশীনখ্রগা ঈখঙ খঙহৌদনা থাঙ অমা শত্তোরক্তুনা চক চক থিনজিল্লম্বনি। অসুম্না হায়নরম্বদগী ঙাইহাক লৈরগদি খোংনাংখোঙমক্তদা হাৎলম্বা নত্তে, লৌবুক্তা হাৎলম্বনি হায়নরক্লে। কুইবা নত্তে,

লৈকাই অমদগী অমদা লান্দ্রিঙৈ থৌদোক অসিগী ৱারী পরীং হোংলকই। অমনা নোংপোক থংবা লৌবুক মপান্দনি, শম্বল্লে পরেং অমা ৱাংনা হৌরিবা সোড়োক্কা থংনবা মতেক্কুগী মনুংদনি, অমনা সোড়োক্কী নোংচুপলোমদা কুথাপ পাম্বী চরোৎ পাম্বী য়াম্না হৌবা মোংশোং ওইনা তৌবা লৌবুক্কী চিদাইদুদনি। থাঙনা থিল্লল্লিবসু মবুক্তা নত্তে; খোঞ্জেল পীকথনা হায়নৈ, ফিনুংদনি, ফিনুংগী হকচাং ককথৎলম্বনি। লৈকাই অমদগী অমদা য়ৌরকপা মতমদদি লমজাউ লাইরেম্বীনা মেৎলগা হাৎপনি হায়নবকই। লৈকাই লানবা খুদিংগী পাউগী শক্তোন মথং মথং ওল্লকই। মসিদা হোংদ্রিবা হায়ববু সি আর পি অনী শিরম্লে হায়বসিখক্তনি। অশিবা হকচাং মনাক্তা মশা মশাগী নোংমৈ অদু লৈরম্লি, লাইনা হাৎপা শোয়দনা ওইগনি —মসিমসু য়াম্না থাজনা ঙাঙনৈ।

থোইবদি পাউ অসি হৌজিক ফাওবা তাদ্রি। অয়ুক্কী পূং তরামাথোই তারবা ফাওবা ফমুংদা লৈবি। মহাক মশাগী পূক্লিং ঈরোন্নুংদা ঈরাক্লরি। নুংশি চৎখ্রে। ঙরাং নুংথিল পূং অনী তাবকপা অদ্বাইদা চৎখিবনি। চৎলমদাইদা হায়রম্মী, "ঐ চৎলগেকো।"

মাগী পাউখুম ঙাইথদনা ইমুংদগী থোকখি। থোইবনা হায়নীংখি, "চৎকনু, কর্বিগী চৎকদৌরিবনো?" ৱাহৈ অহুমখকসি মচীন্দগীদি থোরকখিদ্রে। শেল ফংদবা য়াম্না কুইরে। মখোয় অনীমক হয়াব সেকেন্দরী স্কুলগী পার্ট তাইম লেকচববনি। চপ চানা মী খ্বাইনা ফংনরিবা তোলোপ্তু ফংবা নত্তে, মমীংদং ওইনা অৱামল খজিক খজিক্তং ফংবনি। মদুসু ফংলক্তবা থা মঙা শুরে। মণিপুর য়ুনিভর্সিটিদা খঙনবকপনি। এম এ হেক লোইবগা লুহোংবা নত্তে। লুহোংর্বাদ থা নীপালমুক্তবু ঙায়বি।

থোইবা মথন্তনা মবুক্লিংদা খঞ্জবা নত্তে, লৈকাইগী পূম্নমক্না হায়, 'নুংশিগুম্বা মশক ফজবী মৌ লৈকাইসিদা লৈত্রি। মশকসু ফজে, ঈংই, তপ্পী, মখোন মৱা নুংশি, মিংগা শক্কা য়াম্না চানৈ।' ইমাইথীবী নুংশিদু থোইবগী মফমদদি ইকাইবা খবা খরা থাদোকচবরুবীনি। মাগী হকচাংগী ফজবা থোইবগী মমীত্তা অসুম উরকই, হেন্না হেন্না শাম্মুজবকই। হৌজিক কবি তৌগনি? মহাক চৎখ্রে। মহাকপু অমুক কৌশিল্লুগদ্রা? মীনা কবি হায়নগনি ? মসিবু মহাক্কী মরাল্লা? মরাল নৎত্রবসু মহাক ইজ্জৎ মাঙখ্রবীনি।

থোইবা ফুক হৌগত্তুনা ফাম্ম। খূৎতূম তাশীন্দুনা মোম্পাক্তা শাফূ কন্না থাজিল্লি, হন্না হন্না থাজিল্লি। মকোক নোম্থবগা শ্বর ফূইনা ফূইনা হোল্লি।

"শোয়দনা য়াওগনি ঐ শোদনা য়াওরগনি, অমতং ওইরবসু হাৎলম্লগা শিরবসু শিগনি। ঐবু হাৎলম্লবনি, ঐ শিববনি। অমুক্কা হন্না শিবদা করি কায়বগে? লমন

খুম্নদা মথ্বায় থাখিবা করি কায়বগে? পাঙদবা মীনা চাম্মরক হন্না শি হায়রগদি ঐ চাম্মরক হন্নদি শিররোই। মসিগী মমাঙদা নুংশিগা অমুক্তংদি উনরমগে । মহাক্কী মরাল করিমত্তা লৈতে হায়রমগে। মহাক্কী মরালবু করিনো? মহাক মশানা ইজ্জৎ য়োনখিবা নত্তে। নমদুনা ইজ্জৎ মাঙহনখিবনি। মসিবু মাগী ইজ্জৎ মাঙবনি হায়বা চুম্লা? ইজ্জৎ মাঙলিবসি মহাক্কা নৎত্রগা লমচৎ য়াওদবশিংদুরা? মশাগী ইজ্জৎ থমদনা মখোয়না ঙস্না মফমদা নমজা নমথেক্লুরিবা মখোয়দু নৎত্রা ইজ্জৎ তশেংনা মাঙলিবদি? ইকাইফম থোক্লির্বসি কনানো? নুংশিনা করিগী ইকাইফম থোকপগে? ঐনা করিগী ইকাইফম থোকপগে? ঐনা ইকাইরিবসি করিগীনো?”

লোংনা দোং অমুক হীপথে। খৃৎতুম অনীদু কন্না কন্না তাশীল্লি। হৌজিক য়াওখিবা নত্তনা অতোপ্পা লাম্বী লৈতে। নুংশিগা অমুক্তংদি উনরমগে। “নহাক্কী ইজ্জৎ করিমত্তা মাঙদে,” হায়রমগে।

নুমিত্তু মহাক্তি য়ুমদা লৈতে, নোংমৈ কাপ্পখি হায়বা নুমিত্তু। কাপ্পখ্রবা মতুংদা য়ুম খৃদিং চঙদুনা সি আর পিগা আর্মিগনা ইমুংগী পোৎচৈ পুম্নমক শলাক শানা চাইখায়রম্মী। মী কয়াবুনা মশা পোপ্পমখৈ ফৃরম্মী। মমল য়াম্বা পোৎচৈদা নত্তনা য়ুমদা থমজবা শেল কয়া কয়ানো খঙদনা মাঙনখি। থোইবনা হল্লকপা মতমদা ময়ুমদা চঙবা য়াখিদে। লৈকাই অহুম মরিমক সিফাই ময়াম্না কোয়শীন্দুনা লৈরম্মী। নুমিৎ হুম্নীগী তুংদা ময়ুমদা চঙবা ফংখি। নুমিত্তুদগী ঙসিফাওবা থোইবা মশাগী পূক্লিং ঈরোন্নুংদা ঈরাক্লরক্লি। ইমুংগী মী পুম্নমক মংগারকপদা ঙায়রিবগুম লৈরক্লি। ইমুংগী মী হায়ববু মখোয় মরিখক্তনি । থোইবা, মমা, নুংশি, থোইবগী মনেহল মণিশং। কনানা কনাদা করি হায়গদগে খঙনদনা চিপক চিপক লৈনরকই। থোইবগা নুংশিগা করিমত্তা হায়ননীংঙাই লৈত্রবগুমই। মীৎকা মীৎকদি য়েংনৈ অদুগা লৃকথনৈ। থোইবনা খাঙবা ঙমদ্রিবসি থোকখ্রবা থৌদোক্তুখক্তনসু নৎত্রি, নুংশিগী মতৌনসুনি। মহাক নুপীনি, থৌদোক্তুদা চেন্নরিবসু মহাক্লি। লুহোংবা কুইদ্রিবীনি অদুবু মহাক কপ্তে, লাউদে, য়ুমগী তৌগদবা থবকসু করিমত্তা তৌদে। স্কুলদসু চত্তে, ব্রা করিমত্তা ঙাঙদে। থোইবগী মনেহলনা কৌশিন্দুনা চাক্তি চামীন্নে। মহাক চাক নীংথিনা চাব্রা চাদব্রা থোইবা হংলুদে। খনবমখৈ খল্লুরগা হেক্তা হায়নীংখি, “নঙ নপামদা লৈররো।”

হায়বদি অমুকফাওবা হায়খিদে। য়ুম অসি থাদোক্তুনা নুংশি চৎখিগদ্রা ? মসি মহাক মশা ফাওবা খঙজদ্রবা মহাক্কা কিজবা অমনি। অদুদি নুংশিগা সুম লৈমিন্নগদ্রা? মসিসু মহাক কিজরিবা অমনি।

ঙরাংদি নুংশি চৎখ্রে। “কদাইদা চৎকদৌরিবনো?” হংহৌদে। মপামদা চৎলমগনি। মপামদগী কৌথোক্লগা মখোয় অনী তুমিন্না চৎমিন্নখ্রবদি খৃরাইদরা,

ৱাংখৈদরা, শওঙ্গুংদরা কদাইদনো অমা লৈমিন্নরুরবদি মখোয়বু কনানসু খঙগদবা লৈতে। ইজ্জৎকী ৱাদি? মাগী ইজ্জৎ করিমত্তা শোক্তে। হকচাংদি শোকখি। হকচাংবুরা থম্মোয়বুরা হেন্না লুনা লৌগদৌরিবসি? হকচাংদি অরায়বনি, থম্মোয়নি মমল য়াম্লিবদি। মী কয়ানা ময়ূম পাম্লুরবী মাবু লৌদুনা লৈমিন্নে, পুন্সি চুপ্পা লৈমিন্নে। পুরেম্বনা ঙাম্খৈরৈমা অমুক হন্না লৌশিনখি। কুন্তিগী মচা অহুম তোঙান তোঙানবা মপা অহুমগী মচানি, পাণ্ডুগী মচা অমত্তা নত্তে। অদু ওইরগসু কুন্তিগা পাণ্ডুগা কায়নদনা লৈমিন্নখি। ঐগীদি মদুমকসু নত্তে। নুংশিগী মবুক্তা ঐগী ইচা অমা য়াওখ্রে । য়াম্মা শেংনা লৈশাবী ওইনা লুহোংলগা ওইখিবা ঐগী ইচানি। নুংশিগী লমচত্তা অমোৎপা করিমত্তা লৈতে। ইচা অদু মরাইবক থীহনগদ্রা? অঙাংদুগী মরাল করি লৈবগে? হৌরেল নুংদাংমক নুংশিবু কৌরুরগে। কদাইদনো অমা লৈমিন্নরুরগে। মসিনা খ্বাইদগী চুম্মী। মরাল করিমত্তা লৈতবা ঐগী নুপীবু, ঐগী ইচাবু ঈস্বোকপা কৈদৌনুংদসু অচুম্বা ওইরোই। ঙসিমক নুংশিগা ঐগা কদাইদনো অমা চৎমিন্নখ্রগে।

থোইবা ফমুংদগী কুমথরক্রে। মমায় মমীৎ তাথোক্লুরগে নীংদুনা মখোঙ থাংগে হেক তৌরকদা মমা হোৎচিল্লকই । শ্বর থবেৎ থবেৎ হোল্লদুনা হায়রৈ, "ইবুংঙো নফি প্রপ প্রপ হোংঙু। হৌজিকমক চৎখ্রো নঙগী মাম্মখোয়দা। ঐখোয়গীদা থানা লাকহৌরে হায়।"

থোইবা ইঙক ঙক্লা মমাদা য়েংদুনা লৈ।

"ইমানা হায়রিবসি নঙ ভাব তাদব্রা? নফি হোংঙুনে। থীনবা য়াদ্রবনি। য়ৌরকপনা হাল্লনিনে নঙবো। নুংশিনা সি আর পি অনী হাৎতোক্লম্লে হায়বসি খঙলবা নৎত্রা?"

থোইবা ইঙক ঙক্লা মমাদা অদুম য়েংদুনা লৈরি।

# লুপাগী মীহাং

রাজামণি নোংথোম্বা



*রাজামণি নোংথোম্বা হিয়াংথাং মমাঙ লৈকাইদা খৃ: কুম ১৯৫০ গী মেগী তাং ৪ দা নোংথোম্বম ইবোমচা অমদি থম্বৌ দেবী অনীগী মপারি ওইনা তাইবংদা খোঙদারকখি । হৌজিক্তা মেঘালয়গী নাগরিক ওন্দুনা ইউ সি সি, বড়াপাণী দা লৈরে । অইবা অসি মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ অমদি ভারতিয়া দলিট সাহিত্য একাদেমি, মেঘালয়গী প্রসিদেন্টনি । অদুগা মলটি লিংগুয়েজ রাইতরস ফোরম মেঘালয়গীনা ভাইস প্রসিদেন্ট ওইরি । আকাসবাণি ইম্ফালগী শক্লাইবা শৈরেংবনি । সংস্থান কয়াগা মরি লৈনরিবা অইবা অসি হৌজিক হৌজিক ইয়ু সি সি, বড়াপানি, মেঘালয়গী মেনেজর (এদমিনিস্ত্রেসন) ওইরি ।*

*ফোঙথ্রবা ঈশৈগী লাইরিকশিংদি ১। ঈশৈ ময়েক (২০০৩), ২। নোংমদি লাক্কে ভীক্ষারি ওইনা (২০০৪), ৩। গোকুলগী অমুবা থাজা (২০০৪) ৪। লমদমসিনি মণিপুর (২০০৫) ; শৈবেংদা ১। বড়াপাণী ঈথক্তা (২০০৩), ২। খাঙ্গুল লীবার্ (২০০৫) ৩। উমং লাইরেম্বীগী তেংথা (২০০৫) অমদি উপন্যাসতা হল্লকখিনি (২০০৬) নি । ফংখ্রবা মনা মথুমশিংদি বেষ্ট রাকর এৱার্দ (১৯৬৭) অমদি বাবা সাহেব ডা অম্বেদকার ফেল্লোশিপ এৱার্দ ২০০৬ নি ।*

নোংমা নুমিৎ য়ুংবা মতুংদা ইবেতেম্বীনা ঐখোয়গী ইশেননুপাগী দুকান্দা অচাপোৎ লৈবা থোরকপদা ঐগা থেংনখি। মানা হংলকখি, "ইবুংঙো নঙ কৈদৌঙৈ লাকই?, করি থবক্কী লাকপনো?"

ঐনা খুমখি, "ইনে, ঐ সাহিত্যগী মীফম অমা য়াওবা ইম্ফালসিদা লাকপনি।"

"ইবুংঙোদি রারেং শৈরেংককাসু য়াম্না ইবোইরে। ইবুংঙো, নখোয়না লৈরিবা

শিলোংদদি লুহোংবদা ডাউবি লৌবককা হায়বদু তৌদববা? ঐনা লৈকবা কানপুব হায়বা মফমদুদদি ডাউবীগীদমক্তা মী হাৎলি, নুপী হাৎলি। ওম্বোক্লা তমথিখবেদা। পাম্মুইদা নুপী মচাদো। অসিগুম্বা থৌদোক ৱাথোকসি ইবুংঙো খোয়না ইথোকপিববদি সমাজসিদা অফ ফত্তদু উখোকপা ঙমগনি খল্লি।"

ইনে ইবেতোম্বীগী ৱাহৈদো তাকবদা থম্মোয়দা খঙনীংবা, হংনীংবগী ঈথৌ লাংলক্তুনা হংলুই, "ইনে, নুপীবু পঙহাত্তা হাৎপবনে? মবাইবক থীববীশিংদুগী মপা মমা, মবুং মৌপ্পা লৈতবজাৎলনে?"

"খঙদে ইবুংঙো, লুপাগী মিহৌবা, কবাম্বদা তুংদা কবি ওইবক্কনি হায়বা খনবা ঙম্বজাৎ নত্তেদা," ইনে ইবেতোম্বীনা মথ্বায় নুংঙাইতনা হায়বকখিবনি।

"হায়বিদুবু ইনে, লাইবিক লাইশু হৈতদুনা তৌবিববনে?"

"ইবুংঙো, লাইবিক হৈবশিংনবু খবা হেনখবে," হায়বগা পেন্দবা য়াবমখৈ পেন্দনা মমায়দু লয়থোক্লবগা অমুক লয়শিল্লক্লগা মখা তাবকই, "তোল্ল তাববা, লেত লায়বশিংনা লৈহৈবা মফম নত্তেদা। মচানুপী পোকপা মপা মমাদি মচা নুপী পোক্কনি খনবদা পোক্ত্রিঙৈদগী হৌনা নিংদোন পোম্নবিবনি। মমাগী শিয়োম্মুংদা লৈবিঙৈদা হাক্তোক্তুনা মাঙহনবনা কোঙ্গায়নি।"

"হৌজিক নুপীনা মিনিস্তব, প্রসিদেন্ট ওইববা মতমসিদবো ?"

"ইবুংঙো, হৌজিক ঐখোয়গী মনিপুবদদি মচা নুপা পোকপবুদি মচানুপী পোকপনবু হেন্না হবাওনববনিদা । ঐগী ৱাখলদদি মচানুপীনবু মপা মমা হেন্না নুংশিবগুম তৌবেদা। অহলশিংনা হায়নবা 'মচানুপা পোকপনা মমৌগী, মচানুপী পোকপনা ময়াগী' হাযবদু চুম্লক্লেদা।"

ইনেগী মবৌ লৈবা ৱাঙাঙদুদা অহল ওইবক্লবা মতমসিদা মচা মমৌনা লুনা তৌবিদবগী ৱাকৎ অমা থাওবগুম তৌবি। মমা মপানা মচাশিংবু চাউনবা হোৎনবদা অহীং নুংথিল তুম্ফম চাফম খঙদনা লেনখিবা অদুগা মচাশিংনা লাইবিক লাইশু তমদুনা মী ওইবক্লবদা মপা মমাবু থৌওইবিবক্তবগী মপুক্রিং নুংশিবনা হেনখিদুনা মচা পাম্লিবা মপা মমাবু সাপ ওইনা তৌনীংবগী বাখলফাওবা পোক্লকপবা হায়না ফাওবা খনখি। ইনেনা কবিগী অদুক যাম্না খোয়শাওনকবিবা? ডাউবিগীদমক্ মচানুপী থাজবা অমদি লৌদুনা মমৌ থিবা অসিনা সমাজদা কবি কান্নবা পুবক্লিবা? পূম্নমকসে তুংদা খিজিল্লগে খল্লগা, ঙসাই ইনেনা পনখিবা 'নুপী মচাদো পাম্মুইদা' হায়খিবদো হেন্না খঙনীংলকখি।

"ইনে, ঐ ৱাবী অমতা হংজগে। ইনেনা ঙসাই তাকপিখিবা 'ডাউবি, নুপী মচাদো পাম্মুইদা' হাযবগী ৱাবীদো ঐ যাম্না তাজনীংই । মবীক চূম্না অমুক্তা লীবিবম্মু।"

মিনুংশি খঙদবসে মীরমদনা খরা খিৎ হেনবা জাৎনি। নুপী অঙাং, তোল্ল তারবশিংবু ওৎপী নৈবিবগী মশীং থীবা ঙম্বা জাৎ নত্তে। চৎনবী অমা ওইরক্লনি। ইনেনা নুংঙাইত্রিবদি মীৎনা শং শং উবগুম্না, ঐনা য়াম্না নুংশিজবী নুপীমচা অমদা থোকখিবদো নুংঙাইতবগী ব্রানিদা। ঐনা জগোইগী ওজা ওইনা কানপুরদা চহী মঙা তরুক লৈরম্মীদনা। ঐনা হন্দক মণিপুরদা লাক্লমদাইদা থোকখিবা থৌদোক্লি।

স্নেহগী মবুংদুগী মমিং রিত কৌই। মচীন মৌপ্পা অনীমক ফষ্ঠি ক্লাসতদা পাস তৌবা য়াম্না লাইরিক ফবজাৎনি । স্নেহদি জগোইদসু মনা মথুম কয়া ফংগ্রে। স্নেহনা ফজবসিদি করিদা প্রমাণ তৌরুনি! কুচুনা ফজরিবা, ব্রারক্কী তয়ালগুম্মী । ঙারোয় শাবান্নী, মায়থোঙদি মোমোনতা তৌদুনা লৈজবী, ঙাঙথোরকপদা সুর নাইনা মেঙনা ঙাঙজবী, কানপুরগী কোকিলনি হায়না ইনখৎলকপা নহাশিংনা হায়নৈ। এম এ সোসিওলোজি লোইরগা জগোইদা বিসারদসু লোইববদা মপা মমানা থাজ য়োঞ্জনীংবগী ব্রাখল লাক্লে।

মহাক্কী মবুং রিতকা তিন্নবা রমেশ কৌবা ইনাক কৈরাক খুনবা অমনা স্নেহবু খোয়দাজরম্মী। মদু স্নেহনসু খঙদবদি নত্তে। মমা মপানা রমেশতা থাজনীংবগী অপাম্বসু লৈ। ইমুং অনীমক হাইরপ থোং মান্নবা থাক্কীনি।

অহল মশেল উনদুনা লুহোংবগী ব্রা লেপ্পখ্রে। স্নেহদি মপা মমানা হায়বা ইনবীনিনা লুহোংবগী হায়না শীংনবদুদা থোইনা অয়েৎপা পীদ্রে। চৎনবীনি হায়দুনা ডাউবিগী মতাং খন্নরকপদা মচানুপীগীদমক মতম কুইনদগী লাঙজদুনা থমজরকপা সনা লুপা, বঙ্গলো অমা, কার অমগী মথক্তা লুপা লাখ অহুম পীবদা য়ানদুন্না লুহোংখি। পীয়ুদা হায়বদা পীগনি হায়বকপদুদা হেন্না অমুক লৌনীংবগী ব্রাখন্দা রমেশকী মমাদি পেল্লক্তে, খরগা হেন্নমুক হায়রমগদবনি হায়দুনা অনুতাপ তৌরকখি।

ডাউরিগী শেনফমদু থোইনা য়াম্বা নত্তবা অদুগা রমেশতি মচাগুম্না স্নেহগী মপামদা হান্নদগী হৌনা অদুম চঙথোক চঙশিন তৌদুনা রিতকা লৈমিন্নরকপনিনা ডাউরিদু নোংমা হেক্তা পীরুরগা লোইরে খন্দুনা থোইদোক্লদি হাথু হাথুদ্রে।

থা অমা হৌজিনখ্রফাওবদা ডাউরি য়ৌরক্তবদুদা রমেশকী মমাদুদি শাউনীংবনা তুম্ফম চাফম খঙলক্ত্রে। পীরক্লরোইদ্রা হায়না হেন্ন হেন্না চিংনখৎলক্লে। লাই ফত্তবী অমনা তোংলবগুম, মচীন তুম্লবা চৈ অমনা কক কক থিনবগুম পোখাফম খঙখিদ্রে মচানুপা বমেশতা মচেক্লা য়ৈ য়ৈদুনা নীংশিংহল্লে।

অহানবদদি রমেশ থৌশারমদবনি। অদুবু মমাগী নোংমা কাংদনা থাবকপা ব্রাহৈদুনা নিশা পালহল্লক্লে। ওনশিন্দুনা স্নেহদা চৈ থাংলক্লে। মদু স্নেহদি থোইনা

লুনা খল্লুদে। অদুবু হন্দক্কী মতাংসিদদি স্নেহ অকিবা অমা পোক্লকখি। মমা মপাগী মফমদা থোইদোক্লা অয়াম্বা শেনফম নত্তবনিনা নোংমদি শোয়দনা পীজবক্কনি হায়না লৈথোক্লম্বদু য়াবক্তদুনা ব্রাফমদু নুমিৎ হুম্নিগী মনুংদা য়ৌহল্লক্লবা ফোন্দা মমাগী মফমদা খঙহনখ্রে।

বমেশ হল্লক্লবদা মমা অমদি মপাগা লোন্না ব্রাতানখিবদু স্নেহনা য়াম্না চিংননা উবে। অদুনা মশাদা অকি তুজুংবা ফাওদুনা মানা ইমুংদা চঙবা, চাকশঙদা চঙবদা পেট্রোল, কেরোসিন, গ্যাসনচিংবগী মনম নম্বা হায়না খঙদোক্লগা যাম্না চেকশিন্না চঙলে। মবমদি ঙসিসে ডাউবি পীবক্লবা মনেম্বোক্লা পীবা দেট লাইনগী হুম্নি শুবা নুমিত্তুনি। নুমিৎ তাববা ফাওবদা ডাউবিগী পোৎ অমদি শেনফমদু য়ৌবক্লবদা বমেশকী মপা অমদি মমাদু, 'মঙক কল্লি খঙগনি' হায়দুনা শীঙদুনা লৈখ্রে।

মথঙগী নুমিত্তা স্নেহ মঙলাক্লদুনা শিবল্লে হায়না ব্রা ব্রা লাউনবকখি। পাউ চে কয়ানা 'লুপাগী মীহাৎ' হায়না শেবাক ফাকপমখৈ ইনবক্লে। নুপীশিংগী সংস্থান কয়ানা খোঙজঙ কয়া চঙশিন্নবক্লে। পুলিসনা কেস অমা বেজিস্তব তৌদুনা পোষ্ট মোর্টেম বিপোর্টকী মতুংইন্না থিগৎলগপদা অচুম্বদু থোবক্লে। কোর্টকী বায় মতুংইন্না নুপীবু ডাউবিগী শেনফম পীদবগীদমক মপুবোইবা, মকুবোক অমদি মনেম মখোয় অহুম চঙদুনা স্নেহবু মোন্না নমশিন্দুনা শ্বব ফুলহল্লগা হাৎপগী ওইনা বমেশ, মপা অমদি মমা পূন্না কৈশুমশঙদা লৈহনখ্রে।

ব্রাবীসি তাকবদগী লুপা পাম্বগী মযায়না মবাল লৈজদ্রবী নুপী অমগী পুক্সি মাঙহনখিবা মিনুংক্সি খঙদ্রবা শাগী শাজৎ অদুবু ঐগী ব্রাখল্না শীংনখি। শেলনা লৈবা ফংলবোইদৌবা নুপী নুপা ওইবগী নুংশিগী মবী অদু শেনফম খবগীদমক্তা মপুক্সি হেক্তা মাঙহনবিবা হায়বসি অফবগী খৃদম নত্তে।

ডাউবি পীদুনা মচা থাজবদা কবি কান্নবিবা? পীদ্রগনা কবি মাঙজবিবা? ব্রাহংশিং অসিনা ঐগী কোক্তা নৈদুনা লৈখিবনা ঐ অহীংদু তৃম্বা য়াখিদে। 'হৌজিক্কী সমাজদা নুপীশিংগী সমস্যা' হায়বা সেমিনাব অমগী ব্রাহংগী সিম্বোলগী মকোক মযামদুননা ঐগী কোক্লুংসিদা নৈবা তৌবর্কখি।

# যষ্ঠি কৈদৌঙৈনো?

*কেশো সিংহ ইরেংবা*



*কেশো সিংহ ইরেংবা খৃষ্টকী কুম ১৯৫১ গী ওক্তোবরগী তাং ৬ তা ইরেংবম নিংথেমতোন সিংহ অমদি মৈস্নাম নিঙোল ইরেংবম ওংবী কেতুকী দেবী অনীগী মপারি অহল ওইনা অৱাং পোংশংবম খুনৌদা পোকখি।*

*দি এম কোলেজদগী বি এ পাস তৌরবা তুংদা সেরিকলচর দিপার্টমেন্টদা সেনিয়ার একাউন্টেন্ট ওইনা থবক তৌরি। রেদিও, তি ভিগী শৈরেংবা, পাউচেগী কলম্নিসনি। অইবসিনা শম্নরিবা সংস্থানশিংদি কলচরেল ফোরম, মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, নহারোল সাহিত্য প্রেমী সমিতি, ইমাখোল নি। অইবসিগী হৌজিক ফাওবদা ফোঙখ্রবা শৈরেংগী লাইরিকশিংদুদি ১। চেন্থরকপা শৈরেংগী ইচেল (২০০২) অমদি এদিটর ওইখিবদা ইমাগী খোঞ্জেল (২০০৪) নি। ফংখ্রবা মনা মথুমশিংদি ১। ডা বি আর অম্বেদকার নেসনেল ফেল্লোসিপ এৱার্দ, ২। মহাত্মা জ্যোতিবা ফুলে ফেল্লোসিপ এৱার্দ, ৩। নহারোল সাহিত্য প্রেমী সমিতিনা পীবা সাইতেসন অমদি ৪। ভারত জ্যোতি ফেল্লোসিপ এৱার্দ অমদি ৫। চন্দ্রশখি লাইশ্রম চুমথাঙ সাহিত্য মনা নি।*

যাদুমণি লায়রবদা পৎ তৎলি শূনা শূনা। শূগনবা লায়রবা চাগনবা য়াঙ্গংবা হায়নবদুমক হেক থোকই। ইম্ফাল তুরেলগী অৱাং পোংশংবম মপাগী তুরেল খোঙবান্দা নূং কন্না থুগাই খূত্তা নূংথং পায়দুনা। খূবী খুদোম্বী নূংথঙনা শুগাইবগী পূমতোয়। ঈ অশিবা চঙবদুনা অমুবা শম্বু মপাক মপাক। লাম্লক্কনু য়াদবা মবুক্তুনা চা গ্লাস তরামুক থক্লগা তল মপাক কুম্মুক চারবসু থনবা নত্তে। মদুগী মথক্তা বোরা কাংঙৌকাসু চানীংলিপোৎনি। অদুবু ফূরিংখাউদা লুপা অমফাওবা য়াওদবনিনা উপাই লৈতে।

কোবৌনা মঙাল শামখ্রবদা মাসু ময়ূম মায়কৈ পাংলক্রে। মাগী য়ূমগী মবেম্মা মায়ানা পীক্লিবা মচা দজন মখায়দুগা লৈবক্না ফিভমদুদি হবে হবে য়েংবদা কিবু কিদা। থাদক্কী অঙাংদুনা খোল্লাং ইল্লি। অনীনা নাকন্দা চয়োম য়াম্থবগুম য়াম্থবি। অহুম্না মমাগী ফিজি য়ান্নবি। মব্রা মপুবোইবনা ব্রানা থবক শূক্লবগা হঞ্জিল্লকপদা মাগী য়ূমগী নুপীনা হান্নদি চৌবমদ্রবসু হৌজিক্তি চৌথোবক্লবা ময়াদুনা খিগৎলপদুদি, ব্রা' খূৎফজ অর্মনি। অব্রা অনাকা পূমকাউ।

কবিগীনো হন্দক মবকসি মায়াগী মশক হেক উবগা যাদুমণিগী তীল হেক্তা কাঙলিসিবু? ফনা নুংশিনদুনা, ফনা পামজদুনা লৌবকখিবনি। অদুবু হৌজিক্তি হূ তবেৎমুক খাবে মানা পোক্লিবা মচা ময়ামসি উবদা। চাবোকফবী মমানি । মচাবু ফাইবোকও কবিও পঙপোক্তা মপোকই, লফোয় ফাইবোক চাকবগীবা কবিনো খঙদে। শূবীনবদি মতোমতা, চাবীনবদি মেনবদা শূংফুন ফুনবা ঙমদ্রবা মচাশিংগী মনাতোন মখাগী মখয়াৎ ময়ামসিগী খনবদা ব্রাদবা ঙমদে। ব্রাংনা পান্দম থমদুনা মথক্রোমদা পাইখৎলম্বা ব্রাখল আ লৈখাদা য়ুংশিন্দুনা তাবকই।

ঙসিসু মহৌশাগুম হঞ্জিল্লক্রে যাদুমনি । চক্ক চনাই, পোমফ্রি পোবাংনা পূমচাই। শূমচাববা ব্রাগী ফমুংদুদা অঙাং ময়ামদু খবনা তূল্লি, খবনা কপ্লি, খবনা শান্নবি, খবনা হিগৎলি, খবনা মন ওল্লি, নোক্ল, লাউবি, খোংলি। হৌদোং মচানা শবাঙ্ক শান্নবদু মঙায় মমাদা অঙাং ময়ামদুনা। ময়ামদু হোৎনবদা মমাদু মফি মবোল ভাব তাদে। মিহুন কাঙলক্লুনা অঙাংশিংদুদা যাদুমণিনা লাউহৎলকই:

"হে তম্বলাইশা, তূম্মো হায়বদি কোক হেক তূম্মোদনা।"

মায়ানা মখা শমথবকই, "নুংশিবদা খাববা ইচাশা। নপানা হায়বিসে তাদ্রা? চাক চাদ্রসু কোক তূম' য়াদ্রা?

"ঐখোয়' চাক লোইববা ইমা?"

যাদুমণিনা অমুক হ'য়বকই, "অঙাং নুংঙাংকা পূল্লায় লায়বি। ঐদুম হান্না অমুক্তা পীজৌনে নঙবো। মনীংথোঙ মকমদবা কবিনো পুথোবকউ, অবাম্বসে কোক্লবা খজিক্তা লোন্না চাহৌগে।"

তাল্লক্লুদা মনপ্পা কাপমুক শাং, মতীন্না মথবাক্ল পূমচোৎ চোৎ, খোমখক্লাই চুববা শবক্গী মিতম, তম্বলাই মাল্লবা মচানুপাদুনা শেগায়বদগী ইহো হোববা খোঙ্গ্রাউ মতৎ অমা শেৎ, ময়াং কংবদা পীশিনবা ঙমদ্রবা মকোক্ল থাংগৎ, কুশিৎ কূৎশিল্লবা মমীত্তুনা লাইবেল মমীৎকুম হূত্তুনা য়েংলক্লগা হায়বকই, "বাবা, অচাপোৎ লৈবকপবা? চাক য়াম্না লাপ্লে।"

যাদুমণি মচাদুদা মুন্না য়েংলগা হায়বকই, "নখোযগী অচাপোত্তি লায়বদনা ঐ-মি বিডীফাওবা লৈবক্তে। নখোয় মযামগী হোৎনবদা ঐদি কবোঙচাক য়ুংলে। দাউনা

য়াদ্রিসু থুগাইদুনা থল্লবা নুং খরদুফাওবা হাপ্পা লাকপিদে। পূম্নমকসে চাগোক ফবী মমা, হয়ীংখোই রাণী নঙনা থোকহল্লিবা ঙাক্তনি।"

ময়ানা ওক্তুনা খুন্নকই, "হরে! ঐ ব্রা য়াম্না ঙাঙনীংদেকো। সি থোক্কনি, য়ুম পানখিরোইসি হায়বদা নঙনা নুমিৎ থা হূয়না হেক চাখিগদৌবগুম নংহৌররোই মতাগুম তৌখিবদো কাউবিরবরো? ইপান ফরিঙৈ, ইশক ইতৌ হেল্লীঙৈ, নঙনা ইনাক্তগী শৃকহেন হেন্দোক্তনা নৈবদগী সি থোক্লিবা নৎত্রো? ঐদি সরকারগী মীনায়বা করিনো ঐবু থাকপা ঙম্নবা শেল থোকপা থবক অমা হান্না তৌখো হায়খিদ্রা? হৌজিক্তি মায়হীং কারবা কাহৎলবা মায়থোঙ, সনারৈ অথোনবগুম কায়রবা খূনীং, হাৎপিবা শংদ্রবা ফারবা ইশম, চমোৎনরবা ফিজেৎ চাকচা, পূম্নমকসি উরগা কাওথোক্ল ীংলম্লগনিনে?"

যাদুমণিনা মখা তারকই, "ঙাইখোনে, শাউগৎখিনুনে মমা নঙবো।"

ময়ানা অমুক মখা তারকই, "অদুবু মোই'বা হায়য়ু হায়বনি, ঐখোয়বু চরা হেনবসে কয়াম কুইনা ইচাশিংসিদা তম্বীখিদৌরিবনো?"

যাদুমণিনা খুন্নকই,

"শিরদি চরা হেন্দৌ মান্দ্রে। অশিবা অমতা চাক লাম্মে হায়রক্তে।"

তাঞ্জাদুদা মচা যায়মা ব্রা য়াম্না ঙাঙগনবা মরৈকন্দুনা ওনশিল্লগা হায়রকই, "পীজবা ঙম্লোইদৌ ওইরদি কৈদৌবৈ পোকপিরিনো ঐখোয়বু?"

" হে যায়মা, নঙগী ব্রাদু ইপা পিং লাউরকইকো। পোইনুদদি উচী ফাওবা নুপী লোল্লি হায়নরিবনি। অদো, নখোয়সু নবুক থনগদবা ইনাক কৈরাক খুনবা ইমুংদা চঙলগা পোক্লবা য়াবনি? লৈখিদ্রবা ঐগীসিদা পঙচঙদা চঙলক্লিবা নখোয় ঐনা ঙসি শাউরক্লদি কয়া নতে চাজবোই।"

মচাদুনা ঈ কানা হায়রকই, "সিব্ ঐখোয়নরো নখোয়নরো?"

যদুমণিনা পিং লাউবক্লত্রা করিনো হাযবকই, "হায় নখোয়সে পোক্কে হায়না পোকখিবা নত্তেনে। লোইনা হায়দোরক্লোরো?"

পৃক্কী লানথেংনবদা যাদুমণি ব্রাবনা হায়নীংঙাই লৈত্রে। মায়াসু নঙ চানু, ইথন্তা চাগে হায়বা মতাংদু য়ৌরক্লে। মচানা চারগা মমানা পৃক থল্লি হায়বদো ব্রাহৈগী রানি, শদৌ থোংলকই, শ্বর হোনবা ঙম্নক্তে। মচা ময়ামগী অব্রাংপা মেনবা ঙমদ্রবনিনা অমুক্তোইবা রেদিও থাগৎপদা সেন্টর মুন্নবদু মঙায় পেদ্রো পেদ্রো ।

অসুম্না লাঙলম্বদগী যাদুমণি ব্রাচেৎকী ফমুং, চন্দ্রগী মোম্পাক্তদা ফদি শাববা কাম্বদু চিংশংলগা নুংঙাইনা তূমখুন তানখ্রে।

ঙসিদি যদুমণি, মচা ময়ামদু থাকপা ঙম্নবা লংফৈ চত্তুনা শেল তাল্লুরগে খল্লে। মমান্নবা চাউৎনা হৌরকপনি। অদুবু নিপাদু চথোকখ্রিঙেদা কদাইদগী চাগনি?

ময়ানা হায়বকই, "ইস! অসুক য়াম্বা ইচাশিংসিগা ইতোমতা লৈহৌবা? ঐনা থোকপা ঙম্না ঙম্লবা হোংনহৌবা তাবেদনা। ঙমদা ঙন্নক্রুগনা হূ খবা লৈব্বগা ইমাইচা পূন্না . . . খবা হাঞ্জবম্বা তাবে মোই'বাদগী।"

যাদুমণিনা তপ্না হায়বকই, "নঙবু ঙাইহাক্তং উদবদা ককঙাওনবিবা ঐনদুম হেন্না ব্রাদৌবিনি। মদুগী খূদম হাযবু অঙাং মযামসে উবেদনা? ঈশ্বরনা তম্বা অমা লৈজবমনি । লংফৈ চত্তুনা শেল য়াম্না তাল্লুবগা অঙাংশিংসি নোংমদা তবা তন্নারক পীজসি মমা নঙবু কৈদৌগে। লাই খুকল্লম্মু।"

লংফৈ চৎপা তাবে। মচা ময়ামদুনা মানা মানা থোকপা অমুক্তোইবা মবোল থোকপোই থোক্তবোই মাগী মাগী পোৎ মযাম'মা তপ্লবি।

"বাবা, নঙনা হল্লকপদা ঐগী অচাপোৎ, হার্উবী লৈবকউকো।"

"বাবা, ঐগী র্ফিবৎ।"

"বাবা. ঐগী খোঙউপ।"

"বাবা, এগী এলোপেন।"

"বাবা, ঐগী লাইধি।"

মচা মযামদুগী পোৎতপশিংদু হঞ্জিনবসু য়াওদবা নত্তে। ইকোয কোয়শিন্দুনা চোংলিবশিংদু যেংনিংলক্রুব্রা কবিনো তিংখত্তুনা লাউহৎলকই, "নশা লৈবক্কে।"

মঙাং অমনা হবাওনা চেংলগা হায়বকই, "অদুদি ঐখোয বাবা অনী শুবনি। বাবা, নঙনা লৈবক্তৌবিবা বাবা অমদুদি ঐখোযবু নুংতিগী চাক পীজগদ্রা?"

কছাবদা থুংদুনা মহাজন অমগী উ খাযবগী থবক তৌদুনা থা খবা হৌখ্রে। মহাজন্দুনা পীবা শেল খবদু মযুম্দা থাখিনবা থোবকপদা লশ্মীদা মৌনহা শঙ্কু অমা হোটেল অমগী মমাঙদা থেংনবে।

নুপী অহল অমনা হায়বকই, "অঙ্ক্রা, চা স্পির্সিয়েল তবামাথোইখক্তা । মমল যাম্বা মী য়াওবি ।"

চা থক্লিদৌদুদা, মশাগী ব্রাখলদা নহা ওইজবিবা যাদুমণিনা মালাদা মীৎযেংফম কোক হেক ওইকই। অদুদগীদি মশা নহানিনা কলেজা কাপথোক্লীংলকই।

যদুমণিনা হায়বকই, "মযাম্না ঐবু তান্নবিবকপগী মবম্মু?"

নুপী অমনা খুল্লকই, "লাক্লিবা তাং ২০ দা নুপী ময়াম যাউশঙগী চাক চানবগা শূমাঙ লীলা অমসু যেংশিবা হাযনা ইম্ফালগী লীলা কাঙবু হাযজিল্লুববা। অদুদা তাদসু মতেং খবতা ওইববসু পাংবিযু হাযজগে তৌবনিদা।"

"কযা তৌজৌ হাযবগে?"

নুপী অমনা অমুক শমথবকই, "তাদা, পাখংনা তানশিল্লিবা পৈশা ময়ামদু চাবীনবা কনাসু লৈতে হায়না মালানা হায। তাদগী অকুপ্পা মবোলদি মালানা তম্বদগী

লোইনা খঙজরে। মালাসু ব্রা লোইনরগা লৈরবনি। মচা য়াওবসু নত্তে। অদুনা তাদনা মালাগী য়েংলগা হাপ্লীনীংবা খরা হেক হাপ্লীরম্মু।"

মালানা, "নখোয়গী ঙাঙনফম থোকপদুদা ঙাঙনজৌ। ঐ পকশিনবিরক্কনু," হায়রগা নোকফেৎ তৌদুনা লয়থোক্লগা লৈখ্রে।

য়াই। য়েংবদা মীৎ হরাওই। লৈশাবী অরিবীবুদি মহাকসিনা হেন্না খোইহী চেল্লি। ফুরিৎখাউদা কুন্দুনা লৈরম্বা লুপা চহুমদু চেম্ফোরক্কদবগী মঙক লীৎথোরকপা হৌরকই।

চা থক্লা থক্লা ঙাইহাক ব্রাবী শানবদুদা যাদুমণিগী থম্মোয়দু খাই খাইদুনা, মচেৎ মচেৎ মালাদা লোইনা পীথোকখ্রে। মদুগী দক্ষিনা ওইনা লুপা চহূমদু তৌথোকখ্রে।

অতোপ্পা মৌ নহা অমনা হায়রকই, "হো তাদা মহাজন, চাক চাবা ঙম্ভানা লেঙবিরকউকো।"

"দক্ষিনাদি ?"

"মালাসে। চাকৌবা লাক্তবা মীদা দক্ষিনা থিন্নদবনিকো।"

যাদুমণিনা খল্লক্লে মদুদি মহাক ইম্ফালদা সৃকহন হল্লরোই । অদুওইরবদি লায়রবগী লাইপী, চায়াম পোকপীদু লায়রবগী লাই ময়ামদুগা কংশি শিজরম্লনি। মতমদুদা মালা পুরগা অনৌবা ফিল্ম অমা মকোক্তগী অমুক হৌরগে।

মীশুম লাইব্রা হৈবী মতমগী হেল্লোই অতোম্বী মালা থেংনকবদগী য়ুমগী ব্রাখলদগী পুরা লাপথোরক্লে। পূক্লিংগী অপাম্বা থুংহল্লিবা মালাগী মফমদা যাদুমণি নুংশি ফাদোক তাখ্রে। উৎনা ব্রাইনা কৃপ্তুনা থম্বা য়ারক্তরে। নুংশিনবদু মহৈ পাল্লক্তুনা মথি ফোংলক্লে। মরী মতা, শাগৈ নাতৈ কনা খঙহন্দনা মফমদুদা যাদুমণি মচা অমা যষ্ঠি শোন্দোক্লে।

নোংমা যাদুমণিনা ব্রাখলদা মায়া অমদি মালাবু শেরফলাগী নাঝল অমমমদা তোংহল্লগা অরুম অয়াংদু ওল্লিঙৈ পোষ্টমেন অমনা চিঠি অমা পীরম্মী। ইরম্মী,

লংফৈদা খুন্দাপ্রবা মরুপ যাদুমণি,

অসুক শাংবা চহী অনীরোমগী মতমসে হোয়নি মাইনি কবিমত্তা খঙহন্দনা কমদৌরি হায়না নোংমতসু হংলক্তবা নত্ নচা ময়ামসে করিমত্তা নুংশিদ্রবরা? নঙনা শেজ থারক্ত্রবনিনা নতূ নচা ময়ামসে করিশেৎলমগনি, করি চারমগনি ? লম্বী সড়ক্তা অচা অথক অতা অদু থিবা কোয়চৎ চৎলি। য়েংবা ঙমদদুনা ঐনসু পাংবা য়াবা খরদি পাংলে। মতুং তাবদি ঙম্লবোই।

ঐনা নঙগী মরী মখোঙ কোয়থী থিবদা নঙবু থেংনবম্বা মরুপ অমদগী নঙগী

মবী মখোঙ মুন্না খঙদোক্লগা চিঠি অসি ইখিবনি। নঙ যাদুগী লমদুদা নুপী হেল্লোয় অমা লৌবগা য়াম্না নুংঙাইনা খুন্দাদুনা লৈহৌবে হায়বা তাবে। ঐসু সোমগী শাউসি তম্নীংদবনি। অদুবু তন্দবদিস্নদবে। তম্লগে। তাবোকো মকপ।

নঙগী যূমদা লৈহৈবিবী নঙগী নুপী মায়া ঙবাং মচানুপী অমা পোক্লে। মসিগী যষ্ঠি শোনবা নংনবা নঙ ও মুক্তা থোবকউ মকপ। যষ্ঠি হেক লোইবগা নঙনা চৎকে হায়ববসু অমুক চৎখো।

অম্রাং পোৎশংবম খুন্নৌ, নহাক্কী মকপ

তাং ০২-০২ ১৯৭২ লাইশংবম তোম্বা খূমন

যাদুমণি চিঠি পাবা হেক লোইবগা হৌনা লাউবকই, "য়াবোই। ঐ য়াওদনা এগা নুপীনা মচা পংপোক্লা পোকপা যাবোই।"

মাগী নুপী ময়ানা মশা নোমদুনা হৌদোক্লগা হায়বকই, " মোই'বা, কৈদৌবগে নমঙদা অদুম কন্না লাউবিদুবো?"

যাদুমণি ইঙাও ঙাওনা ফুক হৌগৎলগা হংলকই, "যষ্ঠি কৈদৌঙৈনো?"

# অচুম্বা অদু লোৎলুবনি

য়েংখোম কে বি



*ৱাই কে বি হায়রগসু খঙনবা য়েংখোম কৃষ্ণ বল্লভ সিংহ খৃষ্টকী কুম১৯৫৫ গী ওক্তোবরগী তাং ২৫ দা শিলচরগী বেড়াখাল খুঙ্গংগী কমলাবন্দ (হৌজিক্তি ইন্দিয়ান আর্মিগী মাসিমপুর কেম্পকী মনুং চনখরে) দা য়েংখোম চন্দ্র সিংহ অমদি লোইতাম নিংথোল দেবগী মপারি ওইনা তাইবংদা খোঙদারকখি। হৌজিক্স মেঘলয়াগী পি এইচ ই ক্বাটর, পোলো, শিলোংদা লৈ। মেঘালয সরকারগী পাব্লিক হেলথ ইঞ্জিনিয়ারিং দিপার্টমেন্টকী ঈ ঈ নি। সংস্থান কয়াগী থৌপুবসু ওইরিবা অইবা অসি মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, মেঘলয়াগী ভাইস প্রসিদেন্ট ওইরি। চহীগী শিলোংদগী ফোঙবা লোন তরাদা ইবা 'রুপাঞ্জলি' গী ইদিটোরিএল বোর্দ মেম্বরনি।*

*মালেমদগী হনগ্রবী থরায় অমদা (২০০৬) কৌবা শৈরেংগী লাইরিক অমা ফোঙখ্রে।*

শিলোং কোলেজগী ভাইস প্রিন্সিপাল প্রোফেসার সরকারনা ওজা ওইরক্লিবসি চহী কুম্লামুকশুরে। নোংমা মহাক্লা সেমিনার কম ৱাকসোপ অমা য়াওনবগীদমক নাগালেন্দদা চৎলি। কোহিমাদা থুংদুনা হোটেল অমদা লৈরগা সেমিনার শীল্লি লাঙলিবা কাঙবু অদুগী মেম্বরশিংগা ৱারী ৱাতায় শান্নদুনা, মতম অমদা শিলোং কোলেজদা বি এ তমখিবা কোহিমাদগী মাটিন কৌবা নাগা মচা অমগী মরমদা থিগৎলুই। মহাক চহী কুনমুক্কী মমাঙদা ছাত্র ওইখিবনি।

মেম্বর অমনা হায়রকই, "সার, সারনা হায়রিবা মীওইদুদি হৌজিক হৌজিক এম এল এ ওইরি। পাউ খঙহনখোরা?"

মখোয়না পাউ পীখিদুনা এম এল এ মাটিন প্রোফেসার সরকারবু উনবা লাক্লি।

অহানবা উবমক্তদা এম এল এ দুনা মহাক্কী ওজাদুবু খুকল্লে। অবোইবী যৌনা হবাওবা মাল্লি। সেমিনাব শীল্লিবশিংদুদা মহাক্না প্রোফেসাব সবকাববু নুংঙাইনা কবিমত্তা অব্রাৎ অপা লৈতনা থম্লবা হায়বগা লোয়ননা মদুগী অচঙবা খবচ পূম্না মানা পুগনি হায়বে। প্রোফেসাব সবকাব মঙলা হাবা খল্লি, পূম্ঙক ঙকই।

মাটিন্না মাগী পুক্সিগী ব্রাবী মথং মথং লীববা তুংদা হায়বকই, "সাবনা ঐবু ঙসি ফাওবা খঙবিবস্বগীদমক্তা ঐ হায়নীংঙাই লৈতনা পেঞ্জবে। সাবনা তাকপিখিবগী মহৈনা ঙসি ঐ অসুম হাযনা মীনা মশক খঙবা মী অমা ওইবা ঙমজবিবনি। সাবগী পাউতাক ময়ামদু ইল্লমদ্রবদি ঐনা ঐগী ঙসিগী থাক অসি কৈদৌনুংদসু যৌবল্লোই। সাবনা কোহিমা থাদোক্লমদাইদা চাক অমতং চামিন্নখিসি ঐগীদা।"

প্রোফেসাব সবকাব কবিমত্তা হায়দনা মাটিনগী পেন্ননবা অদুম মাগী ব্রাবীদুদা য়াওশীন্দুনা মতম লেনমিন্নবে।

নুমিৎ নীনির্গী সেমিনাব লোইববদা এম এল এ মাটিন্না মাগী ভি আই পি লাইট হাপ্লা এ সি গী গাডীদু থাবক্তুনা নুমিদাংগী চাকলেন চামিন্নবে ।

মথং নুমিৎতা প্রোফেসাব সবকাব কোহিমাদগী বস তোংদুনা শিলোংদা হল্লকখি মহাক বস মনুংদা থোঙনাও মনাক্লোমদা ফমই। ঙাইহাক লৈবগা থংনবা সিট অদুদা জেকেট অমুবা লীৎপা অদুগা টুপী অমুবা অমসু উপ্পা ব্রাং চাউববা মকোই চোম্বা নুপা মামা ফল্লে। নুপাদু উখ্রবগুম্ তৌই। অদুনা নিংকোক নিংকোক্তুনা নুপাদুদা হন্না হন্না যেংই। অদুবু য়েংলিবদুগী শমিন ফংখ্রববা কবিনো নুপাদু মমায় হেক হেক লয়থোকই। নুপাদু হান্না উখ্রবগুম তৌবদুদা প্রোফেসাবনা নুপাদুগী মমিংনচিংবা খঙনীংলুই। অদুবু নুপাদুগী মওং মতৌ অমদি ব্র কযা ঙাঙনীংদবগুম্বা মওং উবদুদা প্রোফেসাব সবকাবনা হেক্তনা চুমদ্রিং চুম্না মাগী মমিংনচিংবা হংবা ঙমখিদ্রে। অদুবু খঙননীংমনখ্রদুনা খবা নকোইননা, "হেল্লো, ঐ প্রোফেসাব সবকাবনি। শিল্লোংদগীনি। সোমগী মিংবু ?"

নুপাদু মমায় খজিক লূকথাখি অদুগা তপ্না হায়বকখি, "ঐগী মিং জেক্সন কৌই, ' হায়বগা বা অতৈ মখা তাবকখিদ্রে।

নুপাদুনা লীৎলিবা জেকেটতু জোন জোন লাউনা মশাদগী খবা চাউনা উই।

"কবি থবক তৌবিবগে ?" প্রোফেসাবনা অমুকসু হংলুবনি।

"বিজিনেস," নপাদুনা যাম্না খুম্নীংদনা খুম্লকখিবনি।

মাগী খুম্নীংদবা, ঙাঙনীংদবা মওংদুদা প্রোফেসাব সবকাব ব্রা অতৈ মখা তাকদ্রে। নুপাদুগা বা মখা অমতা ঙাঙনদনা অদুম শিল্লোং যৌবে। যূম যৌবগা এম এল এ মাটিন্না খূদোল ওইনা পীবকপা অঙাঙবা মচুগী ফজববা নাগা সালদু মাগী

নুপীদা য়েংহল্লগা হায়রকই, "য়েংউ, সাল অসি ফজদরা? ঐনা মাটিন কৌবা ঐগী মমাঙৈগী ছাত্র অমা থিরুবনি। অদুগা মশক শূকখঙ খঙদবা মাটিন কৌবা, মমিং মান্নবা এম এল এ অমনা সালসি পীরকপনি। অদুবু ঐনদি মাবু মশক খঙদে হায়খিদে।"

প্রোফেসারগী নুপীদুনা মখা তারকই, "নঙনা মশক খঙদবা মীদুদি মশক খঙদে হায়না কোক হায়দ্রিবা করিগীনো ? শকখঙদবদুগী খূদোলপোৎতুনা করিগী পুরক্লিবা?"

"ঐনা মশক খঙবা খঙদবা মহাক অদো ঐনা ওজা ওইরিবা শিলোং কোলেজদা তম্লম্বা ছাত্র অমনি হায়বসিমদি থাঙ্গৈশেংলবনি। অদুগা মানদি ঐবু ইশক খঙদুনা ঐবু অদুক লুনা তৌরিবদুদা ঐনা মাবু মশক খঙদে হায়রুরবদি মহাক্কী থম্মোয় কয়াম শোকখিনি? মদু ঐতনা খঙই। অচুম্বা ব্রাফম হায়দোক্লুবদা কনাগুম্বগী থম্মোয় কায়হনববুদি অচুম্বদু লোৎপগী দোষ পুবনা হেন্না ফৈ।"

মথং নুমিৎকী অয়ূক্লি। প্রোফেসার সবকারনা মাগী য়ুমগী বেরেন্দাদা ফমদুনা নুংশা য়াইরগা চা থক্লা থক্লা ঙরাং বসতা তোংমিন্নরকপা নুপাদুগী মরমদা অসুম খল্লিঙৈদা খবর য়োনবা অঙাং অমনা শিলোং টাইমস্ কৌবা খবরদু পীশিল্লকই।

খবরদু হেক য়েংলুবদা অহানবা লমায়মক্তদা ঙরাংগী বসতা তোংমিন্নরকখিবা নুপাদুগী অশিবা শক্তমদু অচৌবা ফোটো ওইনা উই। খংপ্রেক খংই প্রোফেসার। মাগী ব্রাখলনরা হায়দুনঃ মমায়দু মখূৎনা হঞ্জিন হঞ্জিন নান্দুনা জ্ঞান তানবা হোৎনৈ। অদুম উরি ফোটোদু। পারুই ইরিবা পাউদু, 'সেক্যুরিতিগা খূৎথোক্লুবদা অন্দরগ্রাউন্দগী হাঁদিকোব মেম্বর অমা শিরে। শিববা মীওইদুগী মমিং মাটিন কৌই। নাগালেন্দগী কোহিমাদগীনি। মহাক ১৯৮৮ ইংদা শিলোং কোলেজদগী বি এ ইংলিসতা ফষ্টি ক্লাস ওর্নস ৱিথ দিসতিংসন ফংদুনা নোর্থ ইর্স্তন হীল ইউনিভরসিতিগী তোপব তাখিবনি, . . .।"

প্রোফেসাব পাউদু হঞ্জিন হঞ্জিন পাই। খল্লকই, "অচুম্বা হায়বসিসু মতাং মতমগী মতুংইন্না লোৎতবা য়াদবা মতাংসু লাকপজাৎনিকো।"

# নঙগী ৱারী

তায়েঞ্জম বিজয়কুমাৰ সিংহ



*তায়েঞ্জম বিজয়কুমাৰ সিংহ কৈশামথোং তোপ লৈবক, ইম্ফালদা খ: কুম ১৯৫৭ গী জুনগী তাং ১২ দা তাযেঞ্জম ভুবোন সিংহ অমদি কোমোলিনি দেবী অনীগী মপাবি ওইনা তাইবংদা থোঙদাবকখি । বি ই, বিউজিনেস মেনেজমেন্টতা পি জিনি। হৌজিক হৌজিক পৱাব দিপার্টমেন্টতা ইকজেক্যুতি ইঞ্জিনিয়াৰ ওইবি।*

*ফোঙথ্রবা লাইবিকশিংদি ৱারীমচাদা ১। তুবোই ঙাম্লোইবা ৱাগী লানবন অমদি ২। মালেমগী ঠিযেটৰগী লমদা থোইদোক্লা মমিং লৈববা বতন থিয়ামগী মণিপুৰ ত্রিলোজি (ইংলিসতা ট্রান্সলেসন তৌবা) নি । অইখসিনা মণিপুৰী ৱারীমচা, শৈরেং, ড্রামা, ফিল্মনচিংবা কয়া মণিপুৰীদগী ইংলিসতা হন্দোকখ্রে। মথাক্লা হন্দোকপা অমদি ইজবা ৱকিস কয়া নেসনেল অমদি স্তেটকী মেগাজিন কয়াদা ফোঙথ্রে।*

*অইবা অসি নোর্থ ইষ্ট ৰাইটৰস ফোৰম, গুৱাহাটি ; ৰাইটৰস ফোৰম, ইম্ফাল, নহারোল সাহিত্য প্রেম্মী সমিতি, ইম্ফাল ; কোৰস রিপৰটৰি থিযেটৰ, ইম্ফাল গী মকওইবা থৌপুৰনি।*

*অইবসিনা ফংখবা মনা মথুমশিংদি ১। কথা ট্রান্সলেসন এৱার্দ (২০০৫), ২। অনীশুবা মাং, ইন্টৰনেসনেল ওনলাইন ফুঙ্গা ৱারী কমপিটিসন, ২০০৭, ৩। সুলেখা পেঙ্গুইন প্রোর্শপ্রিন্ট কনটেস্ট ২০০৭ নি।*

কবিনো নঙনা খল্লিবনা ? কবিনো নঙনা পাল্লিবনা ? কবিনো নঙনা তৌগিবসিনা ? গাড়ী অসুক য়াঙনা থৌনবিবা লম্বীসিদা

কদোমদগীনো নঙনা তুং-মাঙ, যেৎলোম ওযবোম ইয়েং হেক য়েংদনা শৎ লাম্থোল্লিববু কবি অথুবা লৈতুনা তৌবিবনো ? গাড়ী অমনা শমদৎলমগদবা শম্নাদ যাৎলি । হৌজিওঙা এক্তিভা থৌখিবী মশক মতৌ পাম যৌবী লৈশ বীদু তান্নবিবা

হায়বদুরা ? অদুবুদি নঙদা নত্তে, অচৎ-অওক কয়া অমসু মমায় লয়থোক্তুনা মাবু য়েংদুনা লৈনহৌরিবনি। তান্নবা ফংলরোই মাদি আ য়ৌরম্লনি।

নহাক্কী হায়ববু লম্বী সোরোক্তা মশক ফজবী লৈশাবীবু উরবদি নহাক্কী থম্মোয় হেক্তা পীথোক্পনা হাল্লি। কয়াদি য়ামখ্রে নহাক্লা নহাক্কী থম্মোয় মচেৎ মচেৎ য়োষ্থোকখিবসি। অসিগুম্বা খঙবিবা খঙবিদবা নঙোন্দদি করিসু খেন্নবা লৈতে । হোয়, অদুবুদি করিসু কায়দেদা, ঈনখৎলকপগী মথোৎ কারকপগী হৌনশানি। অসিগুম্বা মীৎকুপ খরসিদনি নহাক্লা পুন্সিদা নুংঙাইবা ফংজরিবা হায়ববু। নথৌ চিনবনিনা শকহেনবী কনা অমগী খোঙ্গুল লীনবা মতম কাইথোক্পা, নুংশি নুংঙোলগীদমক্তা মতম মাঙহনবা নহাক পামদে, ঙমসু ঙমদে।

হোৎনবা তাবনি, নোম্বা তাবনি, শূবা তাবনি মীপান তাংদনা হিংগে হায়রবদি পুন্সিগী কল্লবা লানফমসিদা। নহাক চপচানা খঙঙি নহাক্কীদমক্তা মতেঙ পাংবিরক্কদবা কনা অমতা লৈতে হায়বা। হন্না য়েংবদা নহাক্কীদমক্তা লৈরিবা হায়ববু নোংঙানবদগী নুমিৎ তাবা ফাওবা য়ুদা থক্তুনা মরোল-মরি লৌবা য়াদ্রবা নহাকী নপা অঙাওবদুনে, ইমুং পুনবা হোৎনবদা নোম্বদা মপুম থীৎলবী নমাদুনে, নচন্নুপী অমখক্তুনে, মখোয় অহুম খক্তনি। অতোপ্পা খূৎকন পাঙ্গনবা মরী মতা অমতা লৈতে নহাক্কীদমক্তা লেপ্পীরক্কদবা। নরুপ নপাঙদি? হংবা য়াবা ব্রাফম্লি। ব্রাৎতে, য়াম্না লৈ। অদুবু মখোয়দগী লাপথোক্লবা, থাপ্তোক্লবা হোৎনবদগীনি নহাক্লা নুংশিখ্রবা নয়ূম লমদম থাদোক্তুনা ইম্ফালদা লাকখিবসি।

নহাক মীনম-শোবি তৌদুনা নম হাদুনা মীগী মরল-মথুম মুনবা পামদে। নশানা শূজবগা হুমাংমলনা তানবা পৈশাদুনি নহাক্লা পাম্বদি। নখোয়গী মাইবম লোকপচীং চীংমাঙগী খুঙ্গংদুদদি থবক শূফমসু লৈতে, পৈশা থোক্লবা কারবার তৌফমসু লৈতে। কাববাব হায়ববু নখোয়গী নমানা নখোয়গী অদুব্রাইদা হৌবা ইনশাং-নাপী খবা খোল্লগা নুমিৎয়ুংবা মতুংদা খোঙনা শাংনা চৎতুনা নম্বোল কৈথেল্দা থাদোক্লবদু মঙায়। খ্বাইরম্ব দ কৈথেলসি অদুক হাক্লা লাপ্পদি নত্তে অদুবু নখোয়গী খুঙ্গংদ ফাওবা গাড়ী চেং দবনিনা য়ৌশিল্লকপা ব্রানা থোকই। খোঙনা শাংনা চৎলগা গাড়ী তোংবা তার্বনি অদুগী শরুক নম্বোলদা য়োনবনা হেন্না ফৈ।

নহাক্কী নরুপ নপাং, হৌমিন কামিন্নরকপা কাঙবুশিংদি মতমগী নুংশিৎনা হুমদুনা লোইনা পুখ্রে। মখোয়না নহাকপুসু মখোযগী মতুং ইল্লক্লবা কন্না হোৎনখি। নহাক্তি মখোয়গী মওং মতৌ, মখোয়না তৌরিবা থবকশিংদু য়ানীংদে, ঙাঙবনা অমা তৌবনা অমা, পৈশাতনি মখোয়না উরিবা। অফ-ফত্তা লৌনম-লৌথূপ, মীঙোন্দগী নমদুনা লৌবা, মখোয়দি করিমত্তা নাচুংদে, শেলবু ফংলর্বাদি লোইবে। হায়দা

হায়জীল্লুরবদি মখোয়না তৌবিবদো অচুম্বা ওাক্তনি, মীয়ামগী য়াইফনবা তৌবিবনি হেক্তো হায়। মখোয় ময়ামগী মরক্তদি নহাকসে পাঙদবা হায়বদু ওইরে। অদুবু নহাক্তি করিসু নাচুংবিদে। মখোয়না হায়নীংবা হায়জসনু হায়দুনা লৈখোকই। নতোমদা কয়াম কুইনা খাঙগনি, লৈবা য়ারক্তে নখোয়গী খুঙ্গংদুদা। তুয়েল্ফ ক্লাস পাস তৌবদগীদি নখোয়গী খুঙ্গংদু থাদোক্তুনা ইম্ফালদা লাক্লে মখা তমথনবা। কৈশামপাত্তা ভারাগী কা অমদা লৈবগা ইম্ফাল কোলেজদা মখা তমথনবা হোৎনখি। নঙগী সাইকল অমনবদু তোংদুনা ভাবাগী য়ুমদুদগী কোলেজ কায়। নমান্নবা কয়াদি ফুতব, মোতোর সাইকল তোংদুনা কলেজ কাবকই। কোলেজ য়ৌরকপগা মখোয়শিংদো লাইব্রিক তম্বদি লায়বদনা হবাও কুম্মে য়াওবা লাকপদৌনা লাঙবগা খেবগা মতা অমনি। নহাক্তি মখোয়গী মরক্তা য়াওদে, নতোমদা তুমিন্না লৈশীন্দুনা লৈ। নহাক্তি খঙলল্লোই ঙাত্নী খবনাদি নহাকসে "তুমিন অঙাওবা" হায়না কৌনারিবসে।

নখোয়গী নমানা ইনশাং-নাপী যোল্লগা ফংলকপা পৈশাদুনা য়ুমগী ভাবা, লাইবিক তম্নগী খবচ হুনবা কোন্নদে। নহাক কোলেজ তম্না তম্না পৈশা তান্নবা লম্বী থিবকখি। নুংদাংদা ভাবাগী য়ুম্নদুগী মচা তম্না লাইবিক তাকপী। মদুনা উচিন নাচিন্না ভাবা ফাওবদি হুনবা তোক্লে। অমশামদা নমাগী মশা ওল্লন্দুনা ইনশাং নাপী যোল্লম্বদু মাশল্লক্লে। নহাক লাইবিক তম্না তম্না ইমুংগী ভাবসু পুবা ওাবকখি। অশংবা মতমদা লৈবক খুল্লগা য়ুম য়ুমদা চঙদুনা মখান্দা শাবা অনৌ অনৌবা পোৎ কয়া পুদুনা যোন্নবা হোৎনখি। লেপ্পা লৈতনা হুমমলনা পৈশা তান্না তান্না লাইবিক তম্নবা হোনখি। কুইবা য়ানক্তে, লাইবিক তংগা পৈশা তানবগা অনী তুনা মতম অমতদা তৌবা। কোলেজ তম্বা তোক্তুনা পৈশা তানববোমদা মায় ওনশিনখি।

নহাক্কী মীনা হেক য়েংবদা নুংশিবা পোকপা ইচম চমজবা মওং মতৌদু উবদা নঙনা কোযনা চত্তুনা যোল্লিবা পোৎশিংদু ইবৈ লৈনীংদবা মী ফাওবা লৈদবা ঙমদে। পোৎশীত্তি অদুম ফৈ। ব্রানা হোৎনজদুনা তাল্লকপা শেলদ খবা খবা তুংশিনবা ঙমজবে। অশংবা মতমদা কম্পুটব পাযবা তমদুনা. প্রেস মচা অমদা তাইপ সেতিং তৌবা অমুক য়াওবে। কোয়না চত্তুনা পোৎ য়োনবা তোক্লে। প্রেসতা থবক তৌবা মতমদা মীনা ইবকপা কয়া তাইপ সেতিং তৌবা মতমদা পাকবদগী নহাক্কী ব্রাখন্দা অনৌবা ঈনোৎ অমা ফাওবকখি। নহাক অইবা অমা ওইবা পাল্লকখি। হন্দক্তি অশংবা মতমদা অতে থবক তৌদ্রে। উববোমদা ওইনা মায ওনশিল্লে। নহাক্না ইখি :

> "ন্নুপি, ঐবু চেৎনা থাগোম্নুংদা কোনশিনবিবো লাউ
> নহাক কনানো, ঐগা কবি মবী লৈনৈ, ঐদি খঙদে
> মকপ্পা? যেক্রববা? কবিনো নঙনা ঐঙোন্দগী পাল্লিবসে?

মরুপ ওইরবসু ফরে, য়েক্লবা ওইরবসু ফরে
ঐদি নহাকপু থাদোকপা ঙমদে মীকূপ অমা ফাওবা
অদুবু নঙনদি কন্না হোৎনরি ঐবু থাদোক্লম্লবা
কদায়দনো নঙনা চৎনীংলিবনা? কদায়দনো নঙনা লৈনিংলিবনা?
নঙনা নুংশিবিরবসু নুংশিবিদ্রবসু ব্রাদবা ঙমদে ঐদি নঙগীদমক।"

ইবা হৌরুবদুদগী ইনীংবগী ঈফূৎ ইতৎ তত্তুনা ফাওরকখি। শৈরেং কয়া ইখি। অদুবু কনা অমতদা পাহনখিদে। ইবদি তোক্তে। মমৈথঙদা শৈরেং অনীখক খনগৎলগা নহাক্লা ভারাদা লৈরিবদুদগী পঙলাপ লাপ্তুনা লৈবা *পোক্লফম* খবরগী ওফিসতা চত্তুনা পীশিল্লুই। মদুদগী নোংমাইজিং খূদিংগী পোক্লফমগী সাহিত্যগী লামায় ফাক্তোক্তুনা য়েংঙি, নহাক্কী শৈরেং য়াওরকপ্রা হায়দুনা। ফনা কুইনা য়াওরক্তে। নীঙহন্নবদি পোক্তে, অদুম মখা ইথে।

মরক মরক্তা নয়ূমদা চত্তুনা নহাক্লা ফংলকপা পৈশাদু নমাদা হেক হেক শিন্নে। নমাগা নচন্নুপীগনা কয়াদা হরাওজবা নহাকপু উবদা! নপাগীদি হান্নগী হান্না অদুম মঙায়, য়ু থকপা তোক্তি, ঙাওদুনতা অদুম লৈরি। নচনগীদমক্তা নমানা কয়াদা ব্রাজহৌবা। লৈশাবী ফারক্লে, মীনগা ফত্তবনে, করি থোক্লগবা হায়দুনা । নহাকসু ব্রাদবা নত্তে নচনগীদমক্তা। নহাক্তি নুপানিনা নয়ূম থাদোক্তুনা লাকপা ঙস্মী। অদুবু নচনদি নুপীনিনা য়ূম থাদোক্তুনা হেক্তা লাকপা ঙমদে। নখোয়গী কৈরোয় লৈকাইদা লৈরিবা নুপা নহাশিংসু মথোঙ চাবা মরম মোকপা ইয়াও য়াওদে। মখোয়না নচন্দা কারন তাশিল্লক্রদ্রা? মসিনি নহাক্লা নুংশা থীরিবসু। নমঙদা ফাওবা নচন্নুপীনা মখোঙনা শাংনা স্কুল চৎপদুদা নুপামচাশিংনা করেম কথাইননা লক্লবিবা উই। অমুকসু খল্লি নখোয়গী ইমুংগী মী লোইনা ননাক্তা পুরক্তুনা থম্লসিরা ? মদুসু পাক হেক য়াদে। নহাক্লা ফংলিবা শেলদুনা করম্না ইম্ফালদা লৈননবা শীনবা ঙমগদৌরিবা? নহাক মথা শাহ। ইকোন কোন্না নয়ূমদা চংলুবা মতমদুদা তারকই -- "মখারোমগী তোমচৌগী মচানুপাদুদি থানা খনখ্রে। শেল য়াম্না তিংমাল্লে। মখোয়গী লৈজবা লৌ ইখোল লোইনা য়োম্লোকখ্রে।"

নমানা মখা শমথরকপা ব্রারোলশিংদো ননাকোংদা ঙংদুনা লৈরি, "মমানা হায়রিবা শেল য়াম্না থোকই হায়। লৌ ইখোল ইরায় লায়না অমুক থুনা হন্দোকপা ঙম্নি হায়।"

মুনখ্রেগা, ফাখ্রেগা, কাপ্লেগা, শিরম্লেগা নোংমতা কাংদনা লমদমসিদা নহাকুম্বা পাঙদবা মীদি হিংবা ব্রানা থোক্লবনি। লায়রবনা কোঙ্গায়নি, ইনাক খুনবনা খূজোক্লি; অকনবনা অদিংবা শকপনি; অরূবনা মতাইদা অনৈবনা ময়ায়দা চেল্লি

লম্‌দমসিগী ঈচেলদি।

থাংজ নুমিৎনি। য়াচঙবা কুইদ্রি। থাশিগা ওইবনে মৈগা লাক্তবনে লৈরক মনুংদদি ইমম মম্মী। মীসু ইচৎ চৎনদে। নঙনা থবক শূবা য়াওরিবা প্রেসতুসু নঙগী লৈফমদগী পঙলাপ লাপ্তবনিনা থবক লোইরগা নখোঙনা মোন্দা নুংঙাইনা ঈশৈ ঙংল ঙংলদুনা হল্লকই -"পুক্সি ঙকইকো নঙসে, খঙদেকো নঙসে . . ." নঙনা লৈরিবা ভারাগী য়ুমদু থাপ্লপ্না মুশি মুশি উরকখিবদাই? কা খরগী থোঙনাওদগী মনুংদা থাম্লিবা মোম্বতিগী মুৎলি মুৎলিবা মঙাল ফাওদোরকই। ভারাগী য়ুমগী কোম্থোঙ য়ৌশিল্লক্তুনা হেক লৈশীল্লকপদা অমম্বা কাচিন অমদগী খংলাউ লাউরকই, "ঙাইখো!"

নহাক ঈশৈ ঙংবা খংতোক তোক্লগা চপ লেপখি। স্বাই লাউই, লুতোনগী শম চপ য়ুংই।

"নখূৎ থাংগৎলু।"

কিনা কিনা থাংগৎলি। অমম্বদুদগী ফিজম শেৎপা অমা থোরক্লগা মখূৎনা নশাদা কোয়মা মারকই।

"য়াওই, সার।"

নহাক খঙনীং নীংশিংলকই, হয়েংদি নোংমাইজিংনিনা য়ুমদা শেল খরা থিল্লুনবা নঙগী তূংশিনজবা লুপা লীশীং মঙাখক বেঙ্কতগী ঙসাই লৌথোক্লুবদু।

অমুক থৌদারকই, "চৎলু, গাড়ীদা তুমিন্না কাখৎলু।"

লাউগে খল্লি উপাই লৈতে। কনানবু হৌজিক্কী মতমসিদা থোকপিরক্কদৌরিবা? লয়দুনা য়েংলকপদা উরকই ঙৌরুনবা কার অমা লাপ্তক্লা খাম্লিবদু। মতুংগী থাঙদু হাংদোক্লগা অতোপ্পা মী অমা থুনা য়াঙনা হোৎচিল্লক্তুনা মখোয় অনীনা নঙবু চিংবোই থাংবোই তৌদুনা গাড়ী মনুংদা নমশীল্লে। কার মনুংদা মখোয় অনীনা নাক য়েক্তা চপ্লগা নহাকপু ময়ায়দা ফমহল্লে। মমাঙদা দ্রাইভরদুগা অতোপ্পা অমগা হান্না ফমদুনা লৈরম্মী। মনীংগী থোঙ হেক থিংজিনবগা কারদু থৌদোরক্লে। নহাকপু ফাদুনা পুরকখিবদু কনা অমত্না উহৌদে। কার মনুংদুদা নহাকপু লূকথৌ হায়দুনা লূকথহল্লে। কদোম পাংনা থৌরকপা নহাক লাকশীনবা ঙমদে। ফনা শাংনা চৎলবা মতুংদা নমীৎসু ফি অমুবা অমনা খুমজিনবিরে।

ঙাইহাক লৈরগা কারদু খাম্লে। মমাঙদা ফম্লিবদুনা নহাক্কী য়ূম্নাক, নমিং শেংনা কৌরকই। নহাক ঙকচানৈ। খল্লি, "মখোয়সিবু ফিজম শেৎপা পুলিস কাঙবুরা? নৎত্রগনা করম্বা কাঙবু? ঐবুনা করিগী ফারিবা ? ঐগী য়ূম্নাক্কা কোন্নবা ইমিংসিনা কনানা তাক্তুনা মখোয়না খঙলিবা?"

অমুক্তা হন্না নহাক্কী নমিং ময়েক শেংনা কৌরকই। নহাক খুমদে। নাকন্দা ফল্লিবা অমনা হায়রকই, "সার, মসি পীশিল্লসিরা, মমিং কৌববু খুমদে।"

নহাক্লা নীংশিংলকই, নমানা তম্লকখিবদো, "মখারোমগী তোমচৌগী মচানুপাদুদি থানা খনগ্রে।"

মমাঙদা ফল্লিবদুনা মখা তারকই, "ঐখোয়দা পাউ লোইনা লৈ। করম্বা কাঙলূপকৌনো নঙনা শেল খায়বা য়াওরিবদি?"

নহাক খনফম খঙদে, খুম্ফম খঙদে।

পঙকুই কুইদে, নহাকপু থনম্লগা কারদু থৌখি।

খবর ফোঙবসু লেপখিবা ফনা কুইবে। নহাক্কী পাউ কনা অমতনা তানখিদে। রেদিওদদি পনখিবগুম তৌই -ইরোইশেম্বা জূ মনাক্তা নোংমৈনা পানবা মশক খঙদবা অশিবা হকচাং অমা লৈরম্লে।

নয়ূমদদি নমাগা নচন্নুপীগনা পোইনুদা ফৌ খবা ব্রানশিনহৌনবা শেল পুরকপা ঙাইরি। অদুবু নহাক্তি মীকপ থোক্তনা তূম্লি মোংগকী স্ত্রেটচর মথক্তা ।

# পিণ্ডদান

এল বীরমঙ্গল সিংহ



*লাঙ্গোলজম বীরমঙ্গল (এল ইবোমচা) ত্রিপুরাগী বিশালগড় মহকুমাগী নবায়ন খামাবদা খৃষ্টকী কুম ১৯৫৭ কী জুন তাং ২৩ দা পোকই। অপোকপগী মিংনা রতন অদুগা অপোকপীগী মিংনা গোলজী দেবী কৌই। ত্রিপুরা সরকারনা ফোঙবা মণিপুরী লোনগী চেফোঙ 'ত্রিপুরা চে' গী সেনিয়র এদিটরনি। হৌজিক হৌজিক মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ত্রিপুরগী এসিস্টেন্ট জেনরেল সেক্রেটরী ওইরি।*

*হৌজিক ফাওবদা ফোঙখ্রবা লাইরিকশিংদি (১) মকথরবা আরীব (১৯৮৭, রারী মচা), (২) চৎসি পুরি কোযর্কসি (১৯৯৫, লমকোই রারী), (৩) মহাদেবগী রারী (সারী মচা, ২০০৫), (৪) ইতিহাসকী মীৎয়েংদগী ত্রিপুরা-মণিপুর (রাবেং, এন বাইগা ইমিন্নবা, ২০০৭) অমদি (৫) জীবন মেখনে র্বনক্ষেত্র (বংলাদা হন্দোকপা রারী মচা, ২০০৯)।*

*হৌজিক ফাওবদা ফংখ্রবা মনা মথুমশিংদি ১। কামিনি কুমার সন্গী মেদল (২০০৯, মহাদেবগী রারী দা) অমদি মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ত্রিপুরানা পীবা 'মোইরাংথেম লৈহাও তেম্বী মনা (২০০৯, ইতিহাসকী মীৎযেংদগী ত্রিপুরা-মণিপুর লাইরিক্তা)।*

"হামারে সাথ ঘুমনে আয়া হ্যাঁয়" হায়বগা বেলদা লাকপদা শকখঙনখিবা বিহারী নহা অনীদুনা ঐখোয় ইচিন ইনাউ অনীবু তুং মাঙ চপ্পগা গয়া বেল স্তেসন্দা, তীর্থ যাত্রিকশিং ফানবা হোৎনবিবা পান্দা ময়ামদুগী মখৃত্তগী নাহোত্কুনা মপান্দা থোবক্লবা হোৎনমিন্নরি।

"দেখিয়ে সাবজী, হমে পাতা হ্যাঁ, ইনলুগকে সাথ ত্রেন নে জান পচোল হুরা হ্যাঁয়। গয়া বহুৎ খতরনাক জায়গা হ্যাঁয়। মৎ জাইয়েগা ইনলুগকে সাথ," হায়বগা পোৎ পায়দুনা চিংবা হৌবকই। ঐখোয়নী মাগী তুংদা ইন্নবকই।

নোংমা ঐঙ্গা মোহন্না ঐখোযদা গয়াগী মহাত্মগী রারী তৌবিখি, "গয়া হায়বসি

হিন্দুশিংগী তীর্থক্ষেত্রনি। গয়াদা পিণ্ডদান তৌবা ঙমজরবদি জীব পুম্নমক্কী মুক্তি ফংঙি হায়না হিন্দুশিংনা থাজনরকই । অদুনা লাইতীন্দা পুক্নীং লূপচখিবা নোংগাম্লবা নপাবুংগী মুক্তিগীদমক বৎসর শ্রাদ্ধগী মমাঙদা নখোয় নচীন ননাও অনী চত্নুনা গয়াদা পিণ্ডদান তৌরুচো ।"

ঐখোয়সু ঐঙ্গাগী য়াথং ইন্দুনা লৌ কানি অমা (কানি অমা=০.৪০ একর) লুপা লীশীং তরামঙাদা বন্ধান থম্লগা লাইওইখ্রবা ইপাদুগী অম্মাগী মুক্তিগীদমক গয়াসিদা পিণ্ডদান তৌবা লাকখিবনি । ইচম্নুপী থম্বাল থাজবদা চাথোক ফম্রবা লৌ কানি অনী'মা লুপা লীশীং নীফুদা শেঙ্গাও পায়বা কৃষ্ণধন মহাজন্দা বন্ধান থমখিবদু ঙসিফাওবা হন্দোকপা ঙমদ্রিবনি ।

তাদা তোমালনদি, "কান্নদবা পোৎনিদা তরুন। নোংগাম্রবা নপাবুংগী আত্মাগী মুক্তি ফংনবা হোৎনবদু খরা তপথখো । নখোয় নশা হান্না হিংনবা হোৎনখো । নখোয়গী শেল থুমগী ফীভম খরা ফগৎলক্লকান্দা ঈংনা তপ্না পিণ্ড দান্দু তৌরুবনা নপাবুংগীসু নখোয়গীসু পূন্না মুক্তি ফংগনি । গয়া হায়রিবা মফমদো পান্দাশিংদুদগীদি লঙজানদুম খরা হেন্না ফত্রা? মদুগী খূদম হায়ববু খুরা নীলমণিনা মাগী পেন্সনগী ফংজবা শেনফম পুম্না পুবগা গয়াদা মপাবুংগী পিণ্ডদান পীবা চৎখিবদগী অদুম হল্লকখিদ্রেদনা।"

য়াম্না তোয়না তীর্থ চৎলবা খুরা শামুনদি তাকপিরকখিবা, "ভারত সেবশ্রম সংঘ নঞ্জনা অহৈ ফমদা চঙলুনুকো," হায়বদু কাউদদুনা লঙজাগুম্বা পান্দাশিংসিগী মখুত্তগী নাম্বোল্লগা স্তেসনগী মপান্দা লৈরিবা ভারত সেবাশ্রম সংঘগী কাউন্তরদু য়ৌনবা চৎকদবগীনি ঐখোয়না কন্না হোৎনরিবসি ।

রেল স্তেসন্দুদগী ঐখোয়না হেক থোরকপগা ইনক নক্না লৈরম্লে ঐখোয়না খৌবাংনা থিরক্লিবা কাউন্টরদো । ঐখোয়গী মিং, লৈফম্নচিংবা ইহল্লবা কডিত্তু কাউন্তরদুদগী লৌরগা আশ্রম য়ৌনবা ওত্তো অমদা চৎলে । আশ্রমদু থোইনা থাপ্না নত্তে । হেক চঙখিবগা অশীন অরাঙ কাঙবুদুনা ঐখোয়গী কা পীবিরে ।

আশ্রমগী মহারাজনা হংলকই, "ঙসিমক থবক পাঙথোকপিরদ্রা ?"

"অহোয়, য়ারবদি ঙসিমক পিণ্ডদানগী থবক্তু লোইশিল্লগা ঐখোয় হঞ্জখ্রগে।"

আশ্রমগী নাকন অমদা লৈরি নাম্তক তৌবা খোঙহাম্ফম, ইরুজফম্নচিংবা । তাচৌ ঐখোয়নী ইরুজনবা ফিরোল হোংদোক্লে।

"লু কোকদ্রা," হায়না মহরাজদা হংগৎলুনবা তাচৌনা হায়রকই মরমদি লু কোকপা তারবদি মাঙজৌননা ইরু লুজরুবগী থোইনা কান্নদে। অদুনা ঐ শেৎলিবা মৈতৈ খূদৈদু অমুক হোংদোক্লুদনা অতোপ্পা খূদৈ অমা ইনশিল্লগা লীক, লুগুণদু য়াওনা আশ্রমগী ওফিসতা চৎলে।

"মহারাজ, পিণ্ডদান তৌদ্রিঙৈদা হান্না লু কোকদ্রা ?"

"কবি লমদগী ওইবিববনো ? ত্রিপুবাদগীবা ?"

"অহোয় মহাবাজ, ত্রিপুবাদগীনি।"

"ত্রিপুবাদগী লাকপা তীর্থ যাত্রিক অয়াম্বনা ব্রাহঙদুমক হেক হেক হংগল্লি। গযাসিদদি লু কোক্লদে, লু কোক্কদবদি প্রযাগতনি। লু কোকপদা কবিগুম্বা ঈ থোক্লবদি পিণ্ডদান কৎপা য়াদে।"

মহাবাজগী ব্রাফমদু হেক তাবগা ঐ খোঙ কাম্বোক্তুনা থোবক্কে হেক তৌবদা মহাক্লা থুনা হংজিল্লকখি, "অদোম মণিপুবীবা ?"

ইশাদা লীক লুগুণ শি, মৈতৈ খৃদৈ শেৎলগা মমাঙদা লেপ্পুববনিনা শক্লোৎপা য়াদ্রে।

"অহোয়। কবি তাকপিগদবা ?"

"নখোয়গী পিণ্ডদানগী ক্রিয়া ঐখোযনা পাঙথোকপা ঙম্লোই, ব্রায়াম্নবক্কনি।"

ঐ ইঙক ঙকই। মফমসিদসু মাংই শেংই হায়দুনা মৈতৈগী আনি তৌনববক্কাৎলা ? খুবা শামুগী ব্রাশিংদু খবা চুম্লবসু লোইনমক চুম্লোইদৌবিজাৎলা ? ইচিং চিংনবক্তুনা ঐনা মখা তানা হংই, "মহাবাজ, কবিনো তাকপিবিবসিবো?"

"মণিপুবী জাতিগীদমক্কদি মণিপুবগী মহাবাজশিংনা ভাবতকী তীর্থ অযাম্বদা পুবোহিৎ অমমম্ হাপ্লর্ম্মী। মবমদুননি।"

মাংবা শেংবগী ব্রাফম ওইবমদ্রবদুদ' হাইগৎলুববা ঐগী তেঙ্গন্দু সব সব হঙ্খলক্লে।

মানা মখা তাথবকই, "নখোয়গী পুবোহিত তোঙাল্লি। মখোযদুগা শকখঙ মংখঙনহনগে। অদুগা মমল তীক্লবদুদি নখোয মশেল অদুম তৌনজবো। অদুবু মীবক মীচনথীশিংদগীদি, হা কবি হার্যনি ? " হাযবগা নোকফেৎ তৌবকই।

ঐ খংনুং নুংঙাই। ঐ ইশাসি মণিপুবী অমা ওইনা থম্মোয়দা চাউথোকপা পোক্লকই। অদুবু ঐখোযগী নিংথৌশিংনা থল্লম্বা অদুগুম্লবা পুবোহিতশিংদুগা অমুক মমল তীক্লর্গনি হায়বদা ওই জিক্তা অতিয়া পক্লা চাউথোকচক্বদু পৃমতন তম্বকই। সংঘর্নদি থবক পূর্ণসি গম্লা কোম্লা শেল ইতিং তিংহন্দনা হেক হেক পাঙথোকপি। অদুগ মণিপুবা ঐখোয়গীদমক লৈববা মখোয়দুনা খবা ফগদ্রা হাযববু হেন্নদুম কোক চাকহন্নবগী মথম ওইহল্লবা।

মহাবাজনা ঐখোয়গীদমক, মাগী ওফিসতগী থোবক্লগা মপান্দা লেপ্লুনা খোল ব্রাংনা লাউবকই, "মণিপুবী পান্দা হ্যাঁয, ক্যা ?"

"হা জী ?" হাযবগা মুগুক মুবা, ব্রাং চাউববা পালোব্রান মানবা নুপা অনী ঐখোয তম্না চঙশিল্লকই। শক্তা অনীদু উবদা ঐখোযগী পুবোহিত বামননি হাযবগী ভক্তি ব্যবহাব পোক্তে। কদোমদগী পোক্লকপা ব্রাখলনো খঙদে, অহোয়ননা পালোব্রান অনীসিগা মৃক্লা কোন্নবা ঙমগদ্রা হাযবগী চিংনবা অমা পৃথংদা ফুং

ফাওরকখি।

ঐবু মখোয়নীনা আশ্রমগী নাকন অমদা কৌথোক্লগা অহানবা শকখঙনবদুনা হংলকখি, "কিংনে মে কাম করাওগে?"

ঐনা মখোয়দা নোল্লুক্না হংগৎলি, "ঐঙ্গাখোয়না কয়াগী মনুংদা থবক অসি পাঙথোক্লবা খনবিবগে ?"

"পোৎ চৈগী মমল হাইজিন্দনা হেনগৎশ্রবনিনা শেলদি খরা য়াম্না চঙলনি।"

পৃখায়মুক ষণ ইরোই মমল তীক্লবগুম তীক্লরে। ঐখোয় ইচিন ইনাও অনী লাকই তাবদা লুপা লীশীং অনী/অনী, পূন্না লুপা লীশীং মরি পীয়ু হায়রে ।

মখোয়গী ব্রাদু তাবদা ঐ পিং লাউরক্লুনা হায়রুই, "হম দো ভায় অলগ অলগ বাপকা বেটা নহি হ্যাঁয়, একহি বাপকা বেটা হ্যাঁয়। তো অলগ অলগ দক্ষিনা কিয়োং?"

ঐনা মীৎ না শংতোক্লুনা শাউবদু উবদুদা পালোব্রান ঐঙ্গা অনীদু খরদি হনগুম তৌরকই, "ফরেনে, খরা তানা পীরো, ঐখোয় য়ারে।"

"তশেংনা হায়রবদা ঐখোয় শেন পায়রে হায়দুনা গয়াসিদা পিণ্ডদান তৌবা লাকপা নত্তে। ইপা ইপু হাক্তক্তগী তৌনরকই হায়দুনা লাকপনি। য়ারিবমখৈ শেল ইচঙ চঙহন্দনা পিণ্ডদান তৌহনবিয়ু।"

"কয়ানো নখোয়না পীগে হায়রিদুবো?"

"ঐঙ্গা, লুপা চামরিগী মনুংদা থবকসি পাঙথোকপিয়ু।"

লুপা লীশীং মরীদগী অহুম, অনী, অমা . . . অসুম অসুম তাথরকই । ঐনা চামরিদগী ইহেনমক হেনগৎত্রবদুদদি কৈদৌনি মখোয়, য়াররোই খঙলবরা করিনো, অদুম য়ারে । হেক য়ানবগা লুপা চামরিদু মাঙজৌননা লৌশিনখ্রগা মখোয়না তোঙ্গা অমা কৌশিল্লগা হায়রকই, "হৌজিকমক ফল্গু গঙ্গা তুরেল মপান্দা চৎপিরো। অদুগা ভরাদি লুপা য়াঙ্ঘে পীবিখো।"

বলিহারি! পৃংখায়মুক চূপ্না যৌগংনবমখৈ মস্তিক্লরবা তুংদা শেল লৌথোকখ্রগা ঐখোয়বু ইদোম তুরেল মপান্দা চৎচরো হায়বা! তপথরুরবা ঐগী মিহুন্দু অমুক পোপথোক্লকই, "য়ারোই। ঐঙ্গাখোয়সু চৎসি। নৎত্রগনা কনানো অমা ঐখোয়গা লোয়নহনবিয়ু।"

ঙাইহাক তকখায়নরবা তুংদা য়াররোই খঙলবরা করিনো মী অমা কৌরগা ঐখোয়বু শিন্নরে। হায়রিবা নিপাদুনা ঐখোয়বু ফল্গু গঙ্গা তুরেল মপান তান্না পুরগা পান্দা অমদা অমুক শিন্নরল্লে।

মী ময়াম তোল্লপ তোল্লপ ফম্লগা পিণ্ডদান তৌনরল্লি। মখোয়গী মওংদু ভারত সেবাশ্রম সংঘনা শীল্লগা পাঙথোকপা মাল্লি। মনাক্তা অমনবা মন্দির অমসু উরি। তোবর্বান্দা লৈরম্বা অকোনবগী ঐঙ্গাদুনা ঐখোয় ইচিন ইনাও অনী উজাউ অমগী মখোঙদা পুশিল্লগা মৈতৈলোন্দা হ.য়রকই, "চেঙ, ঘোয়দিং, লৈ, লফোয় পুরকপ্রা ?

লাউ, সিদা ফম্মুলাউ ।"

ঙসাইমখে শাউনীংবনা থক থক নীক্লুরবা হকচাংসি খীক্লক্লিবা অমৃতসিনা হূ পৃম্বগী মহূ ময়ায়দু পূমচম চমহনথ্রগুম্মী। অসিনিদনা গয়াগী অশেংবা মণিপুরী পুরোহিত হায়বদো। শকসু ঐজ্ঞা মোহন হাইরপ মাল্লি। ঙসাইগী পালোবান অনীদুদি ইচীনসিনা পন্নীংদে। ইকোন কোনবগী ঐজ্ঞাসিনা, "অদুম ফম্মুকো," হায়রল্লগা মনাক্তা লৈরিবা মল্লবা মন্দিরদুদগী, পিণ্ডদানদা চঙগদবা মচলশিংদু লৌথোক্লুরে ।

ঐজ্ঞাসিনা হিন্দীদা হংলকই, "করম্না লোন্দা পিণ্ডদানগী মন্ত্র শোল্লুগে? মৈতৈলোন, বাংলা নৎত্রগা সংস্কৃত ?"

"ঐজ্ঞা, ইপা ইপুগী চৎনরকপগী মতুংইন্না সংস্কৃততা ওইনা অদুম শোনবিরো।"

তাঞ্জাদুদা কদোমদগীনো খঙহৌদে নাপেৎ অমা ফূৎ ফাওজিল্লগা কোই কোক্কে থায়রৈ। কোই কোকপদুদা ঈ থোক্তুনা পিণ্ডদান পীবা য়ারোইককা হায়রকদ্রা কিদুনা অদুম কোকহন্দ্রে। অদুবু হৌনবী মতুং ইন্না মাগী খুরদু কোই মথক্তা হাইরপুং নালহল্লে। মসিসু গয়াগী অশেংবা নাপেৎওইরল্লে, কোই মথক্তা মাগী খুরদুনা নানবগী লুপা কুন্দগী তাবা ঙল্লোই হায়রক্লে । শাউগৎলুববসু কান্নররোই খন্দুনা থেমদুনা লুপা তরা পীরগা থাদোকখ্রে।

ঐ গয়াদা ইপা ইপুগী ক্রিয়া পাঙথোকপা লাকপনি। অদুনা শাউগৎপা য়াদে, দক্ষিনা পীবদা মস্তিক্রবা য়াদে। ঐজ্ঞাদুনা হিন্দী লোন্দা ব্রাশক লৌহল্লে। মন্ত্রনি খন্দুনা তাচৌ ঐখোয় অনী খৃত্তা লৈ পায়রগা, মন্ত্রদু ইচিন ইনাওগী থম্মোয়মক্লা শোঞ্জবনি খন্দুনা মীৎ উইশিল্লগা তুমিন্না লৈ। মদু লোইরগা ঐজ্ঞাদুনা পিণ্ড শারগা সংস্কৃতলা করিনো, লোল অমনা মৃদ্ধম মৃদ্ধম শোল্লগা পিণ্ডদানগী থবক অদু অদুম চঁখ ।

ঐখোয়সু ঐজ্ঞানা হায়বা পূম্বা ইন্দুনা লৈ, চেঙ, থোইদিং অমদি ঈশিংনচিংবা খিবিক পিণ্ডদা হাপ্লি। অসুম্না ঙাইহাক মৃদ্ধম মৃদ্ধম শোল্লল্লগা ঐজ্ঞাদুনা মরক থৎনা ময়েক শেংনা হায়রকই, "ব্রহ্মণ ভোজনকা লিয়ে কিৎনা দেসে সংকল্প করো।"

"অসিদা অমুক কবি সংকল্প তৌনিংঙাই লৈরিবগে ? হয়েং ঐখোয়না য়ূমদা হল্লগা ঙমজবা খরা ব্রহ্মণ ভোজন তৌহল্লগা লোইবেদনা।"

"নত্তে, সংকল্প তৌবা তাই। নখোয়নীনা লুপা চামঙা/চামঙা ব্রাহ্মণ ভোজনগীদমক পীগদবনি।"

"ঐজ্ঞা পূম্নমক্তু ঐখোযনা মাঙজৌননা পীজরম্লবনি।"

মমিত্তু লাওথোক্লগা শংকৎলগা হায়রকই, "ক্যা বাত হাঁয়? ব্রাহ্মণ পেট বিনেকে আয়া।"

"মদুদি ঐজ্ঞাহোয়গী কাঙবুনিনা ঐজ্ঞানা খঙফম থোক্লো? ঐখোয়গী পীফম থোকপদি পীখ্রেনা।"

"ব্রাহ্মণ ভোজনগী সংকল্প তৌদ্রবদি ঐ নখোয়গী থবক পাঙথোক্লরোই।"

ইহে! মসিমসু গয়াগী ব্রাহ্মণ ওইরম্লবা! 'লাউ, ফম্মু, চেঙ, থোইদিং' হায়বা ৰাহে খরসি নত্তনা অতে মৈতৈরোনগী ৰাহে অমফাওবা খঙলমদ্রে। ঐগী মহৌশাগী অফেবা নুংশিত্তু কাঙলকই। খোন লৈখৎলগা হায়রুই, "ঐজ্ঞানা থবক পাঙথোক্লরোই হায়রগা কৈদৌনি, পিণ্ডসি ফল্গু গঙ্গা তুরেলসিদা অদুম থাদদৌ লৈরসিবু। ঈশ্বরনা শাক্ষিনি।"

পীক্লিঙৈদগী হৌনা ঐগী মিহুন খঙবা তাচৌনা খামজিল্লদুনা হায়রকই, "শাউখিনু, থবকসি হান্না লোইশিনখিসি।"

খঙসু খঙদনা মৈতৈলোন খঙবা শাবা নকলি ঐজ্ঞাদু ঐখোয়না ঙাঙনরিবদু করিসু খঙদে। মসিগী কান্নবসু লৈতবা নত্তে। ঙাঙনীং শক্লীংবা পূম্বা ইচীন্দতা নত্তনা থম্মোয় পেন্না ঙাঙথোকপদা মাদি খঙপোত্তে।

ঙাঙবমখৈ পেন্না ঙাঙথোক্লরবগী তুংদা তাচৌনা থেল্লকপদগী ঐনা হায়রুই, "ঐজ্ঞানা নম্ফৃদা ঐখোয়দগী পৈশা লৌগে তৌরবনিনা তশেংনা হায়রবদা ঐদি করিমত্তা পীনীংদ্রবনি। অদুবু হৌনবীনি, লুপা ১১/১১ শূপ্না লুপা ২২ পীরগে।"

ঐজ্ঞাদু মরু লূকথদুনা হায়রপ খনবা মাল্লি। ফ্রীদা চৎখিদৌ শরুক খরদা ওইরবসু লৌহৌবনা ফৈ খল্লক্লবরা করিনো খংহায় হায়দোরকই, "ফরে, ২০১/২০১ পীরো।"

"ঐজ্ঞানা তৌররোই হায়রসু শেংনা হেক্তা হায়বিরো, " হায়রগা খোঙ্গাই চল্লগা ফল্লবদগী হৌগৎ হৌগৎনা মখা তাখি, "ঈশ্বরদি লোইনা উরম্লগনি।"

ঐজ্ঞাদু করি খল্লক্লবনো খঙদে নংহৌররোই মতাগুম মাগী মন্ত্রদু মখা ব্রেঙ ব্রেঙ থীথরক্তুনা পিণ্ডদানগী থবক্তু উচিন নাচিন্না লোইশিল্লে। ঐখোয়না খঙদবা লোন দা শোনবা মাগী মন্ত্রদু চাউকান চাউকান কাল্লিদ্রা নৎত্রগা ফৈরেং তুরেং থীজিল্লিব্রা হায়বদুদি ঐখোয়না খঙলুদ্রে।

অদুগী তুংদা ঐজ্ঞাদুনা ঐখোয়বু চর্রণছাদ, অক্ষয়বট খুরুম্হল্লগা অমুক বিষ্ণু মন্দির খুরুম্বা পুরক্লে। মন্দির মমাঙদা ইচিন ইনাউ অনী ফমহল্লগা খৃত্তা লৈ পীরগা অমুক সংকল্প তৌ হায়রে। হন্দক্তি ঐ মানা পীরক্লিবা লৈদু লৌদ্রে। মদুগী মহূত্তা হংলগে মতাগুম হংই, "ঐজ্ঞা হন্দকমুক্নী সংকল্পসিনা করিগীনো ? মসিগী মমলনা কয়ানো ?"

ঐজ্ঞাদু তেথরগা হায়রকই, "ঐ নখোয়গী ত্রিপুরাদা কোয়বা লাক্নে। মতমদুদা ফৈজোম অহনবা মরি পীগনি হায়না সংকল্প তৌ।"

হন্দক্তি ঐজ্ঞাদুগী মণ্ডংসিদা ঐ নুংঙাইতবা অমা পোক্লক্তুনা, "অদুগী ওইরে মফমসিদা পুরক্লিবসে! ঐজ্ঞানা থম্মোয় শেংনা হায়রগা লোইরবদুবো। মীতৈ ঐখোয়দি হায়দোকখিবা ৰা ঙাকই। অদুবু ঐজ্ঞানা হায়রবনিনা ঐনা সংকল্প তৌরিবসিনি,

ঐজ্ঞানা মী অমগা লোয়ননা ত্রিপুরাদা লাক্তা লাকপিয়ু । অজ্ঞান হায়রিবদুগী মথক্তা রেলগী ভড়া, লৈফম, চাফম পূন্বা ঐনা পীজগনি । অদুগা দক্ষিনা ওইনা ফৈজোম অহনবা মরিসু দাণ তৌজগে।"

হন্দিক্তি ঐজ্ঞাসি য়াম্না পেনবা মাল্লে। কোচি থাংদ্রে, মনা মেঙলে।

তাঞ্জাসিগী খুদোংচাবা লৌরগা ঐনা হায়রুই, "ঐজ্ঞানা ঙসাই ঐখোয়দগী নম্ফদা পৈশা কোখোক্তদবগী কদর মচা খরা তৌরিবদু করিগীনো ? ঐজ্ঞাগী নতৌদুনা ঐদি পৈশা পীগদবা লৈরবসু তশেংনা পীনীংখিদ্রবনি।"

ঐজ্ঞাদুনা য়াম্না নীংঙমদনা হায়রকই, "করি হায়গনি, হৌজিক গয়াদা মণিপুরী তীর্থ যাত্রিক ইরাক লাক্লে। অদুনা মণিপুরীশিংগীদমক্তনি হায়দুনা লৈরিবা পুরোহিত ঐখোয়নে-পোৎ তাঙলিবা খৃৎতাঙ লাক্তাঙসিদা হিংবদা ব্রারে। উরেদনা ভারত সেবশ্রম সংঘগী পুরোহিতশিংনা অমুক অমুক্তা মী চামা/ চামা ফমহল্লগা পিণ্ডদান তৌরিবসে। মীকোক্তা লুপা য়াঙখৈ /য়াখৈ খক্তা পারবসু কয়াম ফংলমগনি? ঐখোয়গীদি অম'নীর্তান । অদুনা হিংদবদি যাদবনিনা অরাকপা নখোয় খরদগী য়ারিমখৈ লৌহৌনবা হোৎনরির্বনি। ব্রারৌগন্। নখোয়সু ময়াম হৌরগা পূন্না পূন্না লাক্লবদি নখোয়গীসু ঐখোয়গীসু —অনীমক্কী কান্নমিন্নগনি। লৈফম চাফমগীদমক কবিমক্তা ব্রাবিকনু, ঐখোয়না লোইনা শীনগনি।"

মাগী ব্রাহৈদু তারগা তোঙানবা শক্তম অমা ওইনা উকরবা ঐজ্ঞাসি ঐখোয় খুনগী পুরোহিত ঐজ্ঞা মোহন্তা মোহন ওইনা উরক্লে।

# থম্মোইগী লীপুন

*রাজেন খুমুকচম*



*রাজেন খুমুকচম নিউ কছার রোদকী, শগোলবন্দ খন্নাম লৈরক্তো খুমুকচম বুদ্ধি সিংহ অমদি ভৈগ্যবতি দেবীগী মচা ওইনা খু: কুম ১৯৫৮ গী এপ্রিলগী তাং ৯ দা মালেমদা খোঙদারকখি। সরকারগী লোয়শঙ কয়াদা তোঙান তোঙানবা ফম কয়া পায়রম্মী। মণিপুরদা লৈরিবা সাহিত্যগী সংস্থান কয়াগী লাইফ মেম্বর, প্রসিদেন্ট, সেক্রেটরী অমদি জোইন্ট সেক্রেটরী ওইরম্মী। নোংমা, ঈশ্বুল অমসুং ঈচেলগী এদিটরশিং ওইরম্মী।*

*ফোঙথ্রবা লাইরিকশিংদি শৈরেংদা ১। বি লতাসনা মঞ্জুরি (১৯৭৯), ২। হোংলে শক্তম অদুদৈগী (১৯৮২), ৩। লৈবগে কদায়দা (২০০৪), ৪। ফিজং অমগী মরুমদা (শৈরেং, ২০০৯); ৱারী মচাদা ১। লোইসিন্দ্রবা ৱারী (১৯৮৩), ২। মচু মচুগী সংসার (২০০৫), ৩। খুদোলদুগী চৈনাখোল (২০০৭); লমকোয় ৱারীদা কাউঙম্লরোইদবা (২০০৬) অমদি পুন্সি ৱারীদা মণিপুরগী থৱানমিচাক খরা অসিনচিংবনি। ফংথ্রবা মনা মথুমশিংদি ১। ডা অম্বেদকাব নেসনেল ফেল্লোসিপ (২০০৫), ২। মহাত্ম জ্যোতিবা ফুলে নেসনেল ফেল্লোসিপ (২০০৬) অমদি ৩। নেসনেল এক্সিলেন্স এৱার্দ (২০০৭) নি।*

নাতোন নাকচি অনীদা হুমাং ইরিক্কী কোঙ্গোলশিংনা অথেঙবা অহীংগী থৱাম্মীচাকশিংগুম কুফেৎ কাফেৎ তনিক তনিক কারক্লি। চোইজাইননা তারক্লিবা লাইবক্কী শম্লাং শমখোঙদগীসু নিংথমগী য়াঙ্গঙলবী তুরেলগুম তপ্পা তপ্পা, য়াম্না তপ্পা চেম্থরক্লুনা চুবাগী লৈতেম মান্নরবা লমদমদু য়ৌরক্লে। মথোঙ খঙদ্রবা ৱাখল অমদা তাউদুনা চিন্তা পোৎলুম পুদুনা ফল্লিঙৈ তাঞ্জাদুদা টেলিফোগী মীকৌ খোঞ্জেল অমনা মীৎকপ থোকহল্লকখি। হৈনিংদা হৈনিংদা চঙশিন্দুনা টেলিফোন্দু পায়খৎলুবনি। অদুবু থাংগৎলবা মতুংদদি ৱাহৈ অমতসু ঙাঙলকখিদরে। মোবাইল ফোন ওইরম্লবদি কনানা তৌরকপনো খঙলম্বসু ময়াবনি। কনানা তৌরক্লিবা ফোন্নো খঙবা অদুম ঙমদ্রে।

ইমুংগী তৌবা য়াবা থবক খরা অসুম তৌরিঙৈ টেলিফোনগী খোঞ্জেল্লা কয়ারক হন্না পূক্লিং লৈতাহনখিদে। হেক পায়খৎলুরগদি ব্রাহৈ অমতা ফাওবা হায়রকখিদে। ফোনগী খোঞ্জেল্দুনা হেন্না হেন্না খোয়রাঙহনখি। কনা ওইরিগবা অসুক তোয়না ফোন তৌরক্লিসিবু? করি ব্রাবু হায়নীংলিবা? পায়রুরগনা মানা ব্রা অমতা ঙাঙলক্লিবনা কবিগী? অমুক হন্না খীংলক্তনবা ফোন্দু হাংদোক্লগা থল্লগে হায়রবসু চাণ্ডিগরদা মৌপ্বাগী মনাক্তা চৎখিবা মমা মপাদুনবু তৌরকপা ওইরিদ্রা খন্দুনা মদুসু ঙমখিদ্রে। ফোন খীংবমখৈ খীংহল্লগা ব্রা ঙাঙলক্তবা মতৌসিনদি অমুকসু লৈতাহনদ্রে।

কুইদ্রি, নুংশিতোম্বীনা মপামদা লাকখিবসি। মহাক্কী থাদক্কী অমা য়াওনা মচানুপী অহুম হুন্দোক্লল্লিবনি। অনী'মদি খরদুম চাউহৌরে অদুগা অতোনবী অদুদি য়াম্না পীক্লি, ষণ শাদুনা চৎপা ফাওবা ঙমদ্রিবনি।

মহাক্তা মপামদা হেক য়ৌরকপগা মমা মপাগী মফমদা মীনল্লদুনা ওইদা ব্রারী কয়ানা অথুবা অমগীদমক লাকপনি হায়শিন্নখি। মমা মপা অনীমক্তি চাণ্ডিগরদা লাইরিক তমদুনা লৈরিবা মৌপ্বাগী মনাক্তা চৎনবগীদমক মহাক লাক্কনি হায়বগী পাউসু খঙদবনা হান্ননা টিকেট ককলুরবনি। নুংশিতোম্বীগী মনুং মপান মরোল নাইবা ব্রাহৈশিংদুদা মমানা হায়রকখিবনি, "করিগীনো নঙনা ইশূশিংদুবু অমতা ফাওবা পুবিরক্তনা পাউকাসু অমতা পীরক্তনা নথস্তা হেক্তা ফুক হৌগৎলগা লাক্লিসিবু'? ফরেনে, খরা চাউরবী অনীদুদি পুবিরক্লবসু, পীক্তা পীক্লিবী থাদক্কীদুমদি পুবিরক্লগদি কয়াদা ফরমগদবা! ঐখোয়সু ইশূদো মশক য়েংনীংইনে। নঙবু ঙাওরবরা অদুক পীকপীদুবু হুন্দোক্লল্লগা কয়াম লুবা থবক্কীনো নঙনা তৌরক্লিসিবো?"

নুংশিতোম্বী মমাগী ব্রাহৈশিংদুগী পাউখুম অমতসু পীখিদে। ফুম্বংননা লৈখি। মপানা মখা শমথরকখি, "ইবেম্মা, নমানা হায়সু হায়বনি, নঙবু কয়াম কুইনা লৈগদবনো'? মফমসিদা নঙবু করি অরুবা থবক লৈরবগেনে? হান্না লাক্তুঙৈদা পাউ অমতসু খঙহল্লকপা ময়াবনি। নমাগা ঐখোয়নীসু নৌপ্বাগী মনাক্তা চৎলুসিরা হায়দুনা টিকেট ককলুরবনি। ঐখোযবু অদুম চৎখো হায়বরা নৎত্রগনা ঐখোয়গী টিকেটশিংসি কেন্সেল তৌথোক্লুরসিরা?

"য়ানি বাবা, ঐ অদুম লৈরমগে। কয়ামদি কুইরক্কনি?"

"কনানা খঙগনি! নমাগা ঐগদি নৌপ্বাগী মনাক য়ৌরুরগা অতৈ মফম খরসু চৎসিরা হায়না খল্লন্নিবনি, . . . নঙবু ?"

"য়ানিদা বাবা, ঐ ইমা বাবা হল্লক্লিফাওবা লৈরম্লগে।"

নুংশিতোম্বীগী ব্রাফমদুদা মমা মপা অনীমক চমম্লবা অমদি ইপোক পোকখি। মথস্তা থনল্লগা করম্নবু চৎসিগেনে খন্দবসু ঙমখিদে। টিকেট হন্দোক্লুরনু হায়বদগী

নুংশিতোম্বীনা হেক থুংলবা নোংঙানবগা মখোয়নীসু চাপ্তিগরদা চৎখিরম্মী। নুংশিতোম্বী মথন্তনি চাউখ্রবা মথোল মঙাগী য়ূমসিদা লৈহৌরিবসি । গুব্রাহাতিসি জুন জুলাই থাসিদি মণিপুরদগী খরসু হেন্না শাবগুম তৌই। নুমিৎ হুম্নি মরিনিদি লাওতক্লবনা তূম্বা চাবা মথোঙ মরম ইখঙ খঙহৌদনা হৌখিরম্মী। মমা মপাসু হল্লক্ত্রি।

মফমদুদসু মৈতৈ নুপী অমগী হৌনবী অয়ুক্কী থবক ইনখাং লোইশিল্লগা ঈরূজথোক্লুনা ফিশেং হোংলগা ধুপ থাউমৈ থাবনচিংবা অদুম কায়দনা তৌই । চাকশঙদা চঙদুনা চা গ্লাস অমা লোল্লুরগা বিসকুইত কাংগোই অমা অনী পায়রদুনা টি ভিদা ক্করি থোক্লি, করি হায়রি থোইনা নাচুংলুদনা তরং অমদা তাউদুনা য়েংলি। চাদুসু অকাউবা নাইনা থক্লি, বিসকুইটতুসু মোন্দ্রঙদা চারি।

মতম খরগী মমাঙদা মচা নুপা য়াওদবগী ব্রফমসি মপুরোইবগা মকা ফোংনা ঙাঙনদ্রবসু থম্মোয়দগী লাকঙম ফাঙমহৌদনা ফাগী ওই অশেংবগুম চীনবান য়ৌরকখিবদি য়াওখ্রবনি। ব্রাফমদুনা করিসু ওইরুদ্রবসু নোংমগী ইকাই নুংশি য়ান্নরবা মপুরোইবগী ব্রাহে খরদা নুংশিতোম্বীনা মনাক্তা অফংবা ফি- রোল খরা খাউ অমদা হাপ্লুনা পায়রগা মপাম গুব্রাহাটিগীদমক নুংশিরবা মচাশিংবু নুংশিদবা শারদুনা থম্মোয় কায়গদবমখৈ খোঙ থাংদোরকখিবনি। মহাক্কী মতৌ খঙলদুনা মপুরোইবনা মাবু তান্নরকখি। লম্বীদা চৎখিনু, চৎকনি হায়দুনা লাক্ল ফানবদা তুশিনমিন্নদুনা পূন্না থরো থরো ওনমিন্নখি। নুংশিতোম্বীনা পুরক্লিবা পোৎশিংদু লোইন্নমক ইচায় চাইখায়রম্মী। মখোয়নীগী মতৌদু অউবশিংনা অঙকপা মওং অমা য়াওনা য়েংনখি। চাইখায়রিবা পোৎশিংদু মপরোইবনা অমমমতা ওইনা খূনজিনবা হোৎনরিঙৈ, নুংশিতোম্বীনা চেনখিদুনা মপুরোইবগী মীৎয়েংদগী ব্রাংমা লাল্লকখিবনি। অসুম্না মপাম গুব্রাহাটি য়ৌরকখি।

নোংমা নুংথিল অমদনা মতোমদা মেগাজিন অমা লৌশিনফম খঙদনা পারি। মেগাজিন্দা য়াওরিবা অয়েকপা লাইশিং মথোঙ খঙদনা য়েংলিঙৈদা খঙহৌদনা মচাতোম্বীবু নীংশিংলক্লুনা খোল্লাং তরং ঈহৌরকখি। লীৎলিবা ফৃরিত্তু মপান ফাওনা চোৎলক্লম্মী। তাঞ্জাদুদা কোরিয়রগী মীওই অমনা চিঠি অমা থিল্লক্লম্মী । মথানুংদা চেৎনা নাউকোঞ্জদুনা ব্রাহে শীংবুন কয়াবু য়োমদুনা মনাক য়ৌনবা পুবিরক্লিবা মহাকপু লব্রাই লেম্ফু থুগাইবিরগা মখা লাওনা শেগায়বিরদুনা মথীবোঙ শিৎ নাননা কোৎথোকপিখি। মাগী মথৌ লোইরে মতাগুম মতৃম তানা নৈশিনবিরগা দসবিন্দা লংশিনবিখি। মীওইবগীদমক মপুন্সি কৎথোকচরবীদুনা লেংঙম শাঙমদনা দসবিন নুংদা তেংথাজবদু তাবিবা উবিবা লৈতনা মখূৎ ওয়না পায়হৌরিবা অঙৌবা চেনাদু হাংদোক্লুনা পাবা হৌরকই:

*নুংশিতোম্বী, কমদৌরি, নঙবু নুংঙাইরিবরা? নঙগী থম্মোয় কল্লীসু*

*হায়রবোই অদুবু নঙ খজিক্তুংদি খষ্টবা ব্রাংলবনিকো। ঐগীবুদি ফরেনে, লাপ্লা অদুম লৈনরসি, নচা অনীসিমসু য়ারেনে, অদুবু নচা অতোম্বীসিগী অহীং নুংথিল . . . মতম পূম্নমক্তা নঙগী অব্রাংপসিমদি ঐনা মাগী মফমদা মনীং থুংহনবা ঙমদ্রেনে। ঐ হায়ফম খঙদ্রে . . . । করিগীনো নঙনা ঐবু অদুক ব্রারৌনা ইষ্ক্রেক্লিবা? নচাশিংসিগী তুবোন্নবা মতৌসে নঙোন্দা তমগে, ব্রাহৈ খরদং হায়গে খন্দুনা কয়ারক হন্না টেলিফোন থাংগৎপ্রবসু ঐগী খোঞ্জেলসে অমতা থোরকউ হায়বা য়াখিদে। অদুনা ঙসিদি চিঠিসি ওইনা থাপ্রবনি। নঙবু শাউবা ফংত্রিবরা ? নচাতোম্বীসে নীংশিংলক্তনে নঙবো . . .?*

নুংশিতোম্বী মপুবোইবগী ব্রাহৈশিংদুনা চিংথোরকপা পিরাংশিংনা পূংকূপ কূপশিনখিদুনা মিৎম্না থম্বাল অনীমক চিঠিগী ময়েকশিং মখা তানা উবা ঙম্লকখিদরে। নীংশিংবা মানা মথোঙ খঙদনা মায়কৈ নাইদনা শাফু কন্না ওৎপা নৈবা হৌরকই।

"অদুক মুন্না চাগদবগুম য়েংবিরিদুবু করিগীনো?"

"ঐসু খঙদে, তশেংনমক খঙদে। নঙগী কোয়দানবী মায়থোঙদুদা য়েংনীংহনবা চিংশিন শক্তি অমদি য়াওবি।"

খংহায় ওইনা হায়দোক্লুরগা মতুংদা ইরায় লায়না পীরকখিবা মাগী পাউখুম্না মথোঙ খঙদ্রবা মীৎকুপ অম: ওইহনখিদুনা মায়থোঙ লৈদা লূকথদুনা হান্না মশীং খঙলবা খোঙশাগী মশীংদু কয়ারক হন্না হন্না থীখি। থম্মোয় অনীনা অমগা অমগা ঙাথু থেংথুনরদুনা ব্রাহং কয়া হংনখি, পাউখুম পীনখি। চীনবানথোংদদি মখা তানখিদ্রবনি, ঐখোয়নীমক লোম্বোক্তবা লোম্বোক্তবী ওইনখিবনি।

থেংনবা খূদিং মোমোন্নে, য়েংনরুবা খূদিং মীৎচানখি। থম্মোয় অনীনা লেপ্পা লৈতনা নিংঙাই তৌনৈ। চীনবান্দি খক য়ৌরকখিদে। মতম মানা পুরকই। নকশিন্নরকই। মরী মথোঙ থিনরকই।

"সোমগী মিংদু ?"

"নুংশিতোম্বী।"

"কদাইদগীনো?"

"গুব্রাহাটিদগী, অদোমদি ?"

"ঐদি ইম্ফালদগীনি। খরা শেংনা হায়রগদি শগোলবন্দ খয়্যাম লৈবক্তগীনি।"

"কয়াম কুইরে মফমসিদা লৈবিরকপা? অদুগা কয়াম কুইনা লৈথখিনি?"

"চহী অনী হায়জিল্লক্লে। চহী অমগা লৈথখিনি। অদোমদি?"

"ঐসু মান্নরি হায়বা তারে।"

"অসুক কুইনা লৈরকপসে নোংমতা থেংনখিদ্রিবা করিগীনো?"

"খঙদে।"

লেপ্লাইদবা মতম মাগীদি হৌজিনখিবা খঙহৌদে, কনাবুসু ঙাইবিরমদে। চহী অমগসু হৌজিনখ্রে। য়ূমদা থোক্লরগদবা তাঞ্জাদু ওইরকখি। খঙনরবা মতুংদা কয়ারক হন্না থেংনা উন্নখ্রবসু হৌদোক্লবা ঙমদনা লোইখ্রগদবা মতমদুগীদমক মিপাইনবা পোক্লরকই। হায়হন্নীংলকই, হংহন্নীংলকই ।

"পূন্না থোকমিন্নখ্রসিকো।"

"কদায়দা?"

"য়ূমদা।"

"য়াইনে।"

"নখোয়' গুৱাহাটি হেন্দোক্লগা য়ূমদনিকো।"

"অদুদি ঙম্মোই, তল্লি কৈসু।"

"ঙমদ্রগদি কমদৌনি? ফারগদি করম্না পুরুনি?"

"অওইবগীরা?"

"অশেংবগীনি।"

ফাগী ফাগীদগী গুৱাহাটি লাম্থোরকখি। ইম্ফাল য়ৌরকখি। চৎনবী হৌনবী লীপূন্না চেৎনা পুন্সিনবিখি। ইচানুপী অহুম মথং মথং ফংজখি। মিপাই চাউবী নুপীগী মপোক ওইরুবনিনা মিপাইজবগী ঙমখৈ নাইরকখিদে। শাগৈ মূৎলদরা হায়না তনিক তনিকচরকখি। মিপাই ঈনোৎ হাপকৎলকখি। করি করিগুম্বদা অপাম্বসি ফোঙদোক্লদুনা লৈতাহন্দবা মীৎকূপ্না মৈৱায়রকই। মাগীদমক খঞ্জদুনা অতোপ্পা নুপী অমগী ৱাতানবা হৌরুই। করিগুম্বদা ঈংনা, করিগুম্বদা শাউনা, করিগুম্বদা হীক্লা হীক্লা কপ্লদুনা। ঐগী ইতৌ য়েংনীংদুনা মানা লক্লখিবা ৱাহৈদা অমুকসু পূক্লিং নুংশিনা কপচখি।

মপান নাইদনা থূমহৎলক্লিবা পিরাংবু তৈথোক্লগা চিঠিগী ময়েকশিং মার মারদুনা অমুক মখা পাথবা হৌরকই ।

*নুংশিতোম্বী, নঙনা অদুম্না তৌববদি নচাশিংসিনা অমদি সমাজসিনা নঙবুদি কৈদৌনুংদা থক ঙাকপিরোইকো। লাল্লিবসি নঙতগী ওইবল্লোইনে . . .। হৌজিক্তি ঐখোয়নীগী ইচাশিংসে নুপা হায়বা লৈতে, নুপী হায়বা লৈতে, মখোয়বু শোয়দা ঙামদনা মশক নাইবী অমমম ওইহনসিনে। নুপীসু মীনিনে।*

মপুরোইবগী থূপ্লবা থম্মোয়দগী ইরকপা ৱাহৈশিংদু পারুরগা থিংঙমদ্রবা পিরাংনা খোঙজেল কনশিল্লক্লুনা পাখোং পারকই। খোঞ্জেল থোক্লা তাইবঙ ফাওনা হীক্লা হীক্লা কপ্লকই। মূরূম মূরূম শোল্লকই। মথম্তা খল্লকই, 'ইপ্পাগী মনাক্তা চৎখিবা ইমা বাবাদুবু কৈদৌঙৈ হল্লক্কদৌরিজাৎনো? গুৱাহাটিগী য়ূমসিনা কনানা অমুক শঙবীহৌদৌরি?'

# কর্ফিউ

কোন্সম কুল্লধবজ



*কোন্সম কুল্লধবজ খৃষ্টকী কুম১৯৫৯ গী অগষ্টকী তাং ১৮ দা ইম্ফালগী সগোলবন্দ তেরা খুরাইজম লৈকাইদা কোন্সম বুধী সিংহ অমদি কোন্সম ওংবী কহিনি দেবী অনীগী মপারি ওইনা তাইবংদা খোঙদারকখি। এম এ নি। মণিপুরী সাহিত্যগী ক্রিতিসিজম কযা ইংলিস লোন্দা চেফোঙ কযাদা ই।*

*রাইটরস ফোরম ইম্ফালগী লাইফ মেম্বর ওইবতা নত্তনা মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফালগী চহী তরানা জোইন্ট সেক্রেটরী, চহী মঙানা জেনরেল সেক্রেটরী ওইরম্মী।*

*ফোঙত্ত্রবা লাইরিকশিংদি ১। বোজেন (নোভেল, ১৯৭৯), ২। অমমম্বা মপৈ অমনা ঐবু কৌখিবনি (নোভেল, ১৯৮৬), ৩। ইম্ফালগী মৈ ( শৈরেং, ১৯৯০), ৪। খৌবী অমসুং শামু লমশা ( শৈরেং, ১৯৯৬), ৫। যুখল (নোভেল, ২০০৭) অমদি ৬। কুমগী নোংহৌ (নুপী অইবীশিংগী খোমজিনবা রাবীমচাগী লাইরিক, ২০০৪) নি।*

*অইবসি মিনিষ্ট্রি ওফ কলচরনা পীবা সেনিয়র ফেল্লোসিপ এৱার্দ ফংত্রে।*

জেনরেল স্ত্রাইক তৌরকপা নুমিৎ হুম্নি শুখ্রে। স্ত্রাইক হেক লোইখিবগা কর্ফিউনা মখা শমথবকপনা নুমিৎ হুম্নি শুবক্লে। স্ত্র'ইক্কা কর্ফিউগনা খুজেং পালোইনদুনা মীয়ামগী খৌবি মেৎলক্লিবর্সি নুমিৎ তকক্লি শুজিল্লক্লবনি। অঙকপা লৈবাক্লি।

"ঙসিদি চেঙসু অমতা লৈত্রে। কমদৌসিগে মখোয়'বা?"

কর্ফিউ হৌগদবা নোংমা ৱাৎলিঙৈদেনি। সনাজাউবীনা হংলকখিবা ৱাহংদুগী পাউখুম পীদবমখৈ তবঙদা য়েংদুনা লৈ তোন্বা। মহাক্কী মমাঙমক্তদনি পুলিস কমান্দোশিংদুনা নহা অমা নোংমৈনা নল্লগা কাপ্তুনা হাৎখিবদু। মথংগী নুমিৎতা পাউচেশিংদা হাপ্লবকখি —

"খাইরম্বন্দ বজার ময়ায়মক্তদা কাপ্পবদা লালহৌবা অমা শিরে। লালহৌবনা কাপ্পকপা মরূনা মীরোনবী মৌনহা অমা শিরে, খরনা শোক্লে : পুলিস।"

খুৎথোক্লবদু য়ানীংদে হায়দুনা মথংগী নুমিত্তু কৈথেল ফম্বীশিংনা জেনরেল স্ত্রাইক কৌদুনা বাজার থিংখি। লৈখিদ্রবা মীওই অনীদুগী লৈফমশিংদদি ইরাং য়াম্লা কনখি। লম্বী ময়ায়দা টৈয়ার মৈ থাদুনা, উ-ব্রা ফৈজিন্দুনা অচৎ অওকশিং থিংখি। ইমা কৈথেল শেমগৎ শাগৎপা কাঙলুপকী নুপীশিংনা পাউমীশিং কৌদুনা মখোয়গী পেন্দবশিং ফোঙদোকখি। মীরোনবীদুদা পাল্লিবা নোংমৈ মরুদু পুলিসকীনরা নৎত্রগা লালহৌবগীনরা হায়বদু খঙনবা পোষ্ট মোর্টেম রিপোর্ট মীয়ামদা খঙহন্নবা অকনবা ব্রা ফোঙদোকখিবনি।

"মমা, চাক থোংলো, চাক লাম্মে।"

তোম্বা, পীক্লিবা মচানুপাদুনা মমাদা হায়রক্লিবা খোঞ্জেলদু তারকই।

"ইবুংঙো, নঙ'বাবাদা হায়য়ু। নঙ বাবাসে ঐনা ঙাঙবা শকপা অমতা তাদবমখৈ উংদুনা লৈরিবসে উদ্রা? মঙোন্দা অমুক্তা হায়রুচো।"

অঙাংদুনা তোম্বগী মনাক্তা চঙশিল্লক্লগা হায়রৈ, "বাবা, ঐখোয়গী চাক থোংলরোইদ্রা?"

"করিগী থোংলোইদৌরিনো? থোংগনি। চৎলো, শান্নরুরো।"

ঙাইহাক ব্রাখলদা উংদুনা লৈরুরবা তুংদা তোম্বনা মহাক্কী নুপী সনাজাউবীদা হায়রকই, "সিদা লাউ।"

সনাজাউবী তপ্না চঙশিল্লক্লগা হংলকই, "করিনো?"

ফূরিৎখাউদগী মোবাইল ফোন হেন্দ সেটতু লৌথোক্লগা হায়রকই, "দুকান দারশিংনা মান লৈরে, অদুদা থিল্লুলাউ; মফমদুদগী অদু পুরকউ হায়না পাউ হেক হেক পীরক্লিবা ঐগী নাকোংসে শখিতোম্বীদা লুপা চামঙাদা বন্ধান থম্লুরো। ঈরাং লোইরকান্দা হন্দোক্কে হায়রম্মু।"

সনাজাউবী মপুরোইবনা পীরক্লিবা মোবাইলদু পায়রগা চৎখ্রে।

কৈথেল নুপীশিংদুনা তৌখিবা নোংমগী বন্দদু লোইখিবগা মীচম হাৎপগী ঈরাংদু নেমথরুরবনি । অদুবু চয়োলমুক লৈরগা, দিল্লিদা ফোঙবা র্জনেল অমনা নুমিত্তুদা থোকখিবা থৌদোক্তু কাপ্পবদা শিবা নত্তে, ফারগা কাপ্পা ফাকাপনি, ফেক এনকাউন্টরনি হায়বগী শাক্ষি ওইবা ফোটোশিংগা লোয়নন্না মখোয়গী ৱেবসাইদতা থাদোরকখি। মদু লোকেল তি ভিগী পাউ অমদি পাউচেশিংদা ফোঙদোক্লরকখি। মসিনা মীয়াম পূম্নমক অশাওবগী কুয়োম্লা য়োমশিল্লকখি। মফম মফম খূদিংদা লূপ কয়া পূনশিল্লগা মীতিন পাঙথোক্লদুনা জোইন্ট এক্সন কমিতি শেমদুনা মীহাত্তু

জুদিসিএল ইনকারী তৌ, সি এম ফম থাদোকউ হায়দুনা পৃং ৭২ গী জেনরেল স্ত্রাইক কৌখি। মদু তোঙান তোঙানবা লূপ কয়ানা শৌগৎনরকখি। স্ত্রাইক মনুংদা চিফ মিনিষ্টরগী মিতম শারগা মৈ থাদুনা সি এম ফম থাদোকউ হায়দুনা খোল্লাউ কয়া লাউখি।

স্ত্রাইক লোইবা নোংঙানবগীদুদা মীয়ামগী ওইবা অচৌবা রেলি অমা চৎলগা মীয়ামগী দাবী কয়া য়াওবা মেমোরেন্দম অমা গর্ভনরদা পীশিন্নবা পাউচেশিংগী খূৎথাঙদা মীয়ামদা খঙহল্লকখি। মদুদগীনি সরকারনা মতম কত্তবা কর্ফিউ থমখি। মসিদা লায়রবা নোংমগী চাবা তাঞ্জবা মীওই কয়া চানীংঙাই লৈতদুনা চরা হেনবা হৌনরকখি। করবার মচা তৌবশিংগী য়োনবা লোইহৌদবা ইন্সাং নাপী পৎ পুমদুনা মাঙনখি।

ঙসি কর্ফিউগী মরিনি চন্নবা নুমিৎতা অয়ুক পৃং ৫ দগী পৃং ৯ ফাওবা কর্ফিউ কোমথোবকপগী পাউ তারে। অমবোমদা লূপ কয়াগী অপূনবা 'অপূনলূপ' না হৌয়েল পৃং তরামাথোইদা কর্ফিউ থুগাইদুনা মখোয়গী মেমোরেন্দম পীশিনগনি হায়না লাউথোকখ্রবনি। অদুনা মীয়াম্না, কর্ফিউ ঙাইহাক কোমথোক্লিঙৈগী মনুংদা মী পুম্ন মক মাগী মাগী থবক চৎনগদবগী থোক্লরকপা, ইন্সাং নাপী, চান-থক্লবা য়োলহৌনবা, লৈহৌনবা খোক্লরকপা মীয়াম্না চীক্ল চাযনা ঙমদ্রে।

মোবাইল ফোন বন্ধান থমখিবগী শেনফমসু চাবা লোইখ্রবা তোম্বা মাগী রিক্সোদগী শেমদোকপা ঠেলাগাডীদু থৌদোবক্তুনা শেল খরা তালহৌনবা বাজার য়ৌরক্লে। মোবাইল ফোন য়াওদ্রবনিনা মহাজনশিংগা পাউ ফাওনদদুনা খরা হেন্না তানগদবদুদি ঙমদ্রে। অফং অফংবা পোৎ চৈ হোন্দুনা লুপা য়াঙ্খেমুক তাঞ্জরে। খরা হেন্না তানগদবদা কৈশামপাত্তগী খুয়াথোং ফাওবসি ত্রাফিক জাম থোক্তুনা মাগী ঠেলাদু থৌবা য়াদ্রিঙৈ কর্ফিউ কোমথোকপগী মতম লোইশিল্লক্তুনা পুলিসশিংনা অচৎ অওকশিং তানবা হৌরক্লে। তোম্বা য়োনবা লোইহৌদবা হনুবী অমগী ইন্সাং নাপীদু হাপ্লগা ইনবা লাক্লরিঙৈদা মোটোবসাইকল থৌবা, লীচৈ পায়বা পুলিস খরনা, "কর্ফিউ কোমথোকপগী মতম লোইরফাওবা মফমসিদা কৈদৌরি?" হায়দুনা লীচৈদুনা মফম মরাং খঙদনা পংফূ ফূবিরগা ঙসাইদগী হূমাং তাঙৈ তাঞ্জরকপা শেলশিংদু ফূরিৎখাউদা মখূৎ হূমজিল্লক্লগা তেংনা লৌথোকপিখ্রে।

তোম্বা উপাই লৈতনা মপি ঈরা চেন্না মুন্না ঙাইহাক য়েংলল্লগা হল্লক্লে। থোঙ্গাল হেক লানশিল্লকপদা মচানুপাদু চেম্থোরক্লগা লাউরকই, "বাবা, ঐগী অচাপোৎ লৈরকপরা? চাক লাম্মে বাবা।"

তাঞ্জাদুদা সনাজাউবী ইমুংদগী থোরক্লগা আশা অমগা লোয়ননা হায়রকই, "মোই বাবা, চেং ব্রানবীরক্লবা নৎত্রা? ঐ ইরু মাইথজরগা চাক থোংনবা মোই বাবানা চেঙ পুরকপা ঙাইবল্লিবনি।"

তোম্বা পাউখুম অমতা পীদনা ইমুংদা তপ্পা চঙখ্রে।

# চৈথেঙ

নেপ্রম ময়া দেবী



*নেপ্রম ময়া দেবী খৃষ্টকী কুম ১৯৬০গী সগোলবন্দ নেপ্রা মেঞ্জর লৈকাই, ইম্ফালদা নেপ্রম খেলেন্দ্রো অমদি রাজকুমারী কমলাসনা অনীগী মচানুপী ওইনা তাইবংদা খোঙদারকখি। এম এ, এম ফিলনি । কোলেজগী ওজানি । মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফাল ; মণিপুর লিটরেরি সোসাইটি ইম্ফাল অমদি লৈকোলগী মেম্বরনি। সাহিত্যগী লৈচল চেফোঙগী জোইন্ট এদিটর ওইরম্মী। ইম্ফালদা নুংতিগী ফোঙবা পাউচে, শঙাইগী কলম্নিসনি। নেসনেল সাহিত্য একাদেমীগী মণিপুরী লেঙ্গুয়েজ এদভাইজরি বোর্দকী মেম্বরনি।*

*হৌজিক ফাওবদা ফোঙখ্রবা লাইরিকশিংদি ১। ৱাকৎ (ৱারীমচা, ২০০৪), ২। লৈকংশা(লমকোই ৱারী, ২০০৭) নি।*

*অইবীসিগী ৱাকৎ হায়বা ৱারীমচাদুদা প্রিয়োসখি নীংশিং মনা ফংখ্রে।*

নোংযাই, য়ুমদা সূক্লে লৈনিংদে। করি তৌসিগে ? ৱাখলদা চপ চপ হেক লেপ্লী। মমা মপাগী মতৌসিদা অমুক হেন্না লৈতাফম খঙহন্দে । ইমুং মনুংগী ওইরিবা ফীভম অৱাৎপগী অৱাৎপা ঙাক্তা, য়েংলুবদা অপেনবা অমা ফাওদে। নোংঙানবদগী হেক তূমদ্রিবা ফাওবা মপানা য়ু ঙাওদুনতা লৈ । ৱা অমতা নে-তানা ঙাঙনবা য়াদে লাউবগা খোংবগা। মমানা নুংশা মরক্তা ইমুং মনুং, মচা ময়াম, মনেম, মপুরোইবা থাক্লবা হোল ময়াদা লেপ্পুনা নোংমগী শেন্দোং খরা ফংনবা কালাবাজার তৌবা । মমাগা মপাগনা হেক উনবগা শকখঙনদবা হৌদোঙ চীক্লবদু মঙায়। শেংপা চাবা মনীং থুংবদি লায়রদনা শান্তি ওইনা লাইরিক পাজবা ফংদে । মসিননি মাবু তত্তনা পোত্থাফম খঙহন্দ্রিবা । য়ূমসি থাদোক্লুনা চৎলসিরা হায়না ফাওবা হেক হেক খল্লকই। ৱারৌবনা মপুক মনুংদা পোকখায়বা ঙমদনা ওমদুনা লৈরিবা মৈগী চীংগুম্মী।

করিগুম্বদা মমা মপা অনীগী খৃৎ য়াওনবকপদা য়ূম্লোন্নবশিংনা শেল তিংদনা কুম্মৈ য়েংলি । নোংয়াই, হন্দক্তি চপ চানা লেপ্লে, মা শোয়দনা য়ূম থাদোক্তুনা চৎলগে হায়না । নহারোল খরা রিক্রুইট তৌগনি হায়বগী পাউসু কনা কনাদগীনো তাখি। খোক্লবা অমা লাক্লনি খনখি। করিবু কান্নরি, অসুক শান্তি ওইদনা লৈগদবগী শরুক মপা মমা অনীনা শেম্বীবা শেম্বীদবা করি অমতা খল্লবোই হায়না চপ চানা লেপ্লে। য়াখলনা লূমখরবা নোংযাই ঐগী শূমাঙদা চপ চানা মাগী সাইকলদু ব্রেক খংফা ফাবগা লেপ্লে। কোইদনা অদুম চঙলকখি ঐগী কাদা ।

"করি তৌরে ঙসিনা অমুক উংদুনা লাক্লবদি?"

পাক খুন্নকখিদে তুমিন্না অদুম লৈখি। মখা তানা হংলুই,

"মনাসু অমুক পঙলমাল্লেনে? নোংয়াই, করি তৌববগে?"

" কৈসু তৌদে ।"

" কৈসু তৌদ্রগা অদুম্না তৌরিবনা করিগী?"

ঙাইহাক্তি তুমিন লৈনখি। ঐ খঙদবদি নত্তে মাগী মওং করিগী অদুক থম্মোয় শোক্লিবা! করিগী হৈনীংবা পোক্লিবা।

"হংলবদি কোক হেক হায়দোকও। মদুনা খবা য়াংঙনিদা । হায়দোক্লরোই হাযবগনা হাযদোক্লরোই হেক্তা হায়য়ু। লোক্তুনা থল্লগা কবি কান্নবা ফংগদৌবিবা ?"

" কৈসু নত্তে খূমন। কৈসু নত্তে হাযবা। হেক শাউনীংলকপা।"

"শাউনীংগ্রপোৎনি নঙ'সিমা । শাউদুনা অদুম লৈরগা কবি পাঙথোকপা ঙমগদৌবিনো? খবসু খাঙবা মতম্মু।"

"খাঙবা য়াবা খাঙলক্লবনি। ঐ কবি তৌদোইনো খঙদে । নঙনদি খঙলিদুনি। নোংমতা মীৎকুপ অমা ফাওবা শান্তি লৈতে। শেৎপা চাবা ইনীং থুংবদি লাযবদনা নোংমা ফাওবা ইনীং তম্না লাইবিক পাজগে হায়বা ফংদ্রবনি। নোং হেক ঙানবদগী অদুম খৎনবগা চৈনবগা । মসিদবু কবম্বা অফবা মচা মশূ থোবক্কদৌরিবনো? মচা মশূগীদি নোংমা ফাওবা খন্দে। মশাগী নুংঙাইনবতা থিবা মপানি। নোক্তুম নোক্লীংই পূম্নমকসি উকবগা । "

য়াম্না মখাই তানা শিথ শিথ নোক্লক্লই।

"তুমিন লৈয়ু । মীনা তাবগা অঙাওবনি হাযবনি।"

"হায়জসনু। অঙাওববুদি অঙাওবা হায়দনা কবি হায়রুনি? নঙসু খল্লুনে। মমা মপা ওইবগা মচা মশূগী দাযিত্ব লৌনীংদ্রবদি মাঙজবিবসি কনানো হায়বা? মপা মমাগী য়ারক য়াতেম য়াওদবা মচানা কবম্বা অফবা মচা মশূ ওইবা য়াওগ্রবগে? মসি নঙদি থেংনদবনিনা খঙদে, নৎত্রা? চাববসু চাদ্রবসু নুংশিননা, শান্তি ওইনা লৈবদি পাম্মী খূমন। পূম্নমক অমতদি ফংবা ঙমদে । পামজবতনি। ঐসু ঐনা পাম্বা লম্বীদা

চৎলগে খল্লে। নৎত্রগনা পুন্সিসে লোইশিনখিবা তাবা।”

“শিবা ! শিবা ! নঙ নুপামচা নৎত্রো? মী ওইনা পোক্লগা শিরগা হেক্তা লোইরব্রো? শিবা ঙাইনবা পোক্লক্লিবরো? য়েংউ নোংয়াই, ঙসি ফাওবদা নঙনা মীয়ামগী, ইমুংগী করি তৌবা য়াওখ্রে? পুন্সিবু শিরগা হেক্তা লোইব্রা? শিগদবগী মহূৎ পুন্সিদো মীয়ামগীদমক কৎথোকপদি?”

“ঐ লেপ্লবনি খূমন। ঐ শোয়দনা য়ূমদগী থোকখ্রগদবনি য়াম্না লাপ্না ঈ পাউ অমতা তাদ্রবা মফমদুদা। নঙনা হায়বগুম ঐ হন্দক, অনৌবা খরা রিক্রুইট তৌগদৌরি হায়বদুদা য়াওখ্রগে।”

“তানীংদে। অদুগুম্বা মফম মরাঙ খঙদবা। ইমুং মনুংগী নিংঙাই, শেৎপা চাবা ননীং থুংদবদগী লালহৌবা য়াওখ্রে হায়বদু থোকহনগনু। নোংয়াই, লম্বীদুদা অমুক চঙশিল্লুরবদি হন্দোকপা য়াদে হায়বসি নঙ খঙদ্রমাল্লে।”

“খঙই, ঐ খঙই। খঙনা খঙনা চঙশিনগদৌরিবনি। মদু নত্তনা ঐগী অতোপ্পা লম্বী অমমুক লৈত্রে। ইমুং মনুংগী খৎন-চৈনবদা পানফম চাদবদগী শিবসু শিবা, ইমা লৈবাক্কীদমক শিবসু শিবা। মসিনা ফৎত্রো? ঐসু ঐনা ঙস্বা পুন্সিসে লৈবাক্কীদমক কখোকখ্রগে।”

“ইমুং মনুংদা মেন মান তান্নদবদগী নপুন্সিদু কখোক্লগা লৈবাক নীংবা শারগে সীনিনে? তৌনু ভায়। মদুনা মমালৈবাক্কীদমক্তা হোৎনজরিবা কয়াদা কালি তৈশিন্নবা হোৎনগনু। চায়াম পোকপা মচা শেম্বা ঙমদবা মমা মপা কয়াগী মচা, ইমুং মনুং তিন্নবা য়াদবদগী থোরকপা কয়া, মপা মমাদা পৈশা পীয়ু, গাড়ী লৈয়ু য়াদ্রগা নহারোলদা হেক ময়াওবা। মদু মরৈবাক নুংশিদুনা মমলৈবাক কন্নবা থোরকপা নত্তে। লৈবাক মাঙহন্নবা থোরকপনি। হয়েং শিরগা মীনা নঙবু মরৈবাক নীংবনি হায়না করিসু হায়বিরোই। অদুগী শরুক, নচীন ননাও লৈরিবা ময়ামদো ব্রারক ব্রাতেমউ। রিক্সো থৌবরা, মীগী দুকান ফম্বা য়াওবরা, নৎত্রগা অফংবা থবক অমা শূদুনা ইমাগী মতেং পাংনবা খল্লু। নোংয়াই, ইমাগী আশা নঙোন্দা লোইনা থম্বনি।”

নোংয়াই ব্রাহে অমফাওবা হায়দনা তুমিন্না লৈখি।

“সনাতোম্বী 'সিদা থম্বা চেরং খাউদুদি কদাইদা লৈখ্রে? পুথোকচরকউকো। নঙ কনানা লৌশিল্লু হায়'গে? পৈশা পুথোক্নুনা লৈরকইনি থক্লবা। সনাতোম্বী, নঙবুনিনে কালাবাজার তৌবী।”

“করিনো তৌরিসিবো? খরা থক্লু চারুরবদি ফমুংদা পোত্থাবিরুরো।”

“পোত্থারোই। ঙাঙখিনি। নঙনা ব্রাবরো? ঐনা ঙাঙজবা। নঙনা পীথক্লিবা নৎত্রো? পীরক্লো হায়রদি কোক পীরক্লো। ঙসিদি কয়াম ফংজরকই? লুপা চাম্মখক্তা

পীবকউ। অস্বাইদা ময়াম ফমহৌই, লাইবক অমুক্তা য়েংলুগে।"

"নখোঙ ফাওবা থাংদুনা চৎপা ঙমদ্রে অদুগা অমুক য়েংলুগে হায়নে? চেঙ ব্রান্নবা পৈশা ফাওবা কোন্নদ্রি । ইচা ময়ামসে চরা হেনবা য়াদে । লৈতে লৈতে । শেলগা অমতা লৈতে। ঐনা নমদুনা ইল্লগা পীথকপদৌনা ঙাঙজ শারিয়ে ।"

"ফজনা হায়রিঙৈসিদা কোক পীবকউকো। ঙসিনে, চেঙশায়ফমদু কায়জনি।"

"হো লৈতেয়ে। কদাইদগীনো? অঙাং পবিক্ষাগী পৈশা ফাওবা শুদরি।"

"হো মসে, মসে মচানা লুবদৌনককা।"

হৌগত্তুনা চঙশিনখিবগা শেৎ লাউবা মখোল অমা তাবকই । সনাতোম্বীগী কপঙাঙ ঙাঙবা খোঞ্জেল তাবকই ।

"মহা শিগৈজন ! মসিদা ফংজখ্রবদি ঐ ব্রাই অমা শংলদৌনি, হায়হৈবা হাযহৈদবা । মসিবু মব্রা মপুবোইবদা কনানা হায়হে ব্রানো? ফংজখ্রো নঙদা ফংজখ্রো। মীনা নোক্লগে হায়ববসু নোক্লজসনু । যুথকপা শূনীংদবা ওকচাকথোক। ইমা ইচা ঐখোয় ময়াম চাববসু চাদ্রবসু শান্তি ওইনা অমুক্তা লৈজগে। নযৃমদা নুপী অহলগী মনাক্তা অদুম লৈজরুবো । হনবিবব্লনু পামজদ্রে।

"পামজদ্রে কাযনা। হো ঐ অমা লৈবগী নঙবু মীনা সনমান তৌবিবিবনি হাযবসি খঙদ্রে ? নৎত্রবদি নঙসে সুখ্রাবী কালাবাজাব তৌবী সনাতোম্বী হায়দনা লেইবগদবনি খঙলব্রা? কদায পৈশাদু পীবকউ।"

সনাতোম্বী ফিজিদা পুনবা পৈশাদো কিশি থোক্লুনা তবা চৎপী মকোল মচা অমা লাক্লুনা লংখোবকই। চঙশিন্দুনা নোংযাই মপানা খূন্দুনা যেংলগা,

"শিদি য়াঙ্খে খক্তনি। সনা, য়াঙ্খেখক্তগা হাপ্লকউ কৈদৌবগে।"

"(কপঙাঙদা) খঙনি হযেংদি চৎলোই । ফমদুনা অসুম লৈথোক্লে । ময়ামসি কদাইদগী চাগে য়েংগে। কদাইদগী যুথক শেল লৌগে যেংগে।"

নোংয়াই মপাদো হাইবং হাইবং থোকখ্রে। মমান্নবা মবি মঙাগা লোযননা অমুক হঞ্জিল্লক্লে। মাঙোলদা লৈবিবা অতৎপা ফক অদু তিংথোক্লুনা থারকই।

খোঞ্জেল হৌনা লাউবকই, " নোংয়াই ফি অথাবা অমা পুবকউ। লীক্লি গ্লাস অমগা ঈশিং খুজাই অমগসু পুবকউ।"

লাইবিক পাবম্বদগী মুকম মুকম শোন্দুনা মপানা হায়বশিংদো পুথোরকই । অমুক হঞ্জিন্দুনা লাইবিক পাবা হৌবদা ঙায়বি । অমুকসু,

" নোংয়াই, হো নোংযাই, কৌবিসি তাদ্রো? মনাসি পঙলমাল্লে। থুনা লাউ।"

নোংয়াই থোরক্লগা খুল্লকই, "কবি হায়গে?"

"সে বেড়ী মপুন অমতা লৈকুচো, অমতা লৈত্রে। য়েংঙোই, চানবা কৈনো লুপা মঙাগী য়াওবকউ।"

নোংয়াই শাউনীংই। কন্না হায়রুব্‌সু ঙমদো পরাসু ফাদ্রি। অদুনা পাখোন্দু চৎনীংদনা হায়রকই, "কনানো অমা চৎহল্লু, ঐ পরা ফাদ্রি।"

"কনানো অমা চৎহল্লু কায়না . . .।"

নোংয়াই মপাদু হৌগৎলগা ঙংলদুনা হায়রকই, "মসি অঙাংসি লম হেল্লেদা," হায়রগা মমায়দা শেৎ লাউনা থাজিনখি।

"লমহেনবা, মপা ঙমগদৌরিনে মসে। ব্রা অমতা হায়বা য়াদেনে। চৎলো নঙনা চৎনীংবা মফমদা চৎখ্রো।"

সনাতোম্বী ইমুংদগী থোরক্‌ই। মনাতোন্দগী চেন্থরকপা ঈদু উবদা ইপা পাখৎনা, " কৈনো তৌরিবসিদি ? নাহি ঙাক্তা ঙায়রেদনা। কৈদৌবগী ঐনা চৎলবসু চৎশিফাত্তবা অসিবু। অঙাংনা লাইরিক পারবদি পাখোনগী পাখোন ঙাক্তা। খাঙবা লাকপা ঙম্বা পোৎ নত্তে। চঙ্‌ঙু, নথৌ তৌরুচো।"

মচাদা ঙাঙলল্লগা ঙাঙনা ঙাঙনা পৈশাদু তাপ লৌই।

"মসি মচা ব্রারক্কেদি হায়দ্রদনা ঐঙোন্দবু হংগৎনা ঙাঙইনে। মসি নুপীসে ষণবীদু মঙায়রেনে। নচা হাকন চঙব্রা হায়ববু নঙ ঙসি তোইনি।"

"মোই বাবাসু হেনমল্লবা। অঙাংনা লাইরিক হেক ফাকপা উরবদি পাখোন্না হেক্তা মাঙ থাবা।"

"য়েংউনে মসে, ঐবু ফত্তবা অরানবা তাহনবা, ইমান্নবা ময়ামগী মমাঙদা ঐবু চঙহাৎ হাৎপা, নুপী নঙতা লোইশিল্লগে।"

হাইরং হাইরং ফুক হৌগৎলকই। সনাতোম্বী ঙাঙবা লেপ্তে।

"হাইমা মসি মী য়াম্না ফূনিংলমাল্লে! জাৎ অমা তৌরজাৎনিনে!"

সনাতোম্বী, নোংয়াই মপাগী ফূগদবগী তিংথোরকপা মখূৎতু ফংদনবা তুংদা খংহন হন্দোরকই। মপাগী খোঙফম চাহৌদবনা উপনা তুশিনখি। "ইক" হায়রল্লগা শ্বর থিংখি।

"নোংয়াই, নপা কৈনো'মা তৌখ্রে।"

নোংয়াই তনচেন চেম্থোরকই। ময়াম চঙদুনা জ্ঞান তাহন্দুনা ফমুংদা মপাবু পোদুনা থাংজিল্লুই।

নোংয়াই লাইরিক মনাক্তদি ফম্মী হায়ববু পাবদি য়াদ্রে। মপা মমাগী তত্তনা লাউনবদুদা ঈকাইবা পোল্লুকই, তৌফম খঙলক্রে। লৈকাইগী নোক্লবা, য়ূমথঙনবনা মখোয়গা য়ুম লোন্ননীংদবা, মচা মশূ লোইনা মাঙবা তারে হায়দুনা মুশুক মুশুক ঙাঙনবা তাদুনা লৈবা পাল্লক্রে।

ফুক হৌগৎলকই নোংয়াই।

খূমন্না হায়বকই, " কৈদৌরে চৎলগে হায়ব্রা? উংবা মখৈ উংলগা।"

"উম চৎলগে।"

"যূমদরা? কদায়দা চৎলুখিনি?"

"নত্তে। ঐ চৎপদা লেপ্লে খূমন।"

"নোংয়াই । নঙ ইমাগী খল্লু।"

"খল্লে। চাম্মবক হন্না খল্লবনি। খূমন নঙ ঐবু খাল্লনু । ইপা ইমাদা অমুক য়েৎকদবগী শরুক ঐ চৎলবনি । ইমানা হংলগা 'ঐ শোয়দনা নোংমা ইমাগী নাক্তা লাকখিনি' হায়বিয়ু।"

"নোংয়াই।"

ইনাক্তগী হৌগৎত্তুনা তপ্না তপ্না মাগী সাইকলদু থৌরগা চৎখ্রে। ঐনা কৌবা ফাওবা খুল্লমদনা তুমিন্না অদুম চৎখি। মদুদগী ঐগা মাগা অদুম্মক উনখিদ্রে।

ময়ূমদা নোংমা ফাওবা লাকখিদ্রে। ঐ থাজখিদে, নোংয়াইনা অসুম্না অচেৎপা ব্বারেপ লৌরক্কনি হায়বা। মাগী ব্যবাবু ব্বারৌদবসু ঙমখিদে। মপা অমা ওইবগী গুণ চেন্দবা মচাবু মচাগুম্না খন্দবা। মখোযসিনি সমাজগী নহাবোল কয়াবু অচুম্বা লম্বীদা চৎহনবা ঙমদ্রিবা।

নোংযাইনা যূম থাদোক্তুনা চৎখিবা চহী খরগী মতুংদনি নোংমা থাশিরমদাইগী অহিং অমদা থাজদনা তপ্না থোঙদ। তক তক থীল্লগা তপ্না কৌবকই,

"খূমন, খূমন ঐনি, নোংয়াই। থোঙ হাংঙো।"

মাগী মখোল তাবদা থোঙ হাংখি । মাগী ফীভম উবদা ঐ পূম্ঙক ঙকখি। পাখৎনা কৌরুই, "নোংয়াই ! নোংযাইরা?"

"মান্নি, ঐনি। ঐবু খঙদ্রবরা?"

"খঙদুনবু কৌরিবসিনি।"

"অদুগা নোংয়াইবা হাযনা কবিগী অমুক হংলিবা?"

"শেৎলি চাবিবা মযামদুনা শকফমদো হোংলবা।"

"ফরে মরুপ! কুইনা লৈবা যাবসু নত্তে। পাউ অমতং খঙনীংদুনা চঙলকপনি।"

"করি পাউ!"

"ঐখোয় ইমুং কবম তৌবি? ইমাদো, ইমাদো করি শূবি নোল্লি?"

মমা পল্লপদা নোংয়াই মমীৎতা ঈরা চেল্লকই। ফনা হায়দুনসু মমাবুদি মা খক কাউদে। মমাগী আর্শিবাদনা ঙসি ফাওবদা অশোয় অঙাম য়াওদনা হিংলিবনি, ফোঙদোক্তবসু মপূক্লিংদদি নীংলি।

মচীন্দা থোক্লকই, "খূমন, ইমাদো অঙাং ময়ামদুগা য়াম্না ব্বারমগনি। বাবাদি খরা ফরবরা?"

"বাবাদো আদা, ইমাহলগীদা লৈখিবা কুইরে। ইমাসু শোল্লি শোল্লি তৌই। হান্নগী শিনফমদুদি কুইরে থাদোকখিবা। য়েনশাং নাপী খরা খরা য়োল্লি। ন্নারে ইমাদো। অঙাং ময়ামদুগী হোৎনবা য়াবা হোৎনরি। নোংয়াই, নঙ ইমাবু কাউরবরা? ইমানদি নঙবু নোংমা শোয়দনা হল্লকখিগনি হায়দুনা ঙাইরি। অহীং খৃদিংগী পোদোনগী মৈরা পায়দুনা নঙবু হল্লকপা ঙাইরি।"

"মচা ঐবু হল্লকপা ঙাইরিবা?"

"ঙাইরমগনি ঙসিসু শেগায়রবা, মল্লবা য়ূমগী মাঙ্গোল উখোংদুদা ঙাদুনা। পোদোনগী থাউনা লোইদ্রি ফাওবা অদুম ফমগনি, অদুদগী . . . ।"

"অদুদগী কৈদৌরবা?"

"অমুক ইমুংদা চঙদুনা নঙগী থব্বায়মি কৌশিন্দুনা শুন্নগা মীৎকী পিগা লোয়ননা নোংঙানবা ঙাইবা, অসিনিদনা ।"

"খূমন ঐ ইমা য়াম্না উননীংই।"

"ইমানসু নঙবু অমুক্তং উনবা পাম্বনি। নঙবু অমুক্তং উরগা শিরবসু য়ারে খল্লি হায়বনি।"

"ঐবু উরগা ইমানা থাদোকউ য়াগদ্রা? নত্তে, খূমন, ঐ ইমা উনররোই। ঐ ইমাগী মীৎকী পি উরগা খোঙ থাংদোকপা ঙম্নি থাজদে। থাংজিল্লুরবা খোঙসে হক্ দাকপা য়াদে হায়বসি নহাকনসু হায়খিবা নৎত্রা? ঐগী পুন্সি ইমা অমগীদমক্তা নত্তে, ইমা কয়াগীদমক কৎথোক্লবনি মরুপ। মরুপ, পুন্সি হায়বদো সিনিদনা।"

"নোংয়াই, . . .।"

অনকপদগী খোংলকপা হুইসেল মখোল অমা তাবদা নোংয়াই চপ লেপ্পী, ইপা পাখৎলি। থুনা হায়রকই,

" সে খূমন, মসিমত্তং ইমাদা য়ৌহনবিয়ু। ঐনা পীরকপনি হায়বিয়ু। নোংমা শোয়দনা ইমাগী মফমদগী আর্শিবাদ লৌবা লাকখিনি তম্বীয়ু। শোয়দনা, শোয়দনা নোংমা ইমাগী নাক্তা লাক্কনি।"

নোংয়াই অমম্বদুদা অমুক পন্থরমদ্রে। অমম্বা মরক্তুদা মশাবুসু অমম্বা ওইনা তিনশিনপ্রে। অকোয়বদা লৈবা হূইশিংনা লাক্লা লাক্লা খোংলকই। ইশাগী মিহুলসে মখোল থোক্লা হুল্লকই। গাড়ী থৌবগী মখোলসু য়াম্না নক্লা তারি। কদোমদনো তারক্লিবা নোংমৈ মখোলসিনা?

নোংয়াই! নোংয়াইদুবু করি থোক্লিগবা? করিগুম্বা ফত্ত নুংদা থোক্লল্লবদি? নত্তে, নত্তে, নোংয়াই করিসু তৌরম্লোই।

# ফুদিত্তা মাঙজোং

নিংঙোম্বম সনাতোম্বী দেবী



*নিংঙোম্বা সনাতোম্বী দেবী থৌবাল ক্ষেত্রিলৈকাইদা লৈবা নিংঙোম্বম ইবোচাউবা অমসুং নিংঙোম্বম ওংবী মাধবী দেবী অনীগী তবেৎশুবা ইতোন তোনবী মচানুপী ওইনা খৃ: কুম ১৯৬৪ গী জানুয়ারীগী তাং ১৬ তা তাইবংদা মঙফাওনবকখি। থা অহুম শুবকপদা অপোকপা লৌখিদ্রবদা মমা ইবেম্মনা ললোন ইতিক তৌদুনা মহৈ মশিং তমহল্লকখি। ১৯৯৩ দা এম কোম পাস তৌখি। অদুগা ১৯৯৪ দা ক্ষেত্রিময়ুম নোবেল সিংহগা য়ুম্বানবগী লম্বীদা চঙই। শঙাই পাব্লিক স্কুলদা প্রিন্সিপাল ওইনা শুবম্মী।*

*মাবী মচাগী লাইবিক অনী ১। কেক্তুস মানবী (১৯৯৯) অমদি ২। নাউহোং (২০০৬) ফোঙপ্রে। নাউহোং কৌবা লাইরিক্তুদ' প্রিয়সখি নিংশিং মনা অমদি য়াম্নেম মণি সাহিত্য মনা ফংপ্রে।*

হন্দকী ঐখোয়' লৈকাইগী পঞ্চায়েট ভোটসিদি মমাঙদা অমুক্তা থেংনখিদ্রিবা মতৌ অমনি। জীলা পরিষদ অমসুং মেম্বরগী মীরেপশিংগীদি থোইনবু মকা ফোংনদে। প্রধান মীরেপকীদমক চোংথোরক্লিবা অবাং লৈকাইগী অনৌবা মীরেপ শ্রীব্রাইখোম ইবোতোন সিংহগা, চহী কয়া মনম লৈবাক তারক্লিবা হান্নগী প্রধান, মাইবম তেম্বগগী লম্বাসিদি পুরা মৈনি। মানা মানা লানঙম থেৎননবা অঙক অঙকপা লাল্লোং শীজিন্নরি, লৌশিং পাঙ্গল নমথাক, লোন্না ফোংনা।

ঐখোয়গী য়ুমথঙনবমক্তদা এনশং লান্নদুনা চামীন্নরিবা ইতৈমা তোম্বীমচাগা ইন্দোমচা মৈপাক্কা হেক উনবদা থাঙ শৎনবগী ফিভমদু য়ৌরে। নুমিৎ খুদিংগী অমনা য়েনখাদা অমনা ইংখোল মতোন্দা লেপ্পগা মখনাউগী ঙমজবী লাউড স্পিকর খাদোক্লুনা চীন্দা পাউদানে।

"লাইরিক হৈতবা আ . . . লৈনুংদা লৈগদবা মীশক অমনা প্রধান ওইবদৈ লৈকাইসি নুংঙাইরে। তোটি ঈশিংগা'দো লৈতোন্দা তংবা ফংদ্রে। লম্বী সড়ক লৈখোম্না খুকউ য়ৌরে।"

হন্দক্তা নৌনা চোংথোরকপা নহা ওইরিবা মীরেপ ইবোতোনগীদমক লৌ শঙম অমখক্কী মচুম চাজবী ইন্দোমচা মৈপাক্লা মৈকাপ্পীদং কাপ্পা হৌরকপদা হান্নগী মীরেপ মাইবম তেম্বগী চৈঙাক ওইরিবী ইতৈমা তোম্বীমচানা হায়দ্রোজেন বোম লংশিল্লকই, "চরা হেল্লগা তোটি ঈশিং থক্লীংবা, লম্বী সড়ক অনানবদা অব্রায়বা খরা শেৎ চারগা চৎচনীংবা, শূনীংদবা, পৈশাদা চোপচবা মীওই কোকথোঙ তরেৎনি। লাউ খোংলিবা মচীনবান্দুদা চামঙা চৎপী, লীশীং চৎপী খরনা পোপ পোপ থাজিনবদা চেক মোক লাউরোইদৌবনি।"

শক্তি লৈরবা বোমগী মৈশাদা ইন্দোমচা মৈপাক্লা খাঙমদনা মচীন-মখা থক থক চিংনা লাউ খোংলদুনা মাগী হূগী বুলেট হাপ্পা মেচিনগন্দু খপথরকই, "হৈ, লাইরিক হৈতবী, শেন্দোই চাবী শকথীবী। চরা হেল্লবসু ইথীবোংসি নঙনা থাকপিব্রা? মীবু শেলনা লৈগে খল্লিবা চাওখত্তবী মহীক মপী। নোয়গুম্বসিনি নোংমৈনা দোং দোং কাপখায়রিদো।"

ইতৈমা তোম্বীমচানা মশা ঙাকথোকচনবা হেন্দ গ্রেনেদ লোকেল মেড অমা খুদক্তা লংশিল্লকই, "হো, লাইরিক হৈবী চরী তৎ, ইবোতোনগী য়েন্নবা শেল লৈত্রগা ঐগী চগুম শেংলোলাউ, লাখ কায়ানো পীবিগে।"

নুংঙাইরবা দ্রামাদু ফনা শাংথনা শান্নরম্বা য়াবনি অদুবু মশা মশাবু লোইজরিবা মপুরোইবশিংদুনা খূদাং পায়দুনা চিংশিন্নখ্রবদা ষ্টেজগী ফিজঙ খনজিনখ্রে।

ভোৎ নকশিল্লক্লে। চাকচা হৈজানবা তোয়খৎলক্লে। তেম্বগী য়োৎকী উপুদগী কোকফাই মনম চেল্লবা লুপা চবুন চবুন মীকূপ কাংদনা পাইথোরক্লি। অথিংবা থল্লিবা মহী মনাই খুনগী ভোটর পূম্নমক্কী চাকখাউ পাথোকপফাও থকপদগী হেন্দোক্তুনা ঈরুজবা ফাওবা লেম্নবা খিন্দুনা থল্লি। চুরুট বিড়ী, চা, ক্কা হৈ অব্রাৎপা লৈতে। মমাঙ শঙ্গোয়, অব্রাং শঙ্গোয় মীনা চীক্লা চায়না ঙমদ্রে। মখোয়শিংদুগী মনুংদা য়ূমদা য়ারেক্তবা অরাংফম ফম্বা মীওইশিংনা খা ব্রাং কোয়চেন চেন্দুনা মহী মনাই য়েল্লি। থব্রায় ব্রাজরবা ব্রাকিরশিংনা মনাকোংদা মোবাইল হেন্দ সেট অমমম্ নপশিন্দুনা অমগা অমগা পাউ ফাওনৈ, ভোটর ফানবা লাং থাক্লি।

তেম্বগীদমক খ্বাঙচেৎ মচি লাংলিবীশিংগী মনুংদা তাতেম্বগী ইতৈমা থরাকসনাগী হেক মথংদা ইতৈমা তোম্বীমচানা মথং চেল্লি। এ বি সি ময়েক ফাওবা খঙদবী ইতৈমনা করি করম্বা পাম্বে শীজিন্নদুনা মোবাইল নম্বরশিংদু খঙলিবনো খঙদে। শ্বর অহোন খূন্দিংগী পেৎ পেৎ মেৎলি । মনাকোংদা থাংগৎতুনা তায় । উম্! হোয়নে,

হোয়নে। মরক মরক্তা কল্লক পেনবা মীনোক্কা লোয়ননা, "ফক্লাংদা লৈতৃম্না থাববু পান্দবা হৌনব্রনে? চরা হেনবা ব্রাঁকির খরনা মপান শারগা মহৈ চাগনি খঞ্জরিদুবু নোকপু নোক্লিংদ্রা হায়'ব্রানি।" ঙাইহাক লৈরগা অমুক মখোয়দৌ থীংনা, "মাগুম্বনা মতীক্লা ? মানা ঐখোয়' মখা লৈকাইদগী ভোটর য়াম্থে চিংখোকপা ঙম্বদা ঐনা মখোয় অব্রাং লৈকাইদগী চামা চিংগনি।"

ইবোতোনগী শঙ্গাইদসু তেম্বগী শঙ্গাইদসু নিল্লিবা অদুদগী পংহন হম্বুবা নত্তে। নহাশিংনা শঙ্গোয় মচীন্দা, য়েনখা লুখাদা পুল্লপ পুল্লপ প্লেট অমমমদা করি করিনো চীক চীক্তুনা শায়নরি। মরুম ওইরপ্পা, মনীং হূৎলগা মতোন ওইরপ্পা কিশি কিশিল্লবা সিক্স টেনগী সাইজগী প্লাষ্টিকশিংদগী ইরমদম অসিদা ফংজবা গঙ্গাজলদু গ্লাসশিংদা হৈ হৈদুনা য়োংলি। মৌ নহাশিংদুনা মখজাইদা ক্কা মতপ অমমম্ য়েপ্পদুনা ইন্দোমচা মৈপাক্কা লানগী পডা ঔরাইমিন্নরি। মকোক তাংলি তাংলি মীয়ায় চল্লবা রাজনীতিগী খূৎলি খঙবা খরসু মখুত্তা কলম অমমম পায়দুনা মমাঙদা ইলেক্টোরেল রোল ফাক্তুনা পাকথর্নারি। খোঙগ্রাউ নোংমতা ইষ্ট্রি তক্তবা, ফুরিৎ ফিনুং নমদবা অহল মরক নহা মরক খরসু অব্রাংথংবা শঙ্গোইদা থারিবা ফকশাংদুদা শন্দোক্তুনা তারি। মরকসিদা চা গ্লাস অমগী, বিড়ী মচৈ অমগীসু খদাং থাদবা লাকপা অচম্বা ভদ্রলোক খরসু লেঙবীরক্তুনা ইবোতোনগী লব্রাইদা মঙ্গল আর্শিবাদ হৈথবরি।

ভোট নুমিৎনি। মীরেপ অনীমক মাগী মাগী যৌগল্লোযশিংনা ঙাক শেল্লদুনা শঙ্গাইদগী যাত্রা লোইরগা লেঙথোরক্লে। লাইবক্তা মঙ্গলগী অঙাঙবা সিন্দুর শাংনা চিংখৎলদুনা অরাকপা মীপুম খুদিংমক মখূৎ লোন্নবদুনা মশা মশাগী লৃদা চঙননবা ঙারম ফাৎনরি। ব্রাঁকরশিংনা মচি মরুমদা চা, ক্কা, মহী মনাইগী লাং থাক্লরি। মীরেপ অনীমক্কী নুপী এক্তিভ ব্রাঁকিরশিংনা কুচু কুমেন ওনবমখৈ নুমিৎতুদা ব্রাজবসিদি অয়ৌবীনি।

মখা লৈকাইগী ইনে ইবেমু হোবে হোবে ভোট থাদবা লাকচৈ। ইন্দোমচা মৈপাক কদোমদৈনো হোৎচিল্লকই। মরেংবান্দা লূমথনা য়াল্লিবা ব্যেগতুদগী ক্কা মতপ অমা মীরক নারক য়েংলগা শৎ লানশিল্লি। পোল্লিং ষ্টেসনগী থোঙজীল্লোমদা চপ্তুনা পুনবা হোৎনরিঙৈ ইতৈমা তোম্বীমচা ফূৎ ফাওজীল্লক্তুনা ইনে ইবেমুগী খূদাং পায়দুনা চিংথোকখি।

"লাকও ইনে, চা থকউর্থিসি।"

ইন্দোমচা মৈপাক্কা ফী ফী কাম্লদুনা খাকথরকই, "য়াম তৌ'ঙম্মেদা, হাই! শকথীবী।"

ইতৈমা তোম্বীমচাসু হন্দে, মশোং ফল্লদুনা লাক্লকই, "হৈ! তৌঙম্বী চীম্বীবী, ভোট হূরানবী। মশক ফজেগানসু মূকচবিনে, হয়েংতা ঙায়রে নথীবোং চরা হেন্দুনা

কংশি শিগদবা।"

লীলা য়েংবদা ঙাওজবা কাঙবুনা নুংঙাইজখ্রবা ! ভোট থাদবগী পুংফম লোইহন্নীংদা লোইহন্নীংদা লোইশিনখ্রে। অংক হোৎপা হৈবা কাঙবুশিংনা মাগী মাগী মীরেপশিংগী ময়ূমদা হোৎচিন্নখ্রে। তিক মার্কি, ক্রোস মার্কিনা পূন্নাং লাংলবা ইলেক্তোরেল রোল পুথোক্লদুনা মখূৎতা কলম পায়দুনা তিনশিন্নবা খাইদোক্লগী অকূপ্পা হীসাব পানখ্রে। নাক অনীমক হৌজিক ফাওবদি মায় ইপাক্তা পাক্লরি।

তেম্বনা ভোট,

——— কারে,

পৈশা পায়বা,

——— তেম্বনি,

মীয়াম্না য়াবা,

——— তেম্বনি,

মশক ফজবা,

——— তেম্বনি,

রাজনিতি হৈবা,

——— তেম্বনি।

নোংমদোল অতিয়া য়ৌনা নিনবমখে অপূনবা খোল্লাউ লাউর-লাউরদুনা তেম্বগী সনা সঙ্গাই য়ৌশিল্লকই। ইহাং হাংদোকপা ঙাঙলৈনবা মচুগী কার অমদগী মচু মচুগী লৈপরেংশিংনা ইথা থাগৎলবা ঐখোয়গী প্রধান, অচানবা থৌগল্লোই লীশীংগা লোয়ননা মায়থোঙ মোমোন তৌনা কারদগী লেঙথরক্লে। ইতৈমা তোম্বীমচাদু অনোয়বা লৈপরেং অমা পায়দুনা মীয়াম মরক খায়দুনা হোৎচিনখ্রগা মথম্মোয় পেন্না হূকখি প্রধান ওইরগদবা তেম্বদা। ময়ামগী অহৌবা খূবাক মখোল মরক্তা কনাগুম্বা খরদি মরোল মরৈ খঙদনা মূরূম মূরূম শোন্নখি। অদুবু পূম্নমক্তু মায় পাকপগী ঈথক ইপোম্না পূমকূপ কূপশিনখি।

মায় পাকপগীসু, মায়থীবগীসু চাবা থকপগী থৌরমসিদি শোয়ফদ্রে। খেন্নরিবা হায়ববু তেম্বগী সঙ্গাইদা মৈজাউ থান্দুনা নোক খেনা মীয়াম হূপ্না পাঙথোকপা অঙৌবা, অতাউবা শুনা য়াওবা অচৌবা উৎসব। মায়থীহৌরবা ইবোতোনগী তোল্লবা সঙ্গাইদদি মূৎশি মুৎশিবা কেন্দল অমগী মরুমদা শরূ শয়াঙ তেক্লবা ব্রাকির খরনা মমীৎতা মপি তানা কপ্লগা, খরনা শংগৎ শংগৎ উরাউ থরাউদুনা মঙ্গল অকংবা খরগা অশেংবা চেঙহী মচিদুগা খোয়রাঙ খোয়শাওননা গৎ গৎ য়োৎলি।

ভোট হেক হায়দোকখিবা নুমিৎতগী মৈপাকপু লোইরিবা মপুরোইবা খুরা শ্যামজাইনা ইন্দোমচাদা বোমগী মৈনা চূবা হৌরক্লে। "য়োং হৈ শিংবী, নমৈদু চপ্লেনে,

হা' নমৈ চপ্লে হায়রবা। নুংঙাইরে, লৌ শঙম অমখক্তু বন্ধান থমদোকপ্রে। শিকি পক্তুবা মশাদা থাঙজৌনা হঞ্জিন হঞ্জিন য়ানবদা ঈ দ্রোপ অমা থোক্লরোইদৌবা নঙগী সেকেগু তাবা কেন্দিদেট অদুনা কদাইদা কনাদগী হূবাল্লগা লৌদু হনগদৌবি?"

মথম্মোয়দু ঈ থোক্লা ফ্রীং ফ্রীং চোংনা খাঙলিবী ইন্দোমচাসু খুবাগী থুম চাইশিল্লবা ব্লাহৈদুদা ইংথদুনা লৈবা ঙল্লক্লদুনা খোঞ্জেল লৈখৎনা খুল্লকই, "ঐনা কুসি বাসি তৌদুনা লৌদু বন্ধান থমখিবদি নত্তেদনা। ইবোতোন্না প্রধান ওইববদি খুদোংচাবা খবা লৌহৌবা যাই হায়দুনা ইবানী তানবগা থমখিবা নৎত্রা? নাতৈ চাদ্রকান্দা ঐঙোন্দা থঙজীনবিবক্কনু। চাদ্রগা শিব শিজবেদনা।"

অকোনবগী ব্লাঙাঙদুদা খুবাগী খূৎচাউদু ইন্দোমচাগী লুখম য়ৌবকই। মচা চেনবী হূইবীদা নূঙদুমনা থাকুবদগী অবাক অখঙননা খোংলকপা খোনগাইগুম ইন্দোমচা লাউ খোংলকই। খুবা হন্না যেংলমদে। অশাওবগী ঈংনফম, নুংঙাইবগীসু নুংঙাইবা হাপ্পফম, খোয়কমতা নোকচবী লৈনম চাউবী থাবিক্লেগী হোটেল য়ৌবকই।

ইতৈমা তোম্বীমচাগী মপুবোইবা তাতোমালোনা লুচিংবা মায় পাকলবা দলগী মীওই খবসু হোটেলদা অশাবা লোক্লন্লি। খুবা শ্যামজাইদু মযূমদগী কান্নকপা অশাবা মনিলদু তাতোমালোগী থম্মোয় তম্না ফৃজিল্লুই, "ভায় তোমালো, হন্দক্কী লুহোংবদু অউনপোৎ কয়াম উনখ্রবা?"

অশাবা মনিলদু তাতোমালোনা ইফাও ফাওদবগুম ইঙক ঙক্লা হংলকই, "কৈনো, কনাই লুহোংবনো হায়বিসিবো?"

খুবানা উশিৎ য়োওইদবা খোনফমদা থোক হেক খুমদোকখি, "হেবা' নঙসু হেক খঙশিন্নদ্রে। নঙগী নুপী তোম্বীমচাদু তেম্বদা লুহোংখ্রে হায়নবদাইনে?"

লংনা লাকখিবা তাতোমালোগী মাযথোঙদু তংখাই হেঞ্জিন্না কাথেকখ্রে। য়ুথক ফালদগী ফুক হৈগৎলগা খুনা শ্যামজাই তম্না হোৎচিল্লক্লুনা ঙংলগা হাযবকই, "ঐগী ইজ্জৎ শোকপা ব্লা ঙ'..লবা নঙ, কযাম নথৌনা লৈ?"

খুবানা ইথৌ যৌশাদনা, হৈবম্বতা ঙায়বিবা লৈহাউ লৈবেনগুম লৈনম চেনবীদু গুৎ অমুক্তং যোৎশিল্লগা খুল্লকই, "ইতিক ইথৌনা লৈবা লৈতবা ঐ খঙদে। ঐনা খঙজবদি, নুপী অমনা নুপা অমদা লৈ হূকপা হায়বগী অর্থদি লুহোংবনি হায়নদাইনে। ভোৎ হায়দোকপা নুমিত্তা মীয়াম মমাঙদা অদুক ফোংনা তেম্বদা লৈ হূকখ্রে হায়না ব্লা ব্লা শাউনবিসিদি?"

ময়াম মমাঙদা চঙশী শিববা তাতোমালোদু খুবাগী গালা পায়দুনা নীকখ্রে। চীঞ্জাক তিন্নবা ময়ামদুনা খামজিল্লি, "এ তৌননুনে, কৈনো লৈকাই মচা ঙাক্তনি।"

ইম্বোক ইনশিন, ফাদে'ক ফাজিন তৌনবদা হোটেলদু মখোল ফজবকই, "দ্রোঙ দ্রাং, ক্রেং ক্রোং।"

ময়ায়দা লেপ্লিবা ময়ামদুনা লাঞ্জাউদু লেপ্লরোই খঙলদুনা অমম্মমতা ওইনা চপ চপ্তুনা পুথোক্লখ্রে।

শম্বলদগী ব্রাচেৎ তংখাই অমা শৎলগা তাতোমালো ইমুং চঙলকই। রাহৌদোঙ্ক অমতা পীদনা চাক থোংলিবী ইতৈমগী মনঙ্গলদা হেক্তা শাম্বুবা হৌখি।

"অয়ো ইমা, শিরে ! মহা হিংচাবা! ঐনা কৈদৌরে?"

"মদু নঙগী প্রধান্দুদা হংলুচো চৎলো, থীল্লবনি।"

ব্রাচেৎ তংখাইগী চৈনাখোল মরক্তা ইতৈমা জ্ঞান খংলাক লাক্লমাল্লে হায়রকই, "ব্রাথী ব্রারেমদা মীনা কল্লক পেন্নবা কনানা হীগায়ব্রা তৌরক্লিনো?"

"নঙনা প্রধান তেম্বদা লৈ হূকখ্রে হায়বসিবু হীগায়ব্রারো? ঐ মীগী নুপী থাকপা ঙম্লোই । অনৌবা নপুরোইবগী য়ুমদা চৎকেরা, নপাম চৎকেরা, নঙ'থোকপা তৌজখ্রো।"

শোল্লি মাল্লি ফমুংতা শেন্নজবা ইতৈমগী মনেমদু নাহে নাহে হৌগৎলক্তুনা মচা মমৌবু থেমজিল্লে, "লৈকাই কুম্মে ওইরনিনে, তোকও কৈদৌগে নোয়বো।"

মমাগী ব্রাহৈদুদা য়ুগী নিশাগা ইরোইননা মপুক্লিং নুংশিনা কপ্লদুনা তাতোমালোনা খুল্লকই, "লৈকাই কুম্মে ওইরনি নত্তে ইমা, ওইরবনি। নমৌ ইবেম্মা রাজনিতি হৈবীসিনা প্রধান তেম্বদা লৈ পরেং হূক্তুনা লৈবাক মীমাঙদা ঐবু খোঙ্গোইনখ্রবনি। ঐ শিনিংলে ইমা, শৃকহীং হিংনিংদ্রে।"

লাপ্তুক শৃৎ শৃৎ কপ্লিবী ইতৈমদা অমুক ওনশিনখি, "হাই! প্রধানগী নুপী অতোনবী, কৈদৌরি হৌজিকফাওবা? ঐনা নপুরোইবগী নাক্তা চৎখ্রো হায়রেদনা। বস! লোইরে। মখা তানীংঙাই লৈত্রে।"

মায় পাকপগী চীঙ লেন্নবা থোৎ নৌরবা লৈ পরেং অমগী ব্রাহৌদগী ইতৈমা মপাম খোঙদোই হুনখ্রে। খোঙথাঙ অমগা নত্তে, শৃপ্নগী বিন্দু তংখাই অমখক শোয়খিবদগী হল্লকপী হায়বদুগী উপাধী পায়দুনা ইতৈমা তোম্বীমচা নুমিৎ খূদিং মপুরোইবা তাতোমালোগী মায়কৈ য়েংনা লোন্না লোন্না পিরাং শিন্থুনা হিংলি।

ইন্দোমচা মৈপাক্তি কমদৌরি? খুরাগী মথম্মোয়দা ফুম্বা শক্তি চেল্লবা বোমশিংদু তোয়না তোয়না পোখায়বকপদগী চৎলকপা ইমুং লৈক্রক্তু নোংমা নোংমগী লাওথোরক্লি। ইন্দোমচা মকোক্তা মখূৎ হাপ্লে, মকোক্তা পুবা কোঁফুগী ঈশিং ব্রোঙ ব্রোঙ শৌরে।

ভোট লোইখিবা কুইরে। অদুবু থব্রায় তাজবা ফুদিত্রা মাঙজোং চোংলুবশিং খরনা শুৎ শুৎ কপ্পা, খরনা মবুক হাপ্পা, খরনা মশোং ফন্দোক্তুনা থাঙ ফেঙবা ।

মায়থীহৌরবা ইবোতোন ঠীকা তৌরি, বিল কায়রি। প্রধান তেম্বা মীহূৎ ওইরি, কার তোংলি।

# ব্রাহ্মণগী ঈ

ডাক্তর এন চেঙ্গিস



*ডাক্তর এন চেংগীস খৃ: কুম ১৯৬৪ গী মার্চকী তাং ২৭ তা আসামগী হাইলাকান্দি দিষ্ট্রিক্কী ভাটিরগ্রাম কৌবা খুঙ্গংদা তাইবংদা থোঙদারকখি। ১৯৯০ দা গুৱাহাটিগী কোলেজ ওফ ভেটিরিনরি সাইন্সতগী B. V. Sc.& A. H ডিগ্রী লৌরবা তুংদা হৌজিক হৌজিক আসাম সরকারগী মখাদা ভেটিরিনারি এসিষ্টেন্ট সার্জিন ওইনা থবক তৌরি।*

*অইবসি মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, আসামগী হাইলাকান্দি দিষ্ট্রিক্ট মশাগী জেনরেল সেক্রেটরী ওইনা থৌপুরি।*

মোহনলাল রবিদাস মশা চামার (হন্থবা থাক্কী জাৎ)মক ওইজরবসু পিশক পীক্লিঙৈদগী মীতৈগী মরক্তা, ব্রাহ্মরগী যুমদা চাউরকপনা, খঙদবা অমনদি মহাকপু চামারনি হায়গদবা লৈত্রে। লোন্দা পুদাদা, চাকচা যুথক্তা, ফিজেৎ চাকশেংতা মীতৈতা মীতৈ হৈজিনখ্রবনি। মোরোক মেৎপা য়াওদ্রবদি চাক মবুক থন্দবা মীতা অমা হায়বদু ওইরবনি।

মোহনলালনা অজ্ঞা তোমচৌগীদা লৈরকপসে ফনদি কুইরবনি। অজ্ঞানা লুনা তৌমনবদগী ইনক হেক নক্লা লৈবা ময়ূমদুদা তোয়না চৎলু হায়বা ফাওবা য়াদ্রে। অদুবু করিগীনো খঙদে।

নোংমা মোহনলালদো শূমাংদা চা থক্লম্বদগী মশানা থক্লম্বা চা কপ অদু ফাওবা হেক তেংথোক্লমদনা, অজ্ঞাগী যুমগী ডারীদুদা থম্লম্লগা চৎকে তৌরকই। তৌরিবদু অজ্ঞাগী যুমদা ঙরাংতা লাক্লিবা মহাব্রাহ্মণ অদুগী মমাঙমক্তদনি।

অজ্ঞা তোমচৌনা খোল খরা য়াউরপ্লা মোহনলালবু কৌশিল্লগা হায়, “নঙগীসিবু মী উশিৎত্রিবা হায়বদুরা? চামার নখোয়না থক্লম্বা চা কপ অসিবু ব্রাহ্মণ ঐখোয়না তেংথোকপা য়াব্রা?”

ঙাইগী মমাঙদা ইকাই নুংশি য়ান্নরবা অজ্ঞাদুনা শাউমনগ্রদুনা মখূৎনদি শোক্তনা, মনাক্তা তারম্বা চৈ অমা খুল্লগা মোহনলালগী মনমগন্দুদা অনী অহুম্লক কারল লাকপগু, মোহনলালদু থাচেৎকুম্না থেক্তোক্তুনা ঙাইহাক চৈনা খাঙলম্লগা মপানা তাকপিবা লৌশিংদু নীংশিংলক্লব্রা করিনো, লৈমায়দুদা ফিভম শেল্লগা লোংনা হাইথখ্রে। মচীন্দগী কোঙ্গোন প্রুক প্রুক কারকই, মমিৎ অনীদু লোংখৎলগা মশাপূম্বদুনা চেঙ খৈবগুম নীক, মথ্বায়গা হকচাংগা খাইনরমদাই মতাগুম নুংশা শ্বরদু ওকলাবগুম চাউথোরকই। মোহনলানগী মওংদু উবদা চামারনিনা শোকপা য়াদবদুদা লৈকাইগী মীশিং কৌরগা মোহনলালবু লায়কল্লহল্লে। মাইবা মাইবীশিংনা অফেবা নুংশিৎ য়াওব্রা হায়দুনা ফূ ফা, ফূ ফা মানা মানা খঙজবা মন্ত্র কামথোক্লি।

খূদক্তা মোহনলালগী ময়ূমদা পাউদু থাখ্রে। মরক্তুদা খূৎনা লাম্বা ফংবা খুল্লকী মহৈদগী মচীন্না হেনবা ডাক্তর অমা কৌদুনা য়েংহল্লি।

মোহনলালগী লাইওংদু উরগা ডাক্তরদুনা শারৈগী নুংশিৎ লৈব্রা খন্দুনা উপ্লম্বা খোঙউপতু লৌথোক্লগা মোজাদু মোহনলালগী মনাতোন্দা নমহল্লি। কুম অমা শূরক্তুবা খোঙ মোজাগী নমথিরবা মনমদুদা খাঙবদা ৱারব্রা করিনো মোহনলালদু শ্বর থিংনবা হোৎনরকই। শ্বর থিংগৎলকপগী ফিভমদু উবদা শিরদৌমাল্লে খল্লব্রা করিনো সার্টিফিকেট পায়দবা ডাক্তরদুনা মোহনলালবু শিলচর মেদিকেল হোসপিতালদা রিফর তৌরম্লগা মশা নাম্থোক্তুনা চেনখ্রে।

তাঞ্জাদুদা মোহনলালগী মমা মপা য়াওনা চামার অহন লমন খরসু থুংলরে। শরক নারক য়েংলগা মোহনলালনা মপাদা মীৎচি লোন্না খৎলম্বদুদা মপাদো ভাব তারে। অতোনবা জাৎতা খূৎ থারুবনিনা মদুগী বিচারদো চাউথোকখিবা তারে খ দুনা অজ্ঞা তোমচৌনা মপাদুদা লুপা লীশীং অমা পীরগা মোহনলালবু মপাদা শিন্নখ্রে।

মোহনলালদো চামার ময়াম চঙদুনা থাংলগা পুখ্রে।

অজ্ঞা তোমচৌনা শ্বর মপী অমা শাংনা হোন্দোক্লগা মথন্তা শোনজরকই, "চনীং হেক তাইদা।"

অজ্ঞাগী নুপীনা মখা তাথরকই, "য়াম্না কা হেন্না নুংঙাইবিরুখিনু। করিগুম্বা মোহনলালনা শিবা থোক্লবদি ঐখোয় অজ্ঞাদি আ কৈশুমশঙদা ঈশিংদা হৱাই হাপ্লগা ফূৎলগা থোংবা য়েনশাংদো চাদুনা লেনবা তাবনি। উৎসবকী বার্তোনসু ফংলরোই।"

"চামারদা শোক্লবা চৈদুসু মাংলবনিনা হুন্দোকপিখ্রো"

"চৈ অসি পায়রুবা খূৎসিনা কমদৌবা?"

"মদুবুদি ককথৎলগা হুন্দোকপা য়াদবনিনা, তুলসি মচুম্না খিক্তোক্লগা পূংশেং শেংলেদনা।"

নুমিৎ খরনি মোহনলালগী ঈ পাউ অমতা তাখিদ্রে। নোংমদি অজ্ঞা তোমচৌ

থবক অমগীদমক গুৱাহাটিদা চৎনবা লালা বজারদগী নাইট সুপর অমদা কাখৎলগা সিটতা ফল্লি। মাগা থংনবা সিতুদি হাঙলি। গাড়ী থারমদাইগী হোয়োন্না পীৎ পীৎ কন্না কন্না খোংলকপদুদা কদোমদগীনো খঙদে, মোহনলালগী মপাবুংদুসু গুৱাহাটিদা চৎনবগীদমক প্রপ প্রপ চেনখৎলক্লগা শ্বর থবেৎ থবেৎ হোল্লদুনা হাঙদুনা লৈরিবা অজ্ঞাগা হেক থংনবা সিটতুদা ফল্লরে। ফিজি ফিনাদুনা অজ্ঞাগী শেংলবা হকচাংদুদা খরা থেংলে। অজ্ঞা তোমচৌ শাউরপ্না মমায়দু শৃক্তোক্লগা, "চামারসিদি" হায়না লোন্না লোন্না শোল্লি। তাঞ্জাদুদা মোহনলালগী ৱাথোক্তু নীংশিংলক্তুনা, মখোঙ মখূৎ, ফিজি ফিনা চিংশিনজরগা মশাবু শেন্নজবগা ফল্লি।

নোংঙাল্লে। নাইট সুপর বসতো গুৱাহাটিগী পল্টন বজারদা থুংলে । অহীংচুপ্পা মখোঙ কোনশিন্দুনা ফম্লকপনিনা গুৱাহাটি য়ৌবদা অজ্ঞাগী মখোঙ অনীদু খজিং মখোঙ শারম্লে। তিংথোকপা পাক য়াদে। ঙাইহাক থেক্তোক থেকচিন, নোইথোক নোইশিন তৌরম্লগা য়াবক্তদুনা তপ্না তপ্না অনকপদা লৈবা মণিপুরী হোটেল অমদা থুংলুরে। ঙাইহাক পোখাবগা বাপোগী লূক হাবমদাইদুদা, মাগী মতম অমগী য়াম্না লুনা তিন্নজবা মরুপ অমসু হোটেলগী দাইনিং তেবলদুদা থেংনরুরে । য়েনশাং মথেল ময়ামদুগী মরক্তুদা অজ্ঞানা যাম্না মথ্বায় তাজনা চাজনিবসে য়োংচাক্কা আলুগগী ইবোনবা অদুতনি।

চাক্তু চানা চানা অজ্ঞা তোমচৌনা শোল্লকই, "ইরোনবসে ওম্থোক্লসু হাউম্রেদকো।"

ৱাহৈদু তাবদা মতুংদা লৈরম্বা হোটেল বোয় অমনা, "অজ্ঞা, হাউরবদি ইরোনবদু খজিক্তংগা সেবা তৌজরকখিগে ?"

হোটেল বোয়গী মখোন্দুদা অজ্ঞাদু শায়রম্বা চাক্তু খংলেপ লেপখি। মখোলদু তাখিবগুম তৌই হায়দুনা তুং হন্না য়েংথোকখিবদা, চামার মোহনলালদো ইরোনবা তেঙ্গোৎ অমা পায়দুনা নোকমি নোকমি তৌদুনা লেপ্লদো উবক্লে।

অজ্ঞানা ঙকচাননা. "হা! মোহনলাল? নঙদি মফমসিদা করি তৌরিবা?"

"অজ্ঞা ঐহাক হোটেলসিদা ইরোনবগী ইনর্চাজিদা লৈজরি। অজ্ঞানা হৌজিক্তা হাউই হায়না তাকপিখিবা ইরোনবদু ইখূৎমক্লা লোনজবনি।"

অজ্ঞাগী বি পি ত্রি ত্রি হেনগৎলকই। পোকেটতগী লুপা চাম্মা চৎপী অমা শত্তোক্লগা মোহনলালদা য়েপশিল্লগা লোন্না ৱা মেল্লকই, "ইবুংঙো মোহনলাল, নঙ ঐগী ইজৎসি অমুক্তা কল্লু। নঙনা লোনবা ইরোনবা ঐনা চাম্রে হায়বসে নঙ কনামক্তদা হায়দোকাপরক্কনুকো।"

হোটেলদগী জ্ঞান তংখাই মাঙলগা থোকখিবতা মঙায়রি, লম্বীদা লাকপা অধুনীক্কী নহা পাখং অমগী গাডীনা চেম্থুরম্বদগী অজ্ঞাদু জ্ঞান হাল্লফতপী ফুল ওইনা

মাঙদুনা সড়ক্তুদা শল্লগা তারে।

মী ময়াম য়োমশিল্লগা য়েংনরিবদু করিনো হায়দুনা মোহনলালসু হোটেলদগী চেম্বেরক্তুনা য়েংলুবদদি অজ্ঞাদো ওইরম্লে। চামার ওইজরবসু থম্মোয়দি চাউজবা মোহনলালনি। অশোকপদু ওতো অমা হাপ্লগা খুদক্তা গুৱাহাটি মেদিকেল কোলেজদা পুরে।

ডাক্তরনা হায়রকই, "ঈ য়াম্না চৎখ্রে। খুদক্তা ঈ কাপত্রবদি অশোকপসিগী মপুঙ্গি কনবা ঙম্লরোই।"

"ঈ" হায়রকপদুদা মোহনলাল মকোক শাগৎলকই। "হৌজিকপু ঐনা কদাইদগী অশেংবা ব্রাহ্মণগী ঈ অমুক থিরুগনি?"

উপাই লৈতবদগী মোহনলালগী ঈদো টেষ্ট তৌরুবদা লাইবক ফদুনা অজ্ঞাগী ঈগা মান্নরম্লে। মোহনলালনা ঈ পীদুনা অজ্ঞাদা কাপহল্লে।

অজ্ঞাগী থংনবা ফমুংদুদা মোহনলাল হীপ্লি। মোহনলালগী মশাদগী চিংথোকখিবা বতলদা য়াওরিবা ঈদুনা অজ্ঞাগী হকচাংদা লেপ্তুনা চেনশিল্লি পাইপতু ফাওদুনা।

ঙাইহাক লৈরগদি অজ্ঞাদু জ্ঞান তারক্তুনা ডাক্তরদা হংলকই, "ডাক্তর বাবুনা ঐগী থৱায় কনবিবগীদমক থাগৎচরি।"

ডাক্তরদুনা, মোহনলালদা মখুৎ থিল্লগা হায়রকই, "অদোমগী থৱায় কনবদি ঐ নৎচদে, ফমুংদা হীপ্লিবসিনা মশামক্কী ঈ পীদুনা কনবনি।"

অজ্ঞা তোমচৌনা য়েংথোকখিবদা মোহনলালদো কিথি কিরুম্লনা নোকমি নোকমি তৌরদুনা অজ্ঞাদা মীৎচিনা য়েংলগা হীপ্তুনা লৈরম্মী।

অজ্ঞানা শ্বর মপী অমা শাংনা হোন্থরগা খল্লি, "চামারগী ঈ ব্রাহ্মণ ঐগী হকচাং মনুংদা হেক চঙখ্রবা! নত্তে, ডাক্তর বাবু, ঐবু হৌজিক মঙ মঙলিব্রা নৎত্রগা জ্ঞান তারব্রা?"

ডাক্তরদুনা খুম্লকই, "অজ্ঞা, হৌজিক জ্ঞান পুমতা তারবনি।"

মশা ফগৎলক্তুনা চৎলমদাইদা মাবু লায়েংবিখিবা ডাক্তরদুবু অমুক্তং উন্নরম্ল বা দিউটি তারিবী নর্স অমদা হংলগা ডাক্তরগী চেম্বররোমদা লাক্লে। চেম্বরগী থোঙদুদা ডাক্তরগী নেম প্লেটতা ইরম্মী 'ডা: পি রবিদাস, এম বি বি এস, এম দি"

নেম প্লেটতুদা ইরিবা মিং (চামার অমগী মিং)দুনা অজ্ঞাবু অরোইবী য়ৌনা বি পি অমুক হাইগৎহল্লে। থীন্থবা তৌদনা খোঙথাঙ হন্দোক্লগা ৱাহং অমা মথন্তা হংজরকই, "ব্রাহ্মণগী ঈসে চামারগী ঈগসু মান্নবোইরে? চামারগী মখুৎসু চারবা, চামারগী ঈনসু ইশাদা চঙখ্রবা ঐসে হৌজিক ব্রাহ্মণ অদুম ওইরিবরা নৎত্রগা চামার ওল্লব্রা?"

# মিজোরাম চৎলুঙৈদা

ডা আর কে প্যারিগোপাল
মিজোরাম



*ডাক্তব রাজকুমার প্যাবিগোপাল সিংহ খৃ: কুম১৯৬৩ গী জুলাইগী তাং ১ দা আসামগী বাসকান্দিদা রাজকুমাব প্রোনোবানন্দো সিংহ অমদি বা কু ওংবী ভৌবী দেবী অনীগী মপাবি ওইনা তাইবংদা খোঙদাবকখি। মণিপুব ইউনিভবসিটিদগী পি এচ দি লোইববা তুংদা মিজোবামগী পখুঙ্গা ইউনিভবসিটি কোলেজদা থবক তৌদুনা মিজোরামদা লৈবে।*

জন থাগী ময়ায চঙলকপদনি। মতম অসি কছাড়দদি শাবগী চাং অসি জৃ জৃ হেনগৎলবনি। অদুবু নুমিৎ খবনি অসি নোং চুবনা মবম ওইদুনা শাবগী চাং অসি খবা মখৈদি ফবগুম তৌই। তাঞ্জা অসিদা কোলেজ -ওজাগী পোষ্ট অমা লৌনবগী পাউ তারে। মফমদি ঐনা অমুক ফাওবা চৎত্রিবা মিজোরামদনি। য়াম্না নুংঙাইবা মফম্নি হায়নৈ অদুবু মরক মরক্তা থৌদোক ব্রাথোক খরা থোকই হায়না পাউ চেশিংদা থেংনখিবনি। অদুবু হৌজিক হৌজিক থবক ফংদবগী সমস্য কয়া লৈবনা ঐ থৌদোকশিংদুগী মরমদা থোইনা লুশিন্না লৌকদ্রে। মিজোরাম চৎলগনি হাযনা পূক্লিংদা চপ যুংনা লেপ্লে।

ইন্তরভিউগী তারিখ য়ৌদ্রিঙৈদা শিলচরদা লৈবা মিজোরম সাকিট হাওসতগী ইনর লাইন পার্মিট লৌথোক্লে। পার্মিট লৌথোকপসি ঐগী পুক্সিদা মসিনা অহানবনি। জাতি কয়া লৈবা, লোন কয়া ঙাঙবা ভারতকী লৈঙাক্লোনগী মখাদা অব্রাং নোংপোক থংবা রাজ্য খরদা প্রোভিজন কয়া থম্মী। ভারতকী লৈঙাক্লোনগী মখাদা লৈবা

প্রোভিজনগী মতুং ইন্না ঐহাক ইনর লাইন পামিত অমা পায়রে মিজোরাম চৎনবগীদমক।

নুমিত্তু ইরাই নুমিৎনি। নোং কন্না চুই। ভাব মেন অমা ইতা তাদে। মরুপ মপাং খরদগী বিদাই লৌরে। শিলচরদা অমিত ট্রেভেলসকী ওফিসতা সন্ধ্যা মতুং পূং তরুক অদ্বাইদা থুগলে। গাড়ী লাক্লমদ্রি। যাত্রিকশিংনা ফম্নবা থারিবা চৌক্রিদুদা ঙাইহাক ফম্লিঙৈদা নোং হাংখ্রে। যাত্রিকশিংদু ভাব মেন তানদে, গুৱাহাটি চৎকদবা, শিলোং চৎকদবা . . . ময়ামদু ইরাঙ লাঙনৈ। শাবী শানৌ কয়াসু অনৌ অনৌবা মোর্ডন ফেসনগা লোয়ননা লাক্লরি।

পূংখায়মুক ফম্লবা তুংদা ঐগী তুংদ মিজো মানবা নুপা অমা ফম্লে। নহানি। মহাকসু আইজোলদা চৎকদবা মাল্লি। ঐঙোন্দা মুন্না য়েংই। ঐদি থৌশারুদে, মাঙদা লৈরিবা এ বি সি কম্পানিগী সাইনবোদতুদা তুমিন্না অদুম য়েংদুনা লৈ। তাঞ্জাদুমক্তদা মহাক ঐঙোন্দা করি করিনো ময়াম'মা হংলকখি। মহাক্লা ঙাঙলিবদু করি লোন্নো খঙদে। অদুনা ঐ করিমত্তা ঙাঙলুদ্রে, খুম্লুদ্রে। খঙশিন্নদবা শাদুনা ঐ অতোপ্পা মায়কৈ অমদা য়েংদুনা লৈ। মহাক তুমিন লৈখিদে। অমুকসু মথং মথং ৱাহং কয়া হংলকখি। ঐ তুমিন লৈবা য়ারক্তে, খুম্লুই, "I am sorry, I don't know your language."

মহাক ভাব তারদুনা হায়রকই, " Oh! I am sorry, Anyway are you going to Aizawl?"

ঐনা খুমখি, "Yes, I am going to Aizawl."

মহাক মিজো ওইবজাৎনি। মহাক্লা ঐবুসু মিজো মচানি খনবজাৎনি। মহাক্লা মখা তানা ঐগী মরমদা হংলকখি।

ঐনা অমুক খুম্মী, "I'm not a Mizo but Manipuri."

মহাক্লা অমুক্কা হংলকই, "Thank you. For what purpose you are visiting Aizawl?"

ঐনা অমুক্কা খুম্মী, "I'm visiting Aizawl to appear an interview for a Lecturer post."

"Oh I see! All the best."

"Thank you so much."

ঐনা অমুক মঙোন্দা শিলচরদা লাকপগী মরম হংলুবদা মহাক্লা খুম্লকই, "I came to Silchar for my father's pension matter."

পেন্সনগী মতাং পল্লকপদা ৱারী অমা খংনীং নীংশিংলকই। সরকারগী থবক

তৌবা মীওই কয়া থবক্তগী পোখাববা মতুংদা পেন্সন ফংনবগীদমক্তা অব্বাবা কয়া মায়োক্লে ঐখোয়গী লৈবাকসিদা। সরকারগী থবক তৌই হায়দুনা করিমত্ত নুংঙাইনীংঙাই লৈতে। অব্বাবগী অব্বাবা ঙাক্তা । তাঞ্জাসিদা পেন্সনগী মরী লৈননা কোলকতাগী চেফোঙ অমদা ফোঙখিবা ব্বারী অমা নীংশিংলকই । সরকারগী থবক তৌরম্বা লৈখিদ্রবা মপা অমনা স্বর্গদগী মচাদা ইরকপা চিঠি অমগী ব্বারীনি। চিঠিগী মরোলদু অসুম্না ইরকই :

ইপাগী নুংশিরবা সুনিল,

নহাক কমদৌরি? নুংঙাইবমগনি খল্লি। নুংঙাইবসু ওইসনু। নহাক থবক ফংলবরা? ইপানা স্বর্গদগী আর্শিবাদ পীরি। লৈবাক্কী ঈরাং কমদৌরি ? ওফিসকী করপসন খরা হন্থরবরা? ইপাগী পেন্সন্দু ফংলবরা? ফংলগদি ঐগী শ্রাদ্ধ কর্ম্ম অদু খরা থুনা তৌবিবকউ। ঐহাক স্বর্গসিদা লৈবা য়াদ্রে, ময়ামগা তিন্নবা ফংদ্রে। পেন্সন ফংলগা পাটি তৌনি হায়দুনা ময়াম অমসু ঙাইদুনা লৈরি। ঐ শাংনা ইররোই। পেন্সনগী পাউ অদু খরা থুনা খঙহল্লকউ। অমুক্কা হন্না ইপানা আর্শিবাদ পীরি।

চিঠিদুগী পাউখুমদু মচানুপাদুনা অসুম্না হনখি:

নুংশিরবা পাবুং,

পাবুংনা ইরকপা চিঠি মতম চানা ফংজবে। ময়াম পুম্নমক অব্বা অনাগী মবক্তা নুংঙাইনা হিংলি। হৌজিক ফাওবদি থবকসু ফংদ্রি। পাবুংগী পেন্সনদু ফংনবা কন্না হোৎনজবি। হৌজিক ফাওবদি ওফিসতা পাউ লৌবা চৎপদা সেকেগু হেন্দগী খোঙ্গাও অনী, ফূরীৎ অমা অদুগা বাটাগী হব্বায় চপ্পল অনী তুমখ্রে। হব্বায় চপ্পল অহুম শুবদা শোয়দনা ফংদৌবা মাল্লি। পেন্সন ফংবগা শোয়দনা শ্রাদ্ধ কর্ম্মনচিংবা পাঙথোকচরক্কে অদুগা পাবুংগী পাটিগীদমক লুপা খরা মনি ওদর তৌজরক্কে। নচাদি অবা মৈশা খাঙদুনা নুংঙাইনা হিংলি। লোইজরে।

অদুদগীদি মিজো নুপাদুগা মিজোরামগী মরমদা ব্বারী কয়া শান্নরে। মহাকসু ঐগা উনবদা শিলচরগী ক্বাক ময়ামগী মরক্তা খজিক নুংঙাইজবগুম তৌই। ঐঙোন দসু খরা নুংঙাইবগুম তৌই। মিজো হায়বা জাতি অসি ইতিহাস থিগৎল্লুরবদি মীতৈগা য়াম্না নক্লে হাযনৈ। মিজোলোনগা মীতৈলোনগা মান্নবা কয়া লৈ । শাজৎ, লোনচৎ, চৎনবীনচিংবা হীরম কয়াদা মান্নে ।

ঙাইহাক ঙাইরবদা গাড়ীসু থুংলরে। তান্না চানরিসু মাগী সিটকা ঐগী সিটকা থংনরম্লে। ঐগীনা সিট নম্বর তরাহুমদোই অদুগা মাগীনা তরামরি ।

মহাক্না হায়রকই, "The thirteen number of today is very lucky number because we are going to sit together."

পূং তারক্লে। বসতু শিলচর শহরবু বিদাই পীরম্লগা আইজোল পাংলক্লে। শহরগী মায়কৈ পূম্নমক নুমিদাংগী মতমসিদা কয়াদি ফজরে। শহরদগী মপান থোরক্লগা অমুক্না হেন্না ফজরম্লে। মহৌশা কৌবী লাইরেম্বীনা শেম্লম্বা মাম্লি। মহৌশাগী খুৎশেমসি মণিপুরদতা নত্তে, মালেমগী মচি মচিদসু উবা অদুম ফংলে । ধন্যানি মহৌশা লাইরেম্বী।

বস অদু অসুম লাকপনা সোনাবাড়ী ঘাট, কাবুগঞ্জ, ধলাই, ভাগা বাজার, লয়লাপুর লাম্থোরক্তুনা বাইরেংটি গেট য়ৌরে। গেট অদুদা ইনর লাইন পার্মিট চেক তৌবা হৌরক্লে। অদুবু পুলিসতুনা করি খল্লুরবনো খঙদে ঐগী পাটি অদু য়েংদ্রিঙে মথং মথং অদুম য়েংদুনা চৎখ্রে। ঐনা খল্লি, 'মখোয়গী লোলসিতগা খঙলম্লবদি ঐহাক অশেংবা মিজো অমবু ওইরমগনি '।

নুমিদাং পূং তরা হেনখ্রে । চীংশাং নাপোমসিদা বসসিনা লৈ লৈদুনা চৎলিবসি কয়াদি ফজরে। মায়কৈ পূম্নমক মৌনব্রত ওইখ্রে। উচেক ব্রায়া পূম্নমক তূমখুন তানখ্রে। চুরম্বা নোংসু হাংখ্রে। থোঙনাওদগী য়েংলুবদা শংবানবা চীং মরুমদগী থোক্লকপা থাজদু কয়াদি ফজরে। মায়কৈ পূম্নমক চীংগী চীং ঙাক্তা ঙায়বা দৃশ্যদু ফজমনখ্রদুনা তাইবং মীতা নত্তনা থাজ মাসু য়েংলম্লি। থাপ্লবা লৈচিল নোংফাই মরক্তগী থোক্লক্লিবা থাজদু কয়াদা পূক্লীং নুংশিখ্রবা ! ঐহাকসু কবি কমল ওইরম্লগদি কাঞ্চিপুরগী দৃশ্যগুম য়েকপা ঙম্লমগদবনি। অদুবু ঐদি কবি নত্তে, শৈরেংবসু নত্তে । ঐদি চুম্নতগী মহৌশাবু পামজবা, প্রকৃতিদা ঙাওজবা পুজারিনি।

অহীংসি হৌখিদুনা নোংঙাল্লক্লে। নোংপোকথংবা অতিয়াদা নুমিৎ কৌবা লাইনা ঙড্রানবা মচুগা লোয়ননা মঙক থাংগৎলক্তুনা মালেমদা চাক্তারম্বা অমম্বদো তাম্থোকখ্রে। মতমসিদা তশেং তশেংনা উরক্লে আইজোল শরহগী ফজবদো। মায়কৈ পূম্নমক্তা য়ূমগী য়ূম ঙাক্তা । চীংচেপকী মচি মচিদা লৈরিবা য়ূম মচা মচা ময়ামদু ইনা কৃপ্পা অমতা য়াওদে, তিনগী ঙাক্তনি। অশংবা, নাপু মচু, অতিয়া মচুনচিংবা মখল মখা কয়াগী মচুশিংনা নীংথীনা লৈতেংবিরবা শহরসি য়েংবদা অচৌবা লৈগী লৈকোল অমগুম্না উরি।

খরা চৎলগা বস স্তেন্দ য়ৌরে। মফমদু জারকোট কৌই। তোংলক্লিবা পেঞ্জের ময়ামদু বসতুদগী কূমথনরে । অয়ুক্কী পূং মঙা তারে। মিজো নুপাদু বিদাই পীরম্লগা মারুটি তেক্সি অমা তোংদুনা চৎখ্রে। পেসেঞ্জরশিংদু অয়াম্বদি মপাল্লোমদগী লাকপা

মীনা মশীং হেল্লি। ঐ বস স্তেন্দদুদা মফম মরাং খণ্ডদনা লেপ্তুনা লৈরিঙৈ নঙ্গনদগী নঙ্গল্লোমদগী খূৎপাক্লা শেৎ লাউনা থারকই। ঐ শ্বাই লাউই। নুংশা শ্বর মপী শাংনা হোল্লগা ফমথৈ। মায় ওঙ্খোক্তুনা য়েংলুবদা ঐনা হান্ননা কস্তেক তৌখ্রবা ঐখোয়গী অঙাংদু ওইরম্লে। ঐ ভাব খংতা তারক্লে। থোইদোকপা চিংনবা লৈত্রে। ঐ হিংলে হায়বা খঙলে।

হোটেল অমদা অয়ুক্কী ব্রেক ফাষ্ট চারগা তপ্না তপ্না চীং লম্বীদুদা লৈ লৈদুনা থুংফম তান্না চৎপা হৌরে।

অঙনবা অয়ুকসিদা তেক্সি ময়ামসু চেনবা হৌরক্লে। ভারা চেনবা মারুটি কারশিংদুগী মচুদু মুই।

থুংফম য়ৌদুনা ঐখোয় তেক্সিদগী কূমথরগা খোঙনা মতেক অমা চৎলে। অহানবা ওইবনা মফম মরাং অমতা খঙদে। মিনিট মঙারোম চৎলগা ঐখোয়গী মামনা লৈরিবা মফমদু য়ৌরে। মফমদু ভেংলুই কৌই হায়। মামখোয় তূম্বা হৌগৎনরর্মাদ্র। ঐখোয়না থুংলবগী ইরাং লাঙবদুদা মখোয় নিদ্রা দেবীনা কাওথোকপিরক্লমাল্লে, হৌগৎনরক্লে। চা লোন্দুনা কপ অমমম অমুক থকমিন্নদুনা ব্বারী ব্বাতায় শান্নরে।

মিজোরামদা কালেন থা ওইরবসু শাদে। অয়ুক্কী মতম ওইবনা ইংলি ইংলি তৌরি। ঐগী চে চাং পূম্বা শেম শারগা কোলেজগী ওফিস তান্না চৎলে।

ওফিস য়ৌরগা চে চাং পূম্নমক সমিট তৌরবা মতুংদা স্তাফ ময়ামদুগা শকখঙনবে। লোইরবদা ঐহাক ঙাইহাক পোত্থাবা ওইনা ওফিসকী মপান্দা ফমদুনা মপানগী দৃশ্যদু য়েংই। মরমদি ঐ কবি ব্বাদিসর্ব্বাদিমক নৎত্রবসু প্রকৃতিগী ফজববু পামজবা মীওই অমনি। চীংগী নাকন অদুদা ওফিসতুনা লৈরিবদু কয়াম ফজরমদৌ মাল্লি? মফম খূদিংদা কাথোক কাশিন তৌনবা স্তেপ ময়াম অমা লৈরি। মিজোরমদা লৈকাই অমদগী লৈকাই অমা য়ৌনবা চৎনবা স্তেপ ময়াম অমা লৈ। কূমথবদা কয়াদি নুংঙাইখ্রে। তুংলোমদগী ভূৎ অমনা খংইন খংইন ইল্লকপগুম তৌই। তৌইগুম্বসু কাখৎলকপদদি শ্বর মপী হোল্লি। অয়ুক নুংথিন্দুদা থব্বান্মিচাক উবজাৎনি। নুমিদাং নৎত্রবসু তন্দন মচা ময়াম মাঙদা কুফেৎ কাফেৎ ঙানবজাৎনি।

ওফিসতগী হল্লক্তুনা য়ূম অমুক য়ৌরক্লে। চাক ঈশিং চারগা ঐখোয়গী অঙাংদুগা আইজোল টাউন কোযবা চৎলে। আইজোলগী মফম খরা, মিং ওইনা পল্লবদা ট্রেজরি স্কোয়ার, রিত্জ মানকেট, বরা বাজার, চান্দমাড়ী, খাওলা, সিকুলপোইকোন, কুলিকোন অসিনচিংনবনি। য়াম্না অপীকপা শহরনি। মীশীংসু য়াম্না লীক্লা লৈ। আইজোলগী মীওইশিংসি মীতৈগা থোইদোক্লা খেন্নদে। শক, কুচু, ব্বাঙাঙ

শঙাঙনচিংবা থোইদোক্লা মান্নে। ব্রা কয়া ঙাঙনদে, তুমিন তুমিন্না মাগী মাগী মথৌ তৌনদুনা চৎলি। মিজোরামগী য়ুমশা কৈশা উরুবগা রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরনা শিলোংদা লাকখিবগী ৱারী অমা নীংশিংলকই। ইমান্নবা অমনা ছাত্র ওইরিঙেদা লীখিবনি : *কবি গুরু ঠাকুরনা অসুম্না শিলোংগী মতাংদা ইরমখি হায় মদুদি শিলোংএ সাপের বিষ নেই, শিলোংএ ফুলের গন্ধ নেই।*

ঐনা উবদা মিজোরামগী য়ুমশা কৈশাদা ফাউন্দেসন য়াওদে। বিল্ডিং নত্তবদা চীংগী মখাদগী হৌগৎলকপা য়ুমশিং উ মচা খরগী য়ূম্বী নত্তনা চেকশিন্না য়ুংদে। মখাদা উরুবগা য়ুম মনুং চঙবা ঐহাক শ্বায় শ্বায় লাউই। তেকথগদ্রা খল্লি। মরমসিনা ঐনা হায়নীংই, মিজোরামের খরবাড়ীর কোন কোন ফাউন্দেসন নেই। মসি হায়বদা হায়মনবা থোক্লোইদ্রা খল্লি।

মিজোরামগী চৎনলোন, শাজৎলোনচৎকী মতাংদা ঐহাক্কী থোইদোকপা এক্সপরিয়েন্স লৈতে। অদবু মপানগী মীৎয়েংদা অমদি ৱারী ৱাতাইদগী খঙবা ঙম্মী মদুদি মখোয়গী সমাজ অসি য়াম্না পুকচেল চাউথোক্লা নুংশিননা লৈবগুম তৌই। মখোয়গী সোসাইতি অসি নুপীনা হেন্না থবক্তা শরুক য়াবগুম তৌই। ললোন ঈতিক্র চিংবদসু নুপীনা হেন্না থোইদোক্লা শরুক য়াই। খৃষ্টটিয়ান ধর্ম্মদা হেন্না থৱায় হকচাং লৃপ্লা হেল্লি। লৈকাই খৃদিংগী চর্চ অমমম্ লৈ।

মিজোরামদসু নুমিদাং মতম ওইরবদি বাজারনচিংবা পূম্নমক থোঙ লোল্লি। সন্ধ্যা ৱাইরম ফাওবদা হাংই। অৱাং নোংপোক ভারতকী চীংলমশিংগী শহরশিং নুমিদাংদা থেঙনা হাংবগী চৎনবী লৈতে।

মথংগী নুমিত্তা ঐহাক লেকচররগী ফম অদুগী ইন্টরভিউ ফম্নুরে। ইন্টরভিউদু অদুম নুংঙাইখি হায়বা তারে। মতুংদা ঐ য়ূমদা হল্লক্লে নুংশিরবা মিজোরাম লমদম থাদোক্তুনা। করিগুম্বা খনবিরকপা থোক্লবদি ঐহাক শোয়দনা মিজোরামদা চৎকে হায়না খল্লি।

# অখূনবা ৱারীমচা অমা

নবকুমার নোংমৈকাপম



*নবকুমার নোংমৈকাপম ময়াং ইম্ফাল কোঞ্চাক মমাঙ লৈকাইদা নোংমৈকাপম অঙৌবা অমদি মাইবম নিংঙোল তোম্বী অনীগী মরিশুবা মচানিপা ওইনা খৃ: কুম ১৯৬৪ গী এপ্রিলগী তাং ৩ দা তাইবংদা থোঙদারকখি । দি এম কলেজদা তমদুনা মণিপুর ইউনিভরসিটিগী বি এস সি (ওনর্স) নি । মণিপুর সেক্রেটরিয়েটতা মতম খবা থবক তৌরম্মী । তম্নলাইখিক অমদি তেংবাং লাইরিক ইবনা শেম্হোক লম্বীনি ।*

*মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, নহারোল সাহিত্য সমিতি, রাইটরস ফোরম, মণিপুর লিটরেরি সোসাইতি, কলচরেল ফোরম, ময়ায় লম্বী খোর্জে লুপ অমদি মণিপুরী থিয়েটর একাদেমীগী লাইফ মেম্বরনি । করম্না ইগনি হায়বগী মতমদা নেসনেল স্কুল ওফ দ্রামা, নিউ দিল্লি অমদি মণিপুর স্তেট কলা একাদেমীনা অমদি মণিপুর সাইন্স এন্দ টেক্নোলোজিনা শীন্দুনা পাঙথোকখিবা থাখায় অমমমগী ৱাকসোপ্তা শরুক য়াম্রে ।*

*অইবসিগী শুমাঙ লীলা, দ্রমা কয়া তোঙান তোঙানবা সংস্থানশিংনা শানবদা মণিপুর অমদি নেসনেলগী থাক্তা মনা মথুম কয়া ফংম্রে । ইপোম কয়াসু ইম্রে। ফোঙলবা ৱারী মচাগী লাইরিক অহুমদুদি ১। ঐখোয়সিবু কনানো ? (২০০২) ২। ঈচাউ অমসুং লৈরাই (২০০৫) অমসুং ৩। খোঙদাফম লৈত্রবা লৈমায় (২০০৭) নি । সমপাদক ওইখিবদনা ১। চুমথাং (শৈরেং, ২০০৩) অমসুং ২। খুঙ্গংলবা লীক্লু পবেং (ৱারীমচা)।*

*হৌজিক ফাওবদা ফংখ্রবা মনা মথুমশিংদি ১। অকন্নাতোম্বী এৱার্দ, ২। অকাসবাণী এৱার্দ, ৩। চন্দ্রেশোর নীংশিং সাহিত্য মনা অমদি ৪। পাচা মীতৈ লিটরেরি এৱার্দনি ।*

থোঙাল হেক লানশিনখিবদা কপ্না লাউনরম্লিবা কুম্মৈদু উরক্লে। করিনো তৌরম্লিসিবু ? হংদবদি য়াররোইদৌবনিনা অদুম চঙশিল্লে । ইচুম তাফমদুদা মৈ থাননবা শেম্লবা ইফিজি

অমা দারিদুদা ঙাথবোই তুশিনবোই সুপত্রেক নাত্রেক তারি। ময়াগা মনাতোন্‌গদুদনা ঈ হাথরি। ওম্থোক্লা মী মানখ্রে। মৈ ব্রঙ ব্রঙ হৌরিবা অলিমুদ্দিন্দু ময়াম চঙদুনা শন্তি পীনবা হোৎনরম্লি। অদুবু শান্তিদু মহাক্লা বোয়কোৎ তৌরি।

চোংশিল্লগা মমায়দুদা শেৎখি। প দ্রাক পদ্রাক তাখ্রে ইফিজিদো। ওহো! এনৈ ঙসাইদগী ইফিজি ওইরগুম নীংলুই। মী ওইরে। চোংশিন্দুনা মখোঙদুনা ফুটবোল ওম্থোক্কে অমুক তৌরকপদা ঐনা চেনশিন্দুনা ফারগা, "অলিমুদিন, করিনো নঙনা তৌরিসিবো ? নচা নৎত্রো ?"

"ইচা ওইবদুননি কবর য়ৌবা য়ানবা ঐনা কৈদৌরম্লিবসে।"

"করিগীনো ?ইচাদবু অদুক হকথী থোক্লা ?"

"হৌজিক্তা লোক অপুগী কৈদৌরু রিনি। ও সি দুনা মামাতোন ওইরম্বগী লোন্না কৌরগা কৈদৌরকপনি। 'তূ নৎত্রদি ওক্লাবসে ঙসাইনা করি য়ৌগ্রদৌনি।"

ঐনা য়াম্না খঙনীংনা হংলুই, "হায়রিসিবু করি তৌরগেনে ?"

"মীগী মচাদি গাড়ীমচাদগী, অচৌবদগী কৈদৌনরকই। করিসু প্রোব্লেম থোকহন্দে। 'তূগা মাদি সাপোন কেপ মচা অমতং কৈদৌরুকগী লোক অপ য়ৌরম্লিনি। নিপা থোক্তবা, মথীবোংদা চাবা, ওক্লাবা। ঐনা তৌরিবা মালিচসিদি কচা, হান্না লোইশিল্লক্লপোৎনিদা।"

ঐ খংনোক নোক্লিংলকই। অদুবু মানা খনখিগদৌবদু খঙদুনা অদুম খাঙজিল্লে।

মানা মখা তারকই, "ভায়, নঙ লাকপবু করি লৈগে ?"

ঐ হায়দোকপা য়ৌনা তল্লে। অদুবু হায়দবদি য়াদ্রবনিনা হায়রুই, "নঙনা চাক চবা অমতা চামিন্নসি, কোয়থোরকউ হায়বদুদা কোয়থোরক্লিনিনে।"

" হৈরাঙলিঙৈদা য়ুরাংলেহে ভায়। নঙ শাউরনু। ফিভমসিদা এন অমুক লেল্লগা থোং থাকপদু ওদ ওইরনি। লাকও কাপথোক্লসি," হায়রগা ঐগী স্কুটরদুদা মানদুম হান্না কাখৎখ্রে।

হোটেল অমা। মানা কৌ কৌদুনা অঙৌবা, অতাউবা, মথীক, মফৈ . . .। লোইরদুনা খূৎ-শা হামদোক্লগা থোরক্কুনা মেনেজরগী মনাক্তা শেল পীনবা চঙলমদাইদুদা মহাক ফূরিৎখাউ মশীং শুনা পঙহূমদা হূমগৎলকই। হূমঙৈ হূম্লম্লগা মংলগা লৈখ্রে। ঐ জ্ঞান তারক্লদুনা হায়রুই, "য়ারনিদা। ঐ অদুম তৌগ্রগে।"

"অস! ভাই ইকাইখ্রেদা। য়ূমগী লাম্দুদা মনি বেগতু কদাইদা লৈহৌরগে খঙদ্রে। ঐনসু চাককৌরগা, ভায়না শেল থাদবা তারবা !"

মেনেজরদুগী মমাঙদুদা ঐনা লুপা ৫০০ চৎপী অমা থাথরগা লুপা কয়া তারবগে হায়না হংলুবদা খুম্লকই, "লুপা ২৩০ তারে।"

অলিমুদিন্না লৈখৎলগা থাদোরকই, "হেরা, অদুক য়াম্না তাবা হৌনদেদা ।"

"তামো, তামো অনীগী খূৎচা লাকচাদুদি মী অতৈগা মান্নদেনে ।"

মায়সি জীংজীং লাউখৎলকই । তাঙ্গাদুদা অলিমুদিন্না হায়খি, "ঙরাং ঐখোয়'নী চাবদুদদি সুপ্নগী লুপা ৭০ তমক তারগা ঙসিনা ২৩০ তাবা হৌনদেনে ইবুংঙো ।"

"তামো, মদুগী শক্তি সাপোন পীবা ঙম্বিগদ্রা ?"

মকোক্তা মবেংজুমগদু পাইরমদাই উচেক্কুম খপ্লদুনা, " করিগী ঙপ্লোই, হায় নোৎ ?"

ঐসু থিল্লক্লিবা মাগী খূৎনীংদুগী অর্থ খঙলক্লদুনা হায়রুই, "ইবুংঙো মেনেজর, শাক্তি হায়বু ঐ লৈরে । ঙরাং চাবদুগী ঐখোয়দগী লৌবিহৌবদু সুপ্নগী লুপা ৭০ খক্তনি । ঙরাংনা হেন্নসু চারিবনি । হোঙই হায়দুনা ঙসিসু লাকচবনি ।"

"ঙরাং লুপা ৭০ দং ঐনা লৌহৌই হায়রিবসিগী শাক্তি তামোনিকো ?"

ঐনা ইচঙ থৌনা অমুক্কসু খুম্লুই, "অহোয় । শাক্তি হায়বু ঐ লৈজরে ।"

মেনেজরদুনা মমাঙদা লৈরিবা চেদুদা কলমদু পায়রগা করিনো খরা মূরূম মূরূম শোল্লগা হোৎলি, "অদু ওইরদি, ২৩০ অনী ৪৬০ মাইনস ঙরাং পীরম্বা ৭০ ইকেল টু ৩৯০ । অদুদি ৫০০ দগী ৩৯০ লৌহৌরদি লুপা ১১০ হনগদবা," হায়বগা লুপা চাম্মা চৎপী অমগা তরা চৎপী অমগা হল্লকই ।

"ঙরাংগী অব্রাৎপা শেনফমদু লৌজহৌরে । তমোনা পুকচেল শেংনা শাক্তি ওইবিরমদ্রবদি ঐনা লুপা ১৬০ দু মাঙজরমগনি । ঙরাংনা হেন্না চায় হায়বদুগীদি লৌজদ্রবনি । পুকচেল শেংবগীদমক তামোবু থাগৎচরি ।"

ঐ পীং লাউরকই । অলিমুদিন্দু খোঙসিনা লাম্না যৎগদবা মফমদা লৈব্রা য়েংবনি । লৈরমদ্রে । ঐনা তৌরকপা য়াবা এক্সন্দু খঙলব্রা করিনো আঃ মপান য়ৌরম্লে মাদি।

মনাক্তা চঙশিল্লগা ঐনা মংখৎলগা হায়রুই, "করিনো নঙনা ঙসি তৌরিবসে ? ঙস্গিদা নত্তনা, নমদুনা শাক্তি ওইহল্লগা ঙরাং চাসু চাখিদবা চাক্তুগী লুপা ১৬০ সু ঐনা পীহল্লবা ?"

"ভায়, খরা সেফ তৌনবা কদর মচা অমা কাপশিল্লুবনি । অদুগা মানদুম ওইনা শান্নশল্লকএ।"

" ভায়গী চাক খূৎকৌসিদি ঐনা ওইনা নুংতিগী কৌজগে । হয়েংদগী হেক্তা হৌজরগে ? শংবিব্রা ?"

"ভায়, শাউখিনু হায়বা । দাউসে দি ও তাবনিনা প্লস মাইনস ওন্নরকপনে ।"

"ভায় য়ারে । য়ৌখ্রো ", হায়রগা ঐগী স্কুটরসু স্টার্ট তৌরগা থৌবা

হৌরকপদুদা মানা তান্নরগা হায়রকই, "ভায়, হনখিনবা ওক্তো ভরা খজিক্তা পীরমখো-ও।"

শাউনিংবোই করিবোই ঐনা হায়রুই, "ভায়, হৌজিক চাখিবদু তুম্নবা দুকান দারশিংগী পোৎ থাংবিরো। ওক্তো ভরাদগী হেন্না ফংগনি।"

হন্না য়েংলমদনা থৌরক্নে। মণিপুরী শোর্ত স্তোরি সোসাইটি, ইন্দিয়াগী অহুমশুবা, ঐনা এদিট তৌবা লাইরিক, খূনগৎলকপা লীক্লু পরেংগী, ঐগী কম্পুটরদগী চিংথোক্লকপা পোলি মষ্টরশিংদু পদ্মা প্রিন্টরসকী মেনেজর ইরাবোৎতা পীরম্নবা গভরনর রোদতা খা পাংনা থৌথরক্নে।

থামুক্কী মমাঙদা ইম্ফালগী রগাইলোংদা বোম্ব পোখায়হন্দুনা মী ১৭ হাৎখিবা কয়া'মনা শোকহনখিবদুগী হেক নোংঙানবদগী গভর্নব রোদসিদা গাড়ী অমতা থম্বা য়াদ্রবনি। সিফাইশিংদুনা হেক্তা ইম্থুই। ঙরাংসু পদ্মা প্রিন্টরসকী কম্পুটর রুমদা, প্রোফেসার নোংমাইথেম তোম্বী, শরৎচান্দ থিয়াম, ইবোসনা য়াম্বেম অমদি কম্পুটর ওপরেটর মনোরঞ্জনগা লৈমিন্নরিঙৈদা ঐগী গাড়ীসি ইম্থুরম্বগী নাকন নাম্মসু ইকোপ কোপ্লবনি। ঙসিসু গাড়ীসি থম্লম্বদা ঙরাংদৌনা অমুক ইম্থুরমগনি। মিনিটমুক্তং চঙ্গদবনিনা দিঊটি তারিবা কমান্দোদুগী মনাক্তা চঙশিল্লগা অৱাংবা থাক্কী ওফিসার অমদা কৌবা মিংগৌ শীজিন্নরদুনা হায়জরুই, "সার, মসিগী পোলি মস্তরসে শৎ অমুক্তা হুঞ্জিনজরমগে। মিনিট ফাবাৎলোই।"

কমান্দো পাঁসোলেদুনা ঐগী ৱাদু তারম তাফাত্তনা খরা ফিংলপ তৌনা, "নঙগী ৱারীদো ঙাইখো। নঙগী গাড়ীসে হান্না অমুক্তা ইম্থুরুখিগে," হায়রম্লগা প্রপ প্রপ চঙখ্রগা ঐগী স্কুটরদু মখোঙদুনা দক কাওরগা ইম্থুখ্রে। ঐ উপাই লৈতনা তঙক তঙক য়েংলগা লৈ।

কমান্দোদুনা ইনাক্তা অমুক চঙশিল্লক্লগা হায়বে, "করিনো নঙনা ঙসাই হায়গে তৌবদো? হায়রো য়ারনি।"

অলাউদিনগী কদরনা কাওথৎলকপগী নেমথদ্রিঙৈসিদা অমুক খোয়দৌসে বৃ বৃ শাউগৎলক্লুনা ঈ কানা পেন্না হায়রুই, "নখোয়' নপানি।"

"হেরা, ঐগী ইপানা নঙোন্দা কৈদৌররে?" হায়রগা পায়রিবা লীচৈদুনা কপ্লাকসিদা হাইজিন্দনা কনশিল্লকই। নামনখিদুনা ফ্রঙ ফ্রঙ চোংই ঐ। মীওগী পি পাথোরক্লে। কনা কনা উখিবজাৎনো খল্লুবদা অনাবা খংফা ফৈ।

শেক্কৌ শেক্কৌ চঙশিল্লগা গাড়ীদু ৱানা চিংখৎলে। স্টার্ট তৌরগা থৌবা হৌরকপদুদা পেন্না হায়রম্লগে মতাগুম কমান্দোদুদা হাইরপ ওনশিল্লগা লাউরুই, "নখোয়' নপা, নখোয়গী নমা।"

তুংলোমদগী কল্লপ লাউবক্লিবদু তাবকই, "ও অহল, ঙাইখো।"

ঐ তাশিন্নদনা থৌই।

"ঙাইখো হায়দি ঙাইখোদনা। য়াদ্রবনিনা নঙগী গাড়ীগা ঐগী নোংমৈ মকগা কনানা য়াঙগে য়েংনবা তাবনি," হায়খিবগা নোংমৈ চাব থাবগী মখোন তাবক্লে। মখা তাবদনা অমুক তাবকই, "ব্রান, তু।"

ঐ বিৎ পূমতেক তেক্লা ব্রেক খংফা ফাবগা খোঙ নাম্মনা লৈবাক্তা শৌবগা লেপ্লি। অমদু চঙশিল্লক্লগা নঙ্গন্দা নোংমৈদু নল্লগা মনীংগী শিত্তুদা কাখৎলগা ফল্লবে।

"থৌবো।"

মতমসিংগী মীহাৎ মুন্না খঙলবা ঐনা কপ্লাক থক থক নীক্লা হংলুই, "কদাইদনো ?"

"কদাইদা ওইক্নিগে ?"

ঐ ওন্থোক্লা হাক্কচনা থৌবে। যম নিংথৌগী মশক্তু ব্রাখলনা লাকশিল্লগা উবকই। বাজেস বুক ষ্টোব যৌবমদাইদুদা মানা হাযবকই, "অহল, লুপা চাম্মককা য়াওঙবিববা ?"

অলাউদিনগী কদবনা চামঙা চৎপীনা ওলহনখিবা লুপা ১১০ দু যাওবি। খাল্লগা লুপা চাম্মা চৎসীদু পী। লৌবগা গাড়ীদগী কৃমথখ্রে। হৌজিক লেপ্লিবা লুপা তবাসি কৈদৌকবগনোদা খন্দোবক্তুনা তান্নবগা মাগী ফৃবিৎখাউদুদা হাপচিল্লুই। তাঞ্জসিদা তান চানা লাকপা পুলিস ওফিসাব অমনা মাগী গাড়ীদগী মকোক লীৎথোক্লগা য়েংলকপদু কমান্দোদুনা উবমাল্লে।

"ঐবু শেনজাবা সিফাইবো ?" হায়বগা তিংখত্তনা কাওবকই। হন্দক উফুল মবকসিদা শল্লগা লোংনা তাবিবসি ঐগী ছুটবদুদি নৎত্রে।

# নোংমৈ পায়বা য়োং

নিংথৌজম সুনিতা



*নিংথৌজম সুনিতা খৃ: কুম ১৯৬৫ গী নবেম্বরগী তাং ৬ তা থৌবাল ক্ষেত্রি লৈকাইদা নিংথৌজম মঙ্গোল সিংহ অমদি তোম্বীমচা দেবী অনীগী মচা তরাগী মনুংদা তরেৎশুবী মচানুপী ওইনা তাইবংদা থোঙদারকখি। ব্রাই কে কোলেজদগী গ্রেজুয়েসন লোইরগা স্কুলগী ওজা ওইরি।*

*অইবীসি খোর্জেরোই খুমারুপ, থৌবাল ;মণিপুর সাহিত্য পরিষদ, থৌবাল ; মণিপুর সাহিত্য সমিতি, থৌবাল ; কলচরেল ফোরম, ইম্ফাল ; লৈকোল, ইম্ফালগী অচৌবা মেম্বর ওইরি। থাগী চেফোঙ অথৌবগী এসিষ্টেন্ট এদিটর ওইরম্মী।*

*মশাগী চহী ১৪/১৫ দগী হৌনা ইবা হৌবক্লবী অসিগী হৌজিক ফাওবদা ব্রারী মচাগী লাইরিক অনী (১) খোঙজী মখোল (১৯৯৭) অমদি (২) অকায়বা মিংশেল (২০০৪) ফোঙখ্রে। ফংখিবা মনা মথুমশিংদি ১। খাইদেম প্রমোদিনি গোল্ড মেদল এব্রার্দ, ২০০১ অমদি ২। সাহিত্য একাদেমী এব্রার্দ, ২০০১ নি।*

"হৌজিক ফাওবা নখোয়' পপাসে লাক্কেনে। মতমসিনা মতা'মা তৌবসিদা কদায়দবু লৈরিনো খঙদে। মচাথোইবা, পপাদা ফোন্দু অমুক্তা তৌ, কদায়দা লৈরিনো হংঙু।"

ঐনা ইচাথোইদা হায়খিবনি।

"হোয় মমা, অদো হৌরেল ব্রারী লীবিয়ুকো।"

" হোয়নে হোয়নে।"

চাইথোক্লম্বা ফিরোলশিংদু লোইশিনবা হোৎনরিঙৈ ইচাথোইনা কৌরকই, "মমা, পপানা মমা অংত পায়রকওয়ে।"

ঐনা খোল কল্লপ হায়রুই, "অসুক'য়াম থেঙলফাল কদায়দা লৈরিনো?"

" হোসপিতালদনি।"

ঐ স্বাই লাউই। মখা তারকই, "ঐখোয় ওফিসকী তাবীরেন্দু বোম্মা মখোঙদা পান্দুনা হৌজিক লায়কন্নবি । ঐদি খরা থেঙলক্লনি, চাক্তো নচাশিংগা চামিন্নরল্লো। কনানা খঙবনো হল্লকপা হেক য়াদবসু য়াই।"

ঐনা নুংশা থীনা হংলুই, "নত্তেনে, ঙসিসিবু কদায়দা বোম পোকখায়খি'গে? ঐদি পাউকা অমতা তাহৌদেমী। তা-বীরেন্দুবু কয়াম থীনা শোক্লবগে ?"

"খরদি শোক্লে, তাংদাংবা হায়বা ঙমদ্রি। ফরে ফরে, কোন্না হায়রক্লগে থম্মো।"

ঙাইহাক্তা ঐ ঙকচানদুনা লৈরে। ইচানুপীনা থোরক্লগা টি ভি দু থারে। নুমিদাং পূং তবেৎকী মণিপুরী পাউনি। হায়রকই, "পাউনা বজারগী মোরে দুকান পরেং মমাঙদা বোম অমা পোকখায়রকপদগী মীচম মরি অমনা শিরে অদুগা কুন্নমুক্লা শোক্লে । অশোকপশিং তোঙান তোঙানবা হোসপিতালশিংদা লায়কন্নরি অদুগা শিরবশিংদুদি মশক খঙদোক্লনবা রিজনেল ইন্সটিট্যুট ওফ মেদিকেল সাইন্সেস, রিমসকী মোঁগতা থন্নি। . . ." লোয়ননা উখোকরকই লায়কন্নরিবা অশোকপশিং অমদি অশিবশিংদু মথং মথং।

ঐ, হকচাংসি খংচোক চোকথরকই। তোয়না থোক্লবা থৌদোকশিং অসিনা পীরিবা চৈথেংসিবু কনাদনো? হয়েংদি, সবকারদনি খঙদে, লালহৌবশিংদনি খঙদে, যানীংদবা উত্তুনা বন্দ, জেনরেল স্ত্রাইক, ব্রাকৎ মীফম ফম্নচিংবা মথং মথং চত্থরক্লনি।

"মমা, বোমসিবু করম্বা লাইনা শারিবনো ? লাই ফত্তবনরা?" ইচাথোইনা হংলকপনি।

"কদায়দগী লাইনা শারুনেগে, মীনা শাবিনিনে।"

"এ! অদুদি মীসি ফত্তেকো।"

"হোয় হোয়, মীনা মহেল্লে ফত্তবা।" ইখন হেক খম্থরুদনা খুমদোকখিবনি।

"মমা, মমাসু মীরা?"

ইচাথোইগী হন্দক্কী ব্রাহংসিদদি ঐ খংনোক নোক্থোক্লই। অদুবু অঙাঙগী ব্রাহংমক ওইরবসু মীওইবা অমা ওইনা ঐ ইকাইবা ফাওবকই। ঐনা লয়থোক্কুনা খুন্নুই, "ঐদি মী নত্তেদা, মমানে, ইচাথোইগী মমা।"

"মমা, মীগা লাইগা কনানা ফৈ?"

ঐ খুমদে। মখুং মচাদু ইনাক্তা চিংশিল্লগা অমুক্তং মরাইবক্কুদা চূপ্লদুনা হংলুই, "কনানা ফরমদৌ মাল্লি?"

"খঙদে।"

হংগনখ্রবা অঙাঙনি, অমুকসু হংলকই, "মীগা শাগসে শানা হেন্না ফরবরা?"

"করিনোহে মসিমা হংমনখ্রে। কৈকান্নবা অসুক য়াম্না হংলিনো? মীগা শাগবু কনানা ফগে হায়সিবু করিনো?"

"ঙসাইদি মমানা মীনা ইহেন হেন্না ফত্তে হায়রিদুদি?"

"হোয় হোয়, শাসু ঙায়, মীসু ঙায় অফব'মত্তহেক লৈতে।"

"অদুদি অফবদি কদাইদা লৈ?"

"ও অদুদিনে, লাইরম্লেন্দা লৈরম'তারে।"

"লাইরম্লেন হায়'সিবু করিনো মমা?"

"লাইগী লৈফম।"

অমুক্তংবু হংখ্রবদি মখা লোইবা নাইদবীগী হৈনবীসি মতমসিগী অঙাঙশিংগী হৌনবী ওইরমাল্লে। হৈরবনি-শিংলবনি হায়দুনা লৈরিবা ঐখোয়সু অঙাঙগী অরুবা ব্রাহংদা কোক ঙাওবা হেক হেক য়াওই। ঐনা মখা তারক্তনবা চৈহৎলুই, "থোই, নঙ অমুক হংলক্লনু। ঐ খুম্বা ঙমদ্রে। চৎলো, চাকশঙদা চাক চাথোক্লুরসি।"

নুমিদাং চাকচা তোক্লবা মতুং ফন থেঙলবসু থোইগী পপা হল্লক্তে। থোইনা ব্রারী লীনবা চক্রি হৌরকই, "মমা, ব্রারী লীবিয়ুদা।"

" হোয়সে, করি ব্রারী লীয়ু হায়রিনো? কবুই কৈওইবগীরা, বেবেৎকীরা?"

"অমতহেক নত্তে।"

"ফরে ফরে, মমানা অমহেক্তা লীরগেকো।"

য়ারে হায়বগুম মঙক মচাদু নোম্লকই। ঐনা ব্রারী হৌই,

"থায়না মমাঙঙৈদা লায়রবা লৌমী অমা লৈরম্মে, . . ."

"য়াদে য়াদে, লৌমীগী ব্রারী তানীংদে, জঙ্গলগী ব্রারী লীবিয়ু। কৈশালগী, লমওক্কী, নোংশাগী, শা ময়ামগী।"

"নঙগী নিংঙাইসিসু কল্লিহে, লীরগেসে।"

"ঐনা ব্রারী অমুকসু হৌই, "জঙ্গল অমদনে, নোংশা নিংথৌ অমা লৈরম্মে। মহাক্কীনে মন্ত্রী ওইবা কৈশাল অমসু লৈরম্লোইরে। মখোয় অনী মনাই মশল ময়াম অমসু লৈরম্মী। থেব, লমহূই, শামু, শজি, য়োং . . . য়ামখ্রে। মখোয়শিংদু য়াম্না নুংশিননা জঙ্গলদুদা হরাও তয়াম্না, মনীং তম্না লৈরম্মে।"

"মমা, মনীং তম্বা হায়রিসিবু করিনো?"

"অস! নঙসিদিনে হংখ্রেহে। চুম্না অঙাঙ ওইবগী পঙতা মতাদে, মরক থৎখ্রে। মনীং তম্বা হায়দিনে ঙাঙনীংবা ঙাঙবা, চৎনীংবা চৎপা, চানীংবা চাবা, হীরম খূদিংমক্তা অথিংবা লৈতবা হায়বনে।"

"ও, ও! অদুদিনে মমা, থেবা মচাগদু লমহূইনা চীকপিদরা?"

"চীক্তে, চীক্তে। ওস্থোক্লা নুংশিনা, ঈংনা নুংঙাইনা, অফং অফংবা চামীন থকমিন্নদুনা পাল্লম্মী।"

"মমা, মমা ; মোয'গী জঙ্গলদো সিফাইদি লৈতবরা?"

" লৈতে, লৈতে। মখোয়দি নোংমৈ পায়বকা হৈতে।"

"মমা ঐদি নোংমৈ পায়বা হৈ।"

"নঙসুনে, মতমসিগী মীনি হায়দুনা হায়রিবনিনে? ব্বারী মখাদুম লীরগেসে।"

ঐনা ব্বারী মখা শমথৈ, "নোংশা নিংথৌদুনা হায়বা খূদিংমক জঙ্গলগী শা খূদিংমক্লা ইল্লম্মী। অদুগা নিংথৌদুসু মাগী প্রজা খূদিংমক্কী অপাম্বা ফংহন্নবা হোৎনরম্মী. . . ."

মবক থৎকনখ্রবা ইচাথোইগী চীন্দগী ব্বাহৈ অমফাওবা তারক্রুবদুদা অমুকতং য়েংলুবদদি মহাক ব্বারী তানা তানা তূমথরম্লে। ফমুংদা মহাকপু শুম্বীরম্লগা ঐসু হ্বাপথরে। ঐগী ভাবনা শাগৎখিবা মাশি মীনা, মীফা মীপুন, হূরান চীম্বী লৈতবা উমুং অমগী লীবা লোইশিনখিদ্রবা ব্বারীদুগী তুংদা ইথম্তা ওস্থোকপা মঙ অমা মঙলুই . . .।

নোংশা নিংথৌদু যাম্না চীং লেম্না ফম্লি। মাগী অকোয়বদা নাকপাক অমদা মখল কয়াগী শাশিং ফম্লি। অদুগা নাকপাক অমদনা মীওই কাঙলুপ কয়া ফম্লি। নিংথৌদুগী মমাঙমক্তদা চাউব্বা ফল। অমদা, নাকল অমদনা মীওই অমা অদুগা অতোপ্পা নাকল অমদনা কৈশাল অমা তোংলি। "মী অমসুং শা", "শা অমসুং মী" ফলাদুদা অকম অযাং ওল্লি। মীৎ কৃপ্তনা অকোয়বদুদা অমুক ইঙক ঙক্লা ঐনা য়েংলুই। অঙকপনি, মীশিংদুগী মকোক পূম্নমক শাশিংগী মকোক পাল্লম্মী অদুগা শাশিংদুগীনা মীগী মকোক পাল্লম্মী। অকিবা অমসুং অঙকপগা লোযননা ঐনা খল্লম্মী, "ঐবু মীবক্তা চঙগদ্রা নৎত্রগা শা মবক্তা চঙগদ্রা?"

ককঙাওনদুনা মীৎ উইশিল্লুবগা অমুক্তং পাঙথোরকপদা হেন্না অকিবা পোক্লম্মী। মদুদি ঐগী খূৎশাশিং খোঙশাশিং পূম্নমক শাগী মতু পাল্লম্মী। ঐগী কোকসু মাদুনা য়েংলুই, মদুসু মচি পানবা শাকোক অমা ওইরম্মী। পূক্নীং নুংশিনা ঐনা ইচাশিং অমদি মপাবু নীংশিংলকখি। শা ওল্লবা মীরক্তুদা ঐগী ইপুরোইবা অমদি ইচাশিং মখোয় পূম্নমকসু শদুম শেৎ শেত্তুনা অঙম অঙস্না চানবম্মী। উবিবসি তায়ওন্নরমাল্লে খন্দুনা মায়কৈ অমবোমদা য়েংলুবদা উরকই, য়োংজাউ অমদি কৈশালশিংগী মখূত্তা নোংমৈ পায়রিবদু। য়োংজাউশিং অদুনা নোংমৈ ব্বাংনা থাংগৎলদুনা লাউরক্লম্মী, "ঐখোয় লাম্থেংনগনি, ঐখোযগী নীংতম্বগীদমক । ঐখোয়না হাৎকনি, ঐখোয়না শিগনি, ঐখোয়গী নীংতম্বগীদমক। মালেম অসিদা লৈহৌসনু ইতিহাস, অঙাঙবা

ঈগী ইতিহাস।"

নোংমৈ বোমগী অহৌবা মখোলনা মায়কৈ শীন্না পূম্নীল নিল্লক্লে। শা মশেল লাম্থেংনবগী খোঞ্জেল।

থোক্লিবা পূম্নমক করিসু নাচুংদনা নোংশা নিংথৌদু হকাম লাওনা চন্দুনা উইরি। অদুগা ফদলাদুদা মী ওল্লবা কৈশাল অমদি কৈশাল ওল্লবা মী! মখোয় অনীদুনা অকনবা উমংগী ঈখেঙ পুরবা সুনামীগী ঈথক ইপোমদা উরীবান্দোং হাইবগুম হাইরি, চপ মান্নবা খলদা।

ঐ কপকদ্র নোক্কদ্রা খনফম খঙদে। ইশাবু নীংশিংবা ঙমদনা অকোয়বা অদুদা নিংশা থবেৎ থবেৎ হোন্না কোয়চেল চেল্লি। কাইনথঙদা ব্রামল্লক্তুনা ঐ চেনবা ঙম্শিল্লক্লে। লৈমায়দা উপশিন্দুনা হাইথরক্লে।

ঐ মীকপ খংথোক থোকই। ইশা পূম্বা হুমাংনা লূপ্লম্লে। তপ্পা হৌগত্তুনা ঘড়ী য়েংই, নুমিদাংগী পূং ১১ তারম্লে। হৌজিক ফাওবা মপা হল্লক্ত্রি। তেলিফোনগী কিশিংদু নম্লগা হংলুই, "ঙসিদি হোসপিতালসিদা অদুম লৈরগে । অথেঙবসিদা লাকপা নুংঙাইদৌ মান্দ্রে ।"

ঐনা মখা তানা হংলুই, "তা-বীরেন্দী কমদৌরে?"

"খোঙ নাম্মদি য়াদৌ মান্দ্রে। দষানিনে, দষাসি ঐখোয় মীচমগীনি।"

ঐগী মীত্তা উরকই জঙ্গলদুগী নোংমৈ পায়বা শাশিংদু।

# ফূরিংকী কুদাম

শবৎ খোকচোম



*শবৎ খোকচোম জিরিবামগী চীংদোঙলৈকাই কৌবাঅপীকপা খুঙ্গং অমদা খৃষ্টকী কুম ১৯৬৬ কী জুলাইগী তাং ১ দা দয়ানিধি অমসুং জোবোজিনি অনীগী মপাবি ওইনা মালেমদা খোঙদাবকখি। হ্যমেন বাইটসতা এম এ নি। হৌজিক হৌজিক্র / স্কুলগী ওজা ওইবি। মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, জিরিবাম মশাগী জোইন্ট সেক্রেটরী ওইবগা লোযননা পিন মেগাজিনগী ইদিটর অমদি সুমন পাব্লিকেসনগী মেনেজিং দাইরেক্তর ওইবি।*

*হৌজিক ফাওবদা ফোঙখ্রবা লাইরিকশিংদি ১। অরাবা অমসুং নুংঙাইবগী গুলী (রাবেং, ১৯৯৯), ২। মীথোইনবগী লন্নী (রাবেং. ১৯৯৯), কুম্মৈগী শৈবেং ( শৈবেং, ১৯৯৯), ৪। ফৈবাক্কী মপু (রাবী মচা ২০০৬) ৫। এ হেন্দ বুক ওফ মীতৈ স্ক্রিপ্ত (এসে, ২০০৬) অমদি ৬। শাগব অমসু ঐগী চফু মচা ( শৈবেং, ২০০৬) নি*

থমচেৎলৈ লুখ্রাবীনি। চহী ৪৮লোম শুবে, ব্রাং চাউই, মশক মতৌ ফজবি, কুচু পাল্লি। অদুবু মাগী শেৎলি চাবিবদু মনজুনৈ, মোৎপমক্তি নত্তে। অয়ুক্কী চা নুং থক্লগা বাধেসনাগী মচানুপা লুহোংগদৌবিবদুগী খুন্থৌ (খুনগী থৌবম)

শূবা লাকই। খুঙ্গং ওইববদু মী কূংই, দলানগী যূম যাম্মা লৈ। সডোক্তা চৎলম্বদগী লৈবক্তা হাইজিল্লকই। অসুম লাকপনা ইবেনিখোয়গী যূম ম্বপাদু য়ৌবকপদা খোঙথাং কনখৎললি। মানা খ্বাইদগী হৈনদ্রিবসি ইবেনিনি। অদুবু লাপুক্লা উরে, ইবেনি মখোয়গী ফষ্টিফ্রোবগী মাঙ্গোলদা মোবা অমদা ফন্নদুনা নুংশা য়াইনা য়াইনা খবব পাবিবদু। মাগী মতৌদু থমচেৎলৈ মবম চাদনা শাউনীংই, থীনা ঙাঙনীংই। মথম্মোয়দা বৃ বৃ শাউনীংবা অমা ইবৈদা লৈ, খঙদে। খৎনকব্বসু নত্তে, মানা থীনা ঙাঙলকপসু নত্তে, কবিগীনো খঙদে মাগী মতৌদু শূক্লুং নুংশিদে।

মখোয়গী মপাদু য়ৌবদা থমচেৎলৈনা করিনো অমা খূনখিবদু ইবেনিনা উহৌই। ইবেনিনা উখ্রে হায়বসি থমচেৎলৈসু খঙদবা নত্তে। মখোয়নীসে লৈশারিঙৈদা খুন অমগী লৈকাই অমতদগী হৌমিন্নরকপনি। মানা খূল্লিবা পোত্তু ইবেনিনা উরম্লবদি হায়বসিদা ওয়োক্লা ইকাইবজাৎনি থমচেৎলৈ।

লুহোংফম য়ৌরদুনা নুপী ময়াম ক্বা য়ৈখৎলিবদুদা মাসু য়াওরে।

মতম অমদদি থমচেৎলৈ লাইপোৎ শেম্বদা, যাত্রা পুবদা অখন্ননা নেক্লরম্লিবনি। পু-পাং শুবী, লুহোং খোঙদোঙদুনা লৌবী, মচা নুপা হান্না পোকপী থিরকপদা খুনসিদা মঙোম্দা হেক্তা মতাই। অদুগীসুম মথক্তা লূ-বা, নানবা; শেম্‌দোক শেমজিন, মচীন্নে মখানে ওয়োক্লা হৈথোই শিংথোইখ্রবা। হৌজিক্তি পূম্নমকসে লৌয়াম চাবা ইমুংদা ওংবী ইবেনিদা তপ্না তপ্না ওনশিল্লক্লে। মসিসু থমচেৎলৈনা ইবেনিদা শাউনীংবগী অচৌবা মরম অমা ওইরম্বসু য়াই।

লৈকাইগী নুপী ময়াম তিনবনিনা ব্বারীদি অদুম শুরবজাৎনি, কনাগী মচা ওক্তবগী, কনানা মমৌনা পীজনীংদবগী, কনা'মনা য়ু থকচিল্লগা তৌবা কারনগী, কনা'মনা . . .। মখোয়শিংসিগী মরক্তা য়াওরি থোইদোক হেন্দোক্লা হৈথোই শিংথোইরবীশিং শিং খিনবীদা, লাইপোৎ শেম্বদা, তাঙ্গা য়াৎপদা । অসিগুম্বা তোঙান তোঙানবা হীরমশিংসিদা থেসিস সমিৎ তৌরবদি পি এচ দি নহান্না ফংবা য়ারবা স্কোলার কয়ানি। তাঞ্জাদুদা ময়ামদু ইরাং লাঙনরকই।

"ইচে ইবেনিসু লাক্লে।"

"ইনম্মা ইবেনিসু লাক্লে।"

"ইবেম্মা নঙসু লাক্লে।"

থমচেৎলৈ মমিৎনা নুংহূৎননা য়েংদি য়েংই হায়ববু করিসু হায়রক্তে। মচুবাবু পৈথোরকই। মতম অমদা, ঙসি ইবেনিনা ফংলিবা ইকাই খুম্নবসি মানা ফংলম্বনি। অদুবু ঙসিদি মানা চঙলকপদা ময়াম্না হন্না ফাওবা য়েংবিদ্রে। অসিগুম্বা তাঞ্জাসিদা মাবু তরাম তরাম কৌদুনা ওর্কাপখিবা থারিকপুদ মাগী থম্মোয়দা হন্না হন্না থাগৎচৈ।

থোকচোম ওংবী ইবেনি খুঙ্গংসিদা মৌযায়নি। মশা বি এ নি, কুচু মুই, মশক থী অদুবু মনাদা য়াল্লিবা সনাদুদি ফনা পাকই, নাকন অমমমদা মুহোর অমমম্‌দগীদি তারম্লরোই। নাখুন্দা লাওথোক্লে। মনাদা নত্তে, লীকসু পাকই চাউই, মুহোর মঙাগী মথক্তনি। অদুগীসু মথক্তা খূৎশা খূদিংগী খূদোপ, খূজি . . .। মশক খূৎথী লাকথীদুদা লৈশারিঙৈদা পাখংশিংনা তান্নবিবদি লায়রদনা হন্না ফাওবা য়েংবিবজাৎ নত্তে। মদুগী খুদোংচাবা লৌরগনি মানা বি এ লোইখিবসি। অদুবু থমচেৎলৈদি কেদ্রবসু লময়ৌনা ফজবনিন, পাখং ময়ামগী মিতানফম ওইদুনা মেট্রিক লান্নবা থাবা নঙহৌদে, রিটযান্দ

লালহৌবা অমদা ব্লাইথুংলখিবনি।

তাঞ্জাদুদা যুম্বীরেম্বী রাধেসনাদু ইফিং ফিংনা চরাঙ খোইরাঙনরকই। হংনরুবদা হায়নরকই, "ও মচানুপীগী সনাগী মরীদো লৈরক্তা তাহৌরে হায়য়ে।"

থমচেৎলৈ শ্বাই লাউই। মানা ঙসাই পোৎ খূনবদা ইবেনি উখিবনি। মানা চিংনরম্লোইদ্রা? খল্লুবদা হুমাং অনম্বী কারকই। তাঞ্জাদুদা ইবেনিনা মঙোন্দা লোন্না হেক হেক য়েংলকপদুদা থমচেৎলৈ হৈনদবীদা খম থেংলে। করিনুংগী খুঞ্জরুবা হায়বদু যৌরক্লে। মশানা তৌরিবা থবক্তা খোয়জঙলক্লে। মথম্মোয়দা, কমান্দোশিংবু শাউনীংবদু নৌনা অমুক পোকথোরক্লে। মখোয়না, লালহৌবা য়াওরম্বদগী পোখ্‌াদুনা থিকা মচা মচা তৌদুনা লৈজববা মপুবোইবদু কাপ্তুনা হাত্তোকপিখিবদগী ঙসিদি লৈকাই মীয়াম্না মাবু হম্থনা য়েংলক্লিবনি হায়না খল্লুবদা মমিত্তা ঈরা চেল্লকই । অদুবু কনা উহন্দনা লোন্না তৈথোকচে।

মশা নুংঙাইরক্তে হায়দুনা ময়ূমদা হল্লক্লে। মমৌনুপীনা থোংবা চাক্তু খরা চারগা পোখানবা ফমুংদা হিপথে। অদুবু ইবেনিনা মাবু লান্না লৌরিবদুগী খল্লুবদা শাথিনা নুংঙাইরক্তে। মানা রাধেসনাদা, "সনাদু থমচেৎলৈনা খূনখ্রবনি" হায়রকই হায়দুনা মাধেসনানা লাক্লবদি করম হায়না খুমগনি হায়বসিদা হেন্ন হেন্না মখোক চীক্লকই। পূম্নমকসি ইবেনিদা শেংদোক্লুদ্রবদি মহাক শোয়দনা অনাবা হায়বদু ওইরনি । অদুবু লুরিবদি, অসুক কুইবা মতর্মাসদা লৈকাইনি হায়দুনা নোংমতসু কৌনকদ্রবা, মানা কৌরক্লফাওবদা খুন্নুদ্রবা, মাগী থোঙজীন্দা নোংমতা খোঙ্গুল তারুদ্রবা য়ুমদুদা কমদৌনা চঙলুনি? ফরে অমবু ওইরবসু অমবু ওইববসু মীনা মীনা অসুক হম্থনা অমদি উশিত্তনা লৌখিগদবগী শকক ময়ূমদা চৎলগা হেক্তা শেংদোক্লুবগে খন্দুনা থমচেৎলৈ ফমুংদগী ফুক হৌগৎলি। ফি মতেক অমা ইনশিল্লগা থোরক্লে।

ইবেনিখোয়গী থোঙ্গাল য়ৌশিল্লকপদা কৌবা হৌরকই, "ইবেনি, ইবেনি।"

তারমাল্লে, ইবোনদু সিড়ীদগী তপ্না কূমথবক্তুনা তরাম্না ওক্লে।

"কৈদৌবে থমচেৎ ? লৈকাই মচানি হাযদুনা নোংমতা লাকখিদ্রবা নঙনা অসুক ফিংনা লাক্লিসিনো?"

থমচেৎলৈ করম্না হৌদোকসিগে হায়না ঙাইহাক খল্লি। অদুক চোপথ্রবা ব্লাফমদু ইবেনিগী মফমদা হৌদোক্কদৌরিবদুগী মরমদসু খল্লি। অদুবু মীনা লান্না লৌখিদৌ শকক হেক্তো হৌদোক্লগে লেপ্লে।

ইবেনিনা মোরা থাদুনা মখোয়নী ফম্মিন্নরে। থমচেৎলৈনা খরা তপথরগা হৌদোকরকই, "ঙসাই ঐনা লৈবক্তা লাকপদা নখোয়গী মপা য়ৌরকপদা ফূরীৎ কুদাম অমা তারম্মী। ঐগী ইশূনুপা অতোম্বদু ফূরীৎ কুদাম য়াওদবগী ওজানা হেক

হেক ফূবী হায়বদু নীংশিংলক্তুনা কুদামদু ঐনা খূনবনি। অদুদা নঙনা ঐবু লান্না লৌথ্রমাল্লে।"

মাগী ৱাদু তাবদা ইবেনিনা ইচম চম্না খুমদোরকই, "অদুবু করি লান্না লৌনীংঙাই লৈবগে? নঙনা হায়রিদু ঐদি জ্ঞান অমা তাদ্রে।"

"ঐনা হায়বদি রাধেসনাগী মচানুপীগী সনা মাঙখিবদু ঐনা খূনবগী ভাবতা . . .।"

"করিনো নঙনা হায়রি'দুবো? সানাদুদি ফমুংদা লৈরম্লে হায়দুনা ঙসাই হায়নবদু নঙ তারক্তুবরা?"

"করি হায়বা? ও," হায়রগা অশাংবা শ্বর অমা হোন্দোক্লকই থমচেৎলৈ।

# ঐগী ইমা

সুধীর নাউরোইবম



*খৃষ্টকী কুম ১৯৬৭গী ওক্তোবরগী তাং ১০ দা বিষ্ণুপর দিষ্ট্রিক্টী ওইনাম বাজাবদা নাউরোইবম রুহিনিকুমার অমদি ঙাইবাংবম নিংঙোল নাউরোইবম ওংবী ইবেমপিশক দেবী অনীগী মচানুপা ওইনা তাইবংদা থোঙদাবকখি। এম এ নি । ফাইন আর্টিসতনা গ্রেজুয়েটনি। সাহিত্যগী লাইরিক কয়াগী মখুমগী দিজাইন তৌরে। রাইটরস ফোরম, ইম্ফাল; মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফাল, নহারোল সাহিত্য প্রেম্মী সমিতি, ইম্ফাল, মণিপুর লিটরেরি সোসাইটি ইম্ফাল অমদি রাইটরস ক্লব নম্বোলগী মেম্বরনি। হৌজিক হৌজিক্তা ইম্ফালদা নুংতিগী ফোঙবা পাউচে, পোক্রফমগী ফীচর এদিতর ওইরি। হৌজিক ফাওবদা ফোঙথ্রবা রারীমচাগী লাইরিকশিংদি ১। য়োকচবী বাংলাদেশ (১৯৯০), ২। মৈ চঙলবা চেক (১৯৯২), ৩। লৈই খরা পুন্সি খরা (১৯৯৮)নি। শুনুগী মহাও কৌবা ড্রামা অমসু মণিপুরগী ঠিয়েটর গ্রুপ কয়ানা মায় পাক্না শান্নরে।*

*ফংখ্রবা মনা মখুমশিংদি ১। থোকচোম যোগেন্দ্রা নীংশিং সনাগী মেদল ২। নেসনেল সাহিত্য একাদেমী এর্বাদ (২০০৩) অমদি কথা এর্বাদনি। অদুবু মণিপুর স্তেট কলা একাদেমিনা পীবা মনাদি লৌবোই হায়দুনা লৌখিদে।*

ঐগী ইমাদি য়েলাঙ কেঙোয় য়োনবীনি। য়েলাঙ কেঙোয় মরক্তা পিশক পীক্লা লৈ ঐখোয়গী য়ুম। পেরুক্কী শম্বলনা ইকোয় কোয়না খাজিল্লি ঐখোয়গী ইংখোল। ঐখোয়গী ইংখোলগী অকোয়বদা য়ূম্লোনবশিংনা লৈ । ঐগী অঙাং ওইবিঙৈগী পুক্নিদা য়ুম্লোনবশিংগা শকখঙনরকখিদে । ইমানা হায়, "নঙনা চাউরগা খঙনহনগনি। য়ূম্লোন কৈরোন্নবা লৈতনা ইমা ইচাদা করম্না হিংগনি ?" অসুম্না হৌবকখি ইমা ইচা, য়াম্না চীক্লা । ঐগী অঙাং ওইবগী খঙনীংবা কয়া ইমাগী নাউশুম ঈশৈনা থেমজিনবিখি।

ঐনা চাউরক্লবা মতমদা শকখঙনরে য়ূম্লোন্নবশিংগা । থেংনরে মরূপ কয়া।

অঙকপা সংসার অমা! অঙকপা সংসার অমা শকখঙনবগী নুংঙাইবা মরক্তা ঐনা খঙজরকখি ঐগী য়ুম ইংখোলদি পিশক পীকই। ঐগী য়ুম্লোনবগী সংসারগা ইমা ইচাগী সংসারগা য়াম্না খেন্নে। ইমাদি পুম্নমক অসি হান্না খঙখিবরা ? মদুনরা মাগী উইনা থোৎলবা পেন্নক্কী শম্বল মনুংদা ঐনা চাউরকপা ঙাইখিবা।

ঐনা চৎলি মরুপশিংগী থেক খোয়রবা লৈরক কোক্সাংদা মায় অসিনা লৈখাদা য়েংলদুনা। চীং, পাৎ, তুরেল কয়াবু মোংফম ওইহল্লগা, চহী যুগ কয়াগী পুন্সি চেঙজেলদা ঙাম্থোইরিবা মরূপশিংগী মণি মুক্তানা থাল্লবা ময়ুমশিংগা মীৎচানবা ঙমদে ঐ । ঐগী শংবানবা অতিয়াগী মীৎলম থৎলিবা মখোয়গী নাপল কারবা মখোয়গী ফুরা দলানশিংগী মতোম্দসু ঐ য়েংলুবা ঙমদে। ঐ খঙদে মখোয়গী থেক খোয়রবা লম্বীদুদা ঐনা চৎলিবদু ইশাগী ইমি খোঙনেৎনবরা খোঙনেৎনদবরা ? ব্রাংথোই চাউথোইনা মরোল নাইনা লৈখ্রবা মরুপশিংগী য়ুমশিংগী মরোল নাইনা তারিবা মমিতনি ঐনা উবা। চৎখিবগুম হল্লকপদসু ঐ লৈখাদা ঈমায় অসি নোম্থদুনা হল্লকই । ঐগী মরুপশিংদি চৎলি মমায় অদু ব্রাংনা থাংগত্তুনা, হরাওনা নোক খেরদুনা । মখোয়গী মীনোক অদু ঐগী নাকোংদা অসুম নিম্দুনা লৈ । চপ মান্নবা লম্বীদা চৎমিন্নবদা মখোয়না অসুক নুংঙাইবা । মখোয়গী মীনোক্তা ঐনা কয়াদা কল্লকচবা ।

ঐনা হল্লক্লগা ইমাদা হেক হেক তম্মী ঐগী খোঙচৎকী ব্রারী, ঐনা থেংনরকখিবশিং । নোংমগী তৌগদবা থৌদাদা মকা লামজদ্রবী ইমানা মোমোন নোক্না নুংশিনা তাবী। করিগুম্বদা ব্রাহে অমা অনী হায়বিরকপসু য়াওই। করিগুম্বদসু হায়রক্তে।

নোংম নোংমগী ঐগী মরূপকী মশীং য়ামখৎলকই। ঐগী সঙ্গ অসুম অসুম পাকথোক চাউথোরকই। অদুবু ঐদি অসুম অসুম পীকশিল্লকপগুম তৌই। চৎমিন্নরিবা মরুপশিংগী মরক্তা ইশা খঙনা নৎত্রেগা খঙদনা তুংদা হেক্তা চৎলম্মী ঐহাক ঈমায় অসি লূকথদুনা। মরুপশিংগী মমাঙ থানা নৎত্রেগা মখোয়গা পুন্না । মায় ব্রাংনা থাংগৎতুনা চৎচনবগী থৌনা কনানা ঐগী পুক্লিংদগী লৌথোকখ্রবনো নৎত্রেগনা ইশানা মাঙহঞ্জরিবরা ? ঐ হায়ফম খঙদে, মসিনা অনৌবা মরুপ থেংনবগী নুংঙাইবা মরক্তা নাইতোম তাজবগী নুংনাংবসু ফাওহল্লি। কয়াদা অব্রাবগী মশক্লো? ঐগী অব্রাবা অসিবু ঐগী পুকচেল চাউরবা মরুপশিংনদি উবিরি চীং লেন্নবা, থাজবা য়াবা মরুপ ওইনা।

মরুপশিংনা হায়, "মরুপ নঙসে তোপ তোপ্পী। নঙোন্দা অচীকপগী, ঈংথবগী গুণ অমা য়াওরি। ঐখোয় নঙগী ইমুং মনুং, য়ুম্লে কৈরেগী মরমদা খঙনীংই। নহাক্কী য়ুমদা ঐখোয়বু অমুক্তা পুবিয়ু।"

মরুপ্না মরূপকী য়ুম খঙবা হৌনশানি; ঐনা মখোয়গী খঙবগুম। অদুবু করম্না লাকহনগদগে মখোয়বু ঐগী য়ুমদা । ঐগী য়ুম্লে কৈরে মখোয়গা কয়াদা খেন্নখ্রবা!

ঐগী যূম নত্তে, খাংপোকা ঐগী শূমাঙমক্তদা লেপ্লগা মখোযনা হায়গনি, "কদাইদা লৈবগৈ নঙগী য়ুমসিবু মকপ?" কয়াদা অব্রাবগী মশক্লো! ইমানা কয়াদা ইকাইগদবা।

ঐনা মরুপশিংদা মসিতমক হায়, "মকপ ঐবু অদুক য়ৌনা খনবিগনু। মরুপশিংনা লাকপিবা য়াবা নত্তে ঐগী যূমদি।"

ঐগী পাউখুমদা পেঞ্জদ্রবা মকপশিংদু নোংমা নৎত্রগা নোংমদি লাকনি হায়বা ঐ খঙঙি, মসিনা ঐবু তপথহন্দে। ঐবু ব্রাহল্লি। ঐগী অব্রাবা অসি ইমাদা তম্বা মতমদা ইমাদি থোইনা ব্রাবা উদে। ওইবম্বসু য়াই নোংমগী তৌগদবা থবক্কী পোবমনা ইমাগী ব্রাখল অদু থলহনখিবা। অদুবু মকপশিংদু লাক্লগা ঐনা তৌগদবসি কবিনো?

লৈবিবা ঐগী যূম্লে কৈবৈসিদা মখোয়গীদমক ঐনা নৌনা কবিবু অমুক শেম শাকগনি? ইমাদমক নীংথীনা ফিজেৎ লৈতেংলগা লোইবে । ইমানা ঐগীদি পূম্নমক্লি। অদুনা ঐনা ইমাদা হায় ঐগী মকপশিংনা লাকপা মতমদা ইমাগী খ্বাইদগী ফজবা ফি-বোল শেত্তুনা লৈননবা। ইমাসু খঙঙি ঐগী মকপশিংদু কনা কনানো হায়বা । মখোয়গী য়ূম্লে কৈবৈ, মখোল কয়াগী ফূবা দলাল, মনাই মশল কয়া, মখোয়গী মশক ফজবী মমাশিং - ইমা ওম্নমক খঙঙি। অদুনা ঐগী ব্রাদা ইমা ঙক্লা থোক্তে। ঐগী ব্রা মুন্না তাববা মতুংদা ইমানা অমুক্তসু হাংদোকপা উবকখিদ্রিবা মল্লবা তাবুদু হাংদোক্লগা পুথোবকই পুঙৌ ফনেক অমা, অঙৌবা ইনফি অমা।

নোংমা নৎত্রগা নোংমদি লাক্লগনি চিংনবিবা মকপশিংনা লাক্লবদা মহৌশাগী মহৌশা ইমাগী ইচম চম্বা মোমোন মীনোক অদুখক্তনা মকপশিংবু ওকপদু ঐনা খক পেঞ্জদে। খূৎ তুংবুন্ননা ঐনা হঙ্গৎ হন্দা চৎলম্মী অদুবু চপ চপ লেপ্লম্মী শূমাঙদা মাঙ্গোলদা, ইংখোলগী মচি মচিদা তৌফম খঙদনা । অদুবু অঙকপনি, ঐনা খল্লুবগী ওন্ন-তৈনবদা ঐগী ইকাইনা, ঐগী অব্রাবা ইথন্তগী পীক্লবা পূকচেল ওইহনবিদুনা ঐগী য়ুম্লে কৈবৈবু অঙকপা ফংনা থাগৎপিবৈ; থোইদোক্লা ইমাবু উজবদা মখোয় য়াম্না পেঞ্জবম্মী । মখোযনা ইমাদা হাযবম্মী -

"ইমা নঙসে ঈংখ্রেদা।"

"ইমা নঙসে ফজখ্রেদা।"

"ঐখোয়গী হেক য়ূম্লোনবদা ইমা নঙ লৈ হায়বা ঐখোযদি অসুক কুইবসে খঙলুদ্রেদো।"

"স্বর্গ হাযবদূ লৈবা তাববদি ইমা নঙগী মফমসিমক্লি। ইমা নঙনা লাইবেম্বীনি . . .।"

ঐগী ইমা মোমোন্তমক নোকই।

মকপশিংদুনা হল্লমদাইদা খূদোল তমখি ইমানা য়েলাঙ মকা অমমম, কেঙোয

মনা অমমম। ঐগী মরুপশিংনা চৎখি পেঞ্জনা হরাও হরাওনা নোক্ল নোক্লদুনা।

ঐ মরুপশিংগী মফমদা মখা তানা ঐগী যূম্লে কৈরেগদমক; ঐগী ইমাগীদমক অমুক হন্না ৱাররোই।

ঐগী য়ুমদা মরুপশিং লাকপা হেনগৎলকই। ঐগী ইমাবু থাগৎপগী লোইবা নাইদে। অসিগুম্বা ইমা অমা ফংজরিবা ঐগী লাইবক ফবা মপোক্কীদমকসু নুংঙাইবা ফোঙদোকপিরে। মখোয়না ইমা ইচাদা খুদোল কয়াসু তৌরম্মী। খুদোলশিংদুগী মরক্তা ইমানা ইঙক ঙকচরিবদি তিংখং পানবা কেক্তসকী চারশিং অদুনি। চারশিং অদু ইংখোল কোইবা পামজবা ইমাগীদমক পুরকপনি, সমুদ্র লান্না লাকপা অতাঙবা চারশিংনি হায়। মখোয়না ইমাদা থাজবা পীরম্মী- "ইমাগী ফরবা লৈবাক লৈহাওদা, ইমাগী থুম্লবা খুৎনা থাবদা চারশিং অসি শাহৌ ফনা হৌরক্কনি। অদুগা মসিনা মপূং মরৈ ফারক্লগা লৈ শাৎলক্কনি। মতমদুদা খঙগনি, ইমাগী ইংখোলসি কয়াদা অমুক হেন্না ফজবগে?" মরুপশিংগী তাঙলবা খুদোল কেক্তস পাম্বীশিং অদু থাজিল্লি ইমানা য়েলাও কেঙোর্য়শিংগী মরক্তা ফৈদোম শেম্ল-শেম্লদুনা। থৱায় চঙনা ঐনা ঈশিং চাই মরুপশিংগী থাজবা পুরদুনা শাৎলক্কদবা লৈশিং অদুগীদমক। মরুপশিংনা হায়বা চুম্মী, কেক্তসশিং অদু শাহৌ ফনা হৌগৎলকই।

শাহৌ ফনা হৌগৎলক্লিবা কেক্তসশিংবু উবদা ময়াই কাজরি মরুপশিং। কেক্তসশিং অসিনা লেপ য়ৌনা ৱাংলকপদা শারেপ ফাগনি। মতমদুদনি লৈ শাৎলক্তুনা মখোয়গী খুদোলনা মপূং ফাগদবা। মপূং ফাগদবা মীকুপ্তুগী নুংঙাই মঙলান্দা তাউরিবা মরুপশিংনা হংলকই ইথা থাজদনা ঐগী ইমাদা ঐগী ইপাগী ৱা।

"ইমা, ঐখোয়না অসুক কুইনা লাকপসিদা মরুপ্পু পোকপদুদি অমুক্তসু উদে। ইমাবু মতম কুইনা ঐখোয়গী মরূপসিনা লোত্তুনা থম্লম্লবগুম ইমা নঙনা ইপাবুসু লোত্তুনা থম্লিব্রা? মতীক লৈবা ইপাদু ঐখোয়দা শক্তাকপিয়ু। ঐখোয়গা শকখঙনজগে।"

ঐগী ইমা তুমিন্না লৈ। মোমোন্তমক নোকপী ইমা তুমিন্না লৈ । ইমাগী তুমিন লৈবা মতৌদুনা ঐঙোন্দা অকিবা অমা পোকহল্লম্মী।

মীৎকুপ খরদং তুমিন্না লৈরুরগা ইমানা মরুপশিংদা হায়রকই, "নখোয়গী মরুপ্পা করিমত্তা হায়দে, নৎত্রা?"

মরুপশিংনা ঐঙোন্দা ইঙক ঙক্লা য়েংনরকই। মরল লৈরবা মী অমগুম ঐহাক তৌফম খঙলমদে। মখোয়না ইমাদা হায়খি, "হায়দে। ঐখোয়' মরূপ্পা ইপাগী মরমদদি করিমত্তা হায়দে ইমা।"

ইমাদু ইথা থাজদনা মোমোন নোক্লকই। হায়রকই, "নখোয়গী মরুপ্পু পোকপদি

নখোয়গী মরুপ্তা হংঙু। মচানবু মপা খঙদে হায়বরা? অদুবু ঙসিমক করিগী তহা তহাগদগে? নোংমা নৎত্রগা নোংমা নখোয়না খঙনীংবদু মহাক্লা কোকহনসনু। নুমিত্তু ইমাসু ঙাইহি . . .।"

ঐগী মরুপশিং মখোয় মশেল অমগা অমগা য়েংনৈ। খঙঙি, ঐগী ইমাগী ব্রাদা, ঐগী হাঙলবা মায়থোঙদা মখোয় মশেল ব্রাহং হংনরি। অদুবু মীৎকুপ খরদনি। মীতেক মীরৌ খঙলবা ঐগী মরুপশিং ইমাগী মোমোন মীনোক্তা য়াওশিল্লক্নুনা মখোয়গী মায়থোঙশিংদু হান্নগী মোমোন মীনোক্তা হঞ্জিল্লকখি।

মখোয়না হায়, "ইপাসু ইমানি। অদুবু ইমা, মচাগী মফমদা ইমা নঙগী মিনুংশিদগী হেনববু করিনো? ইমাবু ফংজবদা পূম্নমক ফংজরে . . .।" নুমিদাংব্রাইগী মেঙথরক্লবা নুমিৎকী মঙালদা মায়থোঙ মকা লাম্না হরাও মীনোক তম্না হনখি ঐগী মরুপশিং ময়ূম ময়ূমদা। মখোয়গী হরাও মীনোক্লা নিন্দুনা লৈহৌই ইমা ইচাগী ইংখোলদা, য়ূমগী ফক্লাংদা অহীং চুপ্পা।

ঐগী ইপা! অসুক কুইবসে নোংমতা খল্লুদে ঐদি ইপাগী ঋাখল। ঐনা হেক তাইবঙ মীরোল তাবকপদগী ইমানা ঐগীদি পূম্নমক ওইদুনা লৈরম্মী। হৌজিকসু ওইবি। অদুবু অসুক কুইবসে কয়াদা চাউরবা ব্রাহং অমা ইমা ইচাগী মবক্তা লৈরল্লিবা!

ঐনা ইমাদা হংঙি, "ইমাবু লুখ্রাবীরা?"

ইমানা ঐবু নুংশিনা য়েংলকই পীক্ত পীক্লিবা অঙাংদা য়েংবগুম। অদুগা তপ্না মমীৎ উইশিনখি। ইমাগী মায়থোঙদু য়াম্না চোকথনা উই। ঐগী খঙনীংবদি হৌরকপদা ঙায়রি। অহীংসু হৌরকপদা ঙায়রি। অদুবু ইমাদি তূমখ্রে।

অয়ূক্তা খঙলে, ইমা মশা ঙমদ্রে। ঐগী মরূপ কয়া লাক্লম্মী। কুইনা লৈরমদ্রে। ইমাবু থুনা ফগৎলক্লবা ঈশ্বরদা থৌনিজরগা হনখ্রে।

কেক্তসশিং শাবেপ ফারক্লে। ঐগী মরুপশিং লাকখিদরে। লৈ শাৎলক্কদবা মতম মখোয় খঙলমগনি। অদুবু ঐগী ইমাদি অসুম অসুম শোস্থরক্লি। ঐগী মরুপশিংনা থারকপনি হায়দুনা মাইবা কয়া, ডাক্তর কয়া লাকই। ইমাগী লাইওংদি লেপ্পা ঙল্লমদে।

অহীংদু থেঙলে। ঐ খংপ্রেক খংনা ইমানা মঙগুম-হাগুম ঙাঙবা তাবদগী মীকপ থোক্লকই। ইমাগী মখোঙ নোইনা নোইনা ঐ তূম্লরম্মল্লে। য়াম্না শোন্না ইমানা হায়রকই, " . . . নঙগী নমা, লুখ্রাবী নত্তে। অদুবু নমানা লাইবক থীবনা লুখ্রাবীগুম লৈরি। . . . মপা লৈজবশিংগা, মপা লৈজদবশিংগা অনীগী খেন্নবা খঙঙু। খেন্নবদুগী লৌশিংগী মৈরা চমখৎতুনা নশাগী লম্বী থিয়ু। নঙগী লম্বীদা নঙবু পোকপনা ঙাইদুনা লৈরি . . . ইমাবু পোত্থাহল্লু . . . ।" অদুদগী চোইরোলগুম করিগুম ঐনা অঙাং ওইরিঙৈদা তোয়না তাখ্রবা নাউশুম ঈশৈদু মতৎ মতৎ শক্লকই, " . . . খুন্তাক্লুরব

চহী তরেৎকী কাঙ্খুলদা চোংলকপা ময়োলনি নঙসে ইমাগী। থবালগী নুমিদাংবাইরম অমদা ইমাবু অঙৌবা ফিজোল হোংহনবিখি। ইচাগী থবায়না নুংশিত্তা পাইদুনা লৈ। অদুগা খোঙ্গুমেল্লৈ ওইনা শাৎলকপনি।”

অয়ুক্কী উচেকশিংগী মখোলগা ইমাগী খোঞ্জেলগা অমতা ওইশিনখি। সনা অহীংবা মচুনা লীৎশিল্লকুনা ইমাগী মায়দা তাররি। খোঙ্গুমেল্লৈগুম কয়াদা নীংথীরবনো ঐগী ইমা।

ঐনা কৌজে, “ইমা, নোংঙাল্লে। মীৎকপ থোক্লো। য়েংঙু অয়ুক্কী ঈংলবা মঙালনা ইমাগী মায়দা য়ৈররিবসে।”

ঐগী ইমা মমীৎ তপ্পা পাঙথোরকই। হায়রকই, “অহ! কয়াদা ঈংথ্রবা মঙালনো!” মমীৎ তপ্পা উইশিনখি। শোল্লকই, “. . . ঈংহল্লু, ঈংহল্লু, য়েল্লাঙ কেঙোয়গী লমদমদি ঈংহল্লু . . .।”

কনাগুম্বা অমনা খংচিং চিংখৎপগুম ঐ ফল্লম্বদগী ফুক হৌগৎলি। ঐনা ইমুংদগী থোরকপদা উরে, তঙাং তঙাংলবা নুমিৎকী মঙালদা তুল্লবা তিংখংশিংদা লীক্লাগী লুহূপ উপ্তুনা নাপল কানা হৌরিবা কেক্তসশিং!

অদুগুম্বা কেক্তসশিং অদুগী মখোঙদনা লৈরি য়াম্না নোঞ্জনা ইমাগী য়েলাঙ কেঙোয়শিংনা ইথুই খুইনা। য়েলাঙ কেঙোয়দা নত্তে, ইমাগী উইনা থোৎলবা পেরুক্কী শম্বলশিংসু ঙম্মমক খুইথরে। মফম খরদনা পূমকঙ কংথ্রে। মসিদি করি মতৌনো! অসুক ৱাবা! অসুক ইকাইবা!

অদুদি ঐ কৈদৌগনি . . .?

# পনখৈ অমা

নিংথৌজম সুরমা



*নিংথৌজম সুরমা খৃ: কুম ১৯৭৩ গী এপ্রিলগী তাং ৩০ দা থৌবাল ক্ষেত্রি লৈকাইদা নিংথৌজম মঙ্গোল সিংহ অমদি তোম্বীমচা দেবী অনীগী মচা তরাগী মনুংদা নিপালগুবী মচানুপী ওইনা তাইবংদা থোঙদাবকখি। হৌজিক হৌজিক ককচিং খুনৌ কোলেজদা লেকচরর ওইরি। অইবীসি খোঁজেবোই খুমাকপ, থৌবাল; মণিপুর সাহিত্য সমিতি, থৌবাল; প্রোগ্রেসিভ রাইটর, ইম্ফাল; লৈকোল, ইম্ফালগী অচওবা মেম্বর ওইরি।*

*হৌজিক ফাওবদা রারী মচাগী লাইরিক অনী (১) পাউখুম্না হংলি (২০০১) অমদি (২) ঈথক মচাশিংগী রাহং (২০০৭) ফোংত্রে।*

*অইবীসিগী ঈথক মচাশিংগী রাহং হায়বা লাইরিকুদা নিংথৌজম প্রমোদিনি নীংশিং সাহিত্য মনা, ২০০৯ ফংত্রে।*

হঞ্জিন হঞ্জিন চত্তুনতা লৈববা লম্বীদুদা বীরেন ঙসিসু লম্লানবগুম চৎলি। মমায় মক্না কিথী কিকম কনাসু উদনবা চৎলিবা খোঙথাঙদু মঙম ইশান শান্দে। লেংথৈননা চৎনখিবা লৈকাইগী শকখঙনবা মীওইশিংগী মাঙদা এশাবু লোৎনীংলকই। উদুনতা লৈববা উপাল রাপালদু ফাওবা মথোন্দা কিকক কিকক যেংলিবোই খল্লকই। মাবু ঙসি অদুক য়াম্না পাঙদবা ওইহল্লিবসি কবিগীনো? মাবু লানখিব্রা? অদুবু মমানা হায়খি, "চৎলো, ঙাকশিযু অমুক্তা হায়জককচো।"

অঙাঙ মচাদুনা ঙাকপিবক্তুবদি কয়া শাথীনা মাঙজগদগে হায়বদু রাখলনা লাম্বদা ফংবদুমখৈ লাম লামদুনা খল্লগা মশাগী অনাবা লেমযদুনা মমনা হায়খিবনি, "লাল্লে হায়জদুনা নুপীমচাদু ইনাক্তা পুবকউ। মহাক্না কবিসু তৌবক্লবোই খঙলবতদা ঐগী অকিবসি কোক্কনি।"

মরালগী দন্দী পাল্লবা মীওই অমগুম মমায় থক্লা মশাগী ইজ্জৎ পূম্বা হুন্দে দাকপিরম্বগীদমক মহাক চৎলি। চত্তনবগী উপাইসু লৈতে। অকিবতনা কাহৎলবা মমাগী মায়থোঙদু মমীত্তা উরি। ঙরাংদগী মকোক ঙাওদুনা হৌগৎ কাঙখৎপা ঙমদনা ফমুংদা নাহেদুনা হীপ্লিবা মমাগী 'ঙাকপিয়ু হায়জরুচো' হায়বা মিপাইরবা খোঞ্জেল মনাকোংদা তারি। অদুগা ঙরাঙতগী অঙাঙদুগী উশিং থওইদবা ব্রাঙাঙদুসু তারকই,

"হয়েং পূং নিপালফাওবগী মনুংদা ঐখোয়দা লাকউ। মদুদা ব্রা ঙাঙনসি। লাক্লবা, ঐনা কৈদৌরকপগে য়েংউ।"

অদুগা অমুকসু নীংশিংলকই, "হে মীরেম, এম এ চন্নদবা, ইচা অনী পোক্লবা ঐঙোন্দা পাখঙ নুপী থি'খঙদবা নঙ্গুম্বদি মীৎ থূপতেহে।"

ঙরাংতগী অঙাংনি হায়জবগী ব্রানি মীকি লাইকিদবা, ওনশিন্নবদা হঙ্গোইবা পোকপা মীদানি। মানা তৌগে নীংলবদি বীরেনবু অশি লমদমদা ঈরায় লায়না থাখিবা ঙমগদৌরিবনি। মমাঙদা মী অমা হাৎলুবগী জেলদা লৈরুরবা মীওইনি। মদুগী মীহুন মশাদা পক্লি।

মী হাৎলুই হায়বগী ইকাই হঙ্গোইবা অমতা য়াওদনা য়াম্না চাউথোকচনীংঙাই ওইবা মওংদা ইতৎ তৎতনা হায়, "ঐনা মী হাৎলুবগী জেলদা লৈরুবগী য়াম্না নুংঙাইখৎলক্লবা মতমদনি থাদোরকপদু। মদু ঐখোয়' নুপীনা কোয়চেন চেন্দুনা অহৈ'পা শাবিবদগী। কার বার তৌবদি জেলদনবু হেন্না নুংঙাইজাৎনি, মোবাইল ফোন অমা পায়শিল্লগা।"

জেলদা ফোন পায়বা য়াদে হায়বা নিয়ম মঙোন্দদি অরেম্বনি। জেলরগা মান্নরগা মাগী দরকার ওইবা খূদিং জেল মনুংদা লোইনা ফংই হায়। কয়াম চুম্বা কয়াম লানবদি কনাসু খঙনদে। মশানা হায়জবা ব্রানি। মানা তৌরিবা করবারদু করিনো মদুসু কনামত্তা খঙনদে। কনানা হায় মীগী থবক ব্রানোম্বীবনি, অমনা হায় ময়াই কাবা নিশা কারবার তৌবনি। খরনা অমুক হায়, নোংমৈ পায়রগা শেল খায়বনি।

অদুগুম্বা মীওইদুদনি ঙসি বীরেন্না লাপ্লে হায়জরুনবা চৎলিবসি। করিগুম্বদা মশানা হায়জে, "জোনীদি য়াম্না ফবা মীনি। মীনা হৌরকপদি য়ারোই। মী অমা হাৎপসু, অনী অহুম হাৎপসু অমতনি। জেলদা লৈগনি হায়বগী কিবিবা নত্তে।"

কয়াদা ঈচঙ থৌনা ঙাঙখ্রবা! অদুগা বীরেন্না কয়াদা শোনখ্রবা! মাগী মমানা কয়াদা মিপাইজখ্রবা।

"নঙনা মখোয়গা মূক্লরুরিদুবু করিগীনো? মখোয়গা মায় ওনশিন্নরুবদি হায়রুন্নু, মমিদং ওক্লরুবদা শরোয় ঙারোয় খাঙতোক্লরিবনি। অমম অথেঙদা মখোয়গী কোম্লোং মপা ফাওদুনা কনাসু চৎনবা ঙম্মদ্রিবনি।"

মমানা নৌনা নীংশিংহন্দ্রবসু বীরেন্না খঙদবা লৈত্রবনি, জোনীগী মচীন মনাওগী ব্বারী। লৈকাইসিদা লৌরেম্বমগী ইমুং হায়ব্রবদি ওক্তবা, গুন্দা শাবদা মমিং লৈরিবনি। মখোয় মচীন মনাও নুপা তরুক্লি। লাইরিক লাইসু নীথি নুংঙাইনা তমদে। সরকারগী থবক তৌদে। শিনফমসু মখোঙ খঙদে। অদুবু মখোয়না কিবা, উশিংপা কনাসু লৈতে। লম্বীদা চংচবা ময়াং চুহিং শুম্বদগীনা মন্ত্রী, এম এল এ ফাওবা মখোয়না ধমকা তৌদবা লৈতে।

য়ু, গঞ্জা, মতমগী অকাম্লী, অয়োংপী নিশা পূম্বা মখোয়গী মচীঞ্জাক্লি। মখোয়গা কনাগা লম্বা তৌনবা ঙম্লুনি? মখোয়গী ইমুংগী ব্বা নীংশিংলকপদা বীরেনগী কোক্তা জোনীগী ঙরাংগী ব্বা অমা ফুং ফাওরকই,

"নঙনা ঐঙোন্দা খূবাক্লা থারম্বা হায়বসি ঐঙোন্দা থাবম্বা নত্তে। লৌরেম্বমগী ইমুংদা থাবনি। লৌরেম্বমগী ইমুংবু উশিত্তবনি। মদুগী চপ চাবা লমন খুমদনা তোক্লোই।"

ব্বাফমদুদনি মাগী মমানা ঙবাংদগী ইপাই হৌবিবদু। মানা কবিগী খূবাক্লা থাখিবনো হায়বদো মমাদা শেংদোক্লবা হোংনবা পূম্বা অরেম্বা তাহন্দুনা মমানা হায়খি, "ওইনীংবা ওইসনু, নঙবু ঐনা লাইরিক অসুক য়াম্না তমহল্লক্লিবদু অদুক জ্ঞান য়াওদবা মী ওইনবরা?"

লম্বী চংনা চংনা মহাক্লা মর্বুক্লাংদা হায়জে, "অসুক চাওখৎতবা, অসুক তূক্কচনীংঙাই ওইখ্রবা মাগী মী উশিত্তবা ব্বাঙাঙদু পাঙদবগুম তুমীন্না লৈবা ঙমখিদবর্গীদমক ঙসি ঐ জ্ঞান য়াওদবা ওইরবা।"

ঙরাং থোকখিবা, মাগী কোক্তা নৈশিন্দুনা লৈবিবা থৌদোক্তুদা মাগী মরাল কয়াম চাউনা য়াওবগে হায়বদু হঞ্জিল হঞ্জিল চিংথোক্তুনা য়েংই।

লৈকাইগী লাই হরাওরি। ঙবাং বীরেন মমান্নবা অমা অনীগা লাই হরাওবা য়েংলিঙৈদনি। লাই খুরুম্বা লাকচবা অহল অমগী মখৌবি পায়দুনা জোনীনা লৈরম্বদু উবদগী চঙশিল্লুবনি। মখোয় উবদা অহলদুনা কপ্লি কপ্লি তম্লকখি মদুদি মানা তোংজরকপা কাইনেটিক হোন্দাদু জোনীনা অমুক্তা ব্বায়রুগে হায়। মমশিল্লক্লবদি গাড়ী থৌবা নুংঙাইত্রে, যূমদা ঙন্তা হন্নীংই, পুখ্রনু হায়না খরা ঙাঙনরম্বগীনি মাবু ফৃগদবগী তৌবম্বদু। মদুদা, "অদুম্না তৌনু, অহলদু থাদোকপিখো হায়রুবগী, খাম্বা চঙলুবগী বীরেন্দা ওনশিল্লকখি। জোনীনা উশিত্তবা করেম কথাইনবা ব্বাঙাঙদা হায়রকখি, "হে মীরেম, নখোঙ নামা থুদেক্লগা থম্বদা নিরগা হিংগদবা নঙনা ঐঙোন্দা উশিত্তবা য়াব্রা? নমা শিরুম নারুম্বীদুনা থাকপসু ঙম্লোই। নখোঙ নাম্মনা চোংচোংদুনা নিবা চংপদুনদুম ব্বাদনা হিংগনি। থুদেকপিয়ুবা?"

বীরেন অশাওবনা মশানা কাউথোকচখি ফাদবা ঙমদনা জোনীদা খুবাক্লা থাখি। মীয়াম ওমশিল্লক্তুনা মাবু ময়ূমদা থিনবিবকখিবগী মতুং পূং অমমুক লৈববা তুংদগী জোনীনা ময়ূমদা লাক্তুনা লীলা তৌরখিবনি। ফমুংদা হীপ্লিবী মমানা থোঙ হাংগদবগী তৌবদা বীরেন্না হাংদোকহনখিদে। চুরি তাফমদা লেপ্লগা জোনীনা হন্না হন্না লাউ খোংদুনা হায়রম্বনি, "হয়েং অয়ুকী পূং নীপালফাওবগী মনুংদা ঐগী য়ূমদা লাকউ। ব্রা ঙাঙনসি। লাক্তুবা, ঐনা কৈদৌরকপগে য়েংঙু।"

নোংমৈ, থাঙ, মী হাংপ য়াবা খূৎলায় কোয়প্ত পুদুনা চংপা শা ঙাগুম্বা ব্রাখল খম্বদবা জোনীবু বীবেনগী মমানা কিরোইদৌবগী মবম লৈতে। মাবু উশিং থৌওইদনা ঙাঙখিবা মহাক্তু নোংমা মানা মখূৎ পায়দুনা লাইরিক তাকপিখিবা নুপামচাদুনি। মবুধী য়াম্না ফখিবনি। তাক্লুবা খুদিং শিং নান্না হৈখিবনি। লৈকাইগী মীনা হায়নখি, "লৌবেম্বমগী ইমুংদা মচীন মনাওশিংগী মবক্তা জোনীদি মী ওইদৌবি।" অদুবু লাইরিক মখা তমথখিদ্রে। মেত্রিক্তং পাস তৌরগা শিফাইদা চঙখি। মী খংনবগী, থবক্কী নোংমৈ লান্না শীজিন্নবগী, য়ু ঙাওরগা নাতৈ চাদবগী হঞ্জল হঞ্জিল থবক্তগী সসপেন্দ তৌখি। কমদৌননো খঙদে, থবকসু অসুম হঞ্জিনখি। মমৈদা থবক তৌমিন্নবা মী অমা সাবভিসকী নোংমৈদুনা কাপ্তুনা হাংলুবগীদমক্তা জেলদা থা তরেংমুক লৈকই। মদুদগীদি থবকসু তোকলে। মদুগী তুংদগীনি মানা মথোঙ খঙদবা কারবার তৌদুনা লৈবক্লিবসি।

জোনীনা হায়, "হৌজিকসিদি অঙম্বনা নুংঙাইনা হিংগদবনি, অশোনবনা ব্রাজগদবা। সবভাইবেল ওফ দ পিত্তেষ্ট হায়বদু ঐনা হায়বা নত্তে। পৃথিবী ফাওরবা সাইন্টিষ্ট দাবব্রিন্না হায়রম্বনি।"

জোনীগী শেমদোকপা য়াদনা চূশিনখ্রবা লমচং, অফবা, ফজবা অমতা চঙলকখিদ্রবা কোক্তুগা মূক্লরুবদু ম্যা মতোমদা খল্লুবদা বীবেন ইকাইপা পোক্লকই। হৌজিক্তা ভাব তাবকই, মমানা হায়খিবদু, "ঐনা অসুক ব্রানা নহৈ তমহল্লকপদু অদু জ্ঞান য়াওদবা মী ওইনব্রা?"

হৌজিক্তা বীরেনগী কোক্তা লৈবম্বা শাউনীংবা পূম্বা তপ্না তপ্না মাঙখিদুনা তোনখ্রবা মীদুগা মান্নরুবগী হৈনীংদবা শোম্বুবতমক পুদুনা জোনীগী শূমাঙদা চঙশিল্লকই।

উফূল ফ্রোঙ ফ্রোঙ হৌরবা শূমাঙদুদা জোনীগী নুপী ব্রাই শীৎলম্মী। মী লাকপগী থৌশাদে। মঙোন্দা হাইফেত্তংদি য়েংলকখিবরা?

"ইবেম্মা, জোনী লৈত্রা?"

মমায় ইহন হনগৎলক্তনা বীরেনগী ব্রাহংগী পাউখুম পীবকই, "তূম্লী।"

" হৌগৎখিরোইদৌরিজাৎলা?"

"খণ্ডদে।"

নুপীদুগী মতৌদুদা বীরেন তৌফম খণ্ডদে। করি তৌশিগে ঙাইহাক খল্লি। জোনীদু হৌদোকহন্দুনা ব্রাফমদু ঙাঙনবা মহাক পামদ্রে। লাক্লম্মী হায়বদু ফাওবদি খঙলিনিদনা, কৈদৌরুনৈ মখা শাংথনরুরগা। ব্রাফমসি খল্লকপগা নুপীদুদা হৈনীংদনা হায়রকই, "জোনীদা ঐ লাক্লম্মী খরা তম্মু ইবেম্মা।"

তাঞ্জাদুদা জোনীদুন থোরকই। মাবু উবদা ঙরাংগী মিহুন্দু ইকায় কায়দনা হায়রকই, "ইমুংদা চঙলকউ, ইমুংদা ঙাঙনসি।"

"ঐনা হায়গদবতুতমক হায়রল্লগা চৎখিগে। ইমুং চঙবগী দরকার লৈতে।"

বীরেন্দা মমিত্তু শংদোক্তুনা য়েংলকই। মী ফূনীংবগী মমিদু মমিত্তুদা ময়েক শেংনা তাই।

"ঙবাংগীদু ঐ লাল্লে হায়বা লাকপনি।"

ব্রাফমদুদং হায়রল্লগা মমায লযথোবকই। দন্দি ওইনা হায়খিবা ব্রাহৈদু জোনীনা ময়েক শেংনা তাব্রা তাদব্রা খঙদে। অযাকপা খোনফমদা লাউবকই, "ঙাইখো, ব্রা ঙাঙনখিসি।"

খংলেপ লেপ্পী বীরেন। মমায় লৈশিল্লক্লগা হায়বকই, "নঙগী ধমকাদা ইপাই হৌবদগী মকোক ঙাওদুনা ইমাসু লৈহৌরি। 'সিদগী নঙ মখামুক তারক্লনু জোনী।"

জোনীনা ব্রা মখা তাবক্তিঙৈদা থুনা মমায লয়থোক্তুনা থোবক্লে। জোনীগী হূই অহুম মবিদু তুংদা কন্না খোংহৌই।

বীরেন্না মমাগী মাঙদা চঙশিল্লকপগা অকিবা পাখৎপনা শ্বর খাঙতপ খাঙতপ্তা হোন্দুনা লৈরম্বা মমানা মিপাইবা খোঞ্জেলদা হংলকই, "কমদৌরে? লাক্লে হায়হৌব্রা?"

কবিসু ইতৌ তৌখিদবগুম বীবেন তুমিন্না লৈ।

" শোয়দনা লাক্লবা হায়বল্লবা নৎত্রা? ঐনা হায়রকই হায়রমদ্রা নঙবো?"

বীরেনগী মমানা থাজদবা অমা লৈ। ফনা লমহেনবা ওইদুনসু জোনীনা বীরেনগী মমাগী ব্রাদি হীক্তোকপা ঙল্লোই। অঙাঙ ওইরিঙৈ, বীরেন্না লাইরিক তাকপিখিবা মতমদু বীবেনগী মমানা জোনীবু লুনা চান্না তৌবিখিবমক নত্তে, মমা নৌনা কায়নখ্রবী জোনীনসু মাবু নীংজখি। জোনীনা মমাঙঙৈ হায়খিবা লৈ, 'ইমাবোক, নঙ উবসি ঐখোয়' মাদু হেক্তা নীংশিংলকই। ঐখোয় ইচিন ইনাও তরুক্কী হোৎনবদা ইমাদু য়াম্না ব্রাখি। ইমাবোক্লা ইমাগী মতেং য়াম্না পাংবিরকখি হায়না ইমানা হায়রম্মী।"

বীবেন্না খঙ্ডী, জোনীনা মাগী মমাবু নুংশিজখি হায়বদু। অদুবু ঙসিগী

জোনীসিদদি মতমদুগী জোনীদু নৎত্রে। অদুগা মপান থোক্তবী মমানসু খঙবা নত্তে, জোনীনা করম্বা লমচৎ চৎলিবগে হায়বদো ।

"মানা করিবু হায়রকপগে?"

খংপ্রেক খংনা বীরেন্না খুল্লকই, "ঐ তারক্লে ইমা।"

মমানা ঙক্লা মঙোন্দা য়েংলকই। মমাসু মহাকসু ঙাইহাক তুমিন তুমিন লৈনৈ। বীরেনগী তুমিন লৈবা মতৌদুনা হেন্না হেন্না মমাদু চিংনহল্লি। কৈদৌঙৈ করি তৌরক্কদগে হায়বা ঙমদবা জোনীগী লমচৎ নীংশিংলকপদা মতু চুংলকই।

"ঐনা চৎলম্লবদি ফগদবনি। নঙনা খজিক্তং শন্নবদি চৎপা ঙমগনি। ঙাইহাক্তং চৎলুসিদনা?"

বীরেন্না করিনো হাযগদবগী মমায় লয়থোবকপদা থোঙজীন্দা জোড়ী চঙলকপদু উবদা চপ লেপখ্রে।

মমাদি মখা তাবি, " সে, অমুক্তা শৌগৎলু। ঐ চৎকে। অদুম তুমিন লৈশিনবনদি কান্নবোই। লম্বী লমখাঙদা নথন্তা চৎলিঙৈদককা . . .।"

মমাদু হৌগৎকদবগী তৌবকই। জোনী মমাঙদা চঙশিল্লক্লুনা চপ লেপ্লবে। বীবেনগী মমানা মিপাইবনা থল্লবা খোঞ্জেলদা হায়বকই, "ইবুংঙে, নযাম্বসিনা লানখিবদু ইমাবোক্কী য়েংদুনা অমুক্তা ঙাকপিয়ু। নঙসু লুখ্রবী নমানা য়োক্লকপনি। নখোয অনীমক নবাইবক থীববা ঙাক্তনি।"

বীরেন, মমাবু খামনীংলকই। হঞ্জিন হঞ্জিন মচীনবান্দু লেঙলকই। খোঞ্জেলদি থোক্লক্তে। থোৎপা নৌনবা, নুংশিবা চঙলোইদৌবা মীদুদা মমাগী ব্রাহৈদু য়াম্না শাথিনা নাতৈ চাদবা ওইনা খল্লকই।

"নঙগীদি নয়াম্বা অমদি ননাওশিং লৈবি। মাগীদি ঐ নত্তনা কনা লৈবিবগে ? ইমাবোক্কীসু মাতনি লৈরিবা। নয়াম্বনা ফনা লানশ্রবসু নঙ অমুক্তা ঙাকপিয়ু ইবুংঙো।"

মমা ঙাঙবা লেপতে। মমায় খুমদুনা লৈ। মপি তৈথোক্লিমাল্লে। বীরেন্না উবকই, জোনীগী মমীৎ অনীদা তাবক্কদবগী ঙাইদুনা লৈরিবা লংত্রিক লংবা ঈবাদু ।

# ওন্ন তৈনবা নুংশিৎ

সিনাম তোনুবাবু সিংহ
জিরিবাম

গান্ধীমেলানি শিলচরগী গান্ধীবাগতা পাঙথোকপা। মেলা লোইশিল্লকপগী চয়োলনিনা মী ফজনা তিল্লি। জাতি শুবে । মথং মথং অসুম য়েংলকপদা হান্না উথ্রবগুম তৌবা মী অমাউ উখিগুম তৌরকই।

নুপীদু য়েংখোমগী সুলেখাদু ওন্থোক্লা মানখ্রে হায়দুনা মুন্না য়েংই। ওইবম্লি থাজদে মবমদি মাদি মযূম পানখ্রবনি। নুপীসিদা য়ূম পাল্লবী মীতৈ নুপীগী ফিজেৎ চাকশেং অমতা উদে। খ্বাঙদা শালু মচুগী ফনেক, চেকমচুগী খৌরী লাওনা কোংথোকপী ব্লাউজ, হৈনৌ অমুনবা মচুগী সাড়ী শেত্তুনা চহী মরি মঙারোম শুরবা অঙাং অমা মখূৎ শম্রদুনা লাইরিক্কী পেভিলিয়ানরোমদা চঙখ্রে। ওজা নিংথেমজাউ নিংকোক নিংকোক মসিতবু মখঙলুবগে মতাগুম পেভিলিয়ান্দু তম্না চঙশিল্লে।

"নমস্তে সার"

ওজা মংলেমজাউ খংপ্রেক খংই। য়েংথোক্লুবদা ইনক নক্লা নোকমি নোকমি তৌদুনা কৌরকপনি সুলেখানা।

করিসু খঙদিবা শাবদুনা হংজিল্লুই, "হাই সুলেখা । নঙদি করম কবম পাল্লি? না য়েক্কেকো?"

"থোইদোকপা য়াওজদে সার।"

"শিলচরসিদা কৈদৌঙৈ লাকপনো নঙবো? অঙাংসিনা . . . ?"

"সার ঐ শিলচরদা লৈজরে। ঐগী অঙাংনি।"

নিংথেমজাউনা য়াম্না খঙনীংবগা লোয়ননা ইখৌ লাংনা হংই, "নঙবু গুব্রাহাতিরোমদা য়ূম পানগুম তৌখ্রদাইনে?"

সুলেখা হাইরপ ইকাইরপ তৌনা লয়থোকখিনবা হোৎনরকই । চৎখিদৌবে

হায়বা ওজা নিংথেমজাউ খঙলদুনা হায়রকই, "ঙাইখোনো। চা অমমম থকখিসি," হায়রগা মনাক্তা লৈরিবা লাইরিক পাফম চৌকি অদোমদা চঙশিনখি। সুলেখা ইক আ তৌদুনা নাম্থোকপা ঙমদনা ইন্নরক্তুনা নাকন্দা লৈরিবা চৌকিদুদা ফমথরকই। ব্রা ঙাঙনদে, তুমিন তুমিন লৈনে। হৌদোরকপা ঙাইনবা মাল্লি।

সুলেখাগী য়াম্না হৈনদবা মওংদুদা চৎখিগদৌরে হায়না চিংনরক্লবরা করিনো ওজা নিংথেমজাউনা হায়রকই, "ঐদি জ্ঞান অমা ইতা তাদ্রে।"

"সার, ঐ প্রতাপকা খাইনরে। দাইরেক্তরনি হায়বদুদা ঐসু য়াখিবনি অদুগা মাদি লৈকাইগী দ্রামা পার্টিগী দাইরেক্তর ওইরম্লে। দ্রামা তম্নুরগা, নিশাদা তোংদুনা হঞ্জিল্লক্লগা ঐবু হেক হেক ফূবা, নোংমগী খরচ তানবা পীদ্রগা ফূবা। অসুম্না তৌবদা ঐগী পুজখিবা সনা লুপা, অউনপোৎ লোইনা তুমখ্রে। মতুংদা য়াম্না খল্লবা তুংদা ইমা ইপাগীদা লৈবনা ফরনি হায়দুনা খাইনবগী চে চাং ইন্নরগা লাক্লবনি। অঙাংসিনা ইপামদা লাক্লকান্দা পোকপনি।"

সুলেখাগী ব্রারীদুনা ওজা নিংথেমজাউগী থম্মোয়দা অতম্নমা মীসাইলগুম পাল্লবরা করিনো মায়থোঙদু অব্রাবগী মমিনা পূমকূক কূমশিনখ্রে। সুলেখানা প্রাইভেৎ তম্লিঙৈ, ওজা নিংথেমজাউগী মমিংনা ফন্না কোয়না য়েংলুরবসু সুলেখাগী মায়থোঙদা হেক হেক তাখিবনি লোন্না ফোংনা। মদুদা সুলেখানা তনিক তনিক ইকাইজখিবদু ঙসিদি মাঙখিবগুম উই।

মখা ব্রারী শাননবা লৈরক্তবদুদা চা থাকপদু লোইশিল্লক্তুনা কায়নরে।

নিংথেমজাউ নুমিৎ নীনি হুম্লিসি কয়া ব্রা ঙাঙদে। চাকসু ইচা চাদে। ইউনিভরসিটিদা ক্লাস লৌবসু চত্তে। হংলুরবসু করিসু তৌদেদমক হায়।

"ইবুংঙো নঙবু নশা নুংঙাইতবরো?"

"করিসু তৌদে ইমা।"

"অদুদি চাক চাথোক্লুরসি লাক্লো।"

"চানীংদে।"

"করি? হনুবী ঐনা অসুক ব্রানা থোংলগা নঙনা চনীংদে হায়বা? করিগী? ইমৌগী মখূৎ চানীংলে হায়বসু নঙনা য়াদ্রগা?"

নিংথেমজাউনা ফৎ কম্থোক্লগা হায়রুই, "ঐখোয় ইমাসিদি ওম্থোক্লা নুংঙাইরোইদৌরিহে।"

মমাদুনা খংশাউ শাউগৎলগা খুন্নকই, "নশানা খঙনা অপাম্বা অমা হেক্তা পুশিল্লক্লো হায়রসু নথীবোং পান্দবা। অদুগা ঐনা থোকপা ফদৌবা অমা হায়ন শীংনরুরগে হায়রসু নঙনা হেক্তা মথীংবা। অদুগা ঙসিনা ঐনা থোংবা চাক

চানীংদেককা হায়দুনা তৌজ শারিয়ে। ঙাইখো নঙনা পামলিবসে করিনো ? ইমাদা শেংনা হায়য়ু।"

নিংথেমজাউনা কিথি কিরুম্নুনা মমাগী মায়থোঙদু হাইরপ য়েংলন্নগা শোনগুম লাক্কুম হায়রকই, "ঐখোয়' য়ুমদা প্রাইভেৎ তম্বী হেক হেক লাক্লম্বী সুলেখাদো খরা হায়নক্লরো। অদু ওইরদি য়ারবা নৎত্রো?"

"কবি? ময়ুম পানখ্রবী নুপীদুবু ? নুপা ময়ুমদুদা মাঙ্গোল কারুচো হায়রিরো ঐবো চন্দ্রকংনানগী মমাদৌনা?"

"চে চাং ইনদুনা খাইনরক্লবনি। মচা অমখক য়াওবদুদি অদুম য়াওজসনু কৈনো। য়াম্না নুংশিবনি।"

মমাদুনা মশোং ফনগৎলগা খেকথরকই, "হায়, শোনো, ইউনিভরসিটি অমগী প্রোফেশাব অমনা দাইভবসি অমা লৌখ্রে, অউনপোৎনা মচা ওইনা পীরক্লে হায়দুনা লৈবাক পুংজাউ থীল্লনি । মদো নচীন্দুনা অনীবক শুনা পল্লক্কনুকো।"

ওজা নিংথেমজাউগী শাংলবা ফোঙদোক্তবা নুংশিবগী ইতিহাসতু মীৎকুপ'মদা ফন ফন চোংথোবকই। মহাক্লা ফোঙদোকপা ঙমখিদবদু ওজা অমনা মশাগী ছাত্রী অমদা থল্লিবা মীৎয়েংদু মীনা কবি হায়নখিনি হায়না থল্লুবদগীনি । মসে পাখংনা ওজা ওইদুনা ছাত্রী তাক্লুবগী দশানি । অদুবু হৌজিক্তি মতমদু হৌখ্রে। অশেংবা নুংশিববু ময়েং তাব: হৌনব্রা?

ওজা নিংথেমজাউনা য়াম্না নে না তানা হায়বকই, "ঐনা য়ুম পাল্লরোই হায়দুনা লেপখ্রিবসে মহাক লুহোংখিবদগীনে । ইমানা নমৌ পাল্লগনা মহাকতো হায়নরুচো। নৎত্রগদি . . .।"

ওজা নিংথেমজাউগী মমাদু মমিৎ মনা লাওথোক্লগা হায়রকই, "নৎত্রগদি করি? "

# হরধনুগী ৱারীদু

প্রোফেসার গৌরবাবু সিংহ

মে'দেল স্কুলদা য়েংশিনবা লাক্লিবা ইন্সপেক্তর শরৎনা ক্লাস ফোরগী ছাত্র চাউবদা হংলম্মী, "হরধনু কনানা থুদেকই?" ৱাহংদু তাবদা চাউবনা কিনা য়েংলম্মী। ইন্সপেক্ত শরৎকী মায়কৈ অমদা হেডমস্তর বিনয়, অমরোমদনা ক্লাস টিচর বীনোদিনী ফম্লম্মী।

ওলাংথাগী মতমনি। ক্লাস রুমদা ফেন হুম্লবসু শরৎকী মশাদু হুমাংনা অরয় শিম্থরম্মী। রুমালনা মমায়দু নাম্থোক্লগা ঈংনা শরৎনা অমুক, "কিগনু চাউবা, হায়য়ু কনানা থুদেকই?"

চাউবদি কিখিদুনা মথীৎ অনীদু ঈথক থক্কৎলম্মী। হেডমাস্তর বিনয়না চাউবদা মুন্না য়েংলম্মী। ওজা বীনোদিনীসু মখূৎ মশা লেঙ খোৎতুনা খাঙলম্মী।

কাইনথঙদা ইন্সপেক্তর শরৎকী ৱাহংদুদা চাউবদা হীক হীক কপথোরকখি। অদুগা কপ্পা কপ্পা হায়রকই, "ঐদি থুদেক্তে সার, শেংনা হায়জরিবসিনি ঐ থুদেকচদে।"

পাউখুমদু তারদুনা শরৎনা ঙক্লা হেডমাস্তররোমদা য়েংখিবদা নাকন্দা লৈরিবী ওজা বীনোদিনীনা মথম্মোয় শোক্লা ইন্সপেক্তর শরৎতা হায়রকখি, "সার ঙাকপিগনি। চাউবদি থোইদোক্লা অফবা অঙাংনি। হরধনু থুদেকপগুম্বা থবক্তু মানদি কৈদৌনুংদসু তৌরম্লোই।"

সরকারনা অখন্ননা লিংদুনা থম্লিবা মোদেল স্কুল অমগী ওজা অমদগী অশিগুম্বা পাউখুম লাক্কনি হায়বসি ইন্সপেক্তর শরৎনা আশা শুক্তৌ তৌখিবদি নত্তে। ৱাহংসিগী পাউখুমদি মীচম্নফাওবা খঙনবা ঙাক্তনি। মিথিলাগী নিংথৌ জানক্কী মচানুপী সিতাগী সয়ম্বরদা প্রভু রামচন্দ্রনা থুদেকখিবা তেনদুগী মমিংনি হরধনু। মমিং লৈবা ময়াম্না শকখঙনরবা মোডেল স্কুলনি। অসিগুম্বা শকখঙনরবা ক্লাস ফোরগী অঙাং অমনা অসুক লায়বা পাউখুমসি পীবা করিসু লৈবা নৎতে। চহী খুদিংগী বৃত্তি পরিক্ষাদা য়ামদ্রবদা অঙাং তরুক্তি স্কুলসিদগী হেক হেক খল্লিরবান। হৌখিবা চহী অহুমলোমসি ইন্সপেক্তর শরৎনা স্কুলসি হেক হেক য়েংশিল্লকপনি। স্কুলসিগী অকোয়বগী ফিভম,

লৃ-নানবা, হৈ লৈনচিংবা লোইনা শীংথানীংঙাইনি।

ব্রাহং অসিগী পাউখুমদদি মানা খল্লম্বা পূম্বা লোইনা পুমতোই তোইখ্রে। ইন্সপেক্তব শরৎ তৌফম খঙখিদে। ওজা বীনোদিনীগী ব্রাদু তাবদা শাউনীংবদগী হেক্তে দাক্লদুনা কিদুম কিরক্লম্মী। ইমক মকশিনখ্রবা ইন্সপেক্তর শরৎকী মায়থোঙদু উবদা হেডমাস্তর বিনয়না শোল্লপ্না, "সার, বীনোদিনীদি ব্রাফমদুদা অরানবা য়াওখিদবরা খঞ্জে। মাঙহন তাকহনব, লমহেন তুহেনবা অঙাংদি ঐখোয়গী স্কুলদা য়াওদে। ঐবু ঙাকপিগনি সার।"

ব্রাহং অমতং হংবদা ছাত্রদি লায়বদনা ছাত্রশিংদুবু তাকপিরিবা ওজাশিংদুগী মকোক্কী পূক্কৈদু তেংনা খঙলবনা ইন্সপেক্তর শরৎ মখা তানিংঙাই লৈখিদ্রে। অনকপদা লৈবিবা হেডমাস্তবগী য়ূমদুদগী ঈশিং গ্লাস অমা লৌহল্লুদুনা থক্লগা হনখ্রে: মহাক্কা গাড়ী কাখৎলমদাই ফাওবা হেডমাস্তর বিনয় অমদি ওজা বীনোদিনীনা তান্ন তান্নদুনা হায়বকখিবনি, "সার, চাউবা হায়বিবা ছাত্রসে য়াম্নমক জ্ঞান তাবা অফবা অঙাংনি। ঐখোয়না আশা চাউনা তৌবিবা, মাগুম্বা স্কুলসিগী অখন্নবা ছাত্র অমনা হরধনু কৈদৌনুংদসু থুদেক্লল্লোই।"

ওফিস য়ৌবগা ঈশিং গ্লাস অনী নোৎ নোৎতুনা থকচিল্লি। ঙাউবি ঙাউরি তৌবিবা মকোক্তু ফাথবা ওইনা পূংখাযমুক ঈংথহল্লগা মথক থোংবা ওথোরিতিদা থাগৎখিনবা দ্রব্রারদগী চে লৌথোক্লগা দ্রাফ তৌই :

হৌখিবা চহী মঙামুকসিদা অফবা, অচঙবা ছাত্র পুথোক্লবগী পান্দমদা সবকাবনা শেল চাউনা থাদদুনা লিংখৎলিবা মোদেল স্কুলশিংগী মতাংদা অহোবা খবা থেংনরে। কবিসু লৈতবা ব্রাহং অমগী পাউখুমদা ছাত্রদি লায়রদুনা ছাত্রশিংবু তাকপিবিবা ওজা অমদি হেডমাস্তবফাওবনা শেবান্ননা অর্থ লৌরি। অসিগুম্বসিদগী কলহৌনবা অথুবা মতমদা থবক খবা পায়খৎহৌবা য়াম্নমক তঙাইফদ্রে। . . ."

ওফিসিএল লেটরসি জিলাগী মথক থোংবশিংদা থাগৎখ্রবসু ইন্সপেক্তব শবৎকী পূক্লিংদি হৌজিকসু অদুমুক খোযরাঙলি। ব্রহং কয়ানা মাবু ঙাইহাক্তা পোথাহল্লমদে। চাউবগী মবেং মমান্নবা খবা কৌবগা হংগে খনখ্রে। অদুবু লুরিবদি অঙাংশিংদু কদাযদা ফংগনি? কমদৌনা থিরুনি? মরী মতাগী, কৈরোয় লৈকাইগী, মরুপ মপীজাশিংগী অঙাংশিং অমুক নীংশিংলকই। অয়াম্বা অঙাংশিংদি চুম্নমক খুম্বা ঙমগনি খল্লি। লান্না খুম্লকপা অঙাংশিংদি মমা মপাশিংনা রামায়ণ, মহাভারতকী ব্রারী লীবিদুনা শোযদনা তাকচগনি।

স্কুলদুগী লাইবিক লাইশুগী ওইবিবা ফিভমদু করম্না ওইরকখিবনো হায়বগী মবমদা শরৎ থিগৎপা হৌখি। অদুবু মাগী হবধনু কনানা থুদেকই হায়বা ব্রাহংসি লৈবাক শরা শনখ্রে। কনাগুম্বা খবনা "ইন্সপেক্তব শরৎ মকোক চাকএ, বেরা কারে"

হায়দুনা ব্রা ব্রা লাউনরে। খরনা অমুক হায়, "কোক চাকইবদি, শরৎ নত্তে, নখোয়নি।"

নোংমা লম্বীদা থেংনবা বেঙ্ক ওফিসার অমনা শরৎপু খাল্লগা থীনা চৈরকখি, "ঐগী ইচাদা অদুগুম্বা নকোক চাকপগী ব্রাহংদু মতুং খক হংলক্কনু। নঙগী ব্রাহংদুদা খংখিবদগী ইচাদু নুংতিগী স্কুল কারমদাই হেক ওইরকপগা লাইহৌ হৌরে।"

শরৎনা মাগী ব্রাহংদুগী অরোনবা ব্রাখল কয়াদু হায়গে তৌবদা বেঙ্ক ওফিসারদু শাউরংননা তাবিদনা অদুম চৎখি।

হরধনুগী অশাবা নুংশিত্তু য়ূম্লক কৈরক্তগী ইন্সপেক্তর শরৎ মশাগী ওফিস য়ৌরক্লে। নোংমা পূং ১২ রোম তাবগী অদ্বাইদগা শিক্ষা বিভাগকী মথক থোংবা ওফিসার অমা লাক্নুনা শরৎতা হায়রৈ, "অদোমগী য়াম্না খঙবা হৈবা শাবা অশোয় অঙাম্না থল্লবা চিঠীদু পারুবদগী দাইরেক্তা শাথিনা শাউরে। ঈশিং য়াম্না নৈদ্রিঙৈদা চিঠীদু লৌথোক্কুলাউ।"

অসিগুম্বা মথক থোংবা ওফিসার অমগী মচীন্দগী থোরক্লিবা ব্রাহৈশিংদুদা শরৎ অমুক্কা হেন্না ঙকখ্রে। তাঙ্গাদুদা ওফিসারদুনা অমুক মখা তারম্মী, " হৌখিবা চহী তরামঙাসিদা সরকারগী অনৌবা শিক্ষা পথাপগী চৎথরক্লিবা নীতি নিয়ম কয়ানা নৈবাকসিবু খূমাঙ চাওশিলহল্লিবসিদা, মফম খরদা খরা তেক কায়বগী থোইনা খন্ননীংঙাই লৈতে। করিসু লৈত্রবা ব্রাফমদুদা থোইনা খন্থনীংঙাই লৈতে। থবক শূরি, থবক পাঙথোক্লি হায়বা উৎননবা লম্বী কয়ানি। ওফিস কারক্লগা চৌক্রিদা নুংঙাইনা পোত্থারগা নয়ূমদা নুংঙাইনা হনবিয়ু। অদুগা থাগী অরোইবদা তোলোব লৌবিয়ু। লোইরে। ব্রানীংঙাই করিসু লৈতে।"

শবৎতু মরোল থোক্তবা নৃঙ্গুম তুমিন্না ফমদুনা লৈখি। তাঙ্গাদুদা মথক থোংবা ওফিসারদু ফুক হৌগৎলগা, "নঙগী চিঠীদু ঙসি নোংমা নীনিসিদা লৌথোক্কলাউ" হায়রল্লগা খাম্বা নুংবা য়াদনা অদুম চৎখ্রে। শরৎতি মানা পীখৎখিবা চিঠীদু লৌথোক্করোই হায়না লেপ্লে।

নুমিৎ তরামঙানিরোমগী মতুংদা ইদুকেসন ওফিসতগী চিঠী অমা থুংলখি। মরোলদি, "হরধনু থুদেকখিবগী ব্রাফমসি য়াম্নমক শাথিবা অমা ওইখিবনা ইদুকেসন মিনিস্তরগী মফমদা য়ৌহনখরে। মরম অদুনা মিনিস্তবগা ব্রাফমসিগী মতাংদা হোদোক্র বা অমা চঙলে।"

ব্রাফমসি তরাই তবাইরক্লে, খল্লুবদা শরৎ অকীবা অমা পোক্লক্লম্মী। মহাক্কা থবক তৌমিন্নবা কয়া মাবু উবদা লয়থোক্লবা হোৎনবা য়াওদবা নত্তে। মাগা লুনা তিন্নবা মরুপ অমনা হায়খি, "নঙনা তৌরিবসি য়াম্না চুম্দবনি। হেঞ্জিল্লক্ত্রিঙৈ বেঙ্কলোবগী অঙাওবা লায়েংফম, নিমহান্সতা খরা থুনা চৎপা ফৈ।"

নুমিৎ খরনিগী তুংদা, ইদুকেসন দিপার্টমেন্টনা দিপার্টমেন্টেল ইনক্কারি অমা তৌনবা লেপ্তুনা, 'হরধনু থুদেকখিদুনা মাঙখিবা শেনফম পূম্বা দিপার্টমেন্টনা চপ চানা পীরগনি।' হায়বগী চিঠী অমা থুংলখি। মদুদা ইন্সপেক্তর শরৎনা তোয়না হংখিবা ব্রাহংদি তেক্লবা হরধনুগী কাইথোক্লদৌরিবা শেনফমদু কনানা লৌগদগে হায়বসিনি। ব্রাফমদুগী পাউখুম লৈত্রবসু চয়েৎনবা খরদুদগী খরদি শাফরগনি খনবদা শরৎ খজিক নুংঙাইজখি। হরধনুগী মতাংদা লাঙ খোৎলিবশিংসি শেল ফংলবদি শোয়দনা ঈংথখিদুনা মাবু অঙাওবনি খন্নরম্বদু কোক্লগনি।

ওফিসকী চৌত্রিদা ফমদুনা শরৎ খবর পারিবা শরৎ মশাদু শ্বাই শ্বাই লাউরম্মী। করিগুম্বা দিপার্টমেন্টল ইনক্কারি হৌরক্লবদি মাসু শোয়দনা চেন্নরগনি। পঙবদগী লিনগী মকোক্তা নেৎলুবদগী নীঙমদবা কয়ানা শরৎতু ওৎলম্মী। এদুকেসন ওফিসতগী মরী লৈনবা ফাইলনশিং মাঙহনবসু ওইথোক্লোইদৌবনিনা মানা তৌবা য়াবা হায়ববু রামায়ণগী হরধনু থুদেকখিবগী ব্রারীদু লাইবিক লাইসু হৈরবনি হায়দুনা সরকারগী ফমজাউ পায়রিবশিংদুদা লীবিদুনা হবধনু করিনো, কনানা থুদেকখিবগে, করিগীদমক থুদেকখিবনো হায়বদু খঙহনবা তাখি।

নুমিৎতুগী নুমিদাংব্রাইরম ইন্সপেক্তর শরৎনা ব্রাথোক্কী হৌরকফম ওইরিবা স্কুল্লোমদা চৎলিবা বসতুদা কাখৎখিরম্মী। কিলোমিটর ১৮/১৯ মুক লাপ্না চৎলবা তুংদা নুমিদাংগী পূং মাপনগী অদ্বাইদা স্কুলদা থুংখি। মতমদুদদি খুঙ্গংদু অমম্বদা লাপখিরল্লে। মাযগৈ পূম্বা পূমচীক চীক্লম্মী। তন্দন চবুন চবুন পাইরিবশিংদুগী মরক্তা নুপা অমা থেংনদুনা হেডমাস্তব বিনয়গী ময়ূম য়ৌরম্মী।

হেডমাস্তবদুনা তবাম্ তবাম্না ওক্লদুনা হায়রম্মী, "লেঙশীনবিরকউ সার, করি কবম্বা অকবা থবক লৈরবগে?"

"ঐ খরা থুবে, মনুংদা চঙলরোই।"

"মদু হৌনদে। সারদি ঐগী অতিথিনি। অতিথিদি নরায়ণনি হায়নরিবদুনি।"

"ব্রাফম অমতং হায়রল্লগা থুনা অমুক চৎতবা য়াদবা।"

"করি ব্রাফমনো সার? তাকপিয়ু।"

"হরধনু হায়দুনা কবিসু লৈতে। মদু থুদেক্লবা কনানসু হোৎনখিদে।"

বিনযনা নোকমি নোকমি হায়রকই, "নুমিৎতুদা ঐদি খঙখি মদুদি নোংমদি শোয়দনমক সারনা লানখরে হায়ররনি হায়বসে।"

"অদুনা মহানগী নুপামচা চাউবা হায়বরা করিনো অদুগা ওজা বীনোদিনীহোয়দসু চৎতবা য়াদে।"

"মদুগীদমক্তদি হয়েং নোং হেক ঙানবগা ঐ মখোয়দা খঙহনজগ্নগে সার।"

"নত্তে, ঐ মখোয়বু হৌজিকমক উনবা পাম্মী," হায়বদগী হেদমাস্তরনা

লেমটেন পায়দুনা চৎলম্মী।

ময়ামদু শুরবদা ইন্সপেক্তর শরৎনা হায়রক্লম্মী, "হরধনু থুদেকপগী মরমদা ঐনা করিগুম্বা খরা হায়খিবা লৈবরা? করিগুম্বা হায়রম্বা থোক্লবসু ঐবু ঙাকপিগনি। হরধনু হায়দুনা করিসু লৈতে। অদুনা রামায়ণ হায়রিবসিসু ব্লারেম ঙাঙবা খরগী কল্পনানি। মহৈ মশিং হৈরেগা সরকারগী থবক শৃবিবগীনি হায়দুনা তলব চাউনা চারিবশিংনা অদুগুম্বা ব্লারেম থৌরেমদুগী মরমদা খন্দুনা অদুম লৈগদ্রা?"

মাগী ব্লাদু তাবদা খরনা তুমিন্না, খরনা নোকমি নোকমি তৌনরকপদুদা কনাগুম্বা খরনা মশাগী থোঙদু গম লাউনা থিংজিন্নখি।

# মহাকপু ঐগী ইচারা?

থাংজম বীরেন্দ্র

"নঙনা পামজনা পুরকপা নুপীসে য়ুমদা পুশিল্লকপা য়ারোইকো। ঐনা হায়রিবসিনি, জম্মকুঠি য়েংলুবদা নঙগা চানদে, নুপীসে লৌরবদি নঙগী ইজৎ মাঙড়ু হায়বা লৈবনা নৎত্রা নঙোন্দা নুপীসে পুরক্তনবা হন্না হন্না চেকশিন্না কয়ারক পীপমেন পাউমেন্নখিবদো? হৌজিক্তি নঙনা ঙমদুনা পুরল্লবনিনা ঐনা ঙস্লা নঙনা ঙস্লা হায়বদু য়েংনবা তারেদনা," বীজেন্দ্রগী মপানা মৈ হৌনা শাউদুনা মচানিপাদা ঙাঙবা ৱানি।

কনামত্তনা থেন্বা লাকপা য়াবজাৎ নত্তে। বীজেন্দ্র মকোক শাগৎলকঁই। পামজনা পুরকপা নুপীবু য়ুমগী অহল লমন্না য়ানীংদবা হায়বসে ওম্থোক্লা লুখ্রবজাৎনি। তৌফম খঙদে, পাম্বে লৈতে। য়ানদ্রবদুনা মরম ওইদুনা কাইনথঙদা মাগী থবক মফম অসামগী হোজাইদা পুরকখি। ভরাগী য়ুম অমদা মৌ অনৌবী প্রমোলিনিগা হিংমিন্নবদা তাখি।

বীজেন্দ্র হোজাই পি ঐচ সি দা ক্লার্ক ওইনা থবক তৌবনি। অশেংবা য়ুমনা লালাদনি। মফমসিদা থবক তৌরকপা চহী নিপাল মাপল শুরে। ময়ুমগা য়ানদ্রবনিনা শেল থুম্নচিংবা অমতা পীখিদবা ফনা কুইরক্লে। মাগী নুপী প্রমোলিনিনা মরক মরক্তা মপামদা শেল পীমদা মবুক মপাউ ফবা, ঈং তপচবা বীজেন্দ্রনা অদুক মরৈ মরা তৌদে। সনা শাবদা কয়াসু লোইশিনখ্রে। ঙাঙবিনবা লৈত্রবনিনা লৈশারিঙে মপামদা ফাওবা তৌরক্তবা অনৌবা মখলগী ঈরাং কয়া হৌজিক মৌ ওইরকাস্নিদা তৌখৎলকই। শাডী নান্না শেৎলগা নুমিদাং নুমিদাং পার্কি কোয়বা নোংমতা তোকপা ঙম্লক্রে। লৈশাবী শাদুনা মশম তেন্না কল্লগা খৃজিন শঙলি। ওফিসকী মথৌ চিনবা বীজেন্দ্রন ওফিস হেক কাখিবগা টি ভি গী মপাল নাইদবা নুংঙাইরবা থৌরম কয়াদা নুমিৎ তাখিবা খঙহৌদে। অনীংবা পূন্বা খৃদক্তা থুংই। মসিরা নুংঙাইনা পানবা হায়বদো ?

চহী মঙা তরুক হৌখ্রে। অদুবু হৌজিক ফাওবা মমিত্তা মচাদি উদ্রি। অদুনা বীজেন্দ্রনা মাগী নুপী খঙহন্দনা ডাক্তরগা তান্নরগা মখল মখা কয়াগী তেষ্ট তৌরুবদদি হকচাংগী কয়াৎ অমদা অশোয়বা লৈরমদুনা মচা ফংবগী আশা পূম্মাঙ মাঙখ্রে।

হন্দক হোজাই ইরিগেসন ওফিসতা জুনিয়র ইঞ্জিন্নিয়র অমা ট্রান্সফর লাকই।

মণিপুররোমগী মীতৈ মচা ওইরমাল্লে । নৌনা লাক্লিবা জে ই সে কুব্বাটারদা লৈদুনসু মীতৈনা কৃংনা তাবা মফম হোজাই নতুন বজার গীতা মন্দির লৈকাইরোমদা তোয়না নৎত্রবসু মরক মরক্তা কোয়থোরকই। বীজেন্দ্রগসু খঙনা চান্নরুবনা কোয়মীন্নে, চামিন্নে। লৈমিন্নরগদি হুইগা হৌদোংগদসু নুংশিনরকই হায়বদুগুম্না বীজেন্দ্রগী নুপী প্রমোলিনিগী ৱাঙাঙ শঙাং, শাজৎ লীচৎ, মীয়েং নায়েংনা জে ই সিবু পৃমশুম শুমহৎখ্রে।

ইকাই কুইদনা প্রমোলিনীগী নুংশি লাংদা জে ই থুখ্রে। নুংশি লাংদগী নাম্থোকপা ঙমখিদ্রে। মখোয় অনী মতম খরা নুংশি ঈপাক্তা তাউমিন্নদুনা নুংশি ঈরৈদা ঈরুপ্‌মিন্নখি। তৌইগুম্বসুং বীজেন্দ্রগী থম্মোয়দা চিংনবা ফাওখিদবদি নত্তে। অদুবু হূরানবা হূরানবী অনী ফোংনা ফাবা ওইথোকখিদে। তাঞ্জাদুদা ইখঙ খঙহৌদনা বীজেন্দ্রগী মমিত্তা মচা ধারা অমা উজনবগী তাঞ্জা অমা লাকখি। হায়ফম খঙদনা হরাওখি। অদুবু ডাক্তরনা মঙোন্দা হায়রকখিবা ৱাফমদুগা ওইবক্লিবসিগদি খেন্নখ্রেদা । অদুনা অচুম্বা অশেংবা অমা খঙনীংদুনা যোগীজান রাজবারীগী শিব মহাদেব ইবুংঙোগী মফমদা মথম্মোয় শেংনা নিজরুই, " হে শিব ইবুংঙো, ননাই ঐগীদমক্তা তম্বীরকপা শিয়োম্মুগী ঈ মতৃমসে অশেংবা ঐগী খুদোল ওইরবদি ইং তপ্পা মপুকচেল চাউবা, মীথোই মীহেনবা ইচা ওইহনবিরকউ।"

মতম খরা লৈরগা বীজেন্দ্র মপা ইবুংঙো লৈখিদবগী পাউ তেলিফোন্দা ফংলে। মপা হিংলিঙৈদা চঙবা য়াখিদ্রবসু মপাগী শ্রাদ্ধ কর্ম্মদু য়াওরনবা মমানা পীরকপা পাউনি। অদুবু প্রমোলিনিগী কুম থা শুরকপগী তাঞ্জা ওইখিবনা কর্ম্ম য়াওখিদ্রে। প্রমোলিনি মচানুপা অমা ফংজরে । মদুগী পাউসু তারমাল্লে বীজেন্দগী মমানা, "য়ুম পুবিনবা মী লৈত্রে, ইশৃগী মশকসু উনিংলে লাক্লো," হায়না কন্না হায়রকপদগী ৱানোমদুনা মশাগী পোক্লফম লালাদা অমুক ট্রান্সফর লাক্লে।

মতমগী মতুংইন্না মতম অমদা নিংথৌগুম পাল্লম্বনা লম্বীগী চীকনিবা ওইখিবা য়াওদবা নত্তে। মতমগী য়াওলদা য়েংথিনরম্বা কয়া নুংশিনরবা মরুপ ওইখিবা য়াওখিদবা নত্তে।

মতম্না অসুম হৌখিদুনা বীজেন্দ্র প্রমোসন ফংজবগা লোয়ননা অমতা পোকচবা মচানুপা থৌঙম্বদুসু মীৎমাঙদা চাউখিবা খঙহৌদে। প্রমোলিনিগী পুন্সিদসু অহোংবা কয়া লাকখ্রে। হৌজিক থৌঙম্বা মপাগীনা নুমিৎ অদুগা মমাগীনা থাজ ওইরক্তুনা যৌবনগী শারেপ তাল্লিবা নুপামচা অমা ওইরক্লে। অদুবু মমা মপাগী চাউরবা আশাগী ওন্ন তৈনবদা মমা মপানা পামদবা মীওই কয়াগা সঙ্গ ওইরক্লে। হায়রুরবসু মানা থোকপা অমা খুল্লি।

ফত্তবা মীগী হীদাক লৈতে হায়নবগুম, থৌঙম্ববু ফন্নবা হোৎনবা পৃম্বা নৃংদা ঈশিং চাইবগুম থোক্লে। দ্রগনচিংবা শীজিন্নবগী পাউনা মনাকোং শীংজা য়ৈখ্রে। বি

এ দু ফাওবদং পাস তৌহৌববদি হযেং মপানা থবক্তগী পোখারগসু মহূৎ শিন্দুনা থবক চঙহৌবা য়ানবা মমানা ফনা কন্না লোন্না ফোঙনা ব্লারকচৈ অদুবু উত্তা ঘী হৈবদু মঙায়রে । নুমিদাং থেঙনা হঞ্জিল্লকপদা মপানা থোঙ হাংদনবা ফনা কন্না হায়জরবসু মমানা মচা নুংশিবসি খরা হেনব্রা খঙদে লোন্ন লোন্না হেক্তা হাংদুনা মচঙহল্লম্মী।

বীজেন্দ্র মওং মওং খল্লি। পুন্সি মাঙলমচত্তা ঈশ্বরবু সাক্ষী থমদুনা ব্রাশকখবদুগী খূদম চাংদমগী ওইবক্লিবা মওং মতৌদু মহাক্লা খঞ্জখিবগী ওন্নতৈনবা ঙাক্তা ওইবনা পুক্লিং লৈতাফম খঙদে। ব্রাখল থোক্তে, চময়ে। অমুকসু খন্দোরকই, "ইচা মতোমদা ওইবনা খরা লুনা চান্না তৌবদগী খবা কেথোক মৌথোকচবনি। অঙাং ওইবগী তৌজবনি, জ্ঞান তাবক্লগা শোয়দনা ফজখিনি।"

ঙসিদি নোংমাইজিং নুমিৎনি । বীরেন্দ্র ফাইনানসিএল ইয়র লোইশিনবগী শূদবা য়াদবা ওফিসকী ফাইল খবা মযূমদা পুবক্লগা মচা হঞ্জিল্লকপা ঙাইদুনা ঙবাং অহীং চূপ্পা শূবগী হৌগৎত্রি । তাঞ্জাদুদা মপান্দা লাকপা মীওই খরনা কোলিং বেল খীংলকই । মশা বি পি ব্রাংই হায়দুনা হীদাক চাদুনা ফমুংদতা লৈবী মাগী নুপী প্রমোলিনিনা হৌগৎলগা থোঙ হাংলুবদদি পুলিস খবা ওইবন্লে। খংপ্রেক খংই।

পুলিস ওফিসাবদুনা হাযবকই, "নচানুপা থৌঙম্বা ড্রগ কববাব তৌবগী ফাবে। আইন্না য়াদবা লালহৌবা কাঙবু অমগী চে চাং অমদি নোংমৈ মশাদগী হকথেঙননা ফাগৎলে। হৌজিক যূমসিদা কবিগুম্বা পোৎ খবা লৈবি হায়বা খঙদুনা পোত্তু থিবা লাকপনি । মমা মপা ওইবিববা? ওফিসতসু অমুক্তা লেঙনবা তৌসি। কম্সতেবলশা ইমুংদা চঙদুনা থিবা হৌবো।"

ব্রাদু তাবদা ফমুংদগী ফুক হৌগৎগা থোবক্লিবা বীজেন্দ্রনা মঙে নীকপমখৈ হায়বকই, "মদু মমানি । ঐদি মপা নত্তে। মপাগী লৈফম ঐ খঙদে। মমা ওইনা ফাখ্রো।"

"কবিনোনে মখোয় পাবুংনা হায়রিদুবো?" প্রমোলিনিনা ইঙক ঙক্লা হায়রকপনি।

"ওক্তলী, ঐ. ইশাগী কযাত্তা অশোয়বা অমা লৈদুনা পুন্সিদা ইচা পোক্লবোই হায়রন ডাক্তবনা সার্টিফিকেট পীরবা মীনি। ঐনা নঙগী য়েংদুনা নঙগী নচাসে যোক্লকখিবনি। ঐনা মহাভাবতকী পাণ্ডু, নঙনা কুন্তি।"

পুলিস ওফিসাবদুনা শাউরংননা হায়বকই, "নশাগী অশেংবা ঈ নংত্রবসু নশানা যোক্লকপা অঙাংনিনা মদুগী অফ ফত্তগী দায়িত্ব পূম্বা পাণ্ডু নঙগীনি । অদুনা নঙ আইনগী মখূত্তগী লযথোকপা যাগদৌরিববো?"

বীজেন্দ্রনা মক লূকথবগা য়াম্না নীংবা কায়না শোল্লকই, "মহাকপু ঐগী ইচাবা?"

# থেঙলবা অহীংদা

এল পদ্মমণি দেবী
বাংলাদেশ

বসন্তা ঋতুগী থোইদোক্লা পূক্লিং হূত্নবা ফজত্নবা পুণিমা নুমিৎকী থেঙলবা অহীংসিদা হোসপিতালগী মমাঙদা পাক্লবা সড়ক অদুদা চেল্লিবা গাড়ী অমদি রিক্সোশিং তন্দনগুম্না অমা অনীতা মনীং তম্না চেল্লি। খূদক্তুদা হোসপিতাগলগী ইমরজেন্সি রুম মমাঙদা কার অমদগী নুপী অমা কূমথরক্লগা রুম মনুংদা চঙলকই।

ডাক্তর চাউবা সরজরি তারি। মহাক্লা মক লুকথদুনা সরজরিগী লাইরিক অমা পারি। মাগী জুনিয়র অনীদুনা চেয়ারদা উইদুনা করম্না নোংঙানগদগে হায়বগু মমিৎ উইশিন্দুনা খাঙলি। স্তোর বিয়ারর অমা আয়া অনীদুগা ফ্লোরদুদা ফি থারগা তূম্লি।

“ডাক্তর, ডাক্তরবাবু ।”

ডাক্তর চাউবনা খল্লি, মায়কৈ পূম্না পূমচীক চীক্লবা অসুক থেঙলবা অহীংসিদা কদোমদগী লাকপা নুপীগী খোঞ্জেলনো?

“ডাক্তরবাবু, ঐগী ইপুরোইবসে এক্সিদেন্ট থোক্তুনা জ্ঞান তাখিদরে। গাড়ীদগী পুথরক্লবা স্ট্রেচরগা বিয়াররগা অমুক্তং থাবিবক্লব.দি ওম্থোক্লা পেঞ্জগ্রনিদা।”

থোঙলোমদা মেংথোকখিবদা মকোক মরু ইফা ফানা নুপী অমা ইপা পাখংনা লেপ্তুনা লৈরম্মী। ডাক্তব চাউবা অহানবদদি মঙলা খল্লুবনি।

“ও, সিওর। শোয়দনা থাজবক্লগে।”

ইমরজেন্সি রুমগী পংঙান ঙান্দবা থাউমৈগী মরুম ওইরপ তৌবা থোঙজিল্দুদু নুপীদু লেপ্লি। চেন্থরকপা ঈনা মশাদু পূমচোং চোংলে।

“এক্সিদেন্ট থোক্লুরিবদুবু নপুরোইবরো নংত্রগা নশারো? নশাদু ঈনা লোইরেনে।”

নুপীদুনা মমায় লয়থোকখ্রগা হায়রকই, “ডাক্তরবাবু ঐ কোন্না ব্রারী লীজগে। ঐগী ইপুরোইবসে লায়কল্লনবা হান্না অমুক্তা তৌবিখে। প্লিজ, খরা খুবিরো।”

নুপীদু চেনশিল্লক্লগা ডাক্তর চাউবগী মখোঙ পায়দুনা খুরুম্লে। চাউবগী ইঙ্গিৎ ফংলবদা মাগী লৈমিন্নরল্লিবশিংদু ব্রা অমতা ঙাঙনদনা ফুক ফুক হৌগৎনরগা মপাল্লোমদা থোক্লখ্রে।

ইকুই কুইদনা স্ট্রেচরগা বিয়াররশিংদুনা জ্ঞান তাদ্রবা মীওই অমা থংনবা কাদুদা পুশিল্লকই ।

ইন্টর্নি ডাক্তর অনীদুগী মনুংদগী অমা চঙলক্লগা হায়রকই, "সার, পুরক্লিবা পেসেন্টসি খরা সেরিঅস ওইরে।"

ডাক্তর চাউবনা হায়রকই, "অদুদি আফিসিয়েল রেস্পিরেটরদু হাপচিল্লগা ওপরেসন থিএটরদা পুশিল্লম্লো । ঐ এপ্রোন হোংদোক্লগা লাক্লগে।"

ডাক্তর চাউবা শেৎলি লীৎলিবা মফি মরোলদু হোংদোক্লগা অশংবা এপ্রোনদু হোংদোক্লগা ও টি রোমদা চঙখ্রে।

ওপরেসন লোইবগা বেসিন্দা মখূৎ হামদোক্লিঙৈদা ইন্টর্নি ডাক্তর অমনা হংলকই, "সাব, মীওইসি করম্না এক্সিদেন্ট থোক্লুরিবজাৎনো খঙবিব্রা?"

"ঐনা মহাকসিগী নুপীদুদা হংবদা কোন্না লীগে হায়। অদুবু শোক্লিবা খূৎশোকসিদদি, ঐগী এজুমসন্দা, রোদ এক্সিদেন্ট ওইরমদৌ মাল্লি। মহাকসি য়ু খরা ঙাওবা মাল্লি।"

অমনা পাংশিল্লদুনা হায়রকই, "উম, চুস্মী সার। অলকোহোলগী মনমসি হৌজিক ফাওবা কোক্লি।"

পূং অনীরোম ইন্টেনসিপ কিয়ার ইউনিটতা থল্লবা তুংদা নিপাদু জ্ঞান তাবক্লে। মদু উবদা ডাক্তর চাউবনা ইন্টর্নি ডাক্তর অমদা পেসেন্টদুগী নুপীদু কৌরুনবা থৌদাখ্রে।

ইকুই কুইদনা ইন্টর্নি ডাক্তরদু চঙলক্লগা হায়রৈ, "সার, ইমরজেন্সি রুমদা কনাসু লৈহৌদে। ব্রেটি সেটতসু।"

"করিনোনে কনামত্তা লৈহৌদে হায়রিসিবো! নুপীদুখক্লা মহাক্কী মপুবোইবনি হায়দুনা পুরক্লম্বদাইনে? ফিভমসিদা নুপীদুনা মপুরোইবসে থল্লল্লগা লোন্না চৎখিনি হায়বদি থাজদেদা। অদুনা ইঙক ঙক্লা হৌগৎলগা মপাল্লোমদা থোরক্লে ডাক্তব চাউবা।

ভেরন্দাহদা কোয়চৎ চত্তুনা খিবদা ফংদ্রবদা গেট তম্না থোরকপদা ইলেক্ট্রিকী মৈঙালনা পূমঙাল ঙাল্লবা উখোং অমদা ঙসাইগী নুপীদো কপ্তুনা ফন্নল্লি। ডাক্তর চাউববু উবদা থোইনা হেন্না মখোল থোক্ল কপথোরক্লে।

নুপীদুগী মওংদ্দা ডাক্তর চাউবনা চঙশিল্লগা মখূৎ শমদুনা চিংখৎকে তৌরুবদা নুপীদুনা মখূত্তু লোৎশিল্লগা হায়বকই, "ডাক্তববাবু, প্লিজ ঐঙোন্দা শোকপিরকনু। ঐ নঙগী অদুঙৈগী লীলাবতিদু নৎত্রে। ঐ ইপুরোইবা লৈরবী জাতি অমগী মৌ ওইরবী লীলাবতিনি।"

ডাক্তর চাউবা খংপ্রেক খংই। মতুংলোমদা খোঙথাঙ অমা হন্দোক্লগা মুন্না য়েংই। অদুঙৈগী থম্বাল লৈনাগুম্বী মহাক্কী থম্মোয়গী থোঙ্গালদা লৈশাং তমজবী লীলাবতিদু শং শং উরকই। মহাক্না মেডিকেল তম্লুরগা হল্লকপদা ময়ূম পানগ্রে হায়দুনা থম্মোয়গী নুংশি মরীদু হিংথৎ থদংনখিবনি।

ডাক্তর চাউবনা ব্যবহারদা কোইরপ তৌনা হংলকই, "ঙসিগী থৌদোকসিবু?"

"ঐগী ইপুরোইবসে ফোরেন্নরনি, " হায়রগা মমায়দু ঙাইহাক লৃকথরুরগা অমুক হনগৎলক্তুনা মখা তারকই, "মীতৈ নত্তে। ঐখোয়না ঢাকাদা লৈরিঙৈদা পাবুং কনাডাদা মাগী থবক্কীদমক থা তরুক ত্রেনীং চৎখি । মতমদুদা ঐনা ইউনিভরসিতা ক্লস য়াওবা চৎপা মতমদা মহাক্না ঐবু কিডনেপ তৌরগা অরোনবা মফম অমদা থা কয়া বন্দীগুম্না ফাজিন্দুনা থম্বীখি। চহী অমগী মতুংদা ঐ অঙাং নুপী অমগী মমা ওইরে। ঐনা ঐগী ইচাদুদা মীতৈলোন তম্বী হায়দুনা ইনেম্বোক্তুনা মচানিপাদা তমশিন দুনা ঐঙোন্দা য়াম্না ওৎ নৈহনখি। ঐনা তত্তনা হায়জে, মদুদা করি কায়বা লৈবগে? চাওখৎলবা জাতি কয়াগী মীওই কয়াসু মণিপুরী লোন অসি তম্‌খি, ঙাঙখি । অদুদগী মানা ইচাদো ইতম্বাকতগী মুল্লগা পুখি। মদুদা নিশাগী অশাবা মনিল ব্রা ব্রা কারিবা মহাক্না তৌরকপা য়াবশিংদু খঙলদুনা তান্নরুবদা এক্সিদেন্ট থোকখিবনি।"

ডাক্তর চাউবনা হংজিল্লুই, "অদুনা লোইরবরা?"

শ্বর চাউনা অমুক্তা হোন্দোক্লগা লীলাবতিনা তপ্না হায়রকই, "লোইদ্রি । ঐগী থম্মোয়গী বসন্তগী লৈরাংদি কেনখ্রে। অরিবা লৈনাসু কেমখরে। অচীকপা অহীংসিনা ফনা চীকচরবসু ঐগী থম্মোয়গী বসন্তদুদি মহৌশাগুম লাক্লরোই।"

# লান নঙননিকো

খুন্দ্রাকপম ইন্দ্রানি

অহীং পুং অমা হেনজিল্লক্লে। চাগনি থক্কনি খঙদ্রবী বাধা তুল্লিবা মচানিপা বোহিতকী মনাক্তা মচাগী মায়থোঙদু য়েংলদুনা মপি চদুম চদুম শিন্থবি। মপুবোইবা বাজেসনা মকোক্তা নুংশিনা নাম্থবিবদুনা হন্না হন্না থেমজিল্লি। মপুক্লিংদদি বাজেসসু কপ্লিবনি। নিপা ওইবগী হৈনবা ফনা ব্রাববসু খাঙবা ঙম্বগী শক্তি অমদি যাওবি। শক্তি অদুননি বাজেশকী থম্মোয়না ফনা কপ্লবসু মদুবু মপান থোকহন্দনা মাগী নুপী বাধাবুসু হন্না হন্না থেমজিনবা ঙম্লিবসে।

ডাক্তবনা থাবা মতমদো যৌবক্কদৌবে। বাধা লেবব কমদা পুশিনখ্রে। ডাক্তবনা ইবকপা হীদাক লাংথর্কশিংদুসু লৈকদুনা পুশিনহনখ্রবনি। তাঙ্গাদুদা নর্স অমনা, বাজেসপু চঙলকউ হায়দুনা কৌশিল্লবে।

মনুংদা ফল্লম্বা ডাক্তবদুনা হায়বকই, "মিস্তব বাজেশ, নঙগী নুপীগী কেসসে খবা ক্রিতিকেল ওইবে। অসি হায হায়দুনা ঐখোয়না কোমথোক্কদবদি নত্তে, হোৎনবা যাবা হোৎনগনি। অদুবু ব্রাফম অমদি . . .।"

বাজেসনা ডাক্তবদুগী ব্রাফমদু লোইফাৎত্রিঙৈদনা মবক থৎনা ইপা পাখৎনা হংজিল্লু, "ডাক্তব, কবি ব্রাফম্নো হায়বিযু।"

"লৈবিবা কন্দিসনসিগী মতুংইন্না, শেংনা হায়ববদা অদোম অঙাং কনবা পাম্ব্রা নৎত্রগা মমা কনবা পাম্ব্রা?"

আশা শূক্তৌ তৌখিদবা ব্রাফম অমা হায়বকপদুদা বাজেস কোকচাউবী ফুং কাবক্কুনা লৱাইগী শম চপ যুংলকই। ঙাইহাক লুকথদুনা খল্লগা তপ্না খুম্দোবকই, "মতাক কন্দবা যাদর্বনি। মহাক্তি ঐগী থৱাযনি।"

"অদু ওইববদি, ফোর্মসিদা অদোমগী সহি অমা তৌবিবো," হায়বগা তেবল মথক্তগী চে অমা লাম্লগা পীশিল্লকই।

বাজেসনা ফোর্মদু লৌবগা সহি তৌবগা অমুক পীশিনখ্রে।

রাধাগা মখোয়নীনা মতম চঙনা শাগৎমিন্নরকখিবা আশাগী মখোল নাইরবা দলালদু মঙাও থীরবা নোংলৈ নুংশিৎ অমনা খংহুম হুমজিল্লকপদা লৈঙোইতনা শাবা দলান ওইরমদুনা মীৎমাঙমক্তদা কিন্থুরকপগুম মচা ফংলগনি হায়বগী ব্রাখলদা হরাওজরুবা পুম্বা মঙলান ওইখ্রে।

রাধাগী হকচাংগী ফিভম্মা তঙাই ফদনা মতুং মীরোল্লক্তনবসু তৌখ্রে হায়না ডাক্তরনা হায়রম্লবনি। ওপরেসন লোইদুনা রাধানা জ্ঞান তারক্লবদা মচাগীদমক অঙাওবীগুম কপখি রাধা। রাজেসতা মচাবু করিগীদমক্তা কলহৌদবগে হায়না হংখি হঞ্জিন হঞ্জিন। উপাই লৈত্রবা রাজেসনা মাগী রাধাবু থেমজিনবা ঙম্লক্ত্রদুনা মখোয়নীমক মখোল থোক্লা কপ্‌মিন্নরে।

ইমুংগী মীওইশিংসু হোসপিতালগী হন্নখ্রে । হপ্তা অমরোম ফারক্লবদা ঙসিদি মখোয় য়ূমদা হন্নবগী দিসর্চাজ তৌরো হায়রক্লবদা মখোয় অনী গাড়ী অমা ব্রায়রগা হল্লক্লে। লমখাঙদা কাঙলুপকী ইরাংদা মী কয়া শিরে, য়ূম কৈ কয়া মৈ চাকখ্রে হায়বগী পাউ ফংদুনা তঙায় ফদনা মখোয় লম্বী য়াম্না কোইথোক্লা চৎপদা তারে।

মখোয়না গাডী তোংদুনা লাকপদা, অথাপ্পা খুনশিংদগী মফম কয়াদা মৈখু ব্রাংনা ব্রাংনা কারক্লিবদু উবে লোয়ননা মীওই কয়া লাঞ্জেন্নবিবদু থাপুক্লা উরে । মখোযনা লাকপা লম্বীদুদা অমুক হনগদবদসু মায়কৈ অদোমদনা হেন্না মৈখু কারক্লিবদু উবদগী শিরসু শিনা হেক্তা লাইবক য়েংলসি হায়দুনা অদুম লাক্লে। খুন য়ৌশিল্লক্লে। মীদি অমতা উদে অদুগা য়ূম কযাদি মৈ চাক্লম্লি।

মখোযনা গাড়ী থৌবক্লিবা সড়ক্তদা চহী অমগা মখায়রোমগী অঙাং অমনা মখোঙ থাংবা হৈবোই হৈতবোই, অমুক তু অমুক হৌগৎ, খোঙথাং অমা অনীমুক থাং অমুক তু, শুফাত্তবা লোন্না "মা, মা, মা, মা, . . " কৌদুনা লৈরম্বদু উরুবদা গাড়ীসিদা তোংলক্লিবা পুম্বা মথম্মোয কায়খিদবা কনা য়াওরমগনি? ড্রাইভরদুনা গাড়ীদু খাল্লগা রাজেসকা মখোয়নী চঙশিন্দুনা নিপামচাদু পমখৎপিরে। অঙাংদুগী পরিচয় লৌনবা হোৎনবদা নীংথিনা ঙাঙবা লৈত্রিবনা করিমত্তা খঙদ্রে । ফিভমদুদা নুপামচাদু হুন্দোক্লম্লগা লাকপা ঙমদদুনা অনকপা অদ্বাইদা কনা কনা লৈবগে হায়দুনা কোয়য়েং য়েংবদা ড্রুঙ ড্রুঙ মৈ চাক্লিবা য়ূমশিংদুদগী হেন্না করিসু উদ্রে।

অঙাংদু রাধানা কপ্লগা কোনশিনখিবদগী থাদোকউ য়াখিদ্রে। মহাক্কী মচানি হায়না হন্না হন্না কপঙাঙ ঙাঙলকপা নত্তনা অতোপ্পা ব্রাহৈ অমতা রাধাগী মচীন্দগী থোল্লকখিদ্রে।

রাধাগী মওংদু উবদা রাজেসনা হাযবকই, "ফিভমসিদা অঙাংসি কমদৌনা মথন্তা থাদোক্লগা থল্লমগনি ? অঙাংসি পুর্থ্রসি । য়ূম য়ৌরগা কোন্না পুলিসতা পাউ পীনবা তৌসি। ড্রাইভর চৎনবা তৌবসি।"

মখোয় লাকমিন্নরে। গাড়ী মনুংদুদা তোংনা তোংনা রাধানা অঙাংদুগী মিং রোহিত হায়না থোনখ্রে। যূম য়ৌরবদা গাড়ী থাদোকখ্রে। রাজেসনা পুলিসতা পাউদু খঙহল্লুরবসু কনানসু মখোয়গী মচানি হায়রকপা লৈখিদ্রে।

চহী তরামঙারোম হৌখ্রবা তুংদা ইখঙ খঙহৌদনা পাঙন নুপা অমগা বুঁখা উম্প্রী পাঙন নুপী অমগা লাক্লুনা মখোয়না য়োকচরিবা রোহিত অসি মুহমদ রহিম অমদি রেজিনা বিবি অনীগী মচানি । কাঙলুপকী ঈরাংদা মাঙখিবনি। মমা মপানা থিরক্লবনিনা অঙাংদু পীবিরো হায়ররে । মখোয়নীগী থম্মোয় মচেৎ মচেৎ তানা কায়রে। পীদনবা ওৎলৈ পালৈ তৌদুনা খাঙলে। য়ানদ্রবদা রহিম অদি রেজিনা শাউনা হনখ্রে।

নুমিৎ তরানিরোম লৈরগা কোর্তগী নোটিস অমা লাক্লে মদুদি মখোয়না মখোয়গী অশেংবা মচামক্লি খন্না য়োকচরিবা রোহিত হায়বসি মুহমদ রহিম অমদি রেজিনা বিবি অনগী মচানি । কাঙলুপকী ঈরাংদা মাঙখিবনি। মমা মপানা থিরক্লবনিনা অঙাংদু মাগী অশেংবা মমা মপাদা লাক্লিবা তাং ১৪ ফাওবগী মনুংদা শিন্নগদবনি।

"মমা, পপা, ঐ নখোয়নীবু থাদোক্লুনা কৈদসু চৎলোইয়ে। ঐদি য়ূমসিদা সুম লৈদোইনে।"

রোহিতনা মঙওই হাওই হায়রকপদুদা মমিৎ পাঙনা পাঙনা মঙলুবা মঙলান্দু মীকপ খংথোক থোক্লকই ।

"য়ারোই, মমা ঐগী ইথাদগী মচাবু শেত্তোক্লুনা কনানসু পুখিবা য়ারোই," হায়না খংলাউ লাউরম্লগা মচাদু শুপকোন কোনশিল্লগা লাউ খোংদুনা কপখ্রে। রাজেসনা রাধাবু থেম্বা লাক্লরি । অদুবু রাধাগী মীকপ্তু হম্থুরকপদি লৈখিদ্রে।

নোংঙাল্লে । অয়ুক পূং ১০.৩০ রোম তাবগীদুদা মুহমদ রহিম অমদি রেজিনা বিবি সরকারগী উকিল অমগা পুলিস খরগা থুংলরে। কপমনবদগী পোম্খৎলবা য়োকচবী রাধাগী মমায়দু উবদা রেজিনা বিবি মচাদু শীউ হায়বা ঙমখিদরে।

রহিম্না মচাদুগী মনাক্তা চঙশিল্লগা হায়রকই, "ইবুংঙো, ঐখোয়সে নঙবু হেক পোকপা নপা নমানি। নঙ ঐখোয়গা লোয়ননা ঙসিদগী চৎলগদবনি।"

রোহিতনা কপ্লা কপ্লা, "ঐ ঙম্লোই । নখোয় চৎখ্রো। ঐগী পপা মাদি সিদা লৈরিবসিনি, " হায়রগা কপ্তুনা লৈরিবা রাধাগী মনাক্তা চেনশিল্লগা মমা মচাদু কোনশিনমিন্নদুনা নোং খোংবগুম কপমিন্নখ্রে।

রেজিনা বিবিনা মচাগী মনাক্তা চঙশিল্লগা মকোক্তা নুংশিনা নাল্লদুনা হায়বকই, "নহা'চৌবা অব্দুল, ঐখোয়গা লোয়ননা চৎলসিনে নঙবু। ঐখোয় নঙগী অশেংবা নমা নপানিনে। মিনুংশি খঙদ্রবা কাঙলুপকী লান্দুনা ননেনা পুরগা চেনখ্রগা

ননেদুগী অশিবা মশাদু কোন্না ফংখিবনি। নহাক মাঙখিবদগী নমা ঐদি অশিবগা পাংখক ওইরক্লবনি। অদুবু নঙগী নরাইবক ফবদগী মখোয়না নঙবু থেংনদুনা য়োকপিরম্বগী মখোয়গীদমক ঐনা মপুদা হন্না হন্না দুআ তৌজরি।"

"নৎতে, ঐবু অব্দুল কৌবিনু। ঐগী মিং রোহিতনি। ঐগী মমা পপাদি হিন্দুনি অদুগা নখোয়না মুসলমাননি। নখোয় চৎখ্রো।"

মথম্মোয় শোক্লবী রেজিনা বিবিনা তেংথা নাওইননা কপ্লক্লে, "ধর্ম্মগী মিংদা শোক্লখিবা হে লান! নঙনা নুংশিরবা ইচাবু ইথাদগী শেন্তুনা চহী তরামঙা হেন্না থম্বীরুরে। অদুগা হৌজিক্লা অমুক ধর্ম্মগী মিংদা ইচামক্লা ঐখোয়বু ইম্থোকপিরে।"

রোহিতনা রাধাবু অমুক্কা চেৎনা কোনশিল্লগা কপ্ল কপ্লা হায়রকই, "মমা, ঐ নঙবু থাদোকপা ঙম্লোই। ঐ উদ্রবদি নঙ মীৎকুপ অমফাও লৈবা ঙমদদাইনে?"

মচাগী অসিগুম্লবা ওম্থোক্লা থোৎ নৌখ্রবা ব্রাহৈশিংদু তাবদা রাধা লাউ খোংনা কপ্লক্লে।

রাজেস ঙসাইদগী তুমিন্না লৈরম্বদগী রোহিতকী মনাক্তা তপ্না চঙলক্লগা হায়রকই, "ইবুংঙো, হৌজিক্তি য়াররোই । উকিলসিনা পায়রক্লিবা চেসি নঙবু লৌরুরো হায়বগীনি। মদুদা য়াদ্রগনা নমদুনা পুনর্বনি লাক্লিবা পুলিসশিংসে। ঐখোয়দি নঙগী অয়োকপা নমা নপানি। মখোয় অনীসিনা নঙবু হেক পোকচবা নমা নপানি। পপানা হায়গদবদি মী অমগা মী অমগা খেন্নবা লৈতবনি। হিন্দু মুসলমান ঈশ্বর মাগী মচা ঙাক্তনি, চপ মান্নবনি। ধর্ম্ম হায়বসিদি ঐখোয় মীওইবনা শেন্নগা মফম মতমগী মতুংইন্না হোংদোক হোংজিন তৌবনি। নহাকসু পোকপদা মুসলমান ওইরম্মী অদুবু হিন্দু ঐখোয়না য়োক্লকখিবনা হিন্দু ওনবনি। নঙগী অশেংবা ইমা বাবানা য়োক্লগা অমুক মুসলমান ওল্লগনি। মসিদা করিসু চিংননীংঙাই লৈতে। লান্না লৌবা ফত্তে, মখোয়না নঙগীদমক্তা কয়াদা ব্রাজরমগদবা! মদুসু নঙ খল্লু। মখোয়বু মবুক্লিং নুংশিহনগনু, চৎলো । মমা পপাসু নঙবু উনবা হেক হেক লাক্কনি।"

মচাদুনা মপাগী মখোঙ কোল্লদুনা কপ্ল কপ্লা হায়রকই, "পপা, নচাবু ঙাকপিয়ু। ঐ করিমত্তা খঙদে। ঐদি মমা পপাগী মচানি। ঐবু তাম্থোকপিগনু। ঐবু য়ূমসিদা লৈহনবিয়ুনে পপা।"

রাজেস রাধা কপ্লা নত্তনা উপাই লৈখিদ্রে। মখোয়নীনা ব্রা মঙাঙখিদ্রবদা মচানুপাদুনা রেজিনা বিবি অমদি রহিমগী মনাক্তা চঙশিল্লক্লগা খুরুম্লগা হায়রকই, "ঐবু পোকপিবনি হায়রিবা ইমা বাবা অনীবু নচানা খুরুমজরি। নচাবু ঙাকপিয়ু। ঐবু য়োকপিরক্লিবা মমা পপাসে ঐ য়াম্না নুংশিজে। ঙসি নখোয়না ঐবু লৌবা লাক্লনি হাযবদুদা ঙরাং অহিংসু মখোয়নীনা ঐবু কোল্লগা অহীংচূপ্না কপ্লগীনি মমায় মমীৎ পূংপোম পোল্লিবসে। মসিদা নখোয়না ঐবু নমদুনা পুখ্রবদি মখোয় করি ওইহৌগনি?

মদু ঐবু য়োকপিরকপগী প্রায়চিতলা? নখোয়গী নচা অব্দুল ঐসে বোহিত ওইনা মখোয়গা অদুম লৈমিন্নজহৌরগে।”

মচাদুনা হায়বক্কনি হায়না আশা শৃক্তৌ তৌকদবা ব্রাদু ঙাঙলকপদুদা বেজিনা ও খোংনা কপখ্রে। উপাই লৈতনা কাঙলুপকী লান্দুনা হঞ্জিন হঞ্জিন তাইনরকই, “হে লান, নঙননিকো পৃম্নমকসে। ইচাগী নুংঙাইবনা ঐখোয়গী নুংঙাইবনি। অসুক নুংশিনশ্রবা ইমুংসে থুগাইববোইসি অব্দুল মপা। নৎত্রগদি ঐখোয় জনৎ ফংলবোই, অল্লাহনা ঙাকপিববোই। হৌজিক্তি খঙলবনিনা ঐখোয়সু মবক মবক্তা লাক্লগা উনববগা লোইবে।”

নৃংগুম কল্লুববা বহিমগী থম্মোয়সু বোহিতকী ব্রাঙাঙ অমদি মখোয়গী মতৌদুদা পেখরক্লমাল্লে, কোত্তিগী পুবকপা য়াথংচেদু মচেৎ তানা শেগায়বক্লে। বেজিনা অমদি বহিম্না মচাগী মনাক্তা চঙলগা মচাবু চেজেৎ কোনশিনবিবগা হন্না হন্না চুপ্লিবক্লে। চুপ্না য়াবমখৈ চুপ্লগা মচাবু মখূৎ পায়দুনা চিংশিল্লক্লগা বাধা অমদি বাজেসতা শিন্নবল্লগা কপ্না কপ্না থোকখবে।

# কাউবা ঙমদে পোক্নফম লমদম

সাপম বল্লব সিংহ
পলারবন্দ, কছার

র'জেন্দ্র নগর, সনাকোনুং দিল্লিগী মফম অমনি। মফম অসিগী সোড়োক লমজাওগী মতাইদা লৈরিবা খোঙলম্বী অমদা মণিকান্ত মখোঙনা চৎলি। অয়ুক পূং তরামথোই খরা হেল্লে। মহাকনা চৎলিবসি মফম অসিদা লৈবা স্তেট বেঙ্ক অমদা ড্রাফ্‌ট কায়বা চৎলিবনি। দির্ল্লিদা লাকপা অহানবনিনা মহাক মবক মরক্তা তুংলোমদা হন্না অমুক মুক য়েংই। মাঙদা পঙথাপ থাপ্তুনা লৈরিবা বস স্তোপেজদু য়ৌদ্রিঙৈদা অমুক তুংলোমদা য়েংথোরকপদা চহী তরাতরুক তরাতরেৎলোমগী নুপীমচা অমা মহাক্কী মতুং ইল্লক্লি হায়বদু খঙলে। মহাক্না লেপ্লগা নুপীমচাদুসু অদুম লেপখি। চৎপা হেক হৌবগা নুপীমচাদুসু অমুক চৎপা হেক্তা হৌরকই। পঙথাপ থাপ্লবা নত্তে। শিনফম্নগা পুলিস ওইশিল্লে, মণিকান্ত মথম্মোযদু তপথবা ঙমদ্রে। মানা শেলগী চৎলিদুগা ইন্নবক্লিবদুগা চাংদম্নদুনা য়েংলুবদা নুংশা থীবা ফাওরকই। নুপীমচাদুনা মীতৈমচা ওইরবদি করিসু খল্লোইদৌবা।

মণিকান্তা শাজেন তৌদুনা চৎপা হৌরে। বস স্তোপেজ য়ৌরবদা বস ঙাইরিবা পেসেঞ্জরশিংদুগী মনাক্তা ঙাইহাক লেপ্তুনা লৈরে। নুপীমচাদু-নু য়ৌরক্তুনা মণিকান্তগী মনাক্তা নকশিন্না লেপ্লবে। মণিকান্তদা হূরান হূরান তোম্না হেক হেক য়েংলক্লিবদুদা মণিকান্তা হান্নদগী হেন্না অকি তুজুংবা অমা পোক্লক্লে। মশ! পূম্বা হুমাং অনপ্পী কারক্তু" রুমাল লৌথোক্লগা তৈথোকই। মণিকান্তনা খল্লিবা ৱাখলদি, 'নুপীমচাসিগী মওংসিনা তাক্লিবদি মহাক গেং থূৎপু অমগী মীওই ওইবস্বা য়াই। ঐঙোন্দগী শেল মুন্নবা নৎত্রগা শেলগীদমক্তা কিদনেপ তৌনবা নত্তনা মহাক্না তৌরিবা অসুম্না কনানসু তৌরোই। থৌদোকসি মফমসিদা তোযনা হেক হেক থোকপা থৌদোক্লি।'

মণিকান্তগী মায়থোঙদু চিংনবা কয়ানা কূর্ণশিনখ্রবসু নুপীমচাদ্গী মায়থোঙদুদি শকফম কায়দনা তনৌ তনৌনা অদুম লৈবি। মশক মতৌ ফজে, ঙোই, ৱাং চাউই।

মহাক্কী মায়থোঙদু উবগা য়াম্না তমথীবী, অবানবী লম্বীদা চৎপী নুপীমচা অমনি হায়না কনানসু খনবা ঙম্লোই।

মণিকান্ত নুংশা থীবা হেঞ্জিল্লকপদগী বস স্তোপেজদু থাদোক্লুনা বেঙ্ক য়ৌনবা মখোঙনা অদুম চৎপা হৌখ্রে। ফনা তৌদুনসু থম্মোয়নুংগী অকিবা অদুদি কনাদসু খঙহন্নীংদে। মবমদি হৌজিক মহাক চহী নীফূবোম য়ৌববা মীওই অমনি।

বস স্তোপেজ অদুদগী স্তেট বেঙ্ক অদু পংথাপ থাপ্পা নত্তে। বেঙ্ক য়ৌবগা মণিকান্তনা মাগী দ্রাফ্‌টতু কাউন্তবদা পীশিনখ্রে। মতম কুইবা নত্তে । মণিকান্তনা থোবকপদা কাউন্টবগী মপাদা ঙসাইগী নুপীমচাদু চৌক্রি অমদা ফমদুনা মণিকান্ত ঙাইবগী মওংদা অমুক লৈবল্লে। মণিকান্ত শ্বাই লাউই । মঙলা হাবা খল্লকই। শেনফম খবা চাউবা দ্রাফর্টাননা অমুক লৌথোক্লুবগা হল্লগে হায়না খল্লক্লে।

অসুম্না খল্লিঙৈদুদা নুপীমচাদুনা মণিকান্তগী মনাক্তা তপ্না চঙশিল্লক্লগা ইংলিসতা হায়বকই, "অঙ্কল, এক্সক্যুজ মি।"

মণিকান্তগী ৱাখলদু আঃ যৌখ্রে। খল্লি, "শোয়দ্রেদনা । ঐগী অবোইবা নুমিৎ হায়দো ঙসিসে ওইববোইবে। কবম্না নাম্ভোক্কনি সিদি ?"

হংলক্লবনিনা কবিগুম্বা খবদি খুমদবা য়াদবনিনা কবিসু পাখত্তবা শাদুনা খুম্লুই, "ইবেম্মা, কবি হায়নীংবা লৈবগে?"

নুপীমচাদুনা লৎনবা তৌদনা মখা তানা হংলকই, "অঙ্কল, নহাক মীতৈবা?"

মণিকান্তা খুমদৌবা য়ৌনা তল্লে। মীতৈনি হাযকববদি অথাপ্পা চীংলমদগী লাকপনি হায়দুনা অমুক হেন্না উশিৎপ্রবোই। অদুনা মহাক হেন্না খুদোংথীবদা তাবগনি । খুম্বা য়াদ্রে।

মণিকান্তা মমাযদু ইমক মকশিন্না, খুম্বগী মহূত্তা ইক আ তৌদুনা খুমদনা লৈবিবা যাম্না চিংনবগী মওংদু উবদুনা নুপীমচাদুনা শোম্থাংননা মীতৈবোন্দা অমুক হায়বকই, "ঐবু ঙসি চোপ্তৌবিজাৎলা?"

ইথা থাজদনা নুপীমচাদুনা মীতৈবোন ময়েক শেংনা ঙাঙলকপদু তাবদা মণিকান্তা ঙসাগী কিবম্বা থূক্কৎলম্বা ময়ামদু পুল্লপ থাদোক্লগা মমায়দু খংলং লংথোক্লা হাযবকই, "ইবেম্মবু মীতৈবা?"

নুপীমচাদুনা খুম্লকই, "অঙ্কল ঐহাক মণিপুব মচানি। অঙ্কলবু অহানবা হেক উবমত্তদা মীতৈ মচা ওইবমগনি হাযনা খঞ্জখি। অদুবু অমুকসু ওইবল্লোইদ্রা হায়না চিংনবা ফাওবকখিদবদি নত্তে। মদুদা অশেংবদুদদি মখঙলগে হায়দুনা অঙ্কলবু ফোলো তৌজবকপনি। অঙ্কলদা চিংনবা পোকহনখিবগীদমক্তা নচাবু ঙাকপিগনি খঞ্জে।"

নুপীমচাদুগী শেংলবা মীতৈবোন্দু তাবদা মণিকান্তগী থম্মোয়দা শাথীনা অপেনবা অমা পোক্লক্লে। মঙোন্দগীবু হেন্না শেংনা অমদি থোৎ নৌবা মীতৈবোন

ঙাঙলকপদুদা মণিকান্তা মীতৈরোন ঙাঙগদবা ইদু ইকাইবক্লে। অদুম ওইনমক হায়দবদি য়াদবনিনা হায়রকই, "ইবেম্মা ঐদি মণিপুরগী মী নত্তে, কছারগী শিলচবদগীনি। নাগালেন্দ স্তেট পুলিস দিপার্টিমেন্টদা ৱাইয়ারলেস ওপরেটর ওইনা থবক তৌরি। মফমসিদা থা তরুক্কী ত্রেনিং অমা লাকপনি। লোইগদবা থা অমরোমতা ঙায়শীল্লক্লে।"

অসুম্না ঙাইহাক ৱারী ৱাতায় শারবা তুংদা মণিকান্তনা হায়রকই, "ইবেম্মা, ইবেম্মগী অশেংবা পরিচয় অমা খঙহনবিরবদি ওস্থোক্লা নুংঙাইথ্রনিদা।"

"অঙ্কল, ঐগী মিংনা কল্পনা কৌর। পঞ্জাবী নিংঙোলনি। ইম্ফালদা পোকপনি, ইম্ফালদা চাউবনি। ঐগী ইপাদু থাঙ্গাল বজারদ দুকান হাংদুনা কারবার তৌরি। মফমদুদা ঐখোয় পোকত্রিঙৈদগী হৌনা লৈরক্লে হায় । ঐ ইম্ফালগী নিরমলাবাস স্কুলদা ক্লাস তেন ফাওবা তম্লক্লগা হৌজিক্লা দিলিগী সেকেন্দরী স্কুল অমদা মখা তমথরি। ঐনা মফমসিদা লাকপা থা অনীবোমসি ঐঙোন্দদি চহী অনীদগী হেল্লবগুম খল্লি। ঐগী পোক্লফম লমদমদুগী ঈ-পাউ খঙনীংবনা লাঙতক্লে । নুংতিগী রেদিওগী শেটি ৱেবতা অকাশবাণী ইম্ফালগী থৌবমশিং তারি। ঐনা স্কুল চৎথোক চৎশিন্দা মীতৈমচা উববা হায়না নুংতিগী হেক হেক য়েংই। ঙসি অঙ্কল উরিবসিনা অহানবনি ।"

নুপীমচাদুগী অশেংবা মশক খঙলক্লবদা মণিকান্তগী থম্মোয়দা নুপীমচাদু কয়াদি নুংশিবক্লে। ফজবসু হেনগৎলক্লে।

কল্পনানা মখা তারকই, "অঙ্কল, নোংমতা কাউবা ঙমদে ঐগী পোক্লফম লমদম লমনুংশিদো । মহাকপু উদবা কুইরে। উনীংবগী ইথৌলাংবা নোংম নোমগী লেপ্তনা হেনগৎলকলি। করম্বা প্রকৃতিগী লাইবেশ্নীনা শেল্লম্বা লাইরৈবাক্লো খঙদ্রে। লৈরে নুংঙাই, চাবে হাউই, খঙদে ইপেন্তা পেনবনি । অদুবু মফমসিদদি ওমচাক্ল বিবসি উবেদনা। চারসু হাউতে, খঙন চানবসু লৈতে । খঙদেদা অঙ্কল, ঐবু মফমসিদা লাইথিক তম্লুচো হায়দুনা থারক্লিবা ইমা ইপাদো পঙশাওতা শাউনীংই।"

ঙাইহাক ৱারী শান্নরবা তুংদা কায়নগদৌরে হায়বা খঙলক্লমাল্লে কল্পনানা হায়রকই, "অঙ্কল, অঙ্কলদগী নচানা করিগুম্বা অমতা নিজগেবা?"

মণিকান্তনা য়াম্না পেস্থোক্লা নোক্লগা হায়বকই, "করিনোনে ইচানা নিদৌরিদুবো?"

"নিংঙোল চাক্কৌবা! ঐবু অমুক্তা চাক্কৌবিবা ঙম্লোইদ্রা? শেল য়াম্না চঙগদবা শা ঙানা নত্তে, মীতৈ ইরোনবা, উতি, শিংজুনা। দক্ষিনাদি য়াওবিগনু।"

মণিকান্তনা ইঙক ঙক্লা হংলকই, " হাই নঙবু হায়রিবা মথেলশিংদু হৈনগদ্রনে?"

"মথেলশিংসি চাবা ফংদবদগীনিনে ঐনা মফমসিদা লৈনিংদ্রিসে।"

"ঙসিদি নিংথৌকাবা নুমিৎনি । লাক্লিবা নোংমাইজিং নুমিত্তা মণিপুর ভাবন্দা

কৌবা তাবেদনা, " হায়বগা মখোয়নী কাযনবে ।

নোংমাইজিং নুমিৎনি । মণিকান্তা তেক্সি অমদা লাক্লগা নহানগী বস স্তোপেজদুদা যৌবকপদা কল্পনাদো মীতৈগী ফনেক ময়েক নাইবা অমা শেৎ, হঙ্গামপাল মচুগী মোইবাংফি অমা ইল্লদুনা হান্ননা ঙাইদুনা লৈবল্লে। মদু উবদা মণিকান্ত মপুক্লিংদু পুম্লৌ নৌথোকখ্রে।

"নঙগী নফি নবোলশিংসে কদাইদগী লৌকবিবা?"

"ইম্ফালদা লৈবিবা ইমা ইপাদুদা থাবকউ হায়বা য়ামন্দবদুদা মণিপুব বাজভাবন্দা পাঙথোকখিবা মণিপুব এক্সপো মেলাদুদগী লৈহৌবনি।"

মণিপুব ভাবনগী দাইনিং তেবলগী নাকল অমমম্দা ফম্লগা চাক্কী ওবদব তৌখ্রে। চাক ঙাইনা ঙাইনা মণিকান্তনা হংলকই, "মণিপুব অদুক নুংশিবা নঙনা মফমসিদা কবিগী লাইবিক তম্বা লাক্লিবনো? মণিপুবদা অদুম তম্বা য়াদ্রা?"

কল্পনানা নোকমি নোকমি হায়বকই, "অঙ্কল, চহী অমবোমগী মমাঙদা পঞ্জাবী নিংঙোল অমা মীতৈদা ময়ুম পানখি। অদুদগী ঐগী ইমা ইপানা, মীতৈগদা তোংনা তিন্নবা পামজবী ঐঙোন্দসু থৌদোক্তুমক থোক্লক্কদ্রা হাযনা চিংবব্রা কবিনো মফমসিদা থাবক্লিসিনি। মফমসিদা চাউববা বিলদিংদুদা ইবোক্কা ঐগদা লৈ । ইবোক্কা ঐগসু ইন্সাংগী মবমদা নুংতিগী লাউনৈ।ঐন মীতৈগী খুখোঙ চানীংবা, ইবোক্কা মখোয় পঞ্জাবীগী খুখোঙ চানীংবগী ।"

"নঙগী ইমা বাবানা শীল্লিবদো ফৈ।"

নোকফেৎ তৌবগা অমুক হায়বকই, "অঙ্কল ঐসে মখোয় ময়াংদা য়ুম পানবদা হৈনদৌ মান্দেবু ।"

চাক পুবক্লে । মণিকান্তনা চাবা হৌনবা হায়বক্লবদা মখোয়নী চাবা হৌবে । কল্পনা ঙা থোংবদু খুদোনবু লূপতে। মীতৈগী ইবোনবা, শিংজু, উতি, মোবোক মেৎপদু কযাদি হাউনা চাবে ।

চাক শাযনা শাযনা হাযবকই, "অঙ্কল ঙসিদি ঐ চাক পূক থন্না চাবা ফংলনি।"

# ফ্লাস বেক অমরুহি

হাও অমর

"কদাই চৎত্রবনো? কদাইদবু লোৎখ্রবা? চাদ্রিঙৈ চাদৌবা গুলিদুবু। কোকসে ঙাউরি ঙাউরি ওম্লোক্লা নুংঙাইখিদ্রে। কদাইদা থিরুদৌরিনো?"

মোরেগী র্তৌচ লাইট্ট মচাদু মখূৎ ওয়না পায়রগা ড্রোৱারদু চিংখোত্তুনা কোয়থী থিরি।

মথন্তা মূরূম মূরূম শোল্লকই, "নত্তে, মপাক্তুদগী অমখক্তনি চাখ্রিবসে। তরাহুমদোইদি লৈরমখিনি হায়মী।"

"পুপুনা থিরিবদু ঐ য়াওবিগে। ফংলবদি পৈশা পীগেরা মোরে অচারগী?"

"লাউনে। ইশূনা থিবদা ফংলবদি করিগী পীদনি। ব্লদ প্রেসর হুম্ভনবা ঐনা হেক হেক চাবা চাবদুনি। এটেন হায়না ইবনি।

চহী মঙা তরক্কী মশূনুপী মেমসনাদু মহাক্কী সাইকল মচাদু খৌরদুনা মপুগী মনাক্তা চঙশিল্লকই। ম:সু কোইথি থিররি অখঙবা শানা ফমুংগী মোন থাংগত্তুনা, মোম্পাক ফিদক হুগত্তুনা মথং মথং। কুমার সাহেবনা খরা ব্রাংবা শো বোক্স, ড্রোৱার, কুঠি উপু হাংদোক্তুনা থিরকপদা পূমচায়নি। মশূ মপুদুনা কাদুদা লৈরিবা য়েংবা য়াবা পূম্বা থি থিদুনা য়েংবদা হুমাং মরীক মরীক চোংখোরকই। ব্লদ প্রেসরদু ব্রাংবা হেনগৎলকই।

"পুপু, থিরুরনু। হয়েং স্কুলদগী হল্লকপদা সুরো দুকান্দগী লৈরক্লগে।"

"হাই অপঙবী, মায়'দুদা টেনোনোল নত্তনা এটেনদি ফংদবনি।"

খঙহৌদনা চকশঙলোমদৈ ব্রজ তাবগুম মখোল অমা তারকই চাক লোইবগী। অদুম তাজসনু। থিরি। মূরূম মূরূম মনাক য়ৌরক্লে। খংপ্রেকতি খংদে হৈনবী ওইরবনিনা। থম্মোয়গী লৈনানা শোক্লপনি। থিবা লেপ্তে।

"ঙসাইদগী কৌরিবসিবু, করিনো অহল ওইর ওইরগা হেন্না হেন্না ফৎচিল্লক্লেকো। ঙমদৌ মানশিল্লক্লে য়ূম পুবা," ঙাঙনা ঙাঙনা চঙলকপনি। "হাইমা, মখাদা তারিবা চে চাংসিবু? উপু মনূংগী পোৎচৈশিংসে অসুম্না চাইখাইবিদৌ শরুক দসবিন্দা হাপচিনবিবা য়াদ্রা? করিনো থিরিদুবো? ঙসিদি খরা ঙল্লপ পোখারগে

হায়দুনা স্কুল অঙাংশিংগী পরিক্ষা লৌবা লোইদ্রিঙৈদা হল্লক্লবনি। লাকও চাক চাথোক্করসে।"

কুমার সাহেব শাউগে য়ারবনি অদুবু শাউদে। খঙই, মাগী নুপীদুনা ব্লদ প্রেসর হেন্না ৱাংঙমদৌদো।

"এবা, ব্লদ প্রেসরগী গুলিদু থিবনিদা।"

"অদুবু অয়ূক অয়ুক চাবদাইনে?"

"ঙসিদি অনীরক চাগে তৌবনি। কোকসে নুংঙাইতে।"

অনাবগী চৈনাদি খঙবনিনা পূন্না থিমিন্নখি। হঞ্জিন হঞ্জিন থিরি । কনাগী অমনবা চিঠী, ফোটো এলবম, অমনবা ইনভাইতেসন কার্দ, অনৌবা কুমওনগী য়াইফ পাউ, সরকারগী চিঠী, মৈগী বিল, টেলিফোনগী, মোবাইলগী, ইন্সুরেন্সকী . . .। মবক্তুদা অরিবা খাম অমগী মনুংদা ষ্টিল কেমেরাগী ফোটো অমা থেংনরে। চর্জি তৌদবা কুইববা মোরেগী তোর্চ লাইট মচাদুন কাপশিন্দুনা মুন্না য়েংই । আনোক্তু খূদৈ মচিনা শেংদোক্লগা মুন্না য়েংলুই, নুপী অমগী ফোটোনি। মখাদা ইরিবদু মমি শামি উগুম তৌই, 'অমরুহি' ।

গুৱাহাটিগী ব্রহ্মপুত্র তুরেলদা তাউরিবা হিদুদা মখোয়নী ফম্মীন্দুনা শুক্লেশ্বর মন্দিবগী সীড়ীগী মশীং থীমিন্নরি ঙাথু থেংথুনরদনা। শক্রখ্রবনি নুংশি ৱাশক ঙাইহাক্কী মমাঙদা। ঈথক ইপোমশিংনা পুবক্লি বাউল ঈশৈগী নুংশিরবা সুরদো পাক্লবা ঈপাক্তু লান্দুনা। তোবিবানগী ফজরবা হৈকোল লৈকোলদুদগী পাইথোরকপা হৈনম লৈনমদুনা থম্মোয় য়ৌবক্লি হকথেঙননা।

"ফংঙে, সিদা লৈরে।"

খংপ্রেক খংই কুমাব সাহেব। মীৎফম হাইরপ লৈথোক্লবদা গুলি মপাক্তু মাগী নুপীদুনা মহাক তম্না পীশিল্লক্লম্লি।

"করিনো অদুক থরায় তানা য়েংলিদুবো?"

তাপ মুল্লগা ফোটোদু থোঙনাওদু হাংদোক্লগা শৎ হুন্দোকখ্রে হৈথরিবা নোংলক্তুদা।

"কান্নদ্রবা অমনবা চে চাংশিং শংতোক্তুনা য়েংলগা বি পিদো হেনগৎলক্লবা। চাক ইংলম্লনি, চঙলসি।"

মশূনুপীদু কোনশিল্লগা চাকশঙ তমখ্রে। অমুকসু লাউরম্মী, "ঈংলগা হাউরক্তৌ নত্তেকো।"

কুমার সাহেবতু চাক্তি লায়রি ঙসাইদগী থিরকপা চাগদৌবা গুলিদুফাও চাদনা মাগী মুশিরবা টৌর্চ লাইটতু পায়রগা করিসু খুন্নমদনা অমরুহি থাবা ফোটোদুগী খোঙ্গুল লীখি। তপ্না তপ্না নোংলক্তুদা । থোঙগীৱাংমদা । অমম্বদুদা ।

# থম্মোয়গী পাউদম

তোলেন নামৈরাকপা

লোইতাম লৈরেন্দো ঙসি অয়ুক অঙনবদা লৈখিদ্রে। মশাগী চহী মরিফুগা তরানিপাল শুবদনি। হৌজিক্কী যুগসিদদি য়াম্না শাংনা পুন্সিনববনি। অদুবু নীংঙমদবা অমদি লৈহৌরে। মদুদি মহাক্কী পুন্সি অদো সেনচুরী ফৃবা ঙমহৌদ্রে । হিংলিঙৈদা লমচৎ শাজৎ ফজবদা লৈকাইনা ৱারীনখিবা অহন্দু শিবগী নুংঙাইতাবা ফোঙদোকগা লোয়ননা অহল অদুগী মরমদা লৈকাই শীন থুনা ঙাঙনবা হৌরকই । নিংথমথা অয়ুক্কী লৈচিল পোমাই হাংদোক্লিঙৈসিদা লাইরিক লাইসু হৈরবা সরকারগী থবক ফংদ্রিবা নহারোলশিং হোটেলদা চা থক্লা থক্লা খন্ন নৈনবগী সদস্য ওইরি।

মখৃত্তা চা গ্লাস অমা পায়রগা নহা অমনা হায়রকই, "খঙদেদা অহলদো। অসুক কুইনা পুন্সিরম্লবসু গান্ধীজীগী স্বরাজ আন্দোলনগী ভোলুন্টিয়ার ওইনা শরুক য়াহৌদবদগী মমান্ননা ফ্রীদম ফায়টরগী পেন্সন ফংখ্রবসু মাদি ফংহৌদে। মশাগী শৃজ নোমজবতা মকনবা, ওইজবতা থিবা, অহল ওইরকপা মতমদদি লীকমনবদগী লোইতাম লৈরেন্না চাবা চুদি চুগুমদা হয়িংফাও তোংদে হায়নরিবনি।"

ৱাফমদু তাবদা অমনা মশাগী ওইবা মোৎ পীরকই, " হেরা, নহা ওইরিঙৈদদি অহন্দো মেরাগী থাবল ফরবা অহীংদা উ তানবী শাননবা অমদি নোংঙাল্লমদাই লাই ৱালহৌবা চৎপদা পাখং লৈশাবীশিংনা অচীকপদা অপাম নুংশিগী কিশি পুনখিবগী গ্রুপ লিদরনি হায়নৈ। মহাক্লা নহা ওইরিঙৈদা শজিবুগী লীকোন, য়াউশঙ থাবল চোংবদা মশম লুমাং খায়দোক্লগা অঙৌবা পৃময়াৎ লীত্তুনা ফৈজোম কুঞ্জা কাওদুনা চৎখিবদো হৌজিক যুগতদি তেরে নামগী পাখং লাকএ হায়ননি।"

অমনা ঈংনা চীক্লা হায়রকই, "অহন্দু লমচৎ শাজৎ ফজৈ হায়না লৈকাইনা ৱারীনৈ। লৈকাইগী মীওইশিংনা মচা মশৃ ৱারক্লবদা লোইতাম লৈরেনগী মতৌ তমজৌ হায়না ৱারক্লরিপোৎনি। মহৈ মশিংদসু লৈকাইসিদা মহাক্লা মেট্রিক পাস তৌবা অহানবনি। ব্যবহারনা ফজরিবা, ধর্ম্মনা কায়দ্রিবা। ফজববু ফজৈ হায়বনি।"

অদুবু মীওইবগী ৱাখলনা অহল অদুগী মগুণ পুনীংবা মায়কৈদা পুরবসু অহন্দো

লৈত্রে হায়দুনা ঙসিদি থোঙ্গাল পাউজেল লাক্লে। অদুবু নিংথমথা নুমিৎ ওইবনিনা ঈংবদগী কনাসু ঙস্তানা লাক্লদ্রি।

নুংশা ব্রাউরি ব্রাউরি থোরকপা মতমদা মৈস্নাম মৈন্য, মোংজম মংলেম, নিংথৌজম নিত্যাইনচিংবা সংস্কাবদা মথ্বায় য়াওজবা যাইতোংবা নহারোল কয়া অশিবদা হাপ্লবা চেঙ, ইনশাং নাপী, পৈশানচিংবা ফিজিদা য়োমদুনা মহৈ মহৈ লাক্লরে।

ময়ামদো লাকপা উবদগী লৈথোকপম লোয়বনা হায়বকই, " হোরেন্দি সংস্কাব মফমদা ফৈনা তাবা যুংনা খুল্লবোইদৌবা, লৌরীদা ফমদুনা ব্রারেম ঙাঙবদা পি এচ দি ফংবা য়ারবা, মৈ পানখৎলকপদা কাষ্ট পীরম্লগা থবক অরুবা লৈ হায়দুনা ঙস্তানা চৎখিগদৌবনা অয়াম্বনি । অদুনা থবক থেঙথরগ' কান্নদে । কাই পুথনবা শাগৈগী মী মরি লৈরবরা? মৈকোয় চক্ষু, চন্দব্রানচিংবা থৌরাং লৈরব্রা'।"

মাগী ব্রঙাঙদু তাবদা মহৈ মহৈ মচীন শৃক্তোক্লরকই। তাঞ্জা অদুমক্তদা লোংজম হনুবী লৈবাক্লেসু অশিবগী সংস্কাব য়াওরুনি হায়দুনা লৈকাই হনুবী খরগা লোয়নদুনা ফুৎ ফাওজিল্লকই। তথক তথক য়েংই ময়াম্না তৌরিবদো। মহাক্তি মোঞ্জঙদে। তুমিন্না নাকোইননা চৎলগা নহা ওইরিবা মোংজম মংলেমদা থুপচিল্লবা চেজেৎ অমা চিঠি ওইনা মী উহন্দনা পী। অদুগা হায়রকই, "চিঠি অসি হৌবোল সংস্কার তৌফমদা অহল অদুগী মখূৎতা খরা হাপ্পিখো।"

থৌওংদু নাকচেক্লনা উহৌবা নহারোল খরদি ঙকচানদুনা য়েংদুনা লৈ।

পোৎলোইফমগী থবক লোইশিল্লক্লে হায়বগী পাউ ফংদুনা অশিবদু মহাক্কী নুংশিজববা, তাইবংদা লৈহৌরিবা মরি মতা পূম্নমক্ল। পিবাং পনথিংলগা অবোইবা লিদাই পীদুনা পোৎলোইফমদা পুথরক্লে।

সংস্কাব মফম হেক য়ৌবগা হৌনবী মতুং ইন্না পূং ঈশৈনা ঈশ্বরগী খূয়াদা চঙজফম নিজরি। মৈ কোয়বা লোইরকপদা ঙাইরি, মহৈ মহৈ কাষ্ট পীরম্লগা চৎনখিবা মতুংর্দাদ অশিবগীদমক্তা হাপ্লকপা চেঙখাউদু মাঙহনবা পাম্মুই হায়দুনা নহা অমনা নারোন্দা দুকান য়ৌনবা হেক্তা খৈদোক্লুই। মদুগী মহূত্তা মহী য়াওবা চেরংখাউ খরা পুরকই। অহন্দুগী সেবা নুংঙাইনবনি হায়।

গ্লাস বাউন্দ অমা অনী চৎলক্তুনা চাকখাওদা তূংলগা মকোক্তা ব্রাউরি ব্রাউরি মৈব্রায়নরক্লবদা ঙসাই লোন্না পীবম্বা লোংজম হনুবীগী চেজেৎদু করি ইরকপগে হায়বদু খঙনীংবনা ময়ামদু হংনরকই।

নহা অমনা হায়রকই, " হো তনবু তন্দ্রা করিনো। ঐ লোইনা খঙই। শিরিবা লোইতাম লৈরেনসি লোংজমগী হনুবী লৈবাক্লেদুগা লৈকাই অমতদগী পাখং সৈশাবী ওইনা হৌমিন্নরকপনি। মরাইবক থীবদগী লোংজম হনুবীদু নহা ওইনা লুপ্না শীংদা চল্লবদা মহাক্কী অব্রা অনা পূম্নমক লোইতামগী অহলসিনা য়েংবিদুনতা লাকই হায়নৈ।

অদুনা চিঠিদো মখোয় অনীগী রোমান্টিক এফিয়ারসকী ওইরমগনি।"

"ও, মোরোকসি অতেকপতনা শাব্রা ? অকংবসু অদুম মশাবনি। কদায় চিঠিদো ঐ ময়াম তানবা লাউনা পারক্কে, " হায়রগা তোমচানা হাংদোক্লগা পাথরকই।

ইপুরোইবগী মফমদা,

নহাক্না ঐবু লৌবিরম্লগা মীয়াম মমাঙদা নহাক্কী শাগৈদসু পুশিনবীরমদ্রে। ঐনা হয়েং শিরগা করম্বা শাগৈদা লাইশোন তীনশোল পাঙথোক্লকউ হায়রমদৌরিনো? ঐনা হান্না ওংলুবা লোংজম শাগৈদা অদুম শোল্লক্লবদি যমরাজগী গেট কিপরশিংনা শাগৈ ওন্নে হায়না লইরৈবাক্তা চঙহন্দৌ মান্দে। নঙনা ঐবু তশেংনা নুংশিবিরবদি মখোয়গী রেজিস্তরদুদা ঐগী শাগৈসি নঙগীদু ওইনা খরা পানশিনবিরম্মু। নৎত্রদি ঐ মরক্তা হাইদুনা ভূট প্রেট ওন্দুনা লৈবা তারে।

নহাক্কী অরোনবা সহধর্মিণী
লৈবাক্লৈ

# মৈশালক্তা চন্দ্রিকা

ইউ কুঞ্জবিহারি সিংহ
বিষ্ণুপুর, হোজাই

২০০৫ গী দিসেম্বরগী তাং ৩০ গী অঙনবা অয়ুক্তি। পাউচেদুগী অহানবা লমায়গী নাকন্দা ইরিবা অশম্বা পাউগী কলমদুদা ইরিবা পাউদু পারুবদা ঐহাক ইখঙ খঙহৌদনা মথং অতৈ পাথবা তৌদনা পাউচেদু থুপচিন্দুনা ঙাইহাক তুমিন লৈ।

ঐ সরকারগী থবক্কী দায়িত্বদা শহরদা লৈরবসু থাগী মরিশুবা থাংজ নুমিৎ অমসুং কেজুরেল ছুটিশিং পূনশিল্লগা নুমিৎ মঙা তরুক্লিরোমদি খুঙ্গংগী য়ূদা হেক হেক হল্লম্মী। তুমিত্তো শরত ঋতুগী রাস পুর্ণিমা নুমিৎনি। রাস লীলা য়েংবগী মীনা মাগুবতা থমচেৎ মমায়দৌনা তিনবা নুমিদাংনি। ইঙো ভৌবী মাগুব মচী অমদা ফাম্মিন্নরিবা খরগা চিবোন চিবোন ৱারী শারি। ৱারী শানরিবা ময়ামদু ইঙক ঙক্লা অমগা অমগা য়েংনরি।

ক্না মতপ অমা উল্লগা ইনে ভৌবীনা হায়রকই, "ইমাই পেম্মা, ওম্হোকপা মতৌনিহে। নুপীমচাদুনা অদুগুম্বা থবকপু তৌবা ঙমগনি হায়বসি ঐদি মঙদা ফাওবা খল্লুদবনি। থা তরা নাউপুদুনা পোকচবা মচাবু শেল লৌরগা য়োম্হোকপা ঙম্বা। অচম্বা নুপীকাদি নত্তেহে।"

ইন্দোন কুন্দালৈনা পাংশিল্লকই, " হৌজিক্কী মতমসিদদি থাজদবা মীতনা তৌবা ঙম্নরবনি ইচে। মপুরোইবা লৈখিদবা থা অনীরোমদা মঙায়রি করিনো লমচৎ শাজৎককা পূমথোং হোংগ্রপপোৎনিদা। মচানুপী অমা লৈরিবদুসু করি থাজনীংঙাইব লৈরি ? মথং য়োন্নরা অমুক শেম শাদুনা লৈরম্লসু ময়ারি।"

"কনাগা খঙ'নোদা মশামকসু শেল থুম পায়বা অহাঙবা নুপা অমদা অমুক চৎখিবসু য়াবিপোৎনিদা." ইনে ভৌবীনা মখা তারকপনি।

ঙাঙনরিবশিংদু তারগা ঐহাক খঙনীংবনা লাঙতক্করক্কুনা ইনে ঙৌবীগী মনাক্তা চঙশিন্দুনা হংলুবদা হায়রকই, "কনাগী মরমদা ওইগনি হায়গে ? আ, মখোয়গী গাড়ী ড্রাইভর চন্দ্রমোহনগী নুপী, শকহেনবী চন্দ্রিকাগী ব্রারীনিদনা ইবুংঙো । থানিনজাউগ মচানুপী তৌঙম্বীদো, খঙঙেদনা?"

থা অনীরোমগী মমঙদা ঐখোয়গী খুঙ্গংলোমদা চেনবা বস ড্রাইভব চন্দ্রমোহন্না নোং নীনিদং নারল্লগা লৈখিদবগী ব্রারীদুদি ঐদি থোইদোক্লবু খল্লুদে। অদুগা চন্দ্রিকাগী মরমদা ঙাঙনরিবা ব্রারীশিংসিনা ঐগী থম্মোয় লৈতাহনদ্রিবসিনা করিগী?

সন্ধ্যা য়াচঙবদা, নোংমা, লল্লোঙ মরী ফাংবদা লৈবা দুকানগী মমাঙদা মীয়াম্না শানরম্বা ব্রারীদু তাবদা ঐহাক্ক চিংনবদু অমুক হেনগৎখি। চন্দ্রমোহন কাঙনা শং দাকপা তমথিরবা লায়না, এনকেফলাইটিসনা নুমিৎ নীনিদং নারল্লগ লৈখিদবনি। নুপী মচা অমগী মতুংদা থা তরুক্তা শুরিবা নুপা মচা অমসু থল্লম্বনি। মতুং, চন্দ্রমোহননা লৈখিদবা থা অনীরোম ফারকপগীদুদা থা নীপালতমক মপৃং ফারক্লিবা মচানুপাদু শহরগী নুংঙাইববা সরকারগী ওফিসার অমদা য়োম্থোকখিবনি। ব্রাফমদু খঙলকপদগী চন্দ্রিকাবু লৈকায়না ইস্থোকখিবনি।

ব্রারীশিংদুগী অচুম অরালগী মরুমদা লোৎতুনা লৈরিবা অশেংবা শক্তমদু ঐগী ব্রাখলদা লাঙতক্করম্মী। মমা ওইবীশিংদা লৈরিবা শ্রদ্ধা ভক্তি পুম্বদু মাঙহনখিবগুম খোক্লবসু মদুগী অশেংবা ব্রাহম্থোক অমদি শোয়দনা লৈরমগনি । তৌইগুম্বসুং থৌদোক্তুনা ঐগী থম্মোয়দা ব্রাহং কয়া তত্তনা হংখিবনি। ঈ মতৃমদগী চাউননবা য়োক্লগা খোল্লাং ইন্দুনা লৈরিবী মথানুংগী মচানুপাদুবু শেল খরগীদমক মমাওইবী অমনা শকখঙনদবা নুপা অমদা হেক্তা য়োম্থোকপা ঙম্বা হৌনবরনে? করিগুম্বা য়োম্থোকখিবা তাববসু মমা ওইবী অমনা মদুগী কায়না মৈশা ফংখিদববা? মমা অমনা মচাগী মরীদা অসুক তমথীবা ঙল্লব্রনে?

মশক মতৌ ফজবী, জগোই ঈশৈ ফজনা হৈরবী চন্দ্রিকা লায়রবনা মরম ওইদুনা ক্লাস তেন তল্লল্লগা অদুম তোকখ্রে। চন্দ্রিকাবু য়ুমগী মৌ ওইনা পুশিল্লক্লবদা চন্দ্রমোহনগী মপা মহেন্দ্রনা মচা মমৌ অনীমকপু ইস্থোকখি।

লাইরিক লাইশু নীংগীনা হৈহৌদ্রবসু চন্দ্রমোহন কন্না শূ নোমদুন নুংঙাইবা সংসাব অমা ওইননবা হোৎনখি।

চন্দ্রমোহন লৈখিদবগী পাউদু ঐনা শহরদা তাখি। অদুবু খ্বাইদগী ঙক্লিবদি

অদুক ঈং তপ্পী, ব্রাখল লৈতাবী, ওম্বোক্লা চীং লেমগ্রবী চন্দ্রিকানা অদুগুম্না তৌহৈদবী থবক্তুবু করম্না তৌগ্নিবনো হায়বা খঙনীংবদগী ঐহাক চন্দ্রিকাখোয়দা চৎলে।

ঐনা, থোকখিবা থৌদোকশিংগী মরমদা হংলুবদা মমীৎতগী মপি তানা, "খুরাইবুংঙো, ইচানুপাদু ঐনা য়োম্বোকখিবা নতে, য়োম্বোকখিবা নত্তে," হায়রগা হীক হীক কপ্পকই। ঙাইহাক কপ্পুরবগী তুংদা মখা অমুক তারকই, "ইকু ইনেম্মা ইম্বোকপিরক্লবসু ঐখোয়নীনা কন্না শৃ নোমদুনা মতম খরা নুংঙাইবা সংসাব অমবুদি ফংজখি। নুপীমচা অহন্দু ফংজরবা তুংদা চহী অনীগী তুংদা ইচানুপাদু ফংখিবনি। নুপীমচাদু লাইরিক য়াম্না তমহনবা ঙমদ্রবসু নুপামচাদুবুদি লাইরিক লাইশু মতীক চানা তমহন্দুনা ইঞ্জিন্নিয়ার অমা ওইহন্নবগী আশা তৌমিন্নখি। অদুবু মনুং মতম চাদনা ইপুরোইবদুনা লৈখিদ্রবা তুংদা মা ঐ শাগৎমিন্নখিবা মঙলান্দো ঙসিদি লোইনা মাঙখ্রে। খৃত্তা শেল খরা লৈজরম্বদুসু মাগী শ্রাদ্ধ কর্ম্মদা লৌইশিনখ্রে। মতুংদা ঐনা পীক্লিবা অঙাংশিং য়ূমদা হন্দোক্লম্লগা মীগীদা থবক ইনখাং শৃরুগদবসু ঙমখিদে। কাইনথঙদা মতেং খরদং লৌগে হায়দুনা ঐখোয়গী সড়ক ব্রাংমদা লৈবা স্কুলগী চৌকিদার খুরা ইবাইবুংঙো তোনজৌদগী শেলগী মতেং খরা লৌখি।

নোংমা, তোনজৌনা হায়খি, "ইবেন্মা নচাসে নঙগা অদুম লৈমিন্নরবদি মপাগি আশাদু কায়রনি। খুরা ব্রা অমা হায়গে। ঐগী ইচানুপানা ৫০৫ক তৌরিবা ওফিসতুগী মচা অমতা পোক্তবা ইঞ্জিন্নিয়ারদুনা অঙাং অমতা য়োকচগে, মহৈ মশিং মতীক চানা তমহন্দুনা মী ওইনবা শেমজগে হায়দুনা অঙাং কোথী থিবি হায়। নঙনা মরক মরক্তা চৎলগা উনবসু য়াগনি।নচাসি মকোক লৈনে। খল্লু খল্লু।"

খনঙে খল্লবা তুংদা ইঞ্জিন্নিয়ারদু লাক্লো হায়দুনা পাউ থাখিবদগী লাক্লে। ঙাঙনখিবা কন্দিসনশিংদুগী মনুংদা অমদি, অঙাংদু মতীক চানা মহৈ মশিং তমহনবিদ্রবদি মমানা অমুক লৌশিনবা হায়বসিনি। মচানুপাদু শিন্নখ্রে।

পাউচেদুগী অতেনবা পাউদুদা ইরি 'বি ই পাস তৌরগা থবক ফংদদুনা লৈরিবা চন্দ্রধর আই এ এস ফাওরে।"

ঐনা পাউচেদু পায়রগা চৎলুবদদি চন্দ্রিকাবু মতম অমদা তথি তথি ঙাঙনবিখিবা মীওইশিংদু মাগী য়ূমদা নোক খেদুনা লৈরম্লে। চন্দ্রিকাদি ও খোংনা কপ্পল্লি।

# নুপী কৈথেলগী মলিকা মমা

শেরাম নিরঞ্জন
বাংলাদেশ

বাংলাদেশতগী কোয়বা লাকপা ঐখোয় খরনা নীংতম্না মণিপুর কোয়বা হায়বদু ঙসিসে মঙায়রে। মণিপুরদা হেক চঙলকপদগী অয়ুক নুংথিল নুমিদাং খায়দনা রিসিপ্সন প্রোগ্রামনি, সেমিনারনি, শূমাং লীলা য়েংবনি হায়দুনা মথং মথং ফূজিল্লকপসিদ থৌ নৈতনা থৌ চিনবা হায়বদো হেক তাখি। তৃপ্না চাবফাও মফম খঙদবা হায়দুনি। ঐখোয়বু ইনভাইট তৌবিরকপা ফুরুপ অদুনা খৌরমশিং মথং মনাও নাইনা য়াম্না ফজনা শীনবিখি। ঙসি নুমিৎসিমদি মরুপ মপাং, মরী মতাগা উন্নবা, কৈথেল কোয়বনচিংবা চৎনীংবা চৎপা য়ারনি হায়না হায়বদগী মানা মানা থোকপা চবূন চবূন থোক্লখ্রে। ঐগীসু চেকোন্দগী ইন্দোমচা লাক্লুনা ঙাইদুনা লৈররে । তহা তহা ফি রোল শেৎচিল্লগা লাকমিন্নদুনা বীরলাল, অপু, শঙ্করখোয়দগী নুংথিলফাওবগী বিদাই লৌরগা থোরক্লে হোটেল এক্সিলেন্সীদগী। নুংতিগী নুমিদাংদা চাক চাবা লোইরগা ক্বা চাবা দুকানগী ইমাদুনা মখূৎ হাইহৌই। ঐসু খূৎ হাইদুনা কোয়থোক্লুখিগে হায়রল্লগা ইন্দোমচাগা রিক্সো কাখৎলে। ইম্ফালদা হেক থুংলবদগী রিক্সো তোংবা হায়বদো ঙসিনা অহানবনি।

রিক্সো মথক্তা ইন্দোমচানা হংলকই, "নঙবু পোৎ চৈকোক লৈগদৌবিব্রা?"

"উং, নুপী অঙাংগী ফি রোল খরা লৈখিগে।"

"মতম চঙগদৌবরো, নুংথিল লৈরসু য়ানিদা। হৌজিক য়ূমদা হান্না চৎলুখিসি।"

"ঙল্লিদনা ইন্দোমচা। ঙাইহাক কৈথেল কোয়খিসি হায়বা।"

"হে, কদাই' ঙল্লিনো? পূং তবা হেল্লে। নবোকমচাখোয় উন্নবগা চাক ঈশিং চারগা কোন্না 'সুম কৈথেল কোয়রসি। পূং বারোগী মনুংদা থোবক্কনিনে।"

ম্না মখা তাদনা হোয় হেয হাযদুনা যাবে। লম্বী চৎন চৎনা ইন্দোমচামা খূদোম্বী

থিন্দুনা তাকপিরকখি, "তূ আদগীসে ঙমখৈ ঙাকপগী ঈহৌদা লৈখিদবশিংগী পোৎলোইফম্নি।"

ঐনা খুম্মী, "অং, নহাল জুন ১৮ দা হৈকৎ লৈকৎপদা ঐখোয়সু চৎলুই। অদো ইন্দোমচা, ঈহৌসিগী মতাংদা ৱারী খরা লীবিয়ুদনা।"

"কবি ৱারীনো লীগদৌরিববো? ঐ ইশামকসু য়াওখ্রিবনি। ফূনবা, কাপ্পবা মবক্তুদা ইথ্বায় খূবাক্তা হাপ্তুনা 'ইরৈবাক্কী ঙমখৈ কায়বা য়াবোই' হায়না ঐখোয়সু লাউখ্রিবনি। মতমদো তূস্বা চাবা মফম মবাং খঙবা নত্তে।"

ঐসু চাং য়েংথোক্কে হায়দুনা হংখি, "ইন্দোমচা, নঙদি বাংলাদেশতা পোকপনি, বাংলাদেশতা চাউবখিবনি। চহী তবা কুনগী মমাঙদা মণিপুরদা চৎখ্রগা হেক্তমক নঙগী নরৈবাক ওইরবোইরে?"

"করিগী ওইরোই? বাংলাদেশতগী লাকখিবা লাইবক থীরবা ঐখোয়বু সনা লৈবাক অসিনা নাউকোনবিবমদ্রবদি চহী তরা কুনসে কবম্না হিংলমগনি? বাংলাদেশনা ঐগী পোক্লফম লমদম্নি, মণিপুরনা ঐগী ইরৈবাক্নি, ঐগী পুন্সিনি। মণিপুরগীদমক থৱায কখোকপদা কবিগীদমক নীংহন্নকনি?"

ইন্দোমচাগী ৱা তান তানা নীংশিংলকই জুন ১৮ গী থৌবমদুদা কিম গাংতেনা লাইৱাগুম হায়রম্বা ৱাহৈশিংদু . . .।

ৱাবীগী ঈপাক্তা তাউবিঙে নিউ চেক্কোন য়ৌখিবা খঙহৌদে। ইন্দোমচানা, "য়ারে, য়ারে লেপ্লিবো," হায়না রিক্সো খান্নকপদুদা ভাব খংতা তারকই।

চাক ঈশিং চাবা লোইৱগা ইন্দোমচা ইবানি পোৎ চৈ লৈবা থোরকখি। ইমুংগী নুপীগী ইন্নফি খরা, ফনেক মপান নাইবা খরা লৈরে। মথং মথং কোয়চৎ চৎতুনা য়েংই। বাংলাদেশতগী লাকপা ঐখোয়দদি য়েংখি য়েংখি মায়কৈদা কুম্মৈগী কুম্মৈ ঙাক্তনি। নুপী ঙাক্ত না কৈথেল ফম্বা পৃথিবীগী মফম অতৈদা লৈবগী ৱা তাখিদে । বাংলাদেশতদি নুপীনা কৈথেল ফম্বদি লায়রদুনা কৈথেল পোৎ লৈবফাও চৎনদে। অদৌ অচৌবা দিপার্টমেন্টেল স্তোরদদি সেলস গর্লি ওইনবা য়াওই । মণিপুরগী নুপী কৈথেল ঐখোয়গীদমক্তদি অনৌবা এক্সপিরিএন্স অমনি । চৎনা চৎনা য়েংই পোৎ লৈরবা, য়োল্লিবা মওং মতৌশিংদু । কৈথেল ইমা অমনা খোঞ্জেল তপ্পা কৌশিল্লকই ঐবু। ঐ চঙশিল্লগা হংলুই, "ঐবুরা ইমা?"

ইমাদুনা, "মান্নিনে ইবুংঙো । ইবুংঙো বাংলাদেশতগী লাকপা নৎত্রো? ঙরাং অমুকোগী থৌরমদা ইবুংঙোনা ৱা ঙাঙবদো টিভিদা উবদা খঙহৌবনি। নুংঙাই, ইবুংঙোখোয়না তাল্লবা ময়াং লৈবাক্তগী লাক্লগা ইমারোলগকাক ঙাঙবদো, পূক্লিং নুংশি।"

"ঐখোয়সু সনা লৈবাকসে উবা ফংজবদা, ময়ামগা উনজবদা অসুক্কী মতীব

নুংঙাইজে ইমা । ইচিনসিনা ফোঙদোকপা ঙমদে।”

ইমাদো ঐঙোন্দা তরং তরং য়েংদুনা লৈ, ঋা ঙাঙদে। ঐ লেপসি কদাই চৎসি কদাই তৌফম খঙদ্রে। ইমাগী মীয়েংগী অর্থ লৌখৎপা ঋানা থোক্লে। হায়ফম খঙদ্রদুনা হংশিল্লি, “ইমাগী য়ুম কদায়দা ওইরবনো?

মহাক্না খুম্লকই, “নাউরেমথোং খুমম্থেম লৈকাইদনি ইবুংঙো। ইবুংঙো পোৎ লৈবা শীৎলম্লগনি, ঐনা মতম মাঙহনবিরে । ঋারৌবা য়াদেকো। নঙবু উবদা ইচানুপাদো নীংশিংলক্তুনা অসুম কৌবনি। ঐগী ইচাদুসু নঙমুক চাউরম্লনি।”

“ঋারৌদেদা ইমা। করিগী ঋারৌগদগে? অদো ইমাগী ইচাদুদি মপালদা লৈবা ওইরম্লনি . . .।”

ঋা লোইদে, ইমাদুনা মখূৎনা চঙশিল্লকউ হায়। মমাঙদা চাইখায়রিবা ফি ময়ামদো খজিক্তং থৈজিল্লগা ঐসু তপ্পা ফমথে। ইমাদুনা খোঞ্জেল তপ্পা হায়রকই, “ঐগী ইচানুপা অতোম্বদো পার্টিদা চঙবনি হায়না য়ুমদগী থোকখিবনি। অহানবদদি মরক মরক্তা অহীং অমা করি অমা লেক্লে। হৌজিক্তি মঋা মনিল তাখিদ্রে। হিংলিব্রা শিঁদ্রবরা? বাংলাদেশতা লৈ হায়বা তাবদগী থিবা চৎলুই, উন্নবা ফংলক্তে ইবুংঙো।”

“চুম্মী ইমা, ইমাগী অরা মৈশাদো ঐসু উবা ফংই, অদুবু ইমা, মুন্না খন্থরুরগদি থোইনা ঋাবিফম থোক্তে।”

“খঙঙে ইবুংঙো, ইবুংঙোনা হায়নীংলিবদো লৈবাক্কী, মীয়ামগী সমাজগীদমক্ ইচাগী পুন্সিদো কৎথোকপ্রে হায়বা নৎত্রো?”

“অদুবু চুমদ্রবরনে ইমা, মীখা পোল্লবা পুন্সিনা নীংতম্না হিংনীংলকপসিদি মশানা অদুমক তাজরবা ঋাফম নৎত্রো?”

“চুম্মী চুম্মী ইবুংঙো, নঙনা হায়রিবা ঋাফমশিংদো ইচানসু য়াম্না তোয়না হায়রম্বা ঋাফম ঙাক্তনি। অদুবুনে ইবুংঙো, নোংমা নোংমগী য়াওল্লুপকী ইচা কয়া মথ্বায় থারি । লৈখিদ্রবা য়াওল্লোয়শিংদুগীদমক ঐখোয়না করি পীবা ঙম্লি? লৈখিদ্রবা থৱায়শিংদো মরন্নাই তাদুনা তোক্কদবা নৎত্রা? ঐগী ইচানুপী মলিকানা মবুংগীদমক কপচবা কনানা তাবিরি? মবুংদো নিংথম থাদা ইংলমগনি হায়দুনা উলগী ফূরিৎ লোন্দুনা থম্বীরি। অদুবু ঙসি চহী মঙা ফারক্লে ইচাদুনা য়ুমলোমদা মায় ওল্লক্তবা। মবুংগীদমক নচল অদুনা তেংথাবদো উবদা করম্বা মমাননো খাঙবা ঙমগদবা?”

ঙাঙনা ঙাঙনা ইমা অদো খোঞ্জেল নীল্লকই, মরাই লূপথখি। ঐগী মীৎতগীসু পিরাং চদুম অমা শিন্থখি য়োন্নবগীদমক শন্দোক্তুনা থল্লিবা নাপু মচুগী মোইবাং কাংবী ইন্নফিদুগী মথক্তা।

লোন্না নমখায়রক্লুনা চঙ য়ৌনা নকশিন্নখি।

মৈখু কারক্লবদি মৈ লৈরে খঙবগুম মতম ইকুই কুইদনা ব্বাংডোনা মচানুপীগী পাউ অসি তাবমক্তদা মচানুপী লেমরাংবু নোংজু থাগী অহিং অমদা মখোঙ মখূৎ পুন্সিল্লগা মানাস তুরেলদা মিনুংশি অমতা য়াওদনা থাদখি। নোংঙাল্লমদাইদুদা মীচিক মীরাওখোল অমতা তাদনা নুপী মচাদুনা তেংথারকপদু ঈশ্বর মাতনা খঙহৌখি।

খানড়ুসু অহিংদুমক্তদা মঙখিবা মঙ অমদা মাগী লেমরাংনা য়াম্না ব্বাবা ফিভমদা মাগী মায়কৈ য়েংদুনা তেংথারম্বদুদা খংবোই লাকপোই হৌগৎলম্মী । মানা লেমরাংখোয়রোমদা প্রপ প্রপ লাকপদদি লেমরাংগী ময়ূমদসু মীকপ মীরাওখোলনা থল্লম্লে। মানা লেমরাংগী মমাদা হংলুবদা থোকখিবা ব্বারী পূম্বা লীদুনা লোইনা খঙহল্লক্লে।

ব্বারীদু তাবগা খানড়ু কনানসু খাম্বা ঙমদনা অরোইবী থাদুনা চেল্লক্লগা অকনবা ঈথক ঈপোমগা লোয়ননা ঈমায় চোন্না চেঙ্গরিবা মানাস তুরেলদা চোংথখি। মহাক্লা ঈরোইদুনা তুরেলগী মরীলদুদা লেমরাংবু থিরকখি।

অয়ুক্তগী নুংথিল ফাওবা কিলোমিটর তরা হেন্না তাউথরক্লুনা নুমিৎ তাগদৌরক্লবদা মহাক চোকথবগী ঙমখৈ লৈখিদ্রে। উপাই লৈররোই খন্দুনা ময়ূম মায়কৈ পাংলগে খল্লকপা মতমদুমক্তদা য়াচঙবগী মমশিল্লক্লে । মতমদুদা লাপ্তক্লা তুরেলগী ময়ায়দা লৈরিবা ঈথৎতুদা পন্দুনা লৈরিবা করিগুম্বা অমা মাগী মমিৎতা মমি শামি উই হায়দুনা ঈরোইশিল্লগা য়েংলুবদদি মহাক্কী লেমরাং ওইরম্লে। মহাক্লা লেমরাংগী অশিবা হকচাংদু কোন্দুনা থম্মোয় শোক্লা কপখি, "ঐনা লায়রা মচা ওইরুবদগী নপাগী মতীক চাবা মমাক অমা ওইদবনিনা অসুক চাউরবা চৈরাক অসি নঙনা ফংখিবনি।"

মতম ঙাইহাক পেন্না কপ্পল্লগা মথং মপোক্তা থুংননবা ঈশ্বর মাগী মফমদা খুরুমজরগা লেমরাংগী অশিবা মশাদু চেৎনা কোল্লগা লুরবা ঈশিংদুদা লূপথখিবদগী ফাওগৎলকখিদ্রে।

ও! ওস্থোকপনি। অসুক শাফূ কল্লবা তুরেলসিগী ময়ায়দুদা মোংফম ওইরবা চীংদুম মচা অসিনা পন থিংদুনা কল্লবা ঈচেলসি অনী থোক্লা খায়দোক্লি । অদুগা মসিগী তুংদা ঈচেল অনীসি অমতা ওইনা অমুক পূনশিল্লক্লুনা অমতা ওইখ্রি। নঙনা মালেমসিদা লীরিবরা ব্বারী, নিংথৌগী কল্লবা য়াথংনফাওবা নুংশিবগী ঈচেলবু থিংবা ওইথোক্তে হায়না? হে লর্ভস আইলেণ্ড! কল্লবা লৈরাই, উ ব্বা কয়া থুদেকপা ঙল্লিবা মানাস তুরেলগী তমথিরবা ঈচেলনা ফাওবা করিসু তৌরুবা ঙমদনা শীংনদুনা লেপ্লি লর্ভস আইলেণ্ড নঙনা কযাদা থৌনা ফনা।

# নোং চুরবসু ফৌহাম শাৎপা

*ক্ষেত্রিমযুম সুবদনি*



*ক্ষত্রিমযুম সুবদনী খৃষ্টকী কুম ১৯৫৭ কী সেপ্তেম্বরগী তাং ২৩ দা ক্বাকৈথেল অখাম লৈকাইদদা ক্ষেত্রিমযুম যাইমা অমদি ক্ষেত্রিমযুম ওংবী থম্বাল দেবীগী মমোম ওইনা তাইবংদা মঙফাওনবকখি। হৌজিক্তা অঙাং অনীগী মমা ওইদনা ক্বাকৈথেল মোইবাংপুবেল লৈকাইদা লৈবি। হৌজিক হৌজিক সোসিএল ৱেলফিয়াব দিপার্টমেন্টতা চাইল্ড দিভেলপমেন্ট প্রোজেক্ট ওফিসাব ওইনা থবক তৌবি।*

*অইবী অসি হৌজিক হৌজিক লৈকোলগী ভাইস প্রসিদেন্ট ওইনা থৌপুবি। অইবী অসি শৈবেং, ৱাবী মচা, নোভেল, ফুঙ্গা ৱাবী অমদি অঙাংগী লাইবিক্রুচিংবদা খুৎ থাই। ফোঙথ্রবালাইবিকশিংদি শৈবেংদা ১। মাঙথ্রবা ঈশৈগী সুব (১৯৭৫), ২। পিগী ৱাবী (১৯৯৫) ; ৱাবীমচাদা ১। নহাকপু ঐগী কনানো ? (১৯৭৮), ২। নুংগী চীনবাল (১৯৮৭) অমদি যেন্নিংথানা লাকপদা (২০০০) ; নোভেলদা লইবক (১৯৮২) ফুঙ্গাৱাবীদা ১। পৃথিবীগী ফুঙ্গাৱাবী খবা (১৯৯৪), ২। অৱাং নোংপোক্কী ফুঙ্গাৱাবী খবা (২০০২) অমদি ভাবতকী ফুঙ্গা ৱাবী খবা ; অঙাংগী সাহিতাদা প্রজাতন্ত্র চৎপা লৈবাক অমগী ৱাবী (২০০১), সম্পাদক তৌখিবদা অইবীশিংগী খনগৎলবা ৱাবীমচা অদুগা পুন্সি ৱাবীদা শক্রাইববা খবগী পুন্সি (২০০৮) অসিনচিংবনি।*

"হ্যালো, কনা ওইববনো?"

"যুববাজনি, কে কে গী। ঐখোয়না হাযখিবদু কৈদৌঙে তৌসি হাযবনো?"

"মিতিং অমতং ফমখিগে। বন্দগা স্ত্রাইক্কা ছুটিগনা ঐখোয়

মশেল অমতা উন্নবা ঙমখিদ্রে।"

"কয়ারক হন্না মিতিং ফমখিগে হায়রিনো? মিটিং ফমগে ফম্মু, ফম্মোই তোকউ, ঐখোয়না হায়খিবা ব্রাফমদু য়াদবা তারগদি নঙোন্দা করি দন্দী পীগদবগে হায়বগী অহকপা ব্রারেপ লৈরবনি।"

"করিনোনে ইচাশিংনা হায়রিদুবু ? অদুক য়াম্বা শেনফমদুবু কদায়দগী লৌরুদগে?"

" লৌফম খঙদুনা হায়রিবনি।' লোন্দু কনখৎলকই, "মখা তাবিনু, চাইদুনা তোক্কনি। ঙসি তরানিসিগী মনুংদা সি অমগা এল য়াম্মেদু পীগদবনি। করিগুম্বা পীদবা তারগদি চানীংবা য়েনশাং চাহৌরো।"

মোবাইল ফোন্দু শৎ সুইট্‌স ওফ তৌশিনখি।

"ইশ! বিষ্ণু বিষ্ণু! ক্রোর অমগা মখায়গী শেনফমবু কয়াদা লায়না হায়রক্লিবা ! প্রমোসন কাবরা হায়ববু ওস্থদুনা তাগদৌরি।"

মেমচৌবী তৌফম খঙদে, উংদুনা লৈ । রিভোলবিং চিয়ারদু ওয়দা অমুক, য়েত্তা অমুক লৈদুনা ব্রাখল খল্লি। ফল তাবা ঙমদে। ওফিসতদি অসুম্না ফম্নগা ব্রাখল খনবগা শংদে । কুইনসু ফমদে, থিবদা মফম খঙলোইদৌবা জগা অমদা লোন্না লোন্না থবক শূই । অতে পূম্নমক্তগী নাখ্ৰেকপা ঙম্নবসু উননীংখিদ্রবা মখোয়দগীদি লৈথোকপা ঙমদ্রি ।

ওফিসতা ওফিসার ময়াম কৌদুনা শেনফমসিগীদমক কমদৌসিগে হায়না খন্নে। অচৌনা মোল্লি মোল্লি খুম্নকই, " শেনসি পীথোকখিসি শিদৌ শরুক।"

তরুনিনা কংয়েৎ যেৎলকই, "পীগদৌরিবা শেলসি অঙাং নত্তে।"

ভাব তাবোই তাদবোই কুমারনা লাউবকই, "কবিনো সি, সি; এল, এল হায়রিবো? কয়াম য়াম্বা শেনফম্নোনে ? চাইদৌ শরুক তাশিল্লগা কোক পীথোকখিসি"

"কুমার ইবুংঙো, মেন তাউ," রাধেনা শাউরপ হায়রকপনি। "নুমিৎচূপ্পা নশাদু অমুক্তা নোঁমেল তাদে, হাইরং হাইরং ।"

"ফরেনে কুমাব, ঐখোয় ময়ামসে লুপা লাখ তরা তরা খায়নরগা ডাইবেক্তরদা পীশিল্লসি," তরুনীনা নুংশিদনা খুম্নকপনি।

"অস! অদুক য়াম্বা শেনফমদুদি কদায়দগী ? ঐদি লীশীংদা হায়রিবোই নীংলুরে।"

ডাইরেক্তরনা ব্রারীগী ফিবান খোপচিল্লকই, "মখোয়না ক্রোর অমগা মখায় পীযু হায়রগা হেক্তা পীগদবা নত্তে। অদুবু খবদি পীদবা য়ারোইদৌবনিনা কবম করম্বা একাউন্টতগী লৌথোক্লগা পীগদগে হায়বদু কেসিয়ার নন্দগা তান্নবগা তৌরসি। য়ারিবমখৈ খবা থুনা তৌসি নৎত্রবদি ঐখোয়গী ইবক্তগী ওফিসাব অমা ফাজিল্লগা

মমল হেল্লক্কনি । মী ফারগা রেঙ্গম তানবগী চৎনবী ঐখোয়গী নীংতম য়াওল্লোয় খরগী ব্রাখলদা লৈ । নীংতম্বগী মমল শেলদা ওল্লক্লিবসি লমদমসিগী চৎনবী অমগুম্ ওইরক্কবনি। ঐখোয় চেকশিনবা ফৈ।"

তাঞ্জা চানা তোমচানা চাগা চানবগা পুশিল্লকই। রাধেনা য়াম্না খৌরাংনা তাঞ্জা অদুতবু ঙাইরম্বগুম পরপ পরপ চাদু থক্লগা কা লৈরুনবা শেল পীরকই।

ওফিসার ময়ামদু পূং অনীরোম খন্ন নৈনরবা মতুংদা শেল লোইনমক নৎত্রবসু খরদি পীবদা ব্রারেপ লৌনবা তৌরিঙৈ তাঞ্জাসিদা পাটি অমগী টেলিফোন খীংলকই। "কমদৌসিগে 'সিনা? পিং পাংগী কাওবুনি। জোইন্ট ডাইরেক্তরনা অমুক্তা পায়বিয়ু।"

"হুম, ঐদি ঙমজরোই, ডাইরেক্তরনা পায়বগী পায়বা অদুম পায়বিয়ু।"

"পায়দ্রিঙৈগী মমাঙদা অমুক্তদি খন্নখিবা ফৈ। মখোয়গীদি খরা পীখ্রদাই?"

রাধেনা তনখুম খুন্নকই, "এল অনীদি পীখ্রদাইনে?"

"অদু ওইরদি অমগা পীরগা লোইশিন্নবা তৌরসি। ফোনসি কেশিয়রগা ওইনা পায়নহল্লসি। মানা থোকপা খুন্নসনু। মিতিং লোইশিল্লসি। কম্মিসনারনা ঐবু কৌরি, চৎতবা য়াদ্রে।"

ঙসিদি ডাইরেক্তর মেমচৌবী ব্রাখল খরা ঈংনা মোন্দা নুংঙাইনা য়ূমদা হল্লকই। নাই ওমদুনা লৈবা তিংখং অমা হনখিবদা খংঙ্গং য়াংবগুম্মী। মাগী মপুরোইবা ডাক্তর মোহেনসু মচা থিনবা দিল্লিদা চৎখি। মচানুপী অতোনবীদুসু স্কুলদগী হল্লক্ত্রি। পুরক্লিবা মরুওইবা ফাইল খরদু ড্রাইভরনা তেবলদা থন্নল্লগা চৎখ্রে। ফি হোংদোক্লগা অরাম চৌক্রিদা ফমথবদা মঙায়রি । মখারোমগী ইনে থম্বাল গ্রোং চঙলকই। হায়রৈ কপ্লি কপ্লি তৌরদুনা ব্রাহংসু পাউখুমসু পুল্লপ পূনশিল্লগা, " মেমচৌবী লূপা লীশীং মঙাখক্তং পীদবা য়াদ্রে। লৈতে হায়বা য়ারোই । ইচানুপী থোইবীসনাগী ফোর্ম ফিল অপ তৌবা ত্তয়েং লাস্ত দেটনি হায়। নঙনা শেল লৈতে হায়রগদি পরিক্ষা থাদ্রে।"

মেমচৌবীসু খঙই, মনে থম্বালনা হায়রিবসিদা অরানবা অমতা য়াওদে। মনেগী নুপা মাম্মা তোমচৌ পেবালাইসিনা নাবদগী হৌগৎ কাঙখৎপা ফাওবা ঙমদ্রবনি। মচাশিং অমতা নীংথি নুংঙাইনা লাইরিক তমদে। তমহনবসু ঙমদে। অদুবু থোইবীদি পরিক্ষা খূদিংগী মকোক্তা থোংদুনা লাকপনিনা বৃত্তি ফংলিবনি।

মনেনা তকশিল্লকই, "মেমচৌ নঙনা তুমিন্না লৈশিল্লিদু পীররোই হায়রিরো? থোইবীসে নচানুপী লেম্বীগা হৌমিন্নরকপনে । অদুবু অঙাং অনীগী মরাইবক্তি কয়াদা খেন্নখ্রবা! ফরে, নঙনা লৈতে হায়রবনিনা পরিক্ষাদি থাদবা তারেদনা।"

মচেক্লা য়ৈরগা ময়াঙদা ফৃথরকপা মনেগী ব্রাঙাঙদু মেমচৌবীসু খঙই । হেক পীদবদা ব্রারৌনা চৎখিগদৌবদসু উই । অদুনা খাম্মি, "ঐ লৌথোক্লখিগে।"

শেলদু হেক ফংবগা মনে থম্বালগী মায়থোঙদু শাৎকাযবকপা থম্বালদু মঙায়।

চৎলমদাইদা কাম্বোক্লুরবা মখোঙদু অমুক হঞ্জিল্লক্লুনা হায়রম্মী, "মেমচৌ, নঙ নুংঙাইয়ুকো ।"

নুমিৎ খরনি ব্রাখল ঈংলে হায়দুনা মেমচৌবী নে তানা ওফিসতা থবক শূরি। পার্টি অমগী অমুক থুংলরে। য়াম্না মওং তাবা তুপী অমমম উপ্লগা মশা নান্না লাকই। মখূৎতা খূদোপ, মঙক্তা সনাগী হৈনৌজোম মশূংগী মপোপ চাউরবা লীক অমমম্ শি। চৌক্রিদু তপ্না চিংথোক্লগা য়াম্না লৈবাক মচা তাবা মওংদা ফম্মী। খল্লুই, সপ্লাই তৌজগে হায়বা অঙাংশিং ওইরমগনি।

করিমত্তা ব্রাহং পাউহংদ্রিবঙেদা অঙাঙবা তুপী উপ্লা নুপাদুনা উপ্লিবা আনোক্তু খজিক্তং চিংখৎলগা ব্রাহৌদোক পীরকই, " ঐখোয়, তেলিফোন্দসু হান্ননা হায়জপ্লবা পি পি গী কাঙবুনি । ইমাহোয়না কে কে দা ১০% পীগ্নে হায়বসু খঙই । ঐখোয়গীদি য়াম্না হায়জবোই, ৫% তমক পীবিয়ু । ইমাহোয়না ঐখোয়বু তঙাইফদনা মতেং পাংবিদবা য়াদ্রবনি ।"

"ইবুংঙো ইমাহোয়না করম্না পার্টি খূদিংমক্কী শেল পীবা ঙমদোইনো? ঐখোয়গী লমসিদা হৌজিক পার্টি কয়া লৈ ? ঐখোয়গীদি থাদরক্লিবা ফন্দ খবসিনা পূম্নমক চলাইরিবনি। তলব ফাওবা থা খূদিংগী পীবা ঙমদদুনা লৈরি।"

"ইমা, পূম্নমক ঐখোয় খঙই । ইরন্নাইগী নিবা লাকপা নত্তে। ইরৈবাক্কীদমক ঐখোয় তূম্বা মচেৎ চাবা মচেৎ ওইনা হিংলিবনি । ইমাহোয়না চৌক্রিদা ফল্লগা খোঙ্গ্রাই নীক্লুনা চারিবনি।"

"ইমাহোয়সু ওম্বোক্লা মথা শানা মৈ হৌবা চৌক্রিসিদা ফল্লিবনি। কৈদৌঙে কুমগী নোং চুরবসু ফৌহাম শাৎহল্লোইদগে খনবদা পোৎলূম পুরিবনি।"

"পোৎলূম পুবিবগী দরকার লৈতে। ইমাহোয়না তৌবা থবক চপ চানা খঙই। ঐখোয়না হায়জরিবসি তলবতগী শেল কক্কে হায়বা নত্তে। ঐখোয়দা অশাংবা ভাষনগী দবকার লৈতে। ঙমনি ঙল্লোই অদুতা হায়বিয়ু ।"

মনীং মমাঙ থৎপা নুপাদুগী ব্রাহংগী প্যাখুম পীবা তরাইদে। অদুবু শমপৎনা ব্রারীগী ফিজিন্দু খোমজীন্দুনা মেমচৌবীনা থেম্বোই ব্রাবৌবোই হায়রকই :

"ইচাশিংসে ওম্বোক্লা ফিংখ্রে। নখোয়গী ব্রাফমশিংসে ঐগী ঈথক থোংবশিংগা অমুক্তা খন্নখিগে।"

তুপী লৌথোক্লুনা নুপাদুনা শাউনা নোংশাদৌনা ঙংলগা, "খঙলে ইমাগী ব্রাফমদু । চিফ সেক্রেটরী য়ৌরগা ঐখোয়বু ফাহনগদৌরিবনি। থেংনবা তাবেদনা।"

"ঙাইখোনে ইবুংঙো, ঐনা হায়বগা নখোয়না খনবগা ওন্নরেনে। নীংতম্বগী নমাদা পুল্লিবু ললোনবদি ফত্তে।"

"খঙলে খঙলে, মখা তাবিরক্লনু ।"

ফুক হৌগৎলগা চৌক্রিদু মখোল হৌনা তুংলোমদা ইম্ফোল্লগা শাউরগ্না থোকখি।

মেমচৌবী মখোয়বু খান্নুদরে । মখোয়না চৎখিবদু চুবা মেত্তুনা য়েংলগা লৈহৌই। থারম্বা খোলদুনা ফুবগী চৈনাদগী হেন্দুনা নাখোঙ শাহৌই । ওফিসতা নে তানা থবক শূফম খঙদ্রে । মোবাইল অনীমক সুইটস ওফ তৌশিল্লি। কান্নখ্রবা ফোনসি শীজিন্নফম খঙদনা তূমহনখরে । ব্রাখল লূম্না য়ূম য়ৌরকই ।

য়ূম হেক য়ৌরকপগা থোঙ্গাল কানশিন্দ্রি, মচানুপী অতোম্বীদুনা খবরনা য়োমশিল্লবা ময়োম অমা মমাদা পীশিল্লকই । মেমচৌবীনা ফিংনা, "করিনো সিবো? কনানা পীরম্মীনো ?"

"খঙদে মমা, নুপা অনীখক্লা লাক্লগা ঐখোয়' ইমুংগী মী মশীং অমমম্গীনি, মাঙহনবদি য়ারোই, নমাদা পীয়ু হায়রম্মী। থোঙ্গাল ময়াদসু করিনো খঙদে, খবরনা য়োমশিল্লগা ময়োম অমগসু থম্লম্মী । ঐখোয়দি পায়রুনু হায়রম্মী ।"

মচানুপীনা পীশিল্লক্লিবা ময়োমদু হাংদোক্তুনা য়েংই। ইস! নোংমৈ মরূ ! ঙাইহাক উংখৈ লেপ্পুরগা চৈ অমা পায়রগা থোঙ্গাল তান্না থোরকই। মচানুপীনা তাক্লকপা ময়োমদু অমুক চৈদুনা খজিক হাইদোক্লগা য়েংই । পাখৎনা লাউরকই, "বোম্বনিনহে।"

" বোম্বনি হায়বা ?" মচানুপীদু পাখৎনা কপ্পকই ।

"মখোয়না করি হায়রম্মী ?" মেমচৌবী শাউনীংনা মশাদু নীকই ।

" থোঙ্গাল ময়াদা থল্লিবা পোৎসি পুলিস তাক্তুনা লৌথোকহল্লবদি নমাগী অঙাঙবা ঈখেঙ লৈমায়দা তাগনি হায়য়ু । ঐখোয়গা মূক্লবনা করিসু কান্নবা লাক্রোই হায়য়ু হায়না হায়রম্মী ।"

"ইস! ওস্থোক্লা লাকচনা ! মপাগী মরল মুল্লুবদৌনা !" হায়রগা ফিংনা অমুক মখা তারকই, "নুপাদু খঙহৌবরা ?"

"খঙদে, মচীনসু খুম্মী, মমায়দুসু তুপীনা থংখাই অমা খনজিল্লি।"

"তেলিফোন নম্বরসু পীরম্মী । তৌরকউ হায় ।"

"ঙসাই লাক্লম্বা অঙাং অনীদু শোয়দনা ওইগনি । কদায় নম্বরদু ?"

তাঞ্জাসিদা ডাক্তর মোহেন কাব থৌজিল্লকই । কারদগী কূমথরক্লগা শাউরংননা, "করিনো তেলিফোন লোইনা সুইটস ওফ তৌরিদুবো? এয়ারপোর্টতা লৌবা লাকউ হায়গে তৌবনি । ডাক্তব শন্তোস থেংনদুনা মাগী গাড়ীদা য়াওরক্লর্বনি।"

মচানুপীনা মপাগী অশাওবদু মখা তারক্তনবা ব্রারীদু কপ্পা কপ্পা তম্মী । চাকখৎলুরবা মৈরীদু অমংবা নোংগী নোংলিক্লা য়ৈরকপদা মথন্তা মৃৎখিবগুম মোহেনগী অশাওবদুসু তপ্পা তপ্পা মৃৎখবে।

মেমচৌবী য়ুমদু থাদোক্তুনা সরকারগী ক্বাটরদা লৈরে। মচানুপীদু সিদা লৈরবদি ফাবা পুনবা তৌরকপসু য়াই খন্দুনা মপালদা থানীংদা থানীংদা থাম্লে । ওফিসগী ফাইল ওফিসতা নে তানা ফমদুনা থবক শবা ঙমদ্রে । ওফিসার ফারগা রেক্সম তানবগী চৎনবী অমা লৈরকপসিদা ওফিসারশিং ওফিসতা ফম্নীংদ্রে।

ফনা কুইরে মেমচৌবীনা সরকারগী ক্বাটরদা লৈরকপা । মনে থম্বাল মরক মরক্তা লাকই । মহৌশাগা মান্নদ্রে। য়াম্না কেনা ফজবা ফি রোল শেৎলি । মচানুপা য়ায়মদু শেল থোক্লে হায় । মচানুপীদু মপালদা থাদোক্তুনা লাইরিক থমহল্লে। ময়ুমসু চেক্লা শারে । কার অমসু লৈরে হায় । মেমচৌবীনা থাগৎলি মচাগী মপাল ঙন্না চাদুনা লাইবক ফবী মমা হায়দু ওইরে হায়দুনা । থম্বাল মচীনবান্দদি কদায়দগীনোদা হায়রগা মপূক্লিংদদি হরাওবগী মমি তারি । মমল য়াম্বা অথূম অহাও কয়া পুরকই লমল শিংদোকপগুম ।

মনেনা মেমচৌবীগী চিল্লবা কাদু য়েংলগা হায়রকই, "নহাক লৈতবসে ইহাঙ হাঙলে। য়ুমদা হল্লক্লোদনা । নৌপ্পাশিং ময়াম লৈরি, করিগী পঙকি কিরুদগে ?"

"হোয়, লাক্লবা তৌরগে।"

"কিরবসু থোঙ্গালদা সিফাই ঙাকহল্লগা লোইরে।"

মেচৌবীনা নোক্লগা হায়, "অদুম্না তৌবা তারে।"

নুমিৎতু মনে থম্বাল মেমচৌবীগী নাক্তা ফনা কুইনা লৈরম্লগা চৎখি।

মেমচৌবী য়ুমদা লাক্লে । লাকপা নুমিৎতু মনে থম্বালনা মচা অতোনবগা অহলগা পুরক্তুনা পোৎ চৈ থাংবা য়াওহল্লে । মপূক্লিংদা মেমচৌবীগী লমল তোল্লি খঞ্জে । মাগী অৱা অনা কয়াদা মতেং পাংবিদুনতা লাকখিবনি । মচানুপা য়ায়মদুদি মখোয়দা চৎপা, থবক শূরু হায়বা য়াদে, চৈ । ইনাক খুনবগী ইমুংদা চঙলোইদৌবনি হায়না থিংই । মচাগী পামদবা অথীংবদুদি মেমচৌবীনা তমদে ।

মনেনা মখোয়দা শূক্লাক লাক্তে হায়মনবদগী নোংমা মেমচৌবী চৎলুই । মনেনা হায়রম্বশিংদু অচুম্বা ঙাক্তনি । ইনা কূপ্লম্বা য়ুমদু চেক্লা শিল্লম্লে; চেক্লা মমাঙ শ-েম্ন অমসু শারম্লে । লৈ শূ, হৈ রা মফম চানা চানা হৌরি । থোঙ্গাল ময়াদা গ্রোসরিগী অচৌবা দুকান অমা মচা অহলদুনা ফম্লি। বজারদনা মচানুপা অতোনবদুনা অমা হাংলি । পূম্নমক মচা য়ায়মদুনা শীনবা ঙাক্তনি হায় ; অসুব চাওখৎলিবা ? মেমচৌবী থনুংদা ঙক্লি । তেনথ্রবা মতমসিদ পং তৎলম্বা ইমুংসিনা তৌরম্লিবসি, ডাইরেক্তর অমগা ডাক্তর অমগন [illegible] মখোয়গী [illegible]ংদুনা তৌবা ঙম্বগী ৱা লৈতে। অঙাকপনি। লাকথোক্তন [illegible] চৈ, অচা অথক কয়া লেম্না হাপ্লকই । শেল লৌ হায়বা য়াদে



## ফোঙথ্রবা লাইরিকশিং



